আগাথা খৃষ্টিগী

# পোইরোৎ ইনভেষ্টিগেৎস

হন্দোকপা:

রামেশ্বোর সনসম




# পোইরোৎ ইনভেষ্টিগেৎস

অইবীঃ আগাথা খৃষ্টি

*মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচবা ঃ রামেশ্বর সনসম*

**Agatha Christie's**
**Poirot Investigates**
Translated in Manipuri by Rameshwor Sanasam

কোঙবা ঃ রামেশ্বোর সনসম

অহানবা থোঙবা ঃ ২০০৪

কপী মশীং ঃ ৫০০

মমল ঃ [illegible]

মখুম ডিজাইন ঃ http //www marionheyars co uk

লাইবিক ফংফম ঃ কেঃ বিঃ ষ্টেসনরী ষ্টোর,
থাংজিং বজার অমসুং হন্দোকচবা



# কচ্চবা

ঐগী,

মনুং-মতম চাদনা

মখোং পাবকপা তাঞ্জাদা

লৈখিদ্রবা ইচানুপা

ওঁ শ্রী নিলকান সিংহগী মফমদা

মপা ঐনা

ইংবাজী লোন্দগী

মণিপুবী লোন্দা হন্দোকচবা

দিতেক্তিভকী লাইবিক,

অইবী আগাথা খৃষ্টিগী

"পোইরোৎ ইনভেস্তিগেৎস"

খুদোল তমজবি।

পীবাংগা লোয়ননা তমজবা

খুদোল অসিনা

ইচাগী অত্মানা

ঈংনা-তপ্না

স্বর্গগী লৈকোন্দা

লৈবা ওইবসনু।

*বামেস্বোব সনসম*

# আগাথা খৃষ্টিঃ ব্রাথোক লাম্থোক্কী মহারাণী

আগাথা খৃষ্টি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ফাওরবী অঙকপা ব্রাথোক লাম্থোক্কি মরমদা ইবিনী। ইংরাজি লোন্দা মহাক্না ইবা লাইরিক বিল্লিয়ন অমগী মথক্তা অমসুং মীরৈবাক্কি লোন্দা ইবা লাইরিক বিল্লিয়ন ৪৫ হেন্না য়োনখ্রে। সেক্সপিয়ারগী লাইবিকশিং অমসুং বাইবলদগী মহাক্কি লাইরিক্না হেন্না য়োনবা ওল্লবী অইবীনী।

আগাথা মিল্লর ইংলেন্দগী তোরক্কেয়দা শক ১৮৯০ সেপ্টেম্বরগী তাং ১৫দা পোকখি। শক ১৯১৪ দা রোয়েল ফ্লাইং কোরপোরেসন্দা থবক তৌবা এডিযেটর কর্নেল আর্কিবালদ খৃষ্টিগা লোয়ননা লুহোংই। মতৈমনাও খাইনদ্রিঙৈগী শক ১৯২৫গী মমাংদা রোসালিন কৌবী মচানুপী অমা ফংজখি।

সতান্দি তঙ্খাই অমা হেন্না অইবীগী পুন্সিদা লাইরিক ইদুনা মতম লেনখি। মহাক্না উপন্যাস অমসুং ব্রারীমচাশিং পুল্লগা লাইরিক ৭৯ ইরমই। ইংলেণ্ডগী থিয়েটরগী ইতিহাস্তা হৌজিক ফাওবদা চথদুনা লৈরিবা শক ১৯২৫গী নভেম্বর ২৫দা লণ্ডন্দা ইহান হান্না উৎখিবা দি মাউস ট্রেপ হায়বা দ্রমা অসি য়াউনা ১২ হেন্না ইবমই।

মহাক্কি অহানবা উপন্যাস (১৯২০) দি মিস্তরিয়স এফিরার্স এণ্ড স্টাইলস অসি মহাক্কি যাম্না নোক্লিংবা অমসুং মচিংমশোন নাইবা মতৌগী বেলজিয়মগী অরোনবা কয়াগী লংলা লংজিন থিবা লমচৎ হার্কুল পোইরোৎ অসি ইহান হান্না পুথোকই। ভাবনা শাগৎপা পোইরোৎ কৌবা লমচৎ অসিগী 'লিতল গ্রে সেলস' অসিনা উপন্যাস ৩৩ অমসুং ব্রারীমচা ১২দা মীহাৎ মীপুনগী লংলা লংজিন থিবদা মতম লৈবখিবিক্তা মাই পাক্লবা লমচৎ অমা ওইখি। মহাক্কি

ইকোন কোনবা উপন্যাস **স্লিপিং মরদর** (১৯৭৬) দদি সেন্ট মেরীমিও হায়বা লমদমদুগী মিস জান মার্পল হায়বী মীহাৎ মীপুনগী লংলা লংজিন থিজিনবীদা পৃথিবী ফাওখিবী ৱাথোক লাম্থোক কয়াগী লংজিন অমসুং বীচারদা মনুং হুঞ্জিন্না উশিনবা ঙম্বী নুপী অসি পুথোরকই। দি মরদর ওফ দি ভিকারেজ (১৯৩০) দগী ফোঙবা হৌখিবা উপন্যাসতগী মথং মথং উপন্যাস ১২ ফাওবা চত্থরকই।

হার্কুল পোইরোৎ অমসুং মিস মার্পল-লমচৎ অনীমক ফিল্ম অমসুং তেলেভিজনগীদমক পাকথোক চাউথোকহন্না দ্রমা ওইনা ওন্থোরকই। মহাক্কি মমিং চৎখিবা অমসুং কাউঙমদবা উপন্যাসতগী ফিল্ম ওনখিবশিং অদুদি **মরদর ওন দি ওরিয়েন্ট প্রক্সপ্রেস** (১৯৭৪), **ৱিটনেস ফোর দি প্রোসেক্যুসন** (১৯৫৭), **এণ্ড দেন দিয়ার ৱায়ার নন** (২৯৪৫), অমসুং **দেস ওন দি নাইল** (১৯৭৮) অসিনি।

আগাথানা মেরী ৱেস্টমাকোট হায়বা মীং অসিদা নুংশি নুংওনগী উপন্যাস ৬শু ইরমই। মহাক্না ৱারেং কয়া অমসু ইরমহ— মশাগী পুন্সি ৱারী, আর্কোলোজিকেলগী মরমদা ইবা লাইরিকশিংদি মহাক্কি অনীশুবা মপুরোইবা স্যার মেক্স মাল্লোৱানগা লোয়ননা ইমিন্নবনি। শক ১৯৭১ দা **ওরদর ওফ দাম কম্মান্দর ওপ দি বৃটিশ এম্পায়ার** পীদুনা ইকাই খুম্নখি। মহাক শক ১৯৭৬ কী জানুয়ারি তাং ১২দা সংসারদগী বিদাই লৌখি।

# হন্দোকচবগী ৱারোল খর

আগাথা খৃষ্টি ৱাথোক লাম্ভোক্কী মহারাণি হায়দুনা পৃথিবীনা শিংথানরিবা অফাওবী অইবীগী লাইরিক, **পোইরোৎ ইনভেস্তিগেৎস** তগী ৱারীমচা তরামাথোইগী মনুংদা মাপলখক্তং খঙ্গৎচরগা ইংরাজী লোন্দগী মণিপুরীদা হন্দোকচবনি। অইবীগী অঙকপনা থল্লগা মীহাৎ মীপুন অমসুং ৱাথোক লাম্ভোক্কী থৌদোক কয়াদা ভাবনা শাবা বেলজিয়ান পোইরোৎ কৌবা মী পীকপা, থিজিনবগী হিরমদা হৈশিংলবা অমগী লমজীং মখাদা রিতার্য়াদ আর্মি ওফিসার হেস্তিংস কৌবা অমগা লোইননা ক্রাইমগী লংলা-লংজিল পুথোকপদা মাই পাক্লা ফল পুথোকপা ঙমখিবা অসিনা হন্দোক্লিবা লাইরিক অসিগী মরুওইবা থিমনি। পুন্সিগী অহানবা খুত্থাদা, পঙলবা জ্ঞান য়াওদ্রবা ঐহাক্লা হন্দোকপগী থবক অসি পায়খৎলুবগী মরম অমনা ৱারী মচাশিং অসি পারুবদা অঙকপা ফংনা নুংঙাইজরম্মী অমসুং পূক্লিংনা ঐঙোন্দা লাইরিক অসি ইংরাজী লোন্দগী মণিপুরীদা হন্দোক্লবা কন্না তকশিল্লকখি। লোল অমদগী অতোপ্পা লোল অমদা হন্দোকপা মতমদা মশাগী হান্নদগী লৈজরল্লবা ফজবগী শরুক খরদি মাঙবগুম তৌই হায়বসি অখঙ অহে কয়াগী মতনি। হন্দোক্লিবা লাইরিক অসিদসু অহোবা কয়া লৈরম্বা য়াই। হেন্না অরুবা ওইরিবা ৱাফমদি লাইরিক অসি হন্দোকপা মতমদা ইংরাজী লোলগী মথক্তা অতোপ্পা লোল কয়া ফ্রেনচ, স্পেনিসনচিংবা লোল কয়া য়াওরি। পাবীরিবা খুদিংমক্লা অশোয়বা অমসুং অহোবা কয়াবু কাউথোকপীরগা মণিপুরী সাহিত্যগী য়ুম্ফম থোনবদা পীকশ্রবা উফুল মরিক অমতুং হাপচবনি খনবিবগা লোয়ননা পীবিরকপা খুদিংমক তরাম্না ওকচরি অমসুং

তৌবিমল খঙবা উৎচরি। অরোইবদা হায়জনিংবদি লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অৱা-অনা কয়াবু নাথৈরগা মতম মাঙনা তেঙবাংবীরকখিবা প্রেসকী মীওইশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মথংদা লাইরিক অসিগী চেগী মতেং পীবিরকখিবা ঐগী মরুপ কেঃ ঐইচঃ সুরেন্দ্রা সিংহ, এসিষ্টেন টিচর, প্রোগ্রেসিভ ইংলিস স্কুল, লমদিংবু পুক্সিগী কাউজরোই।

*নোল্লুকচরিবা*

রামেস্বোর সনসম

# য়াওফম তাকপা

পোইরোৎ ইনভেষ্টিগেৎস

অইবী - আগাথা খ্রিষ্টি (খৃষ্টি)

মরুওইবা শক্তম লাংলিবশিং

১। হার্কুল পোইরোৎ - বেলজিয়ান মচা, মী পীকপা থিজিনবগী থবক্তা লমজীংলিবা দিতেক্তিব।

২। কেপ্টেন হেষ্টিংস - পোইরোৎকী খোঙলোই অমসুং মতৌ তম্বা, রিটায়ার্ড আর্মি ওফিসার, মহাক মশামক ফার্স পার্সন্সা ব্বারী লিরিবা মীশক।

৩। ইন্সপেক্টর জাপ - ইংলেণ্ডগী ক্রাইম ব্রাঞ্চ অমসুং স্কোটলেণ্ড য়ার্ডকী হৈশিংলবা ইন্সপেক্টর।

পুন্না ক্রাইমগা মরী লৈননা ফিক্সনেল নোভেল নিপাল।

# Marson Manor গী অৱাবা থৌদোক

ঐহাকপু নুমিৎ খরনিগী ওইনা সহরদগী কৌরক্লমই অমসুং ঐহাক্না হল্লকপা মতমদা পোইরোৎনা মহাক্কি চে-হাপ্পবা পাত্র মথং-মনাও নাইনা শিন্দুনা লোইশিল্লমই।

পোইরোৎনা অসুম্না হায়রক্লমই, "হেস্টিংস, নহাক মতম চানা হল্লক্লবোইদ্রা হায়দুনা ঐ কিব ফাওরমই।"

"নহাকপু কেশ অদুগীদমক্তা খরা থিগৎপীয়ু হায়দনা চৎলুবা নত্তবরা?"

" হোয়, আদোম্না মদুগীদমক চৎলুবনি হায়না লৌবীবা য়ারে অদুবু থৌদোক অদু কয়া মায়পাক্কদবা অমসুং মহে-চাগদবা মান্দে। ঐঙোন্দা নোর্ডন ইন্সুরেন্স কম্পানিনা মিষ্টর মালত্রাভর্স শিখিবগী মরমদা থিগৎনবা অমসুং হায়রিবা নুপা অসিমক্না হাপ্তা খরগী মমাংদা পাউগু লিশিং য়াথ্বে হায়বদি য়াম্লবা শেনফম অমা কম্পানি অসিদা তুংশিল্লম্বগা লোয়নননা।"

"হোয় অদুরা?" মদুদা ঐ য়াম্না নুঙাইবা পোকই।

"হায়রিবা শেল তুংশিনবগী পোলিসি অসিদা মহৌশাগী ওইবা মীনা মতোম্মতা আত্মাঘাৎ তৌদুনা শিজবগী ক্লোজ য়াউরমই। চহি অমগী মনুংদা শেল তুংশিল্লিবা মী অদুনা আত্মাঘাৎ তৌদুনা শিজরবদি, প্রেমিয়ম অদু কম্পানিনা মৎকনি। মিষ্টর মালত্রাভর্স হায়রিবা মীওই অসি মশা-মউ তিঙ্গং-কাইজং তৌদে হায়দুনা মীয়াই হেল্লবা মশাগী চহিদা, মীওই অসিবু কম্পনিগী ডাক্তরনা সার্তিফিকেৎ পীপ্রবনি। অদুমওইনমক, য়ুমশকৈস নুমিত্তা হায়বদি গুরাংগী মমাংগী নুমত্তা-ইসেঙ্গতা লৈবা মাগী য়ুম মার্সডোন মানোরগী লৈমাইদা শিনা তাদুনা লৈবা থেংনরমই, মহাক্না শিরিবা মীশি অসি হার্ট ফেল ওইদুনা ময়াদা ঈ ওদুনা শিবনি হায়না মীয়াম্না ঙাংনৈ। মিশি অসি মীনা পঙ্গাং ঙাংনবগী ৱানি, শিংথানিঙাই ওইদে, তোকঙানি হায়বগী মরমদি মিষ্টর মালত্রভর্স শেল-থুমগী ফিভম শোকচিল্লে, শেন্দোম্না খ্বাং কোইরে হায়দুনা হন্দক্তা ইখং খংহৌদনা মীপুম খুদিংমক্কি নাকোংদা য়ৌরমই অমসুং মহাক্না শেল তুংশিল্লিবা ইউনিয়ন্দুনসু মহাক শেল পুখ্রে হায়বগী অরেপ্পা ৱাফম থল্লকপ্রবনি। হৌজিক্না ওন্নতৈনবা খন্নবা ৱাবা ৱাফম অমনা মিষ্টর মালত্রভর্সকী মশক-মতৌ ফজরবী নহাওইরিবী নুপী অমা লৈরমই অমসুং অসুম্না ঙাংনবা লৈ মদুদি নুপা অসিগী পুন্সিদা মাগী লৈজবা লন-থুম পুম্বা মহাক্কি নুপীগী ইন্সুরেন্সকী প্রেমিয়ম থিবদা লোইনা শিজিন্নথোকতুনা নুপী অদুগী কান্নবা তৌরম্বনা মৱম ওইদুনা নুপা অসি আত্মাঘাৎ তৌদুনা শিজরমই হায়নসু মত পীনরমই। অসিগুম্বা থৌদোকশিং

অসি তোয়না থোক্লোই হায়বা ওমদে। ঐগী মরুপ আলফ্রেড রাইট, নোর্ডন কম্পনিগী ডাইরেক্তরনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা পাম্বে অমা শিজিন্নরগা কেশ অদুগী অচুম্বা মরম থিদোকপীয়ু হায়দুনা কম্না হাইরমই তৌইগুম্বসুং ঐনা মাঙোন্দা ফোংদোক্লম্বসি কেশ অসি মাইপাকপগী আশা কয়া উদে হায়বসিনি।

করিগুম্বা নুপা অসি হার্ট ফেল ওইদুনা শীবা ওইরম্লবদি হেন্নদুম মাইপাকপরোমদা আশা তৌনিঙাই ওই। হার্ট ফেল ওইবা হায়বসি মতম পুম্বদা অসুম্না লৌবা য়াই মরমদি লমদম অদুগী জিঃ পিঃ না মহাক্কি পেসেন্টনা করি তৌরুবদগী শীরিবনো হায়বা শেংনা হায়বা ওমদবা অদুবু ঈ ওদুনা শিরে হায়বসিমদি তশেংলে। হৌজিক ফাওবদা রাহং পাউখুম তৌদুনা মহাক মশাগী মত শীরমই, "হেসটিংস, নহাক্কি বেগনচিংবা পুগদবা পোৎলম খুদিংমক মিনিট মঙা চংনা য়োমশিল্লো অদুগা ঐখোয় তেক্সি তোংদুনা লীডরপুলস্ট্রীট তান্না চৎসি।"

পুং অমরোমগী মতুংদা ঐখোয় মার্সডোনলেঘকী পীক্তক তৌবা রেলবে ষ্টেসন্দা থুংলমই মদুদগী গ্রেট ইষ্টর্রন ত্রেন তোংদুনা চৎলমই। মফম অদুদা হংবদগী খঙবা ওন্নে মদুদি মার্সডোন মানোর য়ৌগদবা মাইল অমরোমদা মঙাইরে। পোইরোৎনা খোঙনা চৎপা পান্নমই অদুনা মরুওইবা সোরোক মীয়াম্না চৎনবা লম্বীদা চৎলমই।

ঐহাক্না হংলমই, "করি করম্বা থৌরাং পাইখৎকে খনবিরিবগে?"

"অহানবমক্তদা ডাক্তর উন্নগনি। ঐ মার্স ডোন লেঘতা ডাক্তর অমখক্তং লৈ হায়বসি চপ চানা খঙই। ডাক্তর রার্লফ বরনাউ। ইহে: খুদক্তা ঐখোয় মাগী য়ুম য়ৌরে।"

হায়রিবা য়ুম অসি থোইদোকহেন্দোক্লা ফজরবা সরক অদুগী মনিংমক্তদা লেপ্তুনা লৈবনি। গেটতা লৈরম্বা পিথ্রাইগী কোম্পাক্তা ডাক্তর অদুগী মীং থারমই। ঐখোয় মাগী য়ুমগী লম্বেলদা চঙশিল্লমই অমসুং শরিক খিংলমই।

ঐখোয়না মাবু কৌরুবা লাইবক ফনা থোক্লমই। ডাক্তরনা মাঙোন্দা লাইয়েংবা লাকপা মী পুম্নমক্কি মতম ওইরমই অদুবু কনাগুম্বা অমত্তনা মাবু উন্ননবা ঙাইদুনা লৈরমদে। ডাক্তর অদু য়াম্না হয়াউ-তয়াম্বা মানবা, ঙাংথোরকপা রাঙাং খুদিংমক চেকশিনবা রাৎপা, তয়াং-তশোইবা অহল ওইরবা লেংজুম রাংনা পানবা মীওই ওইরমই।

পোইরোৎ মশামক ডাক্তর অদুদা শক্তাক্লমই অমসুং মশামক মফম অদুদা লাকপগী মরম শন্দোক্লা খঙহনলমই। মহাক্না লাক্লিবসি ইন্সুরেন্স কম্পনিগী য়াথং মতুংইন্না অশিবা অদুগী মরমদা কেশকা মরি লৈনবা থৌদোক কয়ামুক্তা থোক্লুল লিরুনবা হায়বসিনি।

"মদু ওইরে, মদু ওইরে" ডাক্তর বারনার্ড তয়াং-তশোয়না খুমদোরক্লমই "নুপা অদুদি ঐনা খনবদা য়াম্না ইনাক-কৈরাক খুনবা মীনি, মাগী পুক্সিদুসু য়াম্লবা পৈশা মপৈ অমগা লোয়ননা ইন্সুরোর্ড তৌরবা মীওই নত্তবরা?"

"নঙনা মহাকপু ইনাকখুনবা মীওইনি খনব্রা, ডাক্তর?"

ডাক্তর অদু হায়রপ ঙকপা মাল্লমই।

"মহাকপু মদু ওইদবরনে? মহাক্তি কার অনি লৈ, নঙনা খঙলিবদুনি, মহাক্না লৈরিবা মারসডোন মানোর হায়বা অদু চাউগ্রবা অমসুং ফজগ্রবা দলাননি, ঐনা থাজে মহাক্তি দলাল অদুসু য়াম্না হোৎনা মমল খজিক্তদা লৈখিবা ওইরমগনি।"

"ঐনা ফজনা খঙই মরমদি নুপা অদু ইকুই কুইদনা শাখিনা শেল-থুমগী ফিভম শোকচিল্লমই;" পোইরোৎনা হন্দুরপ তৌবা মীৎয়েংনা ডাক্তর অদুদা খঙহল্লমই।

অকোনবগী মীওই অসিনা অৱাবা মওংদা ইচম চম্ন মঙক নোম্লমই।

"মদু ওইরবরা? থাঙ্গৈশেংবমক্তি। মহাক্তি নুপী অদুদি মশাগী মীংদা লাইফ-ইন্সুরেন্স য়াওবগীদমক্তদি য়াম্না লাইবক ফবা হায়বদু ওইরবনি। য়াম্না মশকমতৌ ফজবি, শুমম্লাৎনিঙাই ওইরবী নহাওইরিবী নুপীনি অদুবু কিনিঙাই ওইবা মওংদা অদুগুম্লবা অৱাবা মীশি মীনাগী থৌদোক চৈনাখোল ফাওদবদৌনা উবা ঙমই। মী অমা ওইরি হাযবদুমঙাই, তোল্লবা জীবনি। ঐনা মহাকপু ঙমজবা মওংদা অৱাবা থৌদোক্তগী থৈদোক্লবা হোৎনরমই অদুবু লিশাংশিংনা অৱাবা থৌদোক্তা কোনশিল্লে হায়বসিদি খন্ননিঙাই ওই।"

"নহাক ইকুই-কুইদ্রিঙৈগী তাঙ্গাদা মিষ্টর মালত্রাভর্সকি হকচাংগী ফিভম লাইয়েংখিবরা?"

"হে: ইকাইখুম্নজরিবা, ঐ কৈদৌনুংদা য়েংখিবা লৈতে।" "করিগীদমক?"

"ঐ ফজনা ভাব তারমই মদুদি মিষ্টর মালত্রভর্স খৃষ্টিয়ান সাইটিষ্ঠ, অমনি - নত্রগা অদুগুম্বা মখলগী মীওই অমা।"

"অদুবু নহাক মহাক্তি অশিবা হকচাং চাংয়েং তৌদুনা য়েংখিবরা?"

"অরেপ্পনি। ঐনা লৈখোংশোম্বা অমনা কৌরখিরমই।"

"অদু ওইরবদি মহাক শিখিবগী মরম তশেং-তশেংলরবা?"

"মপুংফানা পাংথোক্লমই। মচিন্দা ঈ তৈরমই তৌইগুম্বসুং ঈ থোকপগী মরম হকচাং মনুংদগীনি।"

"অশিবা হকচাং অদু কনামত্তনা শোক্লমদ্রে। মহাক্তি হকচাং অদু পাম্বীমচা খরা হৌরিবদুগী নাকন্দা লৈরমই। অসুম য়েংবদা প্রমান ওইনা ফংবা ৱাফম অমনা মহাক্না রুক কৌবা উচেক অদু নোংমৈনা কাপকনি হায়দুনা তৌরম্বা অমসুং মহাক্তি নাকন্দা রুক রাইফল অমসু তাদুনা লৈরম্বা থেংনখি। মচিন্দা ঈ ওবগী থবক অদু ইথং-খংহৌদনা খুদক্তা হৌরকখিবা মাল্লি। চিংননিঙাই ওইদবা মরম অমনা থিবোং থিরিন নত্রগা চাকখাউদা চাখৎপা মাল্লি।"

"মহাকসি মীনা কাপ্তুনা শীবগী মরম খন্ননিঙাই ওইদ্রবা, হা?"

"হে: নুংশিরবা ইকাইখুম্নজরিবা।"

"ঐ নঙোন্দা ঙাকপীনবা হায়জরি," পোইরোৎনা নোল্লুক্না হাইরক্লমই। "করিগুম্বা ঐগী ৱাখলশিনা লান্দবা ওইরবা হন্দক্তি থৌদোক অসি মীনা তশেংনা হাৎপনি, অদুবু অহানবমক্তদা

ডাক্তরনা ঈ ওদুনা শীবনি হায়বগী ব্রাকম থমবিগ্রে। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লোকেল কন্সটেবলনা অশিবা অদুগী মকোক্তা গুলি পানফম লৈরমই হায়দুনা রিপোর্ট পীরকখিরমই।"

"অদোম্মা কৈদৌনুংদা মিষ্টর মালত্রাভর্সকি হকচাংদা গুলিগী দার্গ থিবা ফংলোই" ডাক্তর বারনারড চুগন্নবা মওংদা হায়রক্লমই। "হৌজিক্কি ওইনদি মখা তানা খন্ননিঙাই ওইগ্রে"

ঐখোয়না মানা হায়বা খুদিংমক খঙজিল্লমই।

"থাগৎচরি ডাক্তর হন্না-হন্না থাগৎচরি নহাক্লা ঐখোয়না হংবা ব্রাহংশিংগী পাউখুম পীবিবগীদমক্তা। অসুম য়েংবদা ডাক্তরনা খনবিবদা পোষ্ট মোর্তেম তৌনিঙাই দরকার ওইদবরা?"

"তশেংনমক দরকার লৈতে।" ডাক্তর অদু খুম্ফম খঙদ্রদুনা মমাই ঙাংলপ তৌরমই।

"অশিবগী মরম তশেং তশেংলে, ঐগী শিনফমগী মতুংইন্না হায়য়ু হায়রবদি অশিবা মীগীদমক হিংহৌরিবা মরিমতাশিংনা কাহেন্না অব্রাবা ফংবা মরমচাদে খল্লি। "অসুম্মা থিংজিলহৌই।

"নঙনা করি খল্লি ডাক্তর বারনারডকী মরমদা, হেসতিংস?" পোইরোৎনা হংলক্লমই, ঐখোয়না মানোরগী লন্বীদা থোরকপদা।

"হাইরপ গধা হনুবগুম তৌই।"

"থাঙ্গে শেংবনি। হে: ঐগী চান্নরবা মরুপ, নহাক্লা পীরবা মীওইবগী লমচৎকি বিচার থাগৎনিঙাই ওই।"

ঐনা মাঙোন্দা তরাইনা লৌদনা য়েংদুনা লৈরমই, তৌইগুম্বসুং মহাক মপুং ফানা হকচিন্না লৌরমই। কুফেৎ-কাফেৎ তৌনা, অদুমওইনমক, মহাক্কি মীৎনা য়েংলক্লমই অদুগা খুদকমক্তদা মখা-তারক্লমই:

"অসুম্মা হায়রবদা করিগুম্বা মীকুপ্তা মশক-মতৌ ফজরবী নুপীগী মরমদা খন্ননিঙাই ওইদবরা?"

ঐনা মাঙোন্দা য়াম্না পুক্লিং লৈতানা য়েংদুনা লৈরমই। ঐখোয়না মানোরগী য়ুমদা থুংবা খুদক্তা মীয়াই চল্লবী মীনাইনুপী অমনা থোঙ হাংদোরক্লমই। পোইরোৎনা মশাগী কার্দকা লোয়নননা ইন্সুরেন্স কম্পনিগী চিঠি অমগা মিষ্ট্রেস মালত্রভর্সতা পীশিল্লমই। মীনাই নুপী অদুনা ঐখোয়বু অয়ুক্কি পিক্তক তৌবা কা অমদা পুশিল্লমই অমসুং মাগী মবেম্মদা খঙহনলুনবা চৎখিরমই। মিনিট তরারোম হৌশ্লবা মতুংদা, থোঙজাউ অদু হাংদোরক্লমই অমসুং নুপী অমা মশামউ চুংফিরালচানা লুপ্তাবীগী ফিজোল শেত্তুনা কা-অদুদা চংলক্লমই।

"ইকাইখুম্নজরবা পোইরোৎ" মহাক্লা শোম্বাংননা হায়রমই।

"ইকাইখুম্নজরবী!" পোইরোৎ থৌনালৈনা খংলপ-চোঙখৎলমই অদুগা নুপী অদুগী মনাক্তা চংখিরমই। "ঐনা মতৌ করম তৌনা নহাক্লা অসিগুম্বা দশা অসি তারিবনো হায়বা ঙমদে। অদুবু নহাক করম্বা ফিভমদা লৈরি?" ওষ্ঠোকপা থৌদোক হায়বদুনি মীওইবা হায়বা

কাংলুপ্তা মীনুংশি ৱাংপা মীয়াম্না লৈবা তাই।”

মিষ্ট্রেস মালত্রভর্সনা পোইরোংপু চৌকি অমদা ফম্বিনবা হায়জরমই। মহাক্কি মমিং অনীমক কল্পনা মরম ওইদুনা ঙাংশং ঙাংলমই অদুবু মতম খরগীতা ওইবা অৱাবগী ফিভম্না কা-হেন্না ফজবা নুপীগী শক্তম্বুদি লাকশিনবা ঙমলমদে। মহাক মশাগী চহি ২৭ নত্রগা ২৮ লোম শুরবী ওইরমই, ওম্বোক্লা য়েংবদা নিংথিবী, অত্তিয়ামচুগী মীৎ পানবি অমসুং চিনবান পোম্লপ তৌবী ওইরমই।

“অদোম্না লেংবিরকপগী মরম ঐহাক্কি ইপুরোইবগী ইন্সুরেন্সকা মরি লৈননা, ঐবু তহা-তহানা অৱাবা দশা তাবগী মরম নত্তবরা?”

“থৌনা, হে চান্নরবী ইবেম্মা, থৌনা; নহাক্না খঙলিবদু অদুমঙাই নহাক্কি লৈখিদ্রবা নপুরোইবনা য়াম্লবা শেনফম অমা ইন্সুৱোর্ড তৌরমই অমসুং মসিগা লোয়ননা অকুপ্পা মরোল পীরবা মতুংদা কম্পনিনা পেনবিগদৌরিবনি। মাখোয়না ঐঙোন্দা থবকশিং অসি পাঙথোক্লবা শক্তি পীরমই নহাক্না অসুম্না খঙবিগনি ঐনা তৌগদৌরিবা থবকশিং অসিনা ঐনা তৌনিংবা মওংদা নঙোন্দা কা হেন্না নুঙাইতবা থোক্তনবা শিনগদৌরিবনি। নহাক্না চানবীদুনা য়ুমশকৈশা নুমিৎকি অৱাবা থৌদোকতুগী মরমদা মরিকচুম্না তেল্লপ্পা তম্বিরোইদ্রা?”

“মীনাইনুপীনা ঐগী কাদা থুংলবা মতমদা ঐ চা থক্তুনা লৈরমই - লৈখোংশোম্বা নুপা অমনা তহা-তহা চেনশিল্লক্লগা য়ুম অদুদা মহাক ফংলে- ” নুপী অদুগী খোঞ্জেল অদু খুদক অদুদা নেমথখিরমই। পোইবোংনা য়াম্না মীনুংশিগা লোয়নন মহাক্কি খুত্তা নানবিবমই।

“ঐ য়াম্না চিংনবা অমা লৈরে! নহাক্না নহাক্কি নপুরোইববু নুমিৎয়ুংবা মতুংদা উখিবা লৈব্রা?”

“চাক্লেন চামিন্নরম্বা মতুংদগীদি উখিদ্রে। ঐ মনাক নকপা খুঙ্গংদা ষ্টাম্প খরা হংগে হায়দুনা চৎলমই অমসুং ঐনা অসুম্না থাজে মরমদি মহাক মনাক্লকপা মফম অদুৱাইদা কোইথোক্লমগনি।”

“রুক হায়বা উচেক কাপ্পা চৎপ্রা?”

“হোই, মহাক য়াম্না তোইনা মহৌশাদগী অপিকপা, রুক কাপ্লবা নোংমৈগা লোয়ননা চৎপা মাগী হৈনবীনি, অমসুং ঐহাক্না অথাপ্পা মফমদগী নোংমৈকাপপগী মখোল অমুক নত্রগা অনীরক তাবা ফংখিরমই।”

“অপিকপা নোংমৈ অদুদি হৌজিক মফম কদাইদা লৈ?”

“ঐনা খল্লি হোল মনুংদা লৈরমগনি।”

মহাক্না পোইরোংপু কা অমগী মনুংদা লমজিংলমই নোংমৈ অদু ফংলদুনা পোইরোত্তা খুৎশিন্নরমই, মহাক্না মদু কুপ্পা চাংয়েং তৌরমই।

“মরু অনীদি কাপথোকপ্রে, ঐ খঙই,” মহাক্না অসুম্না হায়রমই, মহাক্না নোংমৈ অদু

অমুকহন্না খাউৎশিন্নরমই। "ঐ য়েংবা য়াবা খরা য়েংগে-"

মহাক চিংলেম্না তুমিন্না লৈরমই।

"মীনাইগা লোয়ননা চংমিন্নবা য়াগনি", মহাক শোন্থাংননা হায়রমই, মগুক হাইরপ তৌরদুনা।

মীনাইনুপীবু কৌরমই, মহাক্না পোইরোৎপু দলালগী মথক থংবা কাদা লমজিংলমই। ঐ ইশামক মশক মতৌ ফজরবী অমসুং মরাইবক থীরবী নুপী অদুগা লৈমিন্নরমই। ৱারী শাশিরা নত্রগা তুমিন লৈশিরা খল্লুবদা য়াম্না লুরবা তাঞ্জা অমা থোক্লমই। ঐনা ইচম-চম্না মরি লৈনবা, ৱাহং খরা হংলমই মদুদা মহাক্না মওং তাদনা পাউখুম পীরক্লমই অমসুং মিনিট খরগী মনুংদা পোইরোৎ ঐখোয়গী নাক্তা য়ৌরক্লমই।

"নহাক্কি ফজরবা হৌন-লোনচৎ থৌগল্লোনগীদমক্তা থাগচরি, মাদাম। নহাক মখাতানা থৌদোক অসিগী মরিদা থোয়না ৱারুবা দরকার ওইদ্রে। মরি লৈননা নহাক্না নহাক্কি নপুরোইবগী শেল-থুমগী ফিভমদা করিগুম্বা খরা খঙবা লৈব্রা?"

মহাক মকোক হাইরমই।

"খজিক্তং ফাওবা ঐ খঙজদে। ঐ কারবারগী মরমদা জ্ঞান লৈজদবী অপঙবীনি।"

"ঐনা খঙই। অদু ওইরবদি নহাক্কি নপুরোইবনা খুদক্তা তহ্-তহ্না পৈশা তুংশিল্লম্বগী মরম লংলা-লংজিন হায়বা ঙমবিরোইদরা? মাঙজৌননা মহাক মদু তৌরমদবগী মরম, ঐ ফজনা ভাব তাবা ঙম্লে।"

"ফরে, ঐখোয় অনী চহি অমা খরা হেনবা অদুৱাইদা লুহোংখিরমই। অদুগা করিগীদমক্তা মহাক্না চাউরবা পৈশা তুংশিল্লম্বা, মরমদি মহাক্না পুক্লিং চপ-য়ুংনা মহাক থুনা শিরগনি খঙবনা মরম ওইগনি। মহাক ইকুই কুইদনা পুন্সি লোল্লগনি হায়বগী মাংজৌনবা ৱাখল মশাদা লৈরমই। ঐগী ৱাখলদা ফাওরকপা ৱাফমদি মহাক ঈ ওদুনা তশেংনা শিখিবনি, মানসু মদু খঙবা লৈরমগনি অদু নত্তবা খুৎশিদি য়াম্না শাখিবা ওইরমগনি। ঐনা অদুগুম্বা অকিবনা থল্লবা ৱাফমশিং অদু থৈদোক্লবা কন্না হোৎনরমই অদুবু অরেম্বা তাখিরমই। অঙকপনি! মহাক অরোইবদা পুমচুম চুল্লমই।"

মমিত্তা মপী শিন্থরদুনা, মহাক্না য়াম্না চিংলেম্না বিদায় পীরমই। পোইরোৎনা মানা হৈনজবা শাজৎ-নাওং উৎলল্লগা ঐখোয় লম্বীরোমদা পুল্লপ্লা থোরক্লমই।

"নুংশিরবা মরুপ, ওইরিবা খুদিংমক অদুনি। লগুন্দা হনবা তারেদনা, ঐগী মরুপ, কেশ অসিনা তাকপদি উচি মখুলদা উচি লৈরমদবগা পাঙখক্লি। অমসুং অদুমওইনবমক -

"অদুম ওইনমক হায়বদি করিনো?"

"হায়রপ নাতে চাদবা, অদু খক্তনি! নহাক মদু খঙদব্রা? নং খঙব্রা? হৌজিক ফাওবা পুন্সি হায়বা অসিদি নাতে চাদবনা থল্লি, পৈশা তুংশিল্লিবা মীওই মশাগী থৱাই মতোমতা মাঙহঞ্জবা

ঙম্বা হৌনদে - হুসু লৈবা নত্তে, মদুনা মরম ওইদুনা মচিন্দা ঈ থল্লা থোকপা ঙম্বা নত্তে, নত্তে ঐ ইশামক্তা অচুম্বা মরমশীদমক্তা চঙজরবনি, পুম্নমক অসি তক-তরুরে মাংদা তারিবা ফিভম অসি অদুবু মহাক অদু কনানো?"

নহা মরেপ বাংবা অমনা ঐখোয়রোমদা চুমগ্রিং চংশিল্লক্লমই। ক্রোম্পিক্লমগী ঈশিং-নুংশিংকি মরমদতা ঙাংদুনা লৈবা, মশা পারপ-তৌনা বাংবা পিথ্রাইগী মচুগুম্বা মায়থোং পানবা অদুগা য়েংবদদি নুঙাইতবা তৌদবা নহা অমা করিগুম্বা ঈঙ্গিৎ অমত্তা পীবা তৌদনা ঐখোয়গী নাক্তা লাক্লমই। লৈমাইথক্তা তাবা উনা শিত্তুনা লৈরম্বা লৈখোং শোম্বা নুপা অমনা মহাক্কি থবক অদু মীনিটমুক লেপ্তুনা লৈরমই অমসুং পোইরোংনা থুনমক নুপা অদুগী নাক্তা চংশিল্লমই।

"ঐঙোন্দা হায়বীগদ্রা, ঐনা নহাকপু খুরুমজরি, নুপা অসি কনা ওইরবনো? অদোম মাহাকপু খঙবিবরা?"

"ঐহাক মহাক্কি মমিং নিংশিংবা ঙমজদ্রে, স্যার, ঐনা তাখিবা লৈরবসু। হৌখিবা চয়োলদা মহাক মফম অসিদা লাক্কুনা অহিং অমা লৈরমই। নুখি অদু লৈবাকপোকপা ওইরমই।"

"থুনা থৌরাং তৌবো, চান্নববা মরূপ, ঐখোয় মাগী মতুংইন্নদুনা অবেপ্লা খঙনবা হোৎনসি।"

ঐখোয় য়াম্না থুনা চৎথ্রিবা মী অদুগী মাইকৈরোমদা চঙশিল্লমইল, ফিমু শেংপা মীওই অমগী মুর্ত্তিগী মমি লম্বীগী চিদাইদা লৈবা ফক্লাংদা তাবমই; য়াম্না থুনা মহাক মাইকৈ হোংখিবমই হাইবসি ঐখোয়না মতুংইন্নবদগী খঙলমই, মরম অদুনা ঐখোয়না মহাক্তা শোয়দনা উন্নবগনি হায়বগী অবেপ্লা লৈবমই।

মিষ্ট্রেস মালত্রভর্স মহাক্তা লেপ্লিবা মফম অদুমক্তদা ফিভম শেমদুনা লৈবমই অমসুং মহাক্কী মাইথোং অদু মীনা য়েংবদা খঙবা য়ৌনা তাইফেৎ তাইরমই।

"নহাক্লা" মহাক্লা শ্বোব ফুনগৎনা হাইবক্লমই। ঐনা খনবদদি নহাক সমুদ্রগী ঈশিং লম্বেলদা - ইষ্ট আফ্রিকা চৎলুবরা?"

"ঐবু পম্থহন্দুনা থম্বা উকিলদগী পাউ খরা পুবক্লমই" হায়দুনা নহা অদুনা শুগাইনা হায়বক্লমই। "ঐগী হোটলেগুদা লৈবা খুরা ইখং খংহৌদনা শিখিবমই অমসুং ঐঙোন্দা মাগী পৈশা খরা থম্লম্লমই। খুদক্কি ওইরিবা ফিভম্না ঐনা চৎকে খল্লিবা খোঙচৎ ককথৎপনা ফবে খল্লে। অদুগী মতুংদগীদি ঐনা খবরদা অসিগুম্বা অৱাবা থৌদোক অসি থেংনকব্বনা মরুওইদুনা নহাক্কি নফমদা ঐনা ঙমজবা করিগুম্বা খরদং ওইরবসু তৌবা ঙমগদ্রা খন্দুনা মফম অসিদা লাকচবনি। কনাগুম্বা খরনা নহাক্কিদমক্তা য়ামদ্রবদা য়েংশিনবিবা নহাক্লা শোয়দনা পামগনি।"

মখোয়না বারী শান্নবিঙৈ মীকুপ্তা ঐ লাক্কে হায়বসি খঙলে। পোইরোং মাংদা চংশিল্লগা হোল মনুংদা মহাক্কি চৈশু কাউরম্লে হায়দুনা নোল্লুক্লা হায়জরমই। হায়রপ য়ানিং য়ানিংদনা নহা অদুদা পোইরোংপু মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্সনা শক্তাক্লমই।

"ইকাইখুম্নজরবা পোইরোৎ, কেপ্টেন ব্রেক্কি।"

মিনিট খরা ব্বারী শাবনা ম্নরম ওইদুনা কেপ্টেন ব্রেক হায়রিবা নুপা অসি এনকোর ইনদা লৈরে হায়বসি খঙবা ঙম্নমই। মাংখিবা চৈশু অদু ফংবা ঙম্নমদে (থোইদোক্লা ঙক্লিঙাই ওইদে) পোইরোৎনা মাবু ঙাকশীনবা হন্না হায়জরম্নগা অদুম থোরক্লমই।

ঐখোয়না খুঙ্গংদা হম্লক্লনা মতম শাংলপ লৈরমই অমসুং পোইরোৎনা এনকোরইন্দা মিৎয়েং থমদুনা হয়িংখোইগী লম্বেল য়াৎলমই।

"ঐখোয়না মফম অসিদা ঐখোয়গী মরুপ কেপ্টেন হঞ্জিল্লক্লিফাওবা ঙাইবা তাবনি," মহাক্লা শুগাইনা হায়রমই। "নহাক্লা খঙলিবদুনি, ঐখোয় লন্দন্দা অহানবা রেলগাড়িদা তোংদুনা, হল্লক্লবগী মরমদা চেকশিন্না হায়খিবা নত্তা? ওইথোকপা য়াবা মরমদি ঐনা অসুম্না খল্লি। অদুবু নত্তেনে - মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্স মহাক্লা ব্রেক কৌবা নহা অদুদা য়েংবা মতমদা, মহাক্কি মাইথোংগী মরমদা নহাক করি হায়না পুক্লিংদা খনবগে? মহাক তশেংনা নিঙবা কাইরমই, অমসুং মহাক, ঐগী নুংশিরবা মরুপ, মহাক্তি নুপী অসিবু য়াম্না থাজজবা, নহাক মতৌ অদুগুমদুনা খন্দবরা? নহা অদু মিষ্টর মালত্রাভর্সনা শিগদবা নোংমা ব্বাৎলিঙৈগী মমাংদা - হায়বদি লৈবাকপোকপগী অহিংদা মফম অসিদা লৈরমই। ঐখোয় কেপ্টেন ব্রেক্লা তৌবিবা থবকশিংদা থীহুম্বগী থবক চত্থবা তাবনি, হেস্টিংসা।"

চাউরাক্লা পুং অমগা মখাইরোম চংনা মহাক্লা লৈরিবা ইন অদুদা চঙদুনা কুপ্না য়েংশিল্লমই। ঐখোয়না থীহুম্বগী থবক তৌরিবা কা অদুদা চংশিল্লগা মাঙোন্দা হংবা য়াবা ব্বাফম কয়ামরুম হংদুনা তকখৎলমই।

"ঐহাক্লা মফম অসিদা লাকপগী মরমদি কেপ্টেন ব্রেক্তগী হংবা য়াবা ব্বাফম কয়া মরম লৈবদগীনি" মহাক্লা শন্দোক্লা হায়রমই। নহাক ভাব তারেদনা, ইকাইখুম্নরবা কেপ্টেন, - মিষ্টর মালত্রাভর্স শিদ্রিঙৈগী মমাংদা মহাক্কি পুক্লিংগী খল করম তৌরম্বগে হায়বসি খঙনবা নহাক্কি মফমদা খুদক্তা লাকপনি, অদুগা লোয়ন-লোয়ননা মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্সতা মরমচাদনা অব্বাবা পীগে হায়বসু ঐহাক খল্লমদে। নহাক্লা মফম অসিদা থোক্লিবা থৌদোক অসিগী মমাংমক্তদা থুংলদুদা লৈরে, নহাক্লা মরী লৈননা য়াম্না মরিক চুম্বা পাউদম কয়া পীবা ঙমগনি।"

"নঙোন্দা ঐহাক্লা পীবা য়াবা মতেং পীজগনি, ঐনা হাযরিবা ব্বাফম অসি শোইদ্রবনি," নহাওইবা সিফাই অদুনা পাউখুম পীরক্লমই। "অদুবু ঐনা কিরিবদি ইচমচম্বা, ব্বাফম নত্তনা ঐ করি অমত্তা খঙদে। নহাক্লা খঙবিগনি মালত্রাভর্স হায়বসি ঐখোয়গী লমদমদা লৈবা মীশিংগী লিরবা মরুপনি, ঐদি মাগী মরমদা মমুত্তানা খঙদে।"

"নহাক মফম অসিদা করম্বা মতমদা লাকখিবগে?" "লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা মতুং। ঐ য়ুমশকৈশ নুমিৎকী অয়ুক্তা সহরদা লাকখিরমই, ঐগী হী অদু নুমিৎয়ুংবদা তিলব্বারীদগী হোল্লকখিবনি। তৌইগুম্বসুং ঐনা করিগুম্বা পাউ খরা তাবনা মরম ওইদুনা হান্না পাংথোক্কে

খল্লস্বা থৌরাং থাদোকপা তারমই অমসুং নহাক নশামক্লা মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্সতা ঐনা শুগাইনা পাউতস্বা তাবিরমগনি, ঐ ফজনা ভাব-তারমই।"

"হোয় চুম্মি, ঐহাক লাঞ্জাওগী মতমদগী মফম অদুদা লৈরক্লি-চাউত্রবা লৈবাক্লি।"

"থাঙ্গৈশেংনা হায়রবদা লৈবাকপোকপা নুমিৎকী নুমিদাংদা চাক্রেন চাবা মতমদা শান্নখিবা ব্রারী অদুগী মরম করি ওইরমই?"

"ওঃ ঐ খঙদেবো। মহৌশাগী ওইবা অরিবা ব্রাফমশিংগী ব্রারীনি। মালত্রভর্সনা ঐগী লমদমদা লৈবা মীওইশিংগী মরমদা করম্বা ফিভমদা লেপ্পিবগে হংলমই, অদুগী মতুংদা জর্ম্মনশিংনা ক্ষতিপূরন লানগা মরি লৈননা শীবগী অমসুং ইষ্ট আফ্রিকাগী মরমদা মিষ্টর মালত্রভর্সনা ব্রাহং কয়ামকম ঐঙোন্দা হংলমই, ঐনা মাঙোন্দা চহি অমা নত্রগা অনীদা থোকখিবা ঐনা খঙবা মখে লিদুদা তাহল্লমই।"

"নহাকপু থাগচ্চরি।"

পোইরোৎ মীকুপ খবগী ওইনা ব্রা ঙাংদনা তুমিন্না লৈবমই, অদুগী মতুংদা চিংলেম্না হায়বকলমই: "নহাক্কি অয়াবা লৌজরগা, ঐনা চাংয়েং খবদং তৌবা পামজে। নহাক্লা ঐখোয়দা ব্রাখলনা লাম্বা ফংবা ব্রাফম কয়া তমদুনা তাহল্লে, ঐনা হৌজিক মমিগী মওংদা লৈবা শেংফাত্তবা ব্রাফম খরা খঙবা পামই।"

"নুংগী ওইবা বিজ্ঞ্যানগী পাম্বৈনা নৈনববা?" ব্রেক্লা মপাঙ্থোক্লা পাখৎপা উত্তুনা হায়বমই।

"হেরা নত্তেদা," পোইবোৎনা চেৎশিন্না হায়বমই। "নহাক খঙলেদনা, ঐনা হায়রিবদি ব্রাফম অসিনি। ঐনা ব্রা অমা হংলমই, নংনা অতোপ্পা অমা ওইনা পাউখুম পী অসুম তৌদুনা। ব্রাহৈ অমা হেক্তা, নহাক্লা অহানবা খল্লম্বা ব্রাফম অদুনি। ঐখোয় হৌজিক হৌরশিরা?"

"য়াম্না ফরে," ব্রেক্লা তপ্না হায়রমই, অদুবু মহাক য়েংবদা হৈনদনা উরমই। "ব্রাহৈশিং অসি চেদা ইশিল্লু, চানবীদুনা, হেস্টিংস," পোইবোৎনা হায়বমই। অদুগী তুংদা মহাক্লা ফুরিৎখাউদগী তরমুজ মমাই মানবা ঘড়ি অমা লৌথোরক্লমই টেবলদা মহাক্কি মনাক্তা থমই।

ঐখোয় হৌজিক হৌরশি।

"নুংথিল"

মিনিট অমা তুমিল লৈরল্লগা ব্রেক্লা পাউখুম পীরক্লমই:

"নুমিদাং"

পোইরোৎনা মখা তারমই, য়াম্না থুনা মহাক্লা পাউখুম পীরমই।

"মীং" পোইরোৎনা হায়রমই।

"মফম"

"বার্নাড।"

"শো।"

"লৈবাকপোকপা।"

"চাকল্লেন"।

"খোংচৎ।"

"জহাজ"।

"উগনদা।"

"ব্রারী।"

"নোংশা।"

"রুক কাপ্পবা নোংমৈ।"

"লৌশং।"

"কাপ্পা।"

"আত্মাঘাৎ।"

"শামু।"

"শামুময়া।"

"পৈশা।"

"উকিলশিং।"

"থাগচ্চরি নহাকপু, কেপ্টেন ব্লেক। নহাক্কি মতম খরদং চাউবাক্লা পুংখাইমুক কায়থোকপীবগীদমক।"

"অরেপ্পনি," নহা ওইরিবা সিফাই অদুনা মাঙোন্দা ঙক্কুনা য়েংলমই অমসুং অদুগী তুংদা পীশুম তৈথোক্লগা চৎলগে হায়দুনা হৌগৎলমই। "অমসুং হৌজিক্তি, হেস্টিংস," পোইরোৎনা হায়রমই, ঐঙোন্দা মোমোন নোক্কুনা য়েংলগা থোংজাও থিংজিল্লমই। "নহাক লোয়না খঙলেদনা, খঙদ্রিবরা?"

"নঙনা খল্লিবা ব্রাখলদু ঐহাক লাম্বা ফংদে।"

"অদুগুম্বা পোৎকি মমিং পরেং অমা পীখিবদুনা নঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা খঙহনবা তৌদবরা?

ঐনা-অচুম-অরান নৈন্নরমই, তৌইগুম্বসুং মদুনা ঐবু কোক ঙাওহল্লমই। "ঐনা নঙোন্দা মতেং পীগনি। অহৌবা ওইনা ব্লেক্লা মতম থুগাইবা তৌদনা পাউখুম পীরক্লমই, রকশিবা তৌরমদে, মসিনা মরমওইদুনা ঐখোয়না মহাকপু মশাগী মরাল লোৎশিনবা হৈতবা মীনি হায়না লৌবা য়ারে। 'নুংথিলগী' 'অহিং' অমসুং 'মফম'দগী 'মমিং' পুম্নমক মশাগী কোন্নজবা ব্রাহে মক্তনি। ঐনা থবক হৌবদা বারনারর্ড পন্দুনা হায়, মদুনা তাকপদি লমদম অদুগী ডাক্তর অদুবুনি; মহাক্লা য়ামদ্রবদা উন্নরমগদ্রা খনবনি। প্রমান্না ফংবদি মহাক তৌরমদ্রে।

ঐখোয়না হুন্দক মহাক্না লোয়ননা ৱারী শারবা মতুংদা মহাক্না ঐঙোন্দা পীরমই 'চাকলেন' তৌইগুম্বসুং 'লৈবাকপোকপা', 'খোংচং', লৈবাক' পাউখুম্না 'জহাজ' অমসুং 'উগনদা' মদুনা তাকপদি মহাক মপান লৈবাক্তা লম কোইবনা হেন্না নুঙাইবা পোকপা; মশাগী মরৈবাক মনুংদদি মরুওইনা য়াম্না তোয়না মফম অদুদা লাকক্তবা মীওইনি। চাকলেনগী মতমদা মরুওইনা শান্নবা ৱারীদি নোংশাগী মরমদা ওইগনি। ঐনা রুক রাইফলগী মতাং চখরকপদনা মহাক্না ওন্ন-তৈনবদা ইথা-থাজদনা 'ফার্ম' হায়বা ৱাহৈনা পাউখুম পীরমই। ঐনা 'কাপ্পা' হায়বা ৱাহৈ অসি পনবা মতমদা মহাক্না 'আত্মাঘাৎ' হায়বা ৱাহৈনা পাউখুম পীরমই। লোইনরিবা ৱাহৈশিং অসি তশেং-তশেংলে। করিগুম্বা ফার্মগী মফম অমদা নুপা অমনা রুক রাইফলনা কাপ্তুনা আত্মাঘাৎ তৌই হায়বসি মহাক খঙই। নহাক্না নিংশিংগদবা ৱাফম্না, নাহা অদুগী পুক্লিং অদুবু চাক্লেনচাবা মতমদা শান্নখিবা ৱারীনা হৌজিক ফাওবদা খুদুম চন্দুনা লৈরমই, ঐনা খল্লি, নহাক ঐহাক অচুম্বা, মফমদগী পংথাপ থাপত্রে হায়বসি নহাক য়াগদবনি। ঐনা কেপ্টেন ব্রেক্না উন্নদুনা নৌহৌননা আত্মাঘাৎ তৌখিবগী শন্নপ্পা অমসুং লৈবাকপোকপগী নুমিদাংদা চাকলেন চাবা মতমদা শান্নখিবা ৱারী তারবদি ওইথোক্কনি।

ব্রেক ৱাফম অসিগা মরী লৈননা অথিংবা লৈতনা চুমথ্রিং ঙাংবা মীওইনি। "হোয়, ঐনা হায়গে হায়না খনবা ৱাফম খুদিংমক নখোয়দা লোয়না তম্লে। মরুপ অদু ফার্মদা মতোমতা নোংমৈনা কাপশিঞ্জদুনা শিবনি। মদু মহাক্না রুক রাইফল শিজিন্নদুনা চিনবানগী মথক থংবা শরুক্তা কাপ্পনি অমসুং গুলি অদুনা থোগ্তা চংখিরমই। ডাক্তরশিংনা অরোইবদা চমন্নফম থোক্তে-মচিন্দা ঈ খরা নত্তনা করিসু উরমদে। অদুওইরবদি করি ওইগনি?

"করি হায়ববু মিষ্টর মালত্রাভর্সতা থোক্লিবা দসা অদু নত্তবরা? নঙদি খঙদে, ঐদি খঙই রুক রাইফল দু মহাক্কি মনাক্তা তাদুনা লৈরমই।"

"নঙনা খল্লিববু ঐগী ৱারীশিনা মসামক্না পাংথোকচবনি সিরা-ইস, মদুমক্তি অৱাবগী মশক্নি।"

"নশামক ৱাবা তৌরুগনু- থৌদোক অসি অমা নত্রগা অতোপ্পা অমা ওইরম্লগনি। ফরে, ঐহাক লণ্ডন্দা টেলেফোন অমুক্তা তৌরুখিগে।" পোইরোৎনা ফনকুইনা টেলেফোন্দা ৱারী শারুরবা মতুংদা য়াম্না ৱাখল খন্দুনা হল্লক্লমই। নুমীৎয়ুংবা মতুংদা পোইরোৎ মশা মতোমদমক কোইথোক্লমই, নুমিদাং ৱাইরম পুং ৭ তাবদা হল্লক্লগা অসুম্না থুনমক নহা ওইবী লুপ্তাবীদা পাউ পীফম থোক্লে। মহাক্কিনি হায়বা করিগুম্বা অমত্তা খাকহৌদ্রবি অদুগীদমক্তা ঐগী পুক্লিংদা মীনুংশিনা থল্লমই। মখুত্তা পৈশা অমত্তা য়াওদনা হিংবা লোয়ননা অমসুং মহাক্কি নুপা অদুসু মতোম্নতা আত্মাঘাৎ তৌদুনা শিজন্নবা হায়বসি খাওফম খঙদ্রবা লুন্নবা পোৎলুম, মহাক্তা নত্তনা অতৈ নুপীশিংদসু পুবা ঙমফম থোক্তবনি। ঐনা নুংশিনা পামজনা খনবা অরোনবা আশা, অদুমওইনমক নহা ওইরিবা ব্রেক্না নুপী অদুগী অহানবা অৱাবা

থৌদোক থোকখ্রবা মতুংদা থেমজিনবীবা ওইগনি। মহাক্না মহাকপু খমথেংনা পামজরমগনি হায়বগী খুদম ফংলমই।

ঐখোয়না নুপী অদুগা উন্নদুনা ব্রারী ব্রাতাই শাবা হায়বসি য়াম্না থম্মোয় শোকনিঙাইহনি। ব্রাথোক অসিগা মরী লৈননা পোইরোংনা থিজিনবগী খুম্মাং চাউশিল্লকপা খোংফমদা নুপী অদুনা লাম্খিনা থাজৌ য়াগন্দবা অদুগা মমৈথংদা মহাক্না অচুম্বা মরম উরগা নিংবা কাইরমই অমসুং মহাক কপ্পমই। শিপ্পবা মী অদুগী হকচাং চাংয়েং তৌরুবদা চিংননিঙাই ওই হায়বসিমদি শোয়দ্রে। পোইরোং মরাইবক থীরবী নুপী অদুগীদমক্তা য়াম্না ব্রারমই, অদুবু পুম্নমক খল্লুরগা, মহাক ইন্সুরেন্স কম্পনিনা নেক্লকপনি, অমসুং মদুদা মহাক্না করি তৌবা ওম্বা? চৎলগে খন্দুনা থৌরাং তৌবগা লোয়ননা মহাক্না মিষ্টর মালত্রাভর্সতা ইংনা তপ্না হাইরমইঃ

"মাদাম, নহাক অমসুং তিল্লিবা মীয়াম্না খওগদবদি মসি অশিবা নত্তেবো!"

"আদোম্না করি ব্রাখল লৈবিদুনা?" মহাক্না হায়রমই মমীৎ লাউথোক্লদুনা।

"নহাক করিগুম্বা মতমদা অশিবা মী অমসুং ভুতকুম্বগা ব্রারী ব্রাতাই শাবদা শরুক লৌখিবা য়াওখ্রবা? নহাক্না হীরম অশোমদা কদাইফাওবা চুম্মী হায়না খনবীবগে?"

"মাদমা, ঐনা নওোন্দা হায়দুনতা লাকখিবনি। তশেংনমক নহাক ভুত প্রেতকী মরমদা অচেৎপা থাজবা লৈবিবরা?"

"মাদাম, ঐ তৌথোক্লুংথোক্তবা থবক খরা উরে। নহাক্না খওলিবা অদু মওাই মীনা হায়নবদা হায়রিবা য়ুম অসি অদুগুম্বা অওকপা থৌদোকশিংনা চাক্তাদুনা লৈরে?" নুপী অদু মওক হায়রমই, হায়রিবা মীকুপ্তা য়ুমগী অকে-অমৌ শেন্নবী মীনাইনুপীনা চাক্লেন থৌরাং তৌরে হায়দুনা পাউ পীরক্লমই।

"ঐখোয় কুইনা পোখাদুনা লৈরগুমসি, করিগুম্বা খরা চাবা থকপা তৌরসি?" ঐখোয় হরাউ হরাউ য়ারমই। ঐনা খল্লমই ঐখোয় মফম অসিদা লাক্পনা মরম ওইদুনা মহাকপু অব্রাবা থৌদোক্তগী পুক্লিং থৈদোকপা খরখক্তং ওইরবসু ওম্ফমথোকই।

ঐখোয় সৌপ্ থকপা লোয়শিল্লমই, তাঞ্জাদুমক্তদা মপান্দগী ল্যাউবগী খোঞ্জেল তারক্লম্মি অমসুং কোল্লিক থুগাইবগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা। ঐখোয় খংদুনা চোংখৎলমই। অকে-অমৌ শেন্নবী মীনাই নুপীনা মথবাক্তা মখুৎ থমদুনা।

"মদু নুপা ওইরমই - লমজংদা লেপ্পুনা লৈহৌরি।"

পোইরোং চেষ্ণোক্লুনা য়েংলমই, থুনমক হঞ্জিল্লক্লমই।

"মপান্দা কনা অমত্তা লৈতেনে।"

"লৈহৌদ্রবা স্যার?" মীনাইনুপী অদুনা শোম্বাংননা হায়রমই।

"ইহেঃ, মসিনা ঐঙোন্দা অহৌবগী তাঞ্জা অমা পীরে।"

"মরমদি করিগীনো?"

নুপী অদুগী খোঞ্জেল অদু চিরোলগী মওংদা খঙনেম নেমথখিরমই।

"ঐনা খল্লমই - ঐনা খল্লমই থৌদোক অসি মাষ্টরনা ওইগনি-ঐসু মাঙোন্দা য়েংলমই।"

ঐনা মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্সকী পুক্রিংদা অকিবা ফাওবগী মওং উখোরক্লে হায়বা খঙলমই, অমসুং ঐগী পুক্রিংদা অরিবা লান্না থাজবারোমদা লৈশিল্লক্লমই। নুপী অদুসু অদুগুম্বা ৱাখলনা চাক্তারে হায়বা ঐঙোন্দা অরেপ্পা লৈরমই, মিনিট অমগী মতুংদা নুপী অদুনা কন্না লাউরকপা খোঞ্জেলদা পোইরোংকী পাম্বোমদা চেংনা কোনশিল্লমই।

"নহাকপু খোঞ্জেল অদু তাখিদবরা? থোঙনাউদা অহুমলক খিনখিবগী খোঞ্জেল? মদুনি নহাক্না মতমপুম্বদা ঐখোয়গী য়ুমগী অকোইবদা চংপা মতমদা খিনবা খোঞ্জেল "অঙ্গুর ম্রনা অদু," ঐনা লাউরক্লমই। অঙ্গুর পাম্বীনা থোংনাউগী মিংশেলদা ফুবনি।"

ঐখোয় খুদিংমক করিগুম্বা মখলগী অরাবা অমা ফাওরমই। অকে-অমৌ শেন্নবী-মীনাইনুপী অদু পাখৎলমই, অমসুং চাক্লেন চাবা লোইরবা মতুংদা মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্সনা পোইরোং খুদক্তা মফম অদু থাদোক্কুনা চৎপীখিগনু হায়জরমই। কনা অমত্তা য়াউদনা মশা মতোমতা লৈবা কীরমই। ঐখোয় অয়ুক্কি পিক্লবা কাদা ফমদুদা লৈরমই। নুংশিৎ কন্না শিৎপা হৌগৎলক্লমই, অমসুং য়ুমগী অকোইবদা হৈনদ্রবা মওংদা নাহেখোল তারমই। অনীরক হন্না থোঙজাউ অদু মপান্দগী থিল্লক্লমই; থোংজাও অদু তপ্পা হাংদোরক্লমই। তৌরিবা থৌদৌ অদুদা মহাক কিরদুনা ঐঙোন্দা খোর ফুঙ্গৎনা কোনশিল্লক্লমই।

"ইশঃ মসিগী থোঙ অসিদি, মসিদি হীংচাবী ওইরেদনা!"

পোইরোং শাউনা হায়রক্লমই। মহাক পন্দনা হৌগৎলমই অমসুং অমুক হন্না থোঙ থিংজিল্লমই, শোজৈনা ৱাইখুদা লৈশিল্লমই। "ঐনা অসুম্না খিঙ্গদবনি!"

"অদুমহায়না তৌবীগনু," মহাক নুংশাখোর ফুল্লপ্পা হায়রমই, অদুম তৌরবদি অমুক-হন্না হাংদোরক্লগনি -"

অমসুং মহাক্না অসুম্না ঙাংলিঙৈগী তাঞ্জা ফাওবদা ওইথোক্তবদু অমুকহন্না থোক্লমই। শো-লোল্লিবা থোংজাউ অদু তপ্পা হাংদোরক্লমই। ঐনা ফল্লিবা মফমদুদগী লমজংদা য়েংবদা উবা ফংলমদে তৌইগুম্বসুং নুপী অমসুং পোইরোত্তি মুর্তি অদুগা মায়োক্লরমই। নুপী অদুনা পোইরোত্তা ওনশিল্লগা য়াম্না শাংনা লাউরমই।

"নহাক উরেদনা মাহাকপু-অদু আদা লমজংদা লৈরিবসি?"

মহাক্না লাউরক্লমই।

মুর্তি অদুনা নুপী অদুদা অঙকপা মওংদা য়েংদুনা লৈরমই, অদুগী তুংদা মঙক হাইরমই। "ঐনা মহাকপু উরমই-ঐগী ইপুরোইবা-নহাকসু মহাকপু উরমগনি?"

"মাদামঃ ঐ করিগুম্বা অমত্তা উদে। নহাক নশাগী ফিভম ফত্রে-ইপা পাখৎলে। "ঐ মপুংফানা ফরি, ঐ- হ ঈশ্বর!"

খুদক্তা তাক্লন্না তৌদনা, থাল্লিবা থাউমৈ থক-থক নিক্লমই অদুদগী মুৎখিরমই। অমস্না মরক্তা হৌরবা খোঞ্জেল কয়া নিল-খোংলমই। ঐনা মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্সকী নাহেখোল তারমই অমসুং অদুগী তুংদা ঐনা উরমই।

মথক্কি কাদা ফমুংমথক্তা লৈরিবা নুপা অদুনা ভুতকী মুৎশি-মুৎশিবা মৈঙালগা লোয়নননা ঐখোয়দা মায়োক্লদুনা লেপ্লমই। মচিন্দা ঈ তৈরদুনা মখুৎ য়েৎ তিংথোক্লগা ঐখোয়দা খুদোম্নী থিল্লমই। খুদক্তা খঙঙাল ঙাল্লকপা মভাল অমা মাইকৈ অদোমদগী চংশিল্লক্লমই। মৈঙাল অদুনা ঐ, পোইরোৎ অমসুং মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্সকী মথক্তা লান্দুনা চৎলমই। ঐনা নুপী অদুগী ঙৌনা তাইফেৎ তাইরবা অকিবা মাইথোং চেনবা উরমই, হেঞ্জিনবা মওংদা!

"হেঃ ঈশ্বর, পোইরোৎ।" ঐনা হায়রমই, "মহাক্কি য়েৎথংবা খুত্তু য়েংউ, নুপী অদুগী য়েথংবা খুৎ। শিদি পুমঙাং ঙাংলে!"

মশামক্কি মমীৎনা ঈ অদু উরমই, অমসুং মহাক মপৈ ওইনা ব্রাষ্টদুনা তাবমই। "ঈ, মহাক্লা শাবৈগী মওংদা হায়রক্লমই, "হোই, মসি ঈনি। ঐনা মহাকপু হাৎপনি। ঐনা হাৎপগী থবক পাংথোকখিবনি। মহাক্লা ঐঙোন্দা মতৌ করম্লা তৌগদগে হায়বদু উৎলমই, অদুগী তুংদা ঐনা-ঐগী খুৎ নোংমৈগী ত্রিগরদা থম্লমই অমসুং কন্না নমশিল্লমই। ঐবু কনবিয়ু, ঐবু মাঙোন্দগী কনবীয়ু! মহাক হল্লক্লে!"

মহাক্কি খোঞ্জেল অদু শ্বোর ফুঙ্গৎনা পীকথখিরমই।

"মঙাল," পোইরোৎনা য়াম্না তনান্না হায়রমই।

মায়াগী শক্তিনা তৌবগুম মৈ ঙাল্লক্লমই।

"মদুনিদো", মহাক্লা মখা তারক্লমই। "নঙ তারেদনা, হেস্টিংস? অমসুং নহাক, ইভরেৎ? ও: অসুমতৌদুনা, মসি মিষ্টর ইভরেৎনি, হাইরপ্লা লিয়েটরগী লমদা মমীং চৎলবা। ঐনা ঙসিগী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা টলেফোন তৌদুনা হায়খিবনি। মহাক থিয়েটরগী ম্যেকউপ ফজনা হৈ, মদু ওইদবরা? অশিবা মীগা চব-মান্ননা, ফুরিৎখাউদা হাপ্লা য়াবা টোর্চলাইট লোয়নননা ফোসফোরেসেংস, য়েংবদা নুঙাইরবা থৌবাং ঙাক্তনি। ইনসপেক্টর জাপ থোঙনাউগী মপান্দা লৈরমই। য়াম্না ফিভম ফত্তবা অহিং ওইরমই-অদুবু মহাক মতম কয়া মাংনা থোংনাউদা হন্না হন্না থিন্দুনা লৈরমই।"

"নহাক খঙঙেদনা", পোইরোৎ মখা তারক্লমই, ঐখোয়না তরু-তনানা নোং অমসুং নুংশিৎকি মরক্তা চৎপা মতমদা, "করিগুম্না অহোবা ব্রাফম খরা লৈরমই। ডাক্তর অদুনা শিরিবা নুপা অদুবু খৃষ্টিয়ান সাইন্টিস অমা ওইনা খনবগুবম তৌই। মদুনি হায়বগী মমি মাগী ব্রাখল্লোন্দা উবা ফংই। অদুবু মিষ্ট্রেস মালত্রাভর্সতি? অদুবু নুপী অদুগী মত মতুংইন্না মহাক্কি মপুরোইবগী হকচাংগী ফিভমদা ডাক্তরনা চিংনবা ফাওরমগনি খল্লি। অমুকহন্না নহা ওইরিবা সিফাই ব্রেক্লা নুপী অদুগী মনাক্তা লাকপা মতমদা অসুক্কি মতিক নুপী অদুনা নিংবা কাইবগী

মরম? অমসুং ইকোন-কোনবদনা চৎমবীগী মরমদা ঐনা খঙবা লৈরগস নুপী অদুনা য়াম্না চাউখৎপা মতৌদা তৌশিন্নবা অন্না-তেংথাখোল মহাক্কি মপুরোইবগীদমক্তা আইনগী মীৎয়েংদা উবা ফংলমই, ঐদি অসিগুম্বা মাগী থারবা মীৎপান্দা পী তাশিন্নবদা থৌশাবা পোক্লমদে! নহাকপু পুন্নমক অদু উদবরা, হেস্টিংস? নত্তবরা? ঐনা মতমপুম্বদা নঙোন্দা হাই, নহাক করি অমত্তা উবা ঙমদে!

"ফরে, ওইরক্লিবা ব্রাফমদি অসিনি। ওইথোকপা য়াবা মরম অনী লৈরমই। ব্রেককি ব্রারীনা তাকপদি য়াম্না লায়বা মওংদা মিষ্টর মালত্রাভর্স আত্মাঘাৎ তৌদুনা শিবনি, অতোপ্পা থৌদোক অদুবু তাহৌবা মী লৈবা তারগনা, নুপী অদু, মহাক্কা উবনা নুপা অদু য়াম্না লায়বা মওংদা মীনা হাৎপনি? ঐ ইশামক্কি মতুংইন্না অকোনবগীসিনা মাইকৈশোমদা লুম্না লৌরে। মশা মতোম্নতা কাপ্পুনা শিজবনি হায়বসিনা তাকপদি, মহাক মশামক্কা নোংমৈগী ত্রিগর অদু মখোং খোংশানা চিংবা তাবনি-য়ামদ্রবদা ঐ অসুম্না খল্লি। হৌজিক মিষ্টর মালত্রাভর্স মখোংদগী বুট নাম্মা লৌথোকখিবা থোক্লবদি, ঐখোয়না কনাগুম্বা মীওইদগী অরেপ্পা ব্রাফম তারমগনি। অদুগুম্না নাতৈচাদবা থৌওংগী মরমদা পন্নরমগদবনি।"

"নত্তে, ঐনা হায়বগুম্না, আত্মাঘাৎ নত্তে, কনাগুম্বা মী অমনা হাৎপনি হায়বা মাইকৈদা লুম্না লৌরমই অদুবু ঐনা খঙঙমই মদুদি ঐগী ব্রাখল্লোন অসিবু মতেং ওইনবা প্রমাণ ওইবা মমী মপুংফানা লৈতে। অসুমতৌদুনা পাকচাউপ্রবা নুঙাইবা থৌদোক্কি লিলা মচা অমা ঙসিগী অহিংদা শান্নখিবা নহাক্কা উরিবদুনি।"

"হৌজিক ফাওবদা ব্রাথোক অদুগী মতাংদা অকুপ্পা মরোল পুম্বা ঐ উবা ঙমদে", ঐনা হায়রমই।

"ঐখোয় অহৌবদগী নৈনদুনা য়েংশি। মফম অসিদা মশানা তৌরিবা থবক চুমই হায়না লৌবা অমসুং ফজনা থৌরাং তৌরবী নুপী অমা লৈ, মহাক্কা মপুরোইবগী শেল-থুমগী ফিভম খুদোংথিবা মওংদা লৈরে খঙবী, চহিদা লাম্বা নত্তবা হেন্না অহল ওইশিল্লবা মপুরোইবা অদুগীদমক চোকথবা ফাওরবা পৈশাদগী খল্লগা লুহোংলকপা, মশাদগী খল্লগা লাইফ ইন্সুরেন্সতা চাউরবা শেনফম অমা মপুরোইবদা থম্নবা তক্লবা অমসুং মতুংদা মানা খল্লিবা থৌরাং পাংথোক্লবা উপাই থিবা। মাঙোন্দা খুদোংথিবা থৌদোক অমা পী-মদুদি নহা ওইরিবা সিফাই অদুগী অঙকপা ব্রারীশিংনা। মথংগী নুমিৎয়ুংবা মতুংদা, অসুগুম্বা নহা ওইরিবা কেপ্টেন, মহাক্কা খল্লি, অদুনা পাকচাউপ্রবা সমুদ্রদা লৈবা মতম, নুপী অদুনা মপুরোইবগা লোয়ননা য়ুমগী অকোইবদা চৎলি। 'হৌখিবা অহিংগী অঙকপা ব্রারীনা করি ওইখ্রবা কনাগুম্বা নুপা অমনা মশা মতোমতা কাপ্পুনা হাত্তোকচবা ঙমগদরা? ওইথোকপা য়াই হায়বগী মরম ঐঙোন্দা উৎলু!' মরাইবক থিরবা অপঙবদু-মহাক্কা নুপী অদুদা উৎলি। মহাক্কা নোংমৈগী চিন্দোন্দু মহাক্কি মচিল মনুংদা থমই, নুপী অদুনা নোম্বরগা মহাকি খুদোম্বীনা ত্রিগর চিংলমই অমসুং নুপা অদুদা

মোমোন নোক্লুনা য়েংই। ‘অমসুং হৌজিক, স্যার’ মহাক্না থৌগনলোন য়াওদনা হায়, ‘খন্দুনা য়েংউ ঐ হৌজিক ত্রিগর চিংশিরা?’

“অমসুং মতুংদা—অমসুং মতুংদা, হেস্টিংস—মহাক্না মদু চিংই!” ❑

# শাদানবগী য়ুম অমসুং অরোনবা থৌদোক

"পুন্নমক্কি মতুংদা," পোইরোৎনা মচিন্দা শোম্বাংননা শোল্লমই, "ঐ হৌজিকমক শিরোই হায়বগী ওইথোকপা লৈরে।"

ইনফ্লুয়েঞ্জা লাইনাদগী খর-খব ফগৎলকপা মী অমা ওইবনা, কান্নরবা পাকচাউনা উবা ঙম্বা মীৎয়েং উৎনবা ঐনা ব্রাফম অসি হায়রিবনি। ঐ ইশামক লাইনা অসিগী অহানবা চৈথেং ফংখ্রবা মীশক্কি। পোইরোৎ লাইনা অনিা মরম ওইদুনা হকচাংগী ফিভম শোকচিনখিবমই। মকোক্তা শামতুগী শাল অমা য়েৎশিল্লগা মোন্না শৌগত্তুনা ফমুংদা ফন্নমই অমসুং তপ্না তপ্না হিদাক মখল অমা মহাক্কি পাউতাক মতুংইন্না ইশানা শেমজরগা চুপ্তুনা থক্লমই। থাউমৈ মৈঙান্না লৈতেংলবা কাদা হিদাকলিক্কি পবেং অমা তক নতান্না লৈবদু য়েংলগা ঐ নুঙাইবা ফাওবমই।

"হোয়, হোয়", হায়দুনা ঐগী পীক্তকতৌবা মরুপ্না মখা তারক্লমই। "অমুক হন্না ঐ চাউববা হারকুল পোইরোৎ, ফত্তবা তৌবা মীশিংনা ঐগী মীং তাবদা অমসুং ঐবু উবদা মীপাইবা মীশক ওইবা তাবি। খন্দুনা য়েংউ নশামক, চান্নরবা মরুপ, মীয়াম্না ব্রারেম শুবগী ব্রাবেং মতেক অমা ঐগী লৈবে। অদুবু হোয়! মফম অসিদা লৈরেঃ পাদুনা য়েংউ-মীহাৎ মীপুন তৌববা মবাল লৈরবা কাংবুনি-লোইনা মপান থোবক্লে! হায়কুল পোইরোৎ ঐবু থাজৌ, লৈশাবীশিংগী মরক্তসু, হায়কুলস কুম্বা খরা লৈরে! ঐথোয়গী সমাজদা লৈরিবা মপুংফাদ্রিবা তৌশিন্নবা দিতেক্তিবশিংনা নহাক্কা লাম্বা য়াবা নত্তেনে। মরমদি করিগী? মদুদি হিরম অদুদা থোইদোক্লা হৈথোইশিংথোইবা নহাক্কি।"

"অদোম্না পুকচেল ফবা উৎপগী ব্রানি, পোইরোৎ মীয়াম্না শিংথাবা মীশক অমা নহাক ওইবিবনি। অমসুং লাইবক ফরিবা ব্রাফম্না নহাক্কা তাঞ্জা অসিদা তোপ্তোক্লা মহাও য়াওবা থৌদোক খুদিংমক অমত্তা নাম্বোকহনখিদে।"

"হায়রিবা অদু অচুম্বনি। ঐনা পাইনিংদবা কেশ খরবু ঐনা য়ানিংদবা উৎখি অদুবু পুক্লিংদদি য়ানিংদবা শুক্রে লৈতে।"

ঐথোয়গী য়ুম্বুরেম্বীনা থোঙজিন্দা মকোক থিংজিল্লক্লমই। "সিরি মখোংদা নুপা অমা লৈরে। কেপ্টেন, স্যার পোইরোৎ নত্রগা নঙগা উন্নবা পাম্মি হায়। সুম য়েংবদা মহাক্কি চাউরবা থবক অমা পাংথোক্কদবা মাল্লি- অদুখক্তনি-ঐনা মাগী কার্ড পুরক্লমই।

"মহাক্লা থারগ্তৌবা চেদা নম্না কার্ড অমা ঐগোন্দা খুৎশিন্নরমই।

"মিষ্টর রোগর হাভেরিং", ঐনা পারমই।

পোইরোৎ মহাক্কি মকোক অদু লাইরিক উপুরোমদা লৈশিল্লক্লমই, অমসুং ঐনা য়াথং ইল্লা কনা কনানা করি ওই হায়বা লাইরিক্তু চিংথোরক্লমই। পোইরোৎ ঐগী খুত্তগী লাইরিক লৌরমই য়াম্না কুপ্পা অমসুং থুনা লামাইশিং অদু য়েংলমই।

"মঙাশুবা ব্রিনসোর বারোনগী অনীশুবা মচানুপা। লুহোংলমই শোক ১৯১৩ জো কেম্বিসব্রুক, ময়িশুবা মচানুপী ব্রিলিয়ম ক্রাবকী।"

"শোইদ্রে", ঐ হায়রমই। ঐ হায়রপ নিংশিংই হায়রিবী লৈশাবী অদুমক্কি য়াম্না মহাক্কি লমচৎ শাজৎতা হকচিন্না লৌদবা-মহাক লাঙ্গাও মমাংদা নহা ওইবা থরগা লোয়ননা লুহোংখিরমই হায়বগী ব্রাফম ঐ হৌজিকফাওবা কাউরমদ্রি।

"ঐগী ব্রারী অসিনা নঙোন্দা নুঙাইবা পোকপ্রা, হেস্টিংস, মখাদা কুমথরো অদুগা ঐখোয়গা উন্নবা লাক্লিবা মীওই অদুদগী মহাক্কি তোপতোপ্লা অব্রাবা থৌদোক অদু খঙনবা মরম হংলোইদরা?" "মঙোন্দা ঐহাক্লা ঙাকপীনবা হায়জরকই তম্মু।" রোগর হাভেবিং চাউরাক্লা চহি ৪০ রোমগী মীওইনি, মশা মউ ফৈ অমসুং য়েংবদা তনান্না উই। মহাক্কি মাইথোং, অদুমওনমক, ইপা পাখৎনা উবা অমসুং মহাক অসি অব্রা অনা মায়োক্লবা মাল্লি।

"কেপ্টেন হেস্টিংসরা? নহাক পোইরোৎকা পুন্না থবক তৌমিন্নবা মীওই, ঐ ভাব তারমই। অসুম্না হাজরি মদুদি ঙসি অসি নহাক ঐগা লোয়ননা ডারবিসায়েরদা চৎকদবনি।"

"ঐ কিজৈ মদু ওইথোক্লোই", ঐনা পাউখুম পীরমই। "পোইরোৎ নাদুনা ফমুংদা লৈ-ইনফ্লুয়েঞ্জানি।"

মহাক্কি মাইথোং শুকথরমই।

"হেঃ চান্নরবা, মদুমক্তি ঐঙোন্দা শাখিরবা চৈথেং অমনি।"

"নহাক্লা মহাক উন্নবা পাম্বগী মরম য়াম্না লুবা ব্রাফম্লা?"

"হেঃ ঈশ্বর, অশেংবমক্লি! ঐগী খুরা, ঐগীদি য়াম্না চান্নবা মরুপ ওইবা সংসার অসিগী মনুংদা, য়াম্না তমথিবা মওংদা ঙরাং অহিং হাৎলম্লে।"

"লন্দন সহরগী মনুংদরা?"

"নত্তে, ডারবিসায়েরদনি। ঐদি সহরদা লৈরমই অমসুং ঐগী নুপীদগী ঙসি অয়ুক তৈলেগ্রাম অমা ফংলমই। হাইরিবা টেলেগ্রাম অসি ফংবদগী ঐ খুদক্তা ঐগী পুক্লিংদা চপয়ংনা লেপ্লমই পোইরোৎ উন্নরগা কেশ অসি পাইবিয়ু হায়জগে।

"নহাক্লা চানবীরবদি মিনিট অমত্তংদি ঙাইবিগনি, ঐনা অসুম্না খুদক্তা ফাওরকপা ব্রাখল অমনা লোয়ননা হায়রমই।

ঐ খুদক্তা মথক থংবা কাদা য়ৌনবা সিরিদা কাখৎলমই অমসুং তেল্লপ্লা ব্রাহে খরগা

লোয়ননা পোইরোত্তা ৱাফম অদু খণ্ডহল্লমই। মহাক্লা ঐগী চিন্দগী থোরকপা ৱাহৈ খুদিংমক লোয়না তারমই।

"ঐ খণ্ডগে। ঐ খণ্ডগে। নহাক নতোমতা চৎপা পাম্বা নত্রা? অদু ওইদবরা? ফরে, নণ্ড করিগী তৌরোইতৌরিবা? নঙনা শিজিন্নগদবা নিয়ম খুদিংমক নহাক খণ্ডবা তাবনি। ঐনা নঙোন্দা হায়গদবা ৱাফম অমনা নুমিৎ খুদিংগী নহাক্লা থেংনবকপা ৱাফম খুদিংমক ঐঙোন্দা খণ্ডহনগদবনি, অমসুং নিয়ম কাইদনা ঐনা তৌ হায়বা খুদিংমক পাংথোক্কদবনি, পুম্নমক অদু ঐনা নঙোন্দা ৱায়ারদা পাউ ফাওনবগা তৌগদবনি।"

মসিদা ঐ তৌগে হায়দুনা য়ারমই।

পুং অমগী মতুংদা মীডৱে বেলৱেগী গাড়ি অমদা ফার্স ক্লাস্তা ঐগা লোয়ননা মিষ্টৰ হাভেবিং মাযোক্লনা ফম্মীন্নদুনা থুনা য়াংনা লণ্ডন্দগী খোংশানখিবা ট্রেন তোংদুনা চৎলমই।

"অহৌবমক্তা, কেপ্টেন হেস্টিংস, ঐখোয়না চৎকদৌবিবা শাদানবশিংগী লৈফম নহাক্লা মুন্না খণ্ডবিগনি, হায়বিবা মফমসিমক্তদা অৱাবা থৌদোক অদু থোকখিরমই, হায়বিবা মফম অসি শাদানবশিংগী অমত্তা ঙাইরবা লৈফমনি ডাববিসেয়ারগী পাকচাউস্লবা চোৎলি চোৎলি লাওস্লবা লমপাক্কি মনুংদা লৈবা, ঐখোয়গী থাঙ্গেশেংবা য়ুমদি নিউ মার্কেৎকী মরক্তা লৈবনি, অমসুং ঐখোয়না সিজন লাল্লবা মতমদা সহ্বদা ভাবাদা কা অমা ৱাইদুনা শিজিন্নে। ঐখোয়গী মীথুংশণ্ড অদু দবকার ওইরকপা মতমদা নিংথিজনা থবক পাংথোকপা ঙম্বা চৌকিদাব অমনা শেন্নবমই অমসুং মহাক্লা হাপ্তা কয়া চুপ্না মফম অদুদা লৈদুনা ঐখোয়দা মতেং পীরমই। অসুম তৌদুনা শাকাপ্পগী সিজন মনুংদসু ঐখোয়না নিউ মার্কেত্তগী মীনাই কয়া শিজিন্নবমই। ঐগী খুবা, মিষ্টর হ্রেরিংটন পেশ নেখোইনা খণ্ডবীগনি ঐগী ইমা নিউ য়োক্তা লৈবী মিস পেশনি। হৌখিবা চহি অহুম অসি ঐগা লৈমিন্নরমই, মাগী য়ুম ঐখোয়গা লোইননা ওইমিন্নবমই। মহাক ঐগী ইপাগা কৈদৌনুংদা য়ানবা ঙন্নমদে, নত্রগা ঐগী ইয়াম্বগাসু অদু মণ্ডাই, অমসুং ঐ চিংনৈ মদুদি ঐ ইশামক য়াম্না খুবাম চাউনা পৈশা শিজিন্নগনবা মীওই অমা ওইবনা মহাক্লা ঐবু হায়রপ মীনুংশি উৎপা মাল্লগসু তশেংনা হায়রগনা কয়া য়ৌফাত্তবা মীনুংশিগা লোইনবগুম তৌই। অশেংবদি, ঐ য়াম্না লাইববা মীনি, ঐগী খুবাদি য়াম্না ইনাক কৈরাক খুনবা মী ওইরমই অমৰোমদা মানা ঐগী খরচ হল্লমই। তৌইগুম্বসুং মদুনা অরেপ্পা ৱাফম হ্রিম কয়ামুক্তা ওইবা তারগদি, মদুনা মঙোন্দা অরুবা ৱাফম ওইরমদে, অসুম তৌদুনা ঐখোয় অহুম য়াম্না চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরমই। ঐগী খুরানা নুমিৎ নিনিগী মমাংদা, সহ্রদা চৎনরিবা লমচৎ-শাজৎকী মতাংদা চোকথবা ফাওরদুনা মহাক্লা অসুম্না মত পীরমই ঐখোয় ডববিসেয়ারদা নোংমা নত্রগা নিনিগদবমক চৎলুগদবনি। ঐগী নুপীনা মিষ্ট্রেস মিডলটোন্দা টেলেগ্রাফ তৌরমই, মহাক শাদানবগী য়ুমগী চৌকিদারনি। মরোলদি ঐখোয় নুমিৎয়ুংবা মতুংদা থুংলগনি হায়বসিনি। ঙরাংগী নুমিদাংৱাইরমদা ঐবু সহ্রদা হল্লুনবা য়াথংপীরমই, অমসুং ঐগী নুপী অমসুং খুরা ঘুত্তা

লৈহৌরমই।

"খুদক্তা লাকউ, ঙরাং অহিং অনকল হেরিংটন হাৎখিরমই, য়ারগদি অফবা ডিকেক্টিব পুরকউ, লাকউ-জো।"

"অদুগী মতুংদা, অদুমওইনমক নহাক অকুপ্পা মরোল খঙদবরা?"

"নত্তে, ঐ খল্লি নুমিদাংব্রাইরমগী পাউজেলচেদা য়ারক্লগনি। পুলিশশিংনসু থবক পাইখৎকনি, চিংননিঙাই ওইদে।"

ঐখোয়না এলমর্স ডেলগী অপিকপা রেলৱে ষ্টেসনদা থুংবা মতদা পুং অহুম তারমই। মফমদুদগী পুং ৫ গাড়ি তোংদুনা চৎলগা ঐখোয় পীক্তক তৌবা ঙাংলৈনবা নুংগী দলাল চোৎলি চোৎলি লাউবা নান্দ্রবা লম্মাং ময়াইদা লৈরিবা অদুদা থুংমই।

"চিকপ্রবা মফমনিনা", নিকপগা লোয়ননা ঐগী পুক্লিংদা খল্লি। হাভেরিংনা ইঙ্গিৎ তৌরমই।

"ঐনা হোৎনগনি মসিদগী নাম্ব্রোক্লবা। ঐ মফম অসিদা অমুকহন্না লৈবা ঙম্লোই।"

ঐখোয়না গেট হাংদোক্লমই অমসুং খুরবা লম্ফেলদা ঐখোয় থোঙজিল তম্না চংলমই অমসুং ঐখোয়না শকখঙবা নুপা অমা থোরক্লমই, ঐখোয়বু উন্নবা লাক্লমই।

"জাপ", ঐনা ঙক্লুনা লাউরক্লমই।

স্কোটলেণ্ড য়ার্ড ইন্সপেক্তর অদুনা ঐবু উরগা তরাম্না মরুপমপাং ওইবগী মওংদা ব্রারী শারক্লমই ঐগা লোইনরক্লিবা মীওইদুবু কৌম্রিঙৈগী মমাংদা মিষ্টর হার্ভেরিংলা, ঐ খল্লি? ঐহাক লণ্ডনদগী কেশ অসি য়েংশিন্নবা থারকখিবনি, ঐহাক্তা লোয়ননা করিগুম্বা ব্রারী ব্রাতাই অমা শান্নবা পামই, য়ারগদি স্যার।"

"ঐগী নুপী"

"নঙগী পুকচেল ফবী নুপীদু ঐগা উন্নরে, স্যার-অমসুং য়ুমগী চৌকিদার অদুসু ঐ মতম মাংহনবা পামদ্রে, অদুগা ঐঙোন্দা য়াম্না কন্না বৌরাংবা পোকপা অমনা ঐ খুজংদা হনবা পামই, ঐনা মফম অদুদা উরুগদবা খুদিংমক ঐ মফম অসিদা লোইনা উরে।"

"করি করমতৌবনো হায়বা ঐ করি অমত্তা খঙদে-"

"শোয়দবনি", ইন্সপেক্টর জাপনা মেংনা হায়রমই। অদুবু তশেংনা মরম অমা নত্রগা অনিদি নহাক্কি মত করি লৈবগে হায়বসিগী মতাংদা খঙনিংবা পোকই। মফম অসিদা কেপ্টেন হেস্টিংস লৈরে, মহাক ঐবু খঙবনি, অমসুং মহাক্তা য়ুমগী কাচিন-কোয়া য়ৌনা থিজিনগনি অমসুং মাখোইদা মহাক লাক্লে হায়য়ু। অসুম খল্লুবদা অপিকপা মীমচা অদু করম তৌরি, কেপ্টেন হেস্টিংস?"

"মহাক ফমুংদা ইনফ্লুয়েঞ্জ নাদুনা লৈরে।"

"মহাক হৌজিকপু? ঐ মদু তাবদা য়াম্না নুঙাইতবা ফাওই। মহাক্তা মহাক্কি তুংদা থোঙজাউ

থিংজিনবা, শগোল য়াওদবা গাড়ি গুম্বনি হায়রমই, নহাক মফম অসিদা মহাক য়াওদনা লাক্লি, মদু নত্তবরা?"

অমসুং মহাক্না নারিঙৈদসু ফাগী তৌদুনা লৈরমবগা লোয়ননা ঐ মাগী য়ুমদা চৎলমই। ঐনা শরিক খিংলমই, জাপনা মাগী তুংদা থোঙ লোনশিনখিরমই। মীকুপ খরগী তুংদা মীয়াই চল্লবী ফিমু শেৎপী নুপী অমা থোঙ হাংদোরক্লমই।

"মিষ্টর হাডেরিং মীকুপ অমগী মনুংদা মফম অসিদা থুংলরগনি", ঐনা হায়রমই।

"মহাকপু ইন্সপেক্টরনা পম্বহন্দুনা ঙাইহাক থমখিরমই। ঐ লগুন্দগী মহাক্কা লোয়ননা কেশ অসিগী মরমদা অকুপ্পা মরোল খঙনবা লাকখিবনি। য়ারগদি নহাক্না তেল্লপ্না ঙরাং অহিং করি থোকখিবগে হায়বদু হায়য়ু।"

"মনুংদা লেংশিনবিরকউ স্যার।" নুপী অদুনা থোঙজাউ অদু তুংদা লোনশিল্লমই, অমসুং মমলিবা মৈঙালদা মহাক লেপ্তুনা লৈরমই। মদু ঙরাং অহিংগী চাক্লেন চারবা মতুংনি, স্যার মহাক্না ঙাংলিবা ব্রাঙাং অদু উকরগা, ঐনা খল্লমই মহাক আমেরিকামচা মিষ্টর পেশকী মরুপ ওইরবোই অমসুং ঐ মঙোন্দা নোংমৈ থম্ফমকা উৎলমই, অমসুং অদুগী তুংদা মিষ্টর পেশকা উন্নদুনা ব্রারী-ব্রাতাই শান্নরমই। মহাক মমীং তাকথোক্লমদে, শুম য়েংবদা হায়রপ মরিং মরাংবা মাল্লমই, হৌজিক ঐ মদু খল্লি। ঐনা ব্রাফম অদু মিষ্টর পেশতা তল্লমই অমসুং মহাকসু ঙকচান্নবা মাল্লমই, অদুবু মহাক মিসত্রেসতা অসুম্না হায়রমইঃ ঐবু ঙাকপীগনি, জো, ঐ হৌজিক্তি নুপা অসিনা করি পাম্বগে হায়বদো ঐ উরে।' মহাক নোংমৈ থম্ফম কাদা চংখিবমই, অমসুং ঐনা চাকখুমদা হল্লক্লমই, অদুবু ঙাইহাক্তি মতুংদা হৌরবা খোঞ্জেল অমা তারমই, খৎন-চৈনবগী মতৌ মানবা, অমসুং ঐ হোলদা চেম্থোরক্লমই। মতম অদুদা মিষ্ট্রেসসু হোল্লোমদা লাক্লমই, অমসুং অদুগী তুংদা নোংমৈ কাপ্পগী খোঞ্জেল তারমই অমসুং মতুংদা অকিবা ফংনা চিকখিরমই। ঐখোয় অনীমক নোংমৈ থম্ফম কারোমদা চেনশিনলমই, অদুবু শো লোল্লমই অমসুং অদুদগী ঐখোয় থোংনাউরোমদা নাকোইননা চৎলমই। মসি হাংদোক্লুনা লৈরমই, কা-মনুংদা মিষ্টর পেশ নোংমৈনা পাল্লগা ঈথোক্লুনা তাদুনা লৈরমই।"

"নুপা অদুদি করম তৌথ্রে?"

"ঐখোয়না মফম অদুদা থুংলম্রিঙৈগী মমাংদা, স্যার, মহাক থোংনাউদা নাম্থোকখিবা ওইরম্লগনি।"

"অমসুং মদুগী মতুংদা?"

"মিষ্ট্রেস হাভেরিংনা ঐবু পুলিশ কৌরুনবা থারমই। মাইল মঙা খোংনা চৎপা তাবনি। মখোয় ঐগা লোয়ননা হল্লক্লমই। কন্সটেবল অদুনা অহিংচুপ্পা শংদুনা লৈরমই, অমসুং ঙসিগী অয়ুক্তা পুলিশ জেন্টলম্যেন লগুন্দগী লাক্লুনা থুংলরিবনি।"

"মিষ্টর পেশপু য়েংনবা কৌরুবা মীদা নুপা অসিনা ব্রাহং হংবা পাল্লিবা মরম করিগীনো?"

চৌকিদার অদুনা খম্বরগা হায়রক্রমই।

"মহাক মকোই মুনা হৌই, স্যার, মীয়াই চল্লবা মীওইনি অমসুং পারল্লা মচুগী ওভরকোট অমা লিংলমই। ঐ মাগী মরমদা কা হেন্না খঙদে অদু চিংননিঙাই ওইদবা মওংদা আমেরিকা মচা মাল্লমই।"

"ঐ খঙই। হৌজিক ঐনা ঙকপা ফাওরিবদি ঐহাক্না মিষ্ট্রেস হাভেরিংগা উন্নবা ফংগদ্রা?"

"মহাক হৌজিক দলালগী মথক-থংবা কাদা লৈ, স্যার ঐ মঙোন্দা পাউ তমজৌরা?"

"য়ারগদি চানবিদুনা। মঙোন্দা অসুম্না তম্বিয়ু মিষ্টর হাভেরিং মপান্দা ইন্সপেক্টর জাপকা লোয়ননা লৈ, অমসুং লণ্ডন্দগী পুরকপা জেন্টলমেন্দুনা য়াম্না ঋৌরাংনা ৱারী ৱাতাই শান্নবা ওইথোকহল্লু।"

"য়াম্না ফগনি স্যার।"

ঐ অচুম্বা মরম খঙদোক্লবা হোৎনবদা খাঙমদনা হকচাং থক থক নিক্লমই। জাপনা পুং অনি নত্রগা অহুম চংনা মাঙজৌননা হোৎনরমখিবনি, ঐঙোন্দা মায়ওন থম্লমই, অমসুং য়াম্না থুনা চৎনিংবগা লোয়ননা ঐহাক্না পুক্লিংচংনা মহাক্না হোৎনরিবা মওংদা খোঙ্গুল লিননবা হাৎনরমই।

মিষ্ট্রেস হাভেরিংনা ঐবু কুইনা ঙাইহল্লমদে। মিনিট খরগী মনুংদা সিরি কুমথরকপগী য়াংলপ্লা খোঞ্জেল তারমই, অমসুং য়েংখৎখিবদা মশক-মতৌ ফজরবী নুপী অমনা ঐঙোল্লোমদা চংশিল্লকপা উরমই। মহাক মৈরী মচুগী জম্পর অমা শেৎলমই, মদুদি মশা-মউ চুং-ফিরাল চাবা নুপামচাগী শাবান মাল্লমই। মহাক্কি অমুবা মকোক্তা পিক্তক তৌবা মৈরী মচুগী শঙনগী টুপী অমা উপ্লমই। খুদক্কি অৱাবা থৌদোক্লা মী অমা ওইবগী মপুংওইবা গুণবু মমহনবা ঙন্নমদে।

ঐ ইশামক শক্তাকচরমই; অমসুং য়াম্না থুনা খঙবগুম তৌরমই।

"অসুম তৌদুনা ঐ য়াম্না তোয়না আদোম অমসুং আদোমগা তিন্নরিবা মিষ্টর পোইরোৎকী মরমদা তারমই। নখোয় অনীচংনা য়াম্না ঙকপা থৌদোক কয়া পাংথোকপ্রে, নখোয় তৌদবরা? ইপুরোইবনা য়াম্না তাঞ্জা চানা নখোয়গা উন্নরমই। হৌজিক অদোম্না ঐঙোন্দা ৱাহং কয়া হংবিগদৌরিবরা? মদুদি য়াম্না লাইপ্রবা মওংদি, অদু নত্তব্রা? মরমদি আদোম্না পাম্বা খঙবা য়াবা মচাক অকিবা থৌদোক অসিগা মরি লৈননা?"

"থাগচচরি, মিষ্ট্রেস হাভেরিং। করম্বা মতমদনো নুপা অদুনা মফম অসিদা থুংলখিবা?"

"মসি শোইদনমক পুং মাপলগী মমাং ওইগনি। ঐখোয় চাকলেন চাবা লোইরমই, ঐখোয় কোফি অমসুং চুরুট থকুনা লৈরমই।"

"নহাক্কি নপু রোইব মাংজৌননা লণ্ডন্দা চৎখরবরা?"

"হোয় মহাক পুং ৬.১৫দা চৎখিরমই।"

"মহাক ষ্টেসন তম্না চংগা মতমদা কার তোংদুনা নত্রগা খোঙনা চংখিবরা?"

"ঐখোয়গী কার খুদক্কি ওইনা লৈতে। এলমর্স ডেলগী গেরেজদগী নুপা অমা খোরক্লগা রেলগাড়ি তোংহৌবা নঙনবা মহাকপু পুখিরমই।"

"মিষ্টর পেশ হায়রিবা মীওই অসি মশাগী ফিভমদা মহৌশাদগী করি অহোংবা লৈরম্বগে?"

"মপুংফানা, মহৌশাগী মওং করিগুম্বা অমত্তা অহোংবা লৈরমদে।"

"হৌজিক্কি, নহাক অসিগুম্বা লাক্লিবা মীওই অদুগী শাওং-শাদা হায়বা ঙমগদ্রা?"

"ঐ করিসু কিবা লৈতে, ঐ মহাকপু উখিরমদে। মিষ্ট্রেস মিডলটোননা নোংমৈ থম্বা কাদা চুমথ্রিং চংখ্রগা মাঙোন্দা য়েংহল্লমই অমসুং অদুগী তুংদা লাক্লগা ঐগী উন্‌কলদা শাউ তল্লমই।"

"নঙগী উন্‌কলনদি করি হায়রমই?"

"মহাক হায়রপ শাউনা উরমই, অমসুং খুদক্তা লৈথোক্লুনা চংখিরমই। চাউরাক্লা মিনিট মঙারোমগী মতুংদা লাংনরকপগী খোঞ্জেল তারক্লমই। ঐ হোল্লোমদা চেম্থোরক্লমই অমসুং মিষ্ট্রেস মিডলটোনগা কন্না থেঙ্নাইনরমই। অদুগী তুংদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তারমই। নোংমৈ থম্ফম কাগী থোঙজাউ মনুংলোমদগী শো-থিংলমই। ঐখোয় নাকোইননা চংলগা থোংনাউ য়ৌরমই। মদু তৌবদা মতম খরাদি চঙখিরমই, অমসুং মীহাৎপা অদু তাঞ্জাচানা নাম্থোকখিরল্লগনি। ঐগী মরাইবকথিরবা উন্‌কল" - মহাক খোঞ্জেল চিংনরপ তৌবা উত্তুনা-গুলি অদুনা কোক্তা কাপখিবনি। ঐ খুদক্তা মহাক শিরে হায়বসি উরমই। ঐ মিষ্ট্রেস মিডলটোনবু পুলিশ কৌরুনবা থাখিরমই। ঐনা কা অদুগী মনুংদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক অমত্তা শোক্লমদে অমসুং অহানবদা ঐনা থেংনরকখিবা খুদিংমক মওং কাইদনা লৈবনি।"

ঐ য়ানিংবা পোক্লা ঈঙ্গিৎ তৌরমই।

"হৌজিক খুৎলাইগী মরমদি করি তৌবা?"

"ফরে, ঐনা অসুম্না লৌই ব্রাফম অসিদা, কেপ্টেন হেস্টিংস। ঐগী ইপুরোইবগী রিভোলভর জুরা অমা ফক্লাংদা য়ান্দুনা লৈরমই। অমা মাংখিরমই। ঐনা ব্রাফম অসি পুলিশতসু খঙহনব্রবনি, অদুগা অমা লৈহৌরিবা অদুসু মখোয়না পুরগা চংখিরমই। মখোয়না রিভোলভরদগী গুলি অদু লৌথোক্লুনা য়েংবা মতমদা, ঐনা খল্লি, মখোয়না শোইদনা অরেপ্পা ব্রাফম খঙগনি।"

"ঐ নোংমৈ থম্ফম কাদা চঙবা য়াগদ্রা?"

"অরেপ্পনি পুলিশনা য়েংবা য়াবা য়েংগ্রে। তৌইগুম্বসুং অশিবা অদুসু লৌথোকখ্রে।"

অদুগুম্বা মীহাৎ-মীপুনগী থোক্লিবা থৌদোক্তা নুপী অদুনা ঐগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নরমই। হায়রিবা মীকুপ্তা হাভেরিং হোলদা চংলক্লমই, অমসুং য়াম্না থুনা ঙাকপীনবা হাইজরল্লগা মহাক্কি নুপীনা মাঙোল্লোমদা চংলক্লমই। ঐ ইতোম্মতা অসিগুম্বা থিজিনবগী থবক চথবদা নহাক্লা ঐবু থাদোকপীরে।

ঐনা খুদক্তা য়াম্না ফজনা শেংদোকচরি মদুদি মখোয় হায়রপ্না নিংব-কাইবগী ফিভমদা

লৈরমই। দিতেক্তিবকী উপন্যাস খুদিংমক্তা লংলা-লংজিল অমদি লৈফম থোকই, তৌইগুম্বসুং হন্দক্কি থৌদোক অসিদদি ঐ করিগুম্বা অমত্তা ফংবা ঙমদে মদুনা ঐঙোন্দা শোকহনবা য়াবা ৱাফম য়াওদে হায়বদি শিরিবা মী অদুগী তুফমদা গালিচা ফিদা মথক্তা চাউনা ঈ তৈবা নত্তনা, ঐনা খল্লুবদা ওইরকপা মওংনি। ঐনা পোৎ খুদিংমক অৱাবা কয়া খাঙনা চাংয়েং তৌরমই অমসুং কা অদুগী ফোটো অনীথক ঐগী অপিকপা কেমেরানা লৌরক্লমই অমসুং ঐগী খুত্তা হৌজিক ফাওবা য়াওরমই। ঐনা থোঙনাউ মপাগী লৈমাইথকসু চাংয়েং তৌরমই, তৌইগুম্বসুং মদুনা উৎলিবদি মী য়াম্না তোয়না চংবনা মরম ওইদুনা লোইনা নেংখাইরমই। মদুদি ঐনা খল্লুবদা হিরম অদোমদা মতম মাংহল্লুবগী কান্নবা লৈরোই। নত্তে, শান্দানবগী য়ুমনা ঐঙোন্দা উৎপা য়াবা পোৎলম খুদিংমক ঐ লোইনা উগ্রে। ঐ শোয়দনা এলমর্স ডেলদা হনবা তারি অমসুং ইন্সপেক্টর জাপকা উন্নরুগদবনি। মরম অসিদগী ঐ হাডেরিংদগী বীদাই লৌরমই, অমসুং মফম অদুদগী কার তোংদুনা চংলগা ঐখোয় ষ্টেসনদা য়ৌরক্লমই।

ঐ জাপ মেটলোক আর্মস উন্নবা ফংলমই অদুগা লোয়ননা ঐহাকপু অশিবা লৈবা মফমদা পুরগা য়েংহল্লমই। হেরিংটন পেশ মী পিকপা, নিংবা কাইবা মানবা, মকোই শিংনান্না কক্পা মীওই, মাইথোং য়েংলুবদা আমেরিকা মচা ওইরবোই খনবা মীতানি। মহাক্কি কোক্কি তুংথংবা শরুক্তগী কাপ্পা ওইরমগনি, অমসুং রিভোলভর অদুসু য়াম্না নকপা মফমদগী কাপলকখিরমগনি।

"মীকুপ অমগী ওইনা নমাই লৈথোকখো", জাপনা হায়রক্লমই, অমসুং অতোপ্পা নুপা অদুনা রিভোলভর খঙলৌ লৌরমই অমসুং কাপ্লমই। মিষ্ট্রেস হাভেরিংনা ঐখোয়দা খুৎশিন্নরকপা অদুসু মরু অমত্তা কাপথোক্লমদে, মপুংফানা লোড তৌরমই অদুগা অতোপ্পা অমদুসু অদুম তৌরমগনি। অঙকপা থৌদোক করিগীদমক্তা অশাওবদগী মপুংফানা পংবা থৌদোক থোকহল্লিবা। ৱাখল খন্দুনা য়েংউ মরু হাল্লবা রিভোলভর অনি নহাক্কি ফক্লাংদা য়ান্নদুনা থম্বগী মরম।"

"নহাক্না কেশ অসিগী মতাংদা করি খনবগে?" ঐনা অদুগুম্লবা কা অদু থাদোকপা মতমদা হায়রমই।

"ফরে, কেশ অসিগী অহৌবা ওইনা ঐগী মীৎনা হাডেরিং করি তৌরিবগে হায়বদু য়েংখিবা তারি। ওঃ, হোয়।" ঐগী অঙকপগী খোল্লাউ খংজিল্লদুনা। "হাভেরিং হৌখিবা মতমদা অমুক নত্রগা অনিরক থৌদোক থোকখিবগী মমী তারমই। মহাক নহাওইরিঙৈ ওক্সফোর্ডতা লৈরিঙৈদা মপাগী চোকতা সহী শারম্বগী নুঙাইরবা থৌদোক অমা লৈখি। অদুমওইনমক, মী পুম্নমক্না তুমিন্না লৈশিনখিরমই। অদুগী মতুংদা হৌজিক্তি শেন্দোন্না ফজনা খ্বাং কোইরে, হায়রিবা শেন্দোনশিং অদু ফজরবা পোৎলুম অমা ওইবনা মখুরাদা চঙজবা পাল্লমই, অদুগা অমরোমদা নহাক্না শোয়দনা খঙগনি মদুদি উন্কলগী অপাম্বা, অনিংবা দলিল মাগী মীংদা লৈরল্লগনি। হোয়, ঐ মহাকপু মীৎ থমদুনা কুপ্না শেন্নবা মহাক্কি নুপী উন্নদ্রিঙৈগী মমাংদা দরকার ওই অমসুং মাংজৌননা ঐ মঙোন্দা ৱাহং খর হংবা পামই, অদুবু মখোয়গী জবানগী

অকুপ্পা মরোল ফজনা ঐঙোন্দা লৈরে, অমসুং ঐ ষ্টেসন্দা থুংদবা য়াদে মরমদি মহাক পুং ৬.১৫দা ষ্টেসন থাদোকত্রে হাইবসি চিংনানিঙ ওইদে। লন্দন্দা পুং ১০:৩০ দা থুংগদৌরিবানি, মহাক চুমত্রং মহাক্কি ক্লবতা চৎলমই মহাক্না হাই, মদুমক্লা অরেপ্পা অচুম্বা রাফম ওইরবদি, করিগীনো মহাক্না মহাক্কি উনকলবু পুং ৯ দা কাপ্পা অমুবা কোইগা লোইননা ঙমখিদ্রিবনো!"

"ওঃ, হোই, ঐ নঙোন্দা রাহং অমা কোই অদুগী মরমদা হংবা তারমই?" জাপ মীৎকুপলমই।

"ঐনা খল্লি মসি ফজবা অসুম হেঙ্গলকলি- হেঙ্গৎলকলি মাইল মঙা এলমর্স ভেলদগী য়ুম ফাওবদা। ঐনা থেংনখিবা আমেরিকানশিংদি অয়াম্বনা মকোই শিংনান্না কর্কই। হোয়, মিষ্টর পেশকা মরুপ মপাং ওইবা আমেরিকানশিংগী মনুংদা মাবু হাৎনবা থৌরাং তৌরমগনি। ঐনা অহাম্বদা য়ুমগী চৌকিদারবু জবান লৌরমই, অদুগী মতুংদা মহাক্কি মিষ্ট্রেস, মখোয়গী রারীশিং অদু চুমলে ঐ য়ারে, অদুবু অন্নাবদি মিষ্টর হাভেরিংনা নুপা অদুদা শুকয়েং য়েংদবা অদুনি। মহাক ঐখোয়না লম্বী অদোমদা মীৎয়েং তারে হায়বসি করিগুম্বা খরা খঙবগুম তৌরে।

ঐ ফমথরমই অমসুং মিনিট অমরোম করিগুম্বা খরা ইরমই, শাংলবা মরোল পোইরোৎতা ইরমই। ঐনা চিঠি অদু পোষ্টতা থাদত্রিঙৈগী মমাংদা ঐ মখল-মখা কয়াগী পাউ মথং-মনাউ নাইনা হাপচিপনবা ঙমলমই। গুলি অদু অশিবা মীগী মশাদগী লৌথোক্লমই অমসুং রিভোলভরদগী কাপ্পনি হায়বগী প্রমান ফংলমই অমসুং পুলিশকি খুত্তা লৈরিবা অমদুগা মখল অমত্তনি। মিষ্টর হাভেরিং নুমিদাং অদুদা কন্দাইদা চৎলুবা করি তৌবা হায়বা রাহং পাউহং তৌদুনা থিগৎলমই অমসুং অচুম অরান য়েংলমই অমসুং মহাক লন্দন্দা ঐখোয়না খন্নরিবা ট্রেন অদুমক্তদা তোংদুনা থুংখিরমই অমসুং অহুমশুবদনা ফজনা ভাব তাবা য়ারক অনৌবা অহোংবা অমা লাকখিরমই। এলিংদা লৈবা, সহরগী জেন্টলম্যেন অমনা হেডন গ্রীনদগী ডিষ্ট্রিক্ত রেলৱে ষ্টেসন য়ৌনবা লাম্বদা অয়ুক্কি মতমদা, ঙাঙলৈনবা চেনা য়োম্বা পোৎয়োম রেলগী তালিদা নকশিন্না লৈরম্বা উরমই। হাঙদোক্তুনা য়েংলুবদা রিভোলভর অমা য়াওবা থেংনরমই। মহাক্না পোৎয়োম অদু লমদম অদুগী পুলিস ষ্টেসন্দা খুৎশিন্নরমই অমসুং নুমীদাংগী মমাংদা ঐখোয়না থিরিবা পোৎশকতুমক ওই হায়বগী প্রমান লৈরমই। মদু পীরম্বা মীশক্লা মিষ্টর হাভেরিং ওইরমই। মরু অমা মদুদগী কাপথোকখিরমলে।

পুন্নমক অসি ঐনা থাখিবা রিপোর্টতা য়াওরমই। মথংগী অয়ুক্তা ঐ ব্রিককাষ্ট চারিঙৈদা পোইরোৎতগী টেলিগ্রাম অমা থুংলমই।

"মকোই মুনা খাকপা নুপাদু মিষ্টর হাভেরিং নত্তে, নহাক অমসুং জাপন অদুগুম্বা রাখল লৈরবদি ঐঙোন্দা পাউ থারক্তুনা খঙহন্নু, চৌকিদার নুপী অদুগী অকুপ্পা রারোল অমসুং মহাক্না অয়ুক্তা শেৎখিবা ফীজোল অদুগা মিষ্ট্রেস হাভেরিংনা শেৎখিবা অদুগা মান্নবরা হায়বদু মতম মাঙহল্লগনু, কান্নুংগী ফোটোগ্রাফ লোৎশিল্লগা হায়দোক্তনা থম্বগী মরম পুন্নমক অদু

কা-হেন্না হৈশিংবগী খুদম নত্তে।" পোইরোৎ চথরিবা থিজিনবগী নমুনা অসি মরমচাদনা ভাবনা শাবা মান্নমই। ঐনা মসিমসু খল্লমই মহাক্না ঐনা কেশ অদু পাইবগী মথৎলিবা খুদোংচাবশিং অমসুং ঐনা মফম অদুদা ওইরিবা ফিভম মাঙোন্দা কল্লকপগী মমী তাত্রা হায়বসিনি। মহাক্কি য়াম্না চন্না ফাগী মানবা মতৌ অমনা নুপী অনীদুনা শেৎলিবা ফিজোলগী মরমদা অকুপ্না মরোল পীরক্লবা হায়জরকখিবদুনি, অদুবু ঐ, ইচম চন্না মীওই ওইবনা ঐনা গুন্না থাক্তা মানা হায়বা ইনবা তাখিরমই।

পুং ১১ তাবদা পোইরোৎতগী পাউখুম লাকখিরমই।

"জাপতা পাউতাক পীয়ু চৌকিদার অদু থেংথদ্রিঙৈগী মমাং ফাউ।"

হাইফম খঙদ্রদুনা ঐ জাপ্তা বায়ারদা পাউ থারমই। মহাক মেংনা বাশক্লদুনা পাঙথোকচগে হায়রক্লমই।

"মহাক অফবা মীওইনি, ইকাইখুম্নজরবা পোইবোৎ! মহাক্না অসিগুম্না বাফম হাইরবদি, মনুংদা করিগুম্বা থরদি লৈবে। অমসুং নুপী অদুগী মরমদা ঐ মুন্না খঙদে। ঐ মাবু তশেংনা ফাগদবনি হায়বা খঙদে, অদুবু ঐ মাবুদি কুপ্না শেন্নগনি। ফবে ঐখোয় চুমদ্রিং চৎলসি অমসুং মহাকপু শেন্ননবা অতোপ্পা মীৎয়েং অমা দরকার ওই।"

অদুবু মতমকাহেন্না থেংখিরমই। মিষ্ট্রেস মিডলটন, চহি মীয়াই চল্লবী নুপী য়েংবদা মহৌশাগী ফিভম কাইদনা অমসুং ইকাইখুম্ননিঙাই ওইবী নুপী অদু লাইনা মাঙখিরমই। মহাক্না শিজিন্নবা উপু থল্লমই। মদুদা ইচম-চন্না নোংমগী শেৎনবা ফিজোন্নচিংবা য়াওবমই। মহাক্কি লৈফম অমসুং মহাকপু শক্তাক্লবা লংলা-লংজিন ওইবা য়াবা অমত্তা ফংলমদে।

মিষ্ট্রেস হাভেরিংদগী ফংবা গুন্না অচুম্বা মরম থরদি খোমজিল্লমই। "ঐখোয়গী হান্নগী চৌকিদার ইমেরীনা থাদোক্নুনা চৎখিবদগী মহাকপু হাপ্তা অহুমগী মমাংদগী শিজিন্নরকখিবনি। মহাক মাউন্ট ষ্ট্রিত্তা লৈবা সেলবৌরন এজেন্সিদগী ঐগী ইনাক্তা লাকখিবনি-হায়রিবা মফম অসি মীয়াম্না ফজনা খঙনরবা মফমনি। ঐগী মীনাই খুদিংমক মফম অদুদগী লৌই।

মখোয়না নুপী কয়ামরুম ঐগা উন্ননবা থারক্লমই মদুগী মনুংদা হায়রিবী মিষ্ট্রেস মিডলটন খ্বাইদগী ফজবা মাল্লমই, মবাংকাইনা শিংথানিঙাই ওই লৌশিনবনি অমসুং এজেন্সিদসু অচুম্বা মরম খঙহল্লমই। ঐ থাজবা ঙমদে মদুদি মহাক্কি লমচত্তা অরানবা বাফম লৈরমগনি হায়বসি। মহাক তৌথোরকপা খুদিংমক্তা তরু-তনানবী পুকচেল তপ্পী নুপী ওইরমই।"

পোত্তুদি য়াম্না ওক্লিঙাই ওইবা অতাংবা মখলনি। নুপী মশামক্নুনা অদুগুম্না মীহাৎপগী থবক অদু তৌবা ঙল্লম্লোই হায়বা বাফম লৈরগসু, নোংমৈ কাপ্পা তাঙ্গাদা নুপী অদু মিষ্ট্রেস হাভেরিংগা লোয়ননা হোলদা লৈরমই, অদুমওইদুনসু মহাক মীহাৎ অদুগা মরি শোইদনদি লৈরমগনি, নত্রগনা করিগীদমক্তা খুদক্তা মহাক্কি খোংগুল মুথৎনবা মাংহ্নিবা?

কেশ অদুগী মতাংদা অনৌবা ওইরক্লিবা বাফম খুদিংমক পোইরোত্তা তারদা পাউ পীরমই

অমসুং লগুন্দা হল্লক্লগা সেলবৌরনগী এজেন্সিদা থিজিন্নুনবা মত্ত পীরমই।

পোইরোৎকী পাউখুম লাক্লমই। "এজেন্সিদা থিজিন্নুবগী কাম্নবা লৈরোই, মখোই কৈদৌনুংদা মহাক ফংলে হায়বগী পাউ তারম্লোই, করম্বা গাড়ি তোংদুনা শাদানবগী যুমদা মহাক্লা অহানবা থুংবা মতমদা চৎখিবগে খঙলোই।

অঙকপা লৈরগস্, ঐ হায়বা ইল্লমই। এলমর্স ডেল তানা চৎনবা গাড়ি অকক্লবা ওইরমই। লমদম অদুদা চেল্লিবা গাড়িদি বেটরি অনী পানবা ফোর্ড কারশিংনি অমসুং ষ্টেসনগী ওইনা পাইনবগী খোঙচৎ অনীখকসু লৈরমই হায়রিবা খন্নরিবা তারিখতুদা গাড়িশিংদু অমত্তা মহাক্লা শিজিন্নখিদে। ৱাহং হংলমই, মিষ্ট্রেস হাভেরিংনা গুগাইনা হায়রমই মদুদি মহাক্লা নুপী অদুগী ডরবিসারা তানা চৎনবা ভারা পীখিরমই অমসুং কার অমা ৱাইবগী মমল মতিক চানা নত্রগা শাদানবগী যুম তান্না চৎপদা পাইবগী অচংমল। মহৌশাদগী তঙাইফদ্রগা শিজিন্ননবা ষ্টেসন্দা ফোর্ড কার অমখত্তং লৈরমই। য়াম্না কুপ্পা খল্লবা তুংদা মখা তাবা অচুম্বা মরম থিদোক্লবগী মদুদি ষ্টেসন্দা লৈরিবা মীওই কনা অমত্তনা মীনৌ অমা থুংলখি হায়বসি খঙহৌদ্রে, মকোই মুনা খাকপরা নত্রগা অতোপ্পরা, অদুগুম্বা খুদোংথীবা থোকখিবা নুমিদাংৱাইরম অদুদা, পুন্নমক অদু য়েংলুরগা ৱারোইশিন্দা লাকপা তারগদি মীহাৎপা অদু মফম অদুমক্তদা কার অমা তোংদুনা লাকখিরমই মনাক্লকপা মফম অমদা মীহাৎপা অদুনা নাম্থোক্লবা হোৎনবদা মতেং পীনবা ঙাইদুনা লৈখি। হায়রিবা কার অদুমক্লা ঙকপদা খভথেংলবী চৌকিদার নুপী অদুবু মহাক্কি অনৌবা লৈফমদা পুখিরমই। ঐনা অসুম্না পনবা য়াই লগুন্দা লৈবা এজেন্সিদা থিজিন্নবগী থবক তৌবা হায়বসি পোইরোৎকী মাংজৌননা হায়খিবা ৱাফমগা চান্নরমদে। নত্তে, অসিগুম্বী নুপী মিষ্ট্রেস মিডলটনগুম্বী নুপী মখোয়গী লাইরিক্তা শোয়দনমক্কি য়াউরমগনি অমসুং মিষ্ট্রেস হাভেরিংদা চৌকিদার ফমগীদমক দরখাস্ত থারকপা মতমদা। মহাক্লা এঙ্গেজমেন্ট ফী থাবা মতমদা মহাক্লা করম্বা নুপীবু খল্লবগে হায়বা ৱাফম পল্লম্লোই। পুক্লিংদা নিংবা হায়রপ কাইরদুনা, ঐ লগুন্দা হল্লক্লমই। পোইরোৎ মুগাগী ড্রেসিং গাউন অমা শেৎলদুনা লংনা চাক্লবা মৈ য়াইদুনা পাম্বোমপানবা চৌকিদা ফমদুনা লৈবা থেংনরমই। ঐবু মীনুংশিগা লোয়ননা তরাম্না ওক্লমই।

"হেঃ চান্নরবা মরুপ হেষ্টিংস! নঙ উবদা ঐ কয়াগী মতিক হরাউই। হিরম খুদিংমক্তা ঐ নঙগীদমক্তা চাউনা মীনুংশি ফাউই। নহাক নশামক নুঙাইবা ফাওদ্রবা? নহাক হায়বগী মরমদা ৱাহং পাওহং তৌদুনা অমসুং থিজিন্দুনা য়েংদিব্রা?"

"পোইরোৎ", ঐনা হায়রমই, "পোৎশক অসিদি অমম্বা অরোনবনা থল্লবা ৱাফমনি। কৈদৌনুংদা মসিগী ফল ফংবা ঙম্নরোই।"

"ঐখোয় ইশামক ৱাফম অসিগী মরমদা মীংচৎকী ফিজোলনা লৈতেংবগী লম্বী ওইগদবা মাদ্রে হায়বসি অচুম্বমক্নি।"

"নত্তে, থাক্কেশেংনমক মীনুখাংনি।"

"ওঃ, অদুনা অদু ওইরেদনা, ঐ অদুগুম্বা মীনুখাংদু থেংনবদা য়াম্না হৈবা মীনি! ওন্থোকপা মখলগী খৈরোইদ্রিনি! ঐবু ব্রাকম অদুনা লৌনম তৌবা গুম্বা নত্তে। ঐ মিষ্টর হেরিংটন পেশপু কনানা হাংপগে হায়বদু মতিকচানা খঙই।"

"নঙ খঙই হায়বা? মতৌকরম তৌদুনা নঙনা পুথোক্লিবা?"

"ঐনা তারদা থাখিবা ব্রাহং নঙগী মঙালয়াওরবা পাউখুম্না ঐনা অচুম্বা মরম খঙনবগী মচাক হুপ্লক্লমই।" য়েংউ মফম অসিদা হেস্টিংস, ঐখোয় নিয়মচুম্না মথং মনাও নাইনা চাংয়েং তৌরগা অচুম্বা মরম থিদোকসি। মিষ্টর হেরিংটন পেশ শিংথানিঙাই ওইবা মওংদা মতিক চানা ইনাকখুল্লবা মীওইনি অমসুং মহাক্লা শিবা মতমদা মহাক্কি মমাক্লুপাগী খুত্তা লন-থুম খুদিংমক তাহৌই। পোইন্ট নংঃ ১। মহাক্কি মমাক্লুপা অসি মীয়াম্না অসুম্না লৌনৈ-নীংবা কাইরবা, শেন্দোন্না খাং কোইরবা মীনি হায়না-পোইন্ট নংঃ ২। মহাক্কি মমাক্লুপা অসিবু ঐখোয়না অসুম্না হায়শিরা মহাক্কি শাজৎ অমসুং অচুম-অরানগী থাক্তা লমচৎ মাংথরবা মীওই কৌশিরা?-পোইন্ট নংঃ ৩।"

"অদুবু রোগর হাভেরিং লণ্ডন্দা চৎখিরমই হায়বগী প্রমাণ লৈরে।"

"অরেপ্পনি অমসু মরম অদুনা, মিষ্টর হাভেরিংনা এলমর্স ডেল পুং ৬.১৫দা থাদোকখিবনা মিষ্টর পেশ মহাক থাদোকখিদ্রিঙৈগী মমাংদা হাংপা গুম্ফম থোক্তে, নত্রগা ডাক্তব অদুনা ক্রাইম থোক্লিবা মতম খঙলমফম থোকপনি, লান্না হাইজিন্দুনা অশিবা মীগী হকচাং চাংয়েং তৌরমই, ঐখোয় অচুম্বা মওং খঙদোক্লবা ব্রারোইশিন্দা লাক্লসি, মদুদি মিষ্টর হাভেরিংনা মাগী উন্কলবু কাপ্পুনা হাংপা নত্তে। অদুবু মফম অসিদা মিষ্ট্রেস হাডেবিং লৈরে, হেস্টিংস, হেস্টিংস।"

"ওইথোকপা য়াবা হৌনদ্রে! গুলি অদু কাপ্পা মতমদা মীনাইনুপী চৌকিদার অদু মহাক্লা লোয়ননা লৈরমই।"

"ওঃ হোই চৌকিদার অদু। তৌইগুম্বসুং মহাক মাঙখ্রে।"

"মহাক থিরগা পুথোক্লদবনি।"

"ঐ ওইনি থাজদ্রেবো। চৌকিদার অদু ফানবা হোৎনবদা গুপ্লোইদবা ব্রাফম অমা লৈরে, নঙবু মদু খনদ্রা, হেস্টিংস?" মদুনি ঐঙোন্দা খুদক্তা ফাওবা ব্রাখলদি।"

"মহাক্লা মহাক্কি শান্নফম থোকপা শান্নরম্বগী ব্রানি, ঐগী ব্রাখলদা, মতম-মতমগী পোইরে মতুংইন্না ওইখিবগী ব্রানি।"

"ফরে, থাজরুবদগী অসুম্না লৌবা তারে মকোই মুনা খাকপা মী অদু মহাক্লা য়ান্নবা অমগী মখাদা পুন্না থবক পাংথোকমিন্নরমগনি।"

"ও, নত্তে, মানা তৌরিবা থবক অদু নত্তে! মানা তৌরিবা থবক্তি নহাক্লা হান্ননা পনখ্রেনে, নোংমৈ কাপখিবা মীকুপ্পুমক্তদা মিষ্ট্রেস হাভেবিংগী মত্তোং ওইনবা হৌনবী মতুংইন্না

ঙবান শীবনি। কনামত্তনা মাবু হৌজিক ফংবা ঙম্নরোই, চান্নবা মরুপ, মরমদি মহাক হিংদুনা লৈত্রে। 'অসিগুম্বা মী লৈরম্বা হৌনদ্রে', নহাক্কি অসুক্কি মতিক চাউব্রবা সেক্সপিয়ারনা হায়বগুম্না।"

"মসিদি দিকল ওইরমই", ঐ শোল্হুংননা হায়রমই, নোংক্লিংবা থিংবা ঙমদ্রদুনা। "অদুবু নহাক্কি করি ওইনা লৌই, পোইরোৎ?"

"ঐ খঙই মদুদি জো হাভেরিং লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদা লিলা য়াওবী নুপী ওইরমই মদুদি নহাক অমসুং জাপনা চৌকিদার নুপী অদু অমম্বা হোলদা লৈ হায়বথক্তং উরমই, মুৎশিবা মৈঙাল্লক্তা ফিমু শেংপী মীয়াই চল্লবী নুপী অমা শিথরবা অমসুং লাউনা ঙাংদবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা অমসুং অরোইবদা মদুদি মহাক্না, জাপলা নত্রগা লোকেল পুলিশ চৌকিদারনা কৌরুবদুরা কনামত্তনা মিষ্ট্রেস মিডলটন অমসুং মহাক্কি মিষ্ট্রেস মতম অমত্তদা অমসুং চপমান্ননা তৌরিবা থবকশিং উবা ঙমদে। মসিদি ফাগীগী মওংনি মরমদি নুপী অদু য়াম্না হৈশিংবী থৌনা লৈবী নুপী ওইরমই। মহাক্কি মিষ্ট্রেসপু কৌশিন্নবা শাদুনা, মহাক দলানগী মথক থংবা কাদা কাখৎখিরমই, অরংবা জম্পর অমা শেৎচিল্লমই অমসুং টুপী অমা মদুদা অমুবা মচুগী অথোইবা মরি কয়া য়াম্থুবা অমসুং মদুনা মহাক্কি শক্তম খংওন ওনখিদুনা ব্রাউথাংনবদা পুমওন ওম্থোকখিরমই। চেকশিন্না হোৎনদুনা, ম্যেকউপ খুদিংমক লোয়না লৌথোক্লমই, হায়রপ্না ডাকু মান্নবা উফুল তৈশিল্লমই, লৌশিংলৈবী জো হাডেরিং দলাল মথক্তগী তরুবা শেং-শেংলাউবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা কুমথরক্লমই। কনা অমত্তনা অতম্লনা চৌকিদার নুপী অদুদা য়েংলুদে। মখোয় করিগী তৌদ্রিবা? হায়রিবা ক্রাইম অসিগা মহাক্না করিগুম্বা মরি অমত্তা লৈনদে। চুম্নগী ক্রাইম অদু থোকপা মতমদসু মফম অদুদা মহাক লৈরমদ্রে।"

"ফংখিবা রিভোলভর অদুসু এলিংদা নত্তবরা? মিষ্ট্রেস হাভেরিংনা মফম অদুদা থন্নুবা ঙম্লোই।" "নত্তে, মদুসু রোগর হাভেরিংগী খুৎনি - অদুবু মখোইনা তৌরিবা থবক্তা অরানবা অমদি লৈরে। মসিনা অচুম্বা লম্বেলদা ঐবু পুরক্লমই। কনাগুম্বা মীওই অমনা মখুত্তা মফম অদুদা ফংবা রিভোলভর পাইদুনা মী হাৎপগী থবক তৌরবা মহাক্না খুৎলাই অদু খুদক্তা লংথোকখিগনি, মহাক্না মদু লোইনদুনা লণ্ডন তান্না পুদুনা চৎলোই। নত্তে, হৌজিক ব্রাখল অসি তশেং তশেংলমই, মীহাৎ-মীপুন তৌবা মীওইশিংনা ডর্বিসায়ারদগী অথাপ্পা মফমদা পুথোকখিদুনা পুলিশশিংবু খুৎলাই ফংলিবা মফমদুদা মখোয়গী পুক্লিং থিংজিনহন্নবা অমসুং থৈদোকখিনবা খল্লমগনি, হায়রিবা মীওইশিং অদুনা পুলিশশিংবু শাদানবগী য়ুমগী অকোইবদগী য়াম্না থুনা হেক ঙম্লিবমখৈ তকথোকখিনবগী মরমদা থৌরাংবা ফাওরমগনি। অসুম খল্লুবদা এলিংদা ফংখিবা রিভোলভর অদুমক্তা মিষ্টর পেশপু কাপখিবা নত্তে। রোগর হাভেরিংনা খুৎলাই অদুগী মরু অমা কাপথোক্লমই, মদু লণ্ডন তানা পুরমই, মহাক্কি ক্লবতা চুমদ্রিং চংশিল্লগা মহাক ক্রাইম অদু থোকপা মতমদা মহক মফম অদুদা লৈতে হায়বা উৎনবা হোৎনরমই, অদুদগী য়াম্না থুনা

এক্লিংদা চৎলমই, এক্লিং ডিষ্ট্রিক্ট মনি, মিনিট কুনমুক্তা চংবা মতমনি, শোংয়োম অদু ফংখিবা মফমদা থমজিল্লমই অমসুং সহরদা হল্লক্কমই। অদুগুম্বী শুম্মাংনিঙাই ওইরীবী জীব, মহাক্কি নুপী অদুনা মিষ্টর পেশপুয়াম্না ইংনা তপ্না চাকলেন চারবা মতুংদা কাপ্পমই-নহাক নিংশিংগনি মহাক তুংলোমদগী কাপ্পা নত্রা? অতোপ্পা মরুওইবা পোইন্ট অমনা, মদুদি! নৌহৈননা কাপথোকখিবা মরু অদু অতোপ্পা মরু অমনা মহুৎ শিঞ্জিল্লমই অমসুং হান্নগী য়ান্‌ফমদা থমজিল্লমই অমসুং অদুগী মতুংদগীদি মহাক্কি নিংবা কাইবগী নুঙাইরবা লিলা মচা অমা হৌই।"

"মসিদি থাজবা ঙমদে," ঐ শোষ্টাংননা হায়রমই, শুম্মাংনিঙাই ওইরমই," অমসুং অদুম ওইনমক -"

"অমসুং অদুমওইনমক অচুম্বা য়াফম্নি, পুকচেল ফরবা, ঐগী মরুপ, মসি অচুম্বনি। অদুবু মমল তাংলবা জুরাদুবু বীচার চৎথবদি, মদুনা অতোপ্পা য়াফমনি। ফরে মদু জাপনা ঙম্বা থাক্তা তৌরসনু- ঐনা মাঙোন্দা চিঠি ইদুনা মপুংফানা খঙহন্ত্রবনি-অদুবু ঐ য়াম্না কিরে, হেস্টিংস, ঐখোয় মখোয়গী লাইবক্না তম্বা ফিভমদা লৈরসনু হায়না য়াবা তাবনি; নত্রগা ঈশ্বরগী অচুম্বা মীচারদা, নহাক্না য়াম্না পামজবা মওংনি।"

"ফত্তবনা চাউবা নাইরকপা হায়বসিমক্তি সমুদ্র খোঙবান্দা হৌবা অশংবা পাম্বীগুম্বনি," ঐনা মঙোন্দা নীংশিংলমই।

"অদুবু অরেপ্পা মমলদা, হেস্টিংস, মতম খুদিংমক্তা অরেপ্পা মমল অমদা, হেঃ চান্নরবা মরুপ।" পোইরোংকী অচেংপা পাউতাক অবেপ্পা নাইরমই। জাপ মহাক্কি থিওরীদা অচুম্বা লৈরে খঙলবসু, মরাল লৈরে হায়বদুগী দরকার ওইবা প্রমাণ ফংবা ঙম্লমদে।

মিষ্টর পেশনা শাগৎচরম্বা চাউরবা লন-থুম মহাকপু হাংলিবা মীশিংগী খুত্তা চাখিরমই। অদুওইদুনসু, অশি-থোঙাক লাইরেম্বীনা মখোয়বু খুদুম চল্লমই, অমসুং ঐনা খবর পারুবদা থেংনরমই মদুদি মিষ্টর রোগর অমসুং মিষ্ট্রেস হাভেরিং, পারিশ মেল তোংদুনা পাইবা মতমদা এয়ারক্রাস থোক্তুনা শিরমই অমসুং ঐনা খঙলমই অদুম্বা বীচার তৌবদা ঐ পেনবা ফাওরমই।❑

# ফাগ্রবা প্রাইম মিনিষ্টর

হৌজিক্তি লাঞ্জাও অমসুং মদুগী ৱাথোক লাম্বোকশিং পুম্নমক হৌগ্রবা মতমগী মনুং চপ্লমই, ঐনা খল্লি ঐ য়ারগদি চেকশিন্না হোৎনদুনা ঐগী মরুকপ পোইরোৎনা জাতিগী অৱা-অনা নংলবা মতমদা লৌখিবা থৌদাং মালেমপুম্বদা হায়দোক্কে খল্লি। অরোনবা অদু ফজনা ঙাক-শেন্দুনা থল্লিবনি। চিরোলগী ৱাফম ফাওবা প্রেসনা ফংবা ঙম্লমদে। অদুবু, হৌজিক্তি অরোনবা ঙাকপগী কান্নবা হৌগ্রে, ঐগী পুক্রিংদা ফত্তবা ৱাখল অমনা ইংলেণ্ড হায়রিবা লৈবাক অসিনা খঙগদবা ৱাফম অমনা ঐগী চান্নরবা মরুপ পোইরোৎ মী পীক্তক তৌবা অসিগী চাউনা লম্মন তোনশিল্লে মরমদি মহাক্কি অঙকপা শক্তি চেনবা ব্রেনগী পাম্বৈনা লৈবাক্কি চাউরবা অকি অখং থোক্কদবা থৌদোক অমবু নাথৈবা ঙম্বা মীশক্লি।

নোংমা নুমিদাংৱাইরম চাক্লেন চারবা মতুংদা-ঐ তারিখতি পঞ্জররোই; অসুম্না হায়বদা মতিকচারে মদুদি ইংলেণ্ডগী য়েক্লবশিংনা তেনৱা খোঞ্জেলদা মাইকৈ খুদিংদগী লাউরক্লমই "পিজ ৱাই নেগোসিয়েসন" - ঐগী মরুপ অমসুং ঐ মাগী কাদা ফম্লমই। অর্মিদা লৈরম্বদগী হকচাং শোইনাইরদুনা ঐঙোন্দা থবক অমা হাপ্লিরমই, নুমিদাংৱাইরমগী মতম চাক্লেন চারবা মতুং পোইরোৎকী য়ুমদা চত্তুনা মহাক্কা হৌজিকমক পাইরিবা নুঙাইরবা কেশ কয়াগী মরমদা ৱারী ৱাতাই শাবনা ঐগী হৈনবী ওইরমই।

ঐ মহাক্কা লোয়ননা নুমীৎ অদুদা থোক্লিবা মীপুমতিংনা তাননরবা পাউগী মরমদা খন্ন-নৈনগে হোৎনরমই - মিষ্টর দাভিদ মেক আদাম, ইংলেণ্ডগী প্রাইম মীনিষ্টরবু অতম্মনা হাৎকে খন্না তৌবা থৌরাংদগী হম্থদবা মওংনি। খবর কাগজদা য়াওরকপা মরোল পুম্নমক কুপ্না য়েংলগা অচুম অরান থীদোক্লমই। অকুপ্লা মরোল পল্লক্তে, কল্লে মদুদি প্রাইম মীনিষ্টগী থৱাই উচিন-নাচিন, নোংমৈ মরু অদুনা মহাক্কি খজাইদা খেৎলগা চৎখিরমই।

অসিগুম্বা পামদবা থৌদোক অসি থোকখিবগীদমক্তা, ঐনা খল্লমই, ঐখোয়গী পুলিশম্যেনশিং অসি ইকাইবা খঙদবমখৈ চেকশিনখিদ্রেদা। ঐ ফজনা ভাব তাবা ঙম্লমই মদুদি জর্মাণ এজেন্টশিংনা ইংলেণ্ডদা অসিগুম্বা খুদোংথীবা থোক্লবগী মীংচৎ লৌনবা ঙাইদুনা লৈরমই। লান-থেংনবদা নীংহন্নদ্রবা 'মেক' হায়দুনা মহাক্কি পাট্রিনা মঙোন্দা মীংথোল পীরমই, অঙকপা পাঙ্গল অমসুং শান্তি পাম্বগী অমতা ঙাইরবা ইহৌ য়াম্না পাকচাউনা শন্দোক্লমই।

মহাক ইংলেণ্ডগী প্রাইম মীনিষ্টর ওইবদগী হেন্দোক থোইদোক্লমই-মহাক ইংলেণ্ড ওইরমই;

অমসুং মহাক্কি তৌবাগুম্বা শক্তি লৌথোকপা হায়বগী অর্থদি ইংলেণ্ডবু মকুপ্তানা থুগাইবা অমসুং পংথহনবগী চৈথেং পীবনি। পোইরোৎ মথৌচিল্লমই মরমদি মহাক্কি ব্রাউথাংনবা সুইট অমা মখুত্তা অশিকপা ব্রুশ অমা পাল্লরগা শেংদোক্লান লৈরমই। মশা নানবদা পোইরোৎকুম্বা মীশক কনা অমত্তা লৈরমদে। লুহোনবা অমসুং মথং-মনাও নাইনা থবক তৌবা মহাক্কি কল্লকচবা ওইরমই। হৌজিক মহাক্না লৈরিবা কা অদু বেঙ্গেনগী মনম চেনবনা, মহাক ঐঙোন্দা পুক্নিং মপুং ফানা থিংজিনবা গুল্লমদে।

"মিনিট খরগী মতুংদা ঐ নঙগা লোয়নবা য়ারগনি, ঐগী মরুপ, ঐগী থবক লোয়রে। ঐগী ফিদা গৃজ তৈবগী মফম লৈরমই - মহাক অফবা নত্তেনে-ঐ মহাকপু লৌথোকপনি-মতৌ অসুম তৌদুনা।" মহাক্না মহাক্কি ব্রুশ হায়রমই।

ঐনা ঐগী চুরুট অমা চুখৎলগা মোমোন তৌরমই।

"য়াম্না নুঙাইবা ব্রাফল্লা?" ঐ হংলমই, মিনিট অমা নত্রগা অনীগী মতুংদা "ঐ মতেংপী অমা - মতৌকরম তৌদুনা মমিং থোল্লিবনো?

"লমচৎ নাইদবী নুপী' মহাক্কি মপুরোইবা ফংনবা থিবদা। লুরবা থৌদোক্লি, লৌশিং য়াম্না চংবা। মরমদি ঐঙোন্দা পিকল্লবা ব্রাখল অমা লৈরে মদুদি মহাক্কি মপুরোইবদু ফংলে মহাক পুক্নিং পেল্লোইদৌরি। নহাক করি তৌবা তারি? ঐনা তৌগদবা হায়ববু, ঐ মঙোন্দা মীনুংশিং পোক্লমই। মহাক মী পুম্নমক্না লোয়নবা য়াদ্রবা তোঙান তারবা মীনি, মশানা মশাবু মাঙহঞ্জবনি।

ঐ নোক্লমই।

"মমৈথংদদি গৃজ তৈবা মফম অদু কোকখ্রে, মহাক চৎখ্রে! ঐ নঙগী দরকার ওইবদা থৌরাং তৌদুনা লৈরে।"

"ঐনা নঙোন্দা হংলিবা ব্রাফমদি নহাক্কি ব্রাখলদা মেক আদাম্বু হাৎকে হায়দুনা তৌরম্বা থৌরাংগী মতাংদনি।"

"অঙকপা অকিবগী মশক্লি!" পোইরোৎনা মতাংচানা পাউখুম পীরক্লম্মী।" মসি কনাগুম্বা অমনা হকচিন্না লৌবা চুমগনি। নোংমৈ কাপ্পা - কৈদৌঙৈদসু মায়পাক্তবা। মসিদি হৌখ্রবা মতমগী অরিবা পাম্বৈনি।"

"হন্দক্কি থৌদোক অসিদি মায় পাকপরোমদা নকশিনগে তৌরমই।" ঐ মঙোন্দা অসুম্না হায়রমই। পোইরোৎ খাঙমদনা মকোক হাইরমই। মহাক্না পাউখুম পীগে হায়দুনা তৌরকপা তাঞ্জাদা য়ুম্নুরেম্বীনা থোঙজাউদা মঙক থিংজিল্লক্লমই অমসুং মঙোন্দা পাউ তল্লমই মদুদি জেন্টলম্যেন অনীখক্না লাক্লুনা মখাদা লৈরমই অমসুং মহাক উল্লবা পাল্লমই।

"মখোয় মমিং লৈফম্নচিংবা তাক্তে, স্যার, অদুবু মখোয়না হায় য়াম্না মরুওইবা থবক্লি।"

"মখোয় কাখৎহল্লকউ", পোইরোৎনা হায়রমই, য়াম্না চেকশিন্না মহাক্কি ট্রাউজর থুপচিল্লগা।

মিনিট খরগী মনুংদা লাক্লিবা মী অনী অদু চংশিল্লক্লমই, অমসুং ঐগী থম্মোয়গী মীহুন অহানবমক্তদা চোংবা হৌরক্লমই। ঐনা খঙলমই লাক্লিবা মীওইশিং অচম্বা নত্তে হায়বা মদুদি লোর্ড ইষ্টর, হাউস ওফ কমন্সকী লুচিংবা; মহাক্কা লোইনরিবা মীশক অদুনা মিষ্টর বারনাড দোজ, মহাকসু ব্রার কেবিনেটকী মেম্বর ওইরমই, অমসুং ঐনা খঙলমই, প্রাইম মিনিষ্টরগী য়াম্না নকশিনবা, লোয়নদুনতা লৈবা মীওইশিংনি।

"স্যার পোইরোৎ?" লোর্ড ইষ্টরনা হংনিংবগা লোয়ননা হংলমই। ঐগী মরুপ খুরুম্লমই। চাউম্রবা মী অদুনা ঐগোন্দা য়েংলমই অমসুং চিংনবা ফাওরমই।

"ঐগী শিনফম লল্লাইগীনি।"

"নখোয় কেপ্টেন হেস্টিংসকী মমাংদা অথিংবা য়াওদনা হায়বিবা য়াগনি", ঐগী মরুপ্না হায়বমই, ঐগোল্লোমদা অদুম লৈনবা ইঙ্গিৎ পীরমই। "মহাক মহৌশাদগী পীথোরকপা খুদোল য়াওদে, নত্তে। অদুবু ঐনা মাগী অনিংবগী মতুংইন্না পাউখুম পীগনি।"

লোর্ড ইষ্টর হৌজিক ফাওবা চিংনবমই, অদুবু মিষ্টর দোজনা খংহায় হায়রক্লমই ঃ

"ইহেঃ লাক্লো ব্রাকোই ঙাংনবগী কান্নবা লৈরোই। ঐনা কদাইফাওবা উবা ঙম্বগে হায়বদা, ইংলেণ্ডদা লৈরিবা মী খুদিংমক্লা য়াম্না থুনা মখুল অদু খঙলগনি। মতমগী মনুংদা খুদিংমক ওই।"

"খুকমজরী ফমবিয়ু, ইকাইখুম্নজরবসিং", পোইরোৎনা নোল্লুকপগা লোয়ননা হায়রমই। চাউরবা চৌকি অসোমদা লেংশিনবিরোইদ্রা, অদোম্না?"

লোর্ড ইষ্টরনা হায়রপ্না হৌরক্লমই, "নহাক ঐবু খঙবরা?"

পোইরোৎ মোমোন নোক্লমই! "তশেংনা খঙজে, ঐনা খবর চেফোংসিংদা য়াওবা অপিক্কপা ফোটোশিং পাজে। অদু ওইরবদি করিগী ঐনা খঙলোইদৌরিবনো?"

"হেঃ ইকাইখুম্নজরবা পোইরোৎ, ঐনা লাক্লিবসি য়াম্না মরুওইপ্রবা থৌদোক অমগী মরমদা নহাক্কা তান্নবা লাকপনি। ঐনা হঙ্গদৌরিবা ব্রাফমসি মপুংফানা অরোনবা মরমনি।"

"নহাক হায়বদি হারকুল পোইরোৎকী ব্রা তাননবগী-ঐ মখা অমুক তাবা তৌরোই।" ঐগী মরুপ চিন্দোন লৈতোন শেংনা অমুক্তা হায়বীয়ু।

"মসি প্রাইম মিনিষ্টরগা মরী লৈনবা ব্রাফম্নি। ঐখোয় হৌজিক খমথেংনা অব্রাবা খুদোংথীবদা তারে।"

"ঐখোয় হৌজিক উতোন্দা লৈরে।" মরক থৎলদুনা মিষ্টর দোজনা হায়রক্লমই। "য়াম্না শাখিবা মওংদা অশোক অপন থোক্লমলোইদরা, অদুগী মতুংদা?

ঐনা হংলমই।

"করি অশোক-অপন?"

"বুল্লেটনা শোকখিবগী দাগ।"

"ইহেঃ অদুয়া!" মিষ্টর দোজনা তুরুচবগা লোয়ননা হায়রক্রমই।" "মদুদি অরিবা মতমগী ইতিহাসকী য়ানী।"

"ঐগী মরুপ্পা হায়বগুম্না", লোর্ড ইষ্টরনা মখা তারক্রমই, অদুগুম্বা থেদোক অদু হৌগ্রে অমসুং পাংথোকগ্রে। লাইবক করিবদি, মদু অরেম্বদা তাখিরমই। ঐনা খল্লি, ঐনা হায়বা ঙমগনি; অনীরক শুনা থোক্লকপগী চাং য়াম্না য়াংনা লৈ।"

"অদুগী মতুংদা অনিরক শুবা ওইনা হাৎনবা হোৎনরক্কদৌরিবরা?"

"হোয়, হান্নগী মওং অদুগা মান্নব্রবসু। স্যার পোইরোৎ, প্রাইম মিনিষ্টর মাংগ্রে।"

"করি"?

"মহাকপু মীনা ফাদুনা পুগ্রে।"

"ওইথোকপা য়াবা নত্তে!" ঐ লাউরমই ফুম্বংনরদুনা।

পোইরোৎ খুইথরবা মীৎয়েংনা ঐঙোল্লোমদা য়েংলক্রমই, মদু ঐনা খঙবদদি ঐ য়া অমত্তা ঙাংদনা তুমিন লৈশিনবদুদা।

"লাইবক থীবনি, য়েংবদা ওইথোক্লোইদবা মানবনি, কা-হেন্না চুন্নবা য়াফমনি", লোর্ড অদুনা মখা তারক্রমই।

পোইরোৎ মিষ্টর ডোজদা য়েংলমই। "নহাক্না হৌজিখক্তা অসুম্না হায়খিবা য়াফমদি, স্যার, মদুদি মতম্না খুদিংমক ওইরমই। নহাক্না হাইরিবা অদুনা করিনো?"

নুপা অনী অদুনা অমগা অমগা য়েংনরমই, অমসুং অদুগী তুংদা লোর্ড ইষ্টরনা হায়রক্রমইঃ

"নহাক তারেদনা, স্যার পোইরোৎ, এল্লাইদ কন্‌ফরেন্স ফমগদবা কুইদ্রে হায়বসি?"

ঐগী মরুপ্পা মঙক নোন্নমই।

"ফজনা ভাব তারবা মরম অমদি, করম্বা মতমদা কদাইদা মসি থোকখিবগে হায়বগী অকুপ্পা মরোল ফংবা ঙম্নমদে। অদুমওইনমক, মসি খবরদা ফোংদুনা অকুপ্পা মরোল ফংবা ঙমদ্রগসু, তারিক অদুদি, অসুম খল্লুবদা রাজনিতী তৌবা অমসুং লৈবাক্কি লুচিংবশিংগী মরক্তা পাকশন্না খঙনরবা য়াফমনি। কন্‌ফরেন্সতু হয়েং ফমগদবনি - শগোলশেল নুমিৎ-নুমিদাংয়াইরম ভর্সেল্লিদা। হৌজিক নহাক খঙলরিগনি অদুগুম্বা কিনিঙাইওইবা খুদোংথিবা অদুগী ওইরিবা ফিভম। ঐ নখোয়দা লোৎশিন্দুনা থমগদবা নত্তে মদুদি প্রাইম মিনিষ্টর কন্‌ফরেন্স য়াওবা হায়বসি অসুক্কি মতিম মরু ওই। লান থোকপনা শাখিনা মাঙ-তাকহল্লে, শংদাইনদুনা শান্তিদ পুরক্কদবনি জর্ম্মন এজেন্টশিংগী খোল্লাউ অদুক্কি মতিক কল্লমই। পৃথিবী পুম্বগী ওইনা মত শীনরক্রমই, হন্দক্কি কন্‌ফরেন্স অসিদা প্রাইম মিনিষ্টরগী অঙকপা মগুণনা চাউনা ওনবা তাঙ্কক অমা ওইহনগদৌরিবনি হায়না। মহাক য়াওদবা তারগনি শাখিরবা ফল লাক্কনি ওইথোক্লিঙাই মরম মপুংফাদবা অমসুং অরা-অনানা থল্লবা শান্তি। ঐখোয় মহাক থাবা নত্তনা কনামত্তনা মহৎশিনবিনিঙাই লৈতে। মহাকখক্তনা ইংলেণ্ডগী মহৎ শিল্লুগদবনি।"

পোইরোৎ মাইথোং চিংলেম্বা হেক্সংলক্রমই। "অদুগী মতুংদা নখোই প্রাইম মিনিষ্টর ফাখিবগী মরমবু মহাক্না কন্ফরেন্স য়াওবা ওমহন্দনবা অতম্মনা অথিংবা পীবনি হায়না নৌবরা?"

"শুকশোই শোইদবনি ঐ খল্লি। মহাক মতম অদুদা থাঙ্গেশেংনমক ফ্রান্স তানা চৎখিবগী লম্বীদনি।"

পোইরোৎ মহাক্কি ফুরিংখাউদগী ফজরবা ঘড়ি অমা লৌথোবক্রমই।

"হৌজিক পুং ৯ তাগদবা শরুক মরি থোকপগী শরুক অমা য়াৎলি"। "পুং ২৪", হায়রমই দোজনা য়াখল তৌনা।

"অমসুং শরুক মরি থোকপগী অমনি", পোইবোৎনা চুমথোক্রমই। কাউগনু মবি থোকপগী অমনি, স্যাব,-মসি কান্নবা য়াবা য়াফম্নি।

হৌজিক অকুপ্পা মবোলশিংগীদমক্তা - ফাখিবা অদু, মদু ইংলেন্দ নত্রগা ফ্রান্সতা থোকখিবা থৌদোক্না?" "ফ্রান্সকী মনুংদনি। মিষ্টব ম্যেক আদাম ফ্রান্সতা ওসি অুক লাল্লগা চৎখিবমই। মহাক ওসি অহিং কম্যান্দব-ইন-চিফকিদা আতিথি ওইনা পোখাগনি, হয়েং অয়ুক্তা পাবিশ য়ৌগনি। মহাক্না চেনেল লানবা মতমদা দেষ্টোয়ার কৌবা জহাজনা থিনগনি। বোলোগনিদা জেনেবেল হেড কাটরস্তগী লাকপা কাব অমনা কম্যান্দব-ইন-চিফকী এ:দি:সি: গা লোয়ননা ওক্কনি।"

"অদুদগী করি তৌববা?"

"ফয়ে, মখোই বোলোগনিদগী খোঙশাল্লমই - মখোয় কৈদৌঙৈদসু লমথুংফম য়ৌবমদে।"

"কবি হায়বা?"

"স্যাব পোইবোৎ, মসি অবানবা কাব অমসুং অবানবা এঃ দিঃ সিঃ ওইরমই। অশেংবা কাব অদুদি শোবোক্কি নাকন্দা লৈবা থেংনবমই, ড্রাইভব অমসুং এঃ দিঃ সিঃ অদুগা লোয়ননা তনান্না খামদুনা ওাইদুনা লৈরমই।"

"অমসুং শাশিন্নবা কাব অদুদি?"

"হৌজিকফাওবদা লেংদনা লৈরী।"

পোইবোৎ খাওমদবগী শাজৎ মওং উৎলমই। "থাজনিঙাই ওইদেবো! শোয়দনমক মসিদগী পুক্লিং থৈদোকপা মতমশাংনা ওস্লোইদৌবি?"

"অসুম তৌদুনা ঐখোয় য়াখল তৌরমই। য়াথোক অসিদা উহল্লিবা য়াফমদি ইচম চম্না মনুং-মপাল ফাওনা থিগৎপা চঙই। ফ্রান্স হায়বিবা লৈবাক অসিসু মিলিটারী আইনগী মখাদা লৈরমই। ঐখোয় জ্যান তারিবা য়াফমদি কার অদু মী খঙহন্দনা শাংনা চৎপা ওস্লোই। ফ্রান্সকী পুলিশ অমসুং ঐখোয়গী স্কোটলেণ্ড য়াউকি মীওইশিং অমসুং মিলিটরিশিংনা অব্রাবা কয়া খাওনা হোৎনরিবনি। মসিনি, নওনা হায়বগুম্না, থাজনিঙাই ওইথোক্তে-অদুবু করিগুম্বা

অমত্তা পুখোকপা লৈত্রি।" তাঙ্গা অদুমক্তন্দা খোঙ থিল্লমই, অমসুং নহা ওইরিবা ওফিসার অমনা ফজনা সিল ফুরবা এনভেলপ অমা লোর্ড ইষ্টরদা পীশিল্লমই।

"ফ্রান্সতগী লাক্‌পনি, স্যার, ঐনা মসি মফম অসিদা পুরকপনি, নহাক্কি পাউতাক মতুংইন্না।"

মিনিষ্টর অদুনা মদু খৌরাংনা শেগাইরমই, অমসুং ব্রাহে খরা হায়রক্লমই। ওফিসার অদু চৎখিরমই।

"মমৈথংদা মসিদা পাউ লৈরে। টেলেগ্রাম অসিদা শুগাইনা তাকপা ব্রারোল য়াওরমই, মখোয়না অনীশুবা কার অদু ফংলে, সেক্রেটরী ডনিয়েলবুসু য়াওনা ক্রোরোফোম থাজিলমই, ব্রা ঙাঙবা থোক্লে, অমসুং মী তাদ্রবা ফার্ম অমগী মনাক্তা লৈরমই ?গী মনাক্তনি-। মহাক্না করিসু নীংশিংলক্তে, করিগুম্বা খরা নত্তনা হায়বদি মহাক্কি ময়া অমসুং মনাতোন তুংলোমদগী পুনশিল্লমই, অমসুং মহাক মশামক নাম্থোক্লবা হোৎনরমই। মহাক্কি জবান্দগী অশেংবা মরম খঙলদুনা পুলিসশিংসু পেল্লমই।"

"অমসুং মখোয় অতে থোইদোকপা পোৎলম ফংদবরা?"

"ফঙদে।"

"প্রাইম মিনিষ্টরগী অশিবা হকচাং নত্তবা? অদুওইরবদি, আশা লৈরি। অদুবু তৌথোক-নুংথোক্তবা থৌদোক্লী। করিগীনো, ঙসি অয়ুক মহাকপু কাপকে হায়দুনা হোৎনবা মতুংদা, মখোয়না মহাকপু হীংদুনা থম্বা তারগদি অবাবা কোঙ্গোই থেংনগনি হায়বসি মখোয় খল্লা?"

দোজ মঙক হায়রমই। "পোৎশক অদুদি তশেংনা শোইদ্রে। করিগুম্বা পাম্বে শিজিন্নদুনা মহাকপু কন্‌ফরেন্স য়াওদনবা থিংবা হায়বসিনা মখোয়গী পুক্লিংদা চপয়ুংনা খনবা ব্রাখল ওইরে।"

"মসিনা মীওইবগী ব্রাখলদা ওইথোকপা য়ারগদি, প্রাইম মিনিষ্টর মফম অদুদা শোয়দনা লৈবমগনি। লাইন চানবিরবদি মতম হেন্দোক্ত্রি। হৌজিক, ইকাইখুম্নজরবশিং, ঐঙোন্দা নৌহৌনা পাউদমবিয়ু-অহৌবমক্তগী। ঐ নোংমৈনা কাপ্পগী থৌদোক মপুংফানা খঙদবা য়াদবনি।"

"হৌখিবা অহিংদা প্রাইম মিনিষ্টর, মহাক্কি সেক্রেটরিশিংগী মনুংদা অমা লোয়নরমই, কেপ্টেন দেনিয়েলস-"

"মহাক অদুমক্লা মহাক্কি ফ্রান্স খোঙচত্তা লোয়নখিবা?"

"হোয়, ঐবু হায়য়ু হায়রবদি, মখোয় ব্রিন্দসোর তানা কার তোংদুনা চৎখিবনি, হায়রিবা মফম অদুমক্তন্দা মীয়ামগী মিটিং অমদা ব্রা ঙাংলুগদবা লৈরমই। ঙসিগী অয়ুক অঙনবদা মহাক সহরদা হল্লক্লমই, হায়রিবা খোঙচৎ অদুমক্তনি মহাকপু হাংকে হায়দুনা তেমশিংনখিবা।"

"মীকুপ অমত্তদি, নহাক্না চানবিরগদি। কেপ্টেন দেনিয়েলস হায়বসি কনানো? নহাক মহাক্কি মরমদা অকুপ্পা মরোল খঙবিবরা?"

লোর্ড ইষ্টর মোমোন নোক্লমই। "নহাক ব্রাহং অদু হংলক্লনি হায়দুনা ঐ খল্লম্বনি। ঐখোয় মাগী মরমদা কাহেন্না খঙদে। মহাক করম্বা শাগৈদগী হৌরকপগে খঙদে। মহাক ইংলিশ আর্মিদা থবক তৌই, কা হেন্না তৌবা ঙম্বা সেক্রেটরিনি, মহাক খমথেংনা ফরবা লিঙ্গুইষ্ট অমনি। ঐ থাজে মহাক লোন তরেৎ ঙাংবা ঙমই। মসিনা মরম ওইদুনা মহাকপু ফ্রান্স খোঙচত্তো লোয়নখিবনি।"

"মহাক্কি মরি-মতা ইংলেণ্ডদা লৈ লাকপ্রা?"

"মনে অনীখক লৈ। মিষ্ট্রেস এভেরাড, হেম্পস্টিডতা লৈবী অমা অমসুং মিস দেনিয়োলস, আস্কোটকী মনাক্তা লৈবী অমনি।"

"আস্কোট? ব্রিনডসোবগী মনাক্তা লৈবী অদুরা, মহাক নত্তবরা?"

"পোইন্ট অদুদি হেঞ্জিন্না উশিনবা তৌরোইদবনি। তৌইগুম্বসুং মদু করিসু কান্নরোই।"

"নহাক কেপ্টেন দেনিয়েলসপু কা-হেন্না চিংননিঙাই ওই হায়দুনা লৌবরা?" খমথেংনা শাউবগী মমী অমা লোর্ড ইষ্টরনা পাউখুম পীরকপা মতমদা মহাক্কি খোঞ্জেলদা য়াওরমই।

"নত্তে, স্যার পোইরোৎ, হৌজিক্কি মতম অসিদা, ঐ কনাগুম্বা মীওই অমবু অতম্ননা য়াম্না চিংননিঙাই ওই হায়না লাউথোকত্রিঙৈগী মমাংদা মী খুদিংমকপু ঐ চিংনবা ফাওই।"

"নুংশিববা মরুপ, হৌজিক ঐ ভাব তারে, ইকাইখুম্নজরিবা, মদুদি প্রাইম মিনিষ্টরবু তৌরমগনি, ব্রাবীগী মতাংনা ওইবগী ব্রানি, পুলিশনা শোয়দনবা ঙাক-শেল্লমফম থোকই, মদুননি মহাক্কপু হাৎকে হায়দুনা তৌরকপা থৌরাং খুদিংমক য়াদনবা শিল্লোইদরা?"

লোর্ড ইষ্টর মকোক নোল্লগা খুকল্লমই। "অদুম ওইবোইরে। প্রাইম মিনিষ্টরনা তোংলিবা কার অদুদা অতোপ্পা কার অমনা য়াম্না নক্লা ইল্লমই হায়রিবা কার অদুগী মনুংদা দিতেক্তিভ য়াওরমই অচম্বা ফিজোল শেত্তুনা। মিষ্টর ম্যেক আদাম অকি অখং নাইদবা মীনি, মহাক্কি থৌনা-লিংজেলনা মখোয়বু য়াম্না লাইনা তকথোকখিবা ঙম্বা মীওইনি। তৌইগুম্বসুং, পুলিশশিংসু, মহৌশাগী নিয়ম মতুংইন্না মখোয়গী থৌরাং তৌরে। অশেংবমক্তি, প্রাইম মিনিষ্টরগী দ্রাইভব, ও মর্ফি, সি:আই:দি:গী মীওইনি।"

"ও মর্ফি? মদুদি আয়ার্লেণ্ডগী মীংনি, মসি অসুম্না ওইদবরা?"

"হোয়, মহাক আইরিশম্যেন অমনি।"

"করম্বা আয়ার্লেণ্ডগী শরুক্তগী?"

"কাউন্টি ক্লার, ঐ অসুম্না থাজে।"

"ইকাইখুম্নজরবশিং, মখা তাথবিরকউ।'

"প্রাইম মিনিষ্টর লণ্ডন্দগী খোঙশানবা হৌখিরমই। কার অদু থিংজিনবা ওইরমই। মহাক অমসুং কেপ্টেন দেনিয়েলস মনুংদা ফল্লমই। অনীশুবা কার অদুসু হান্নগুম মতুং ইন্নরক্লমই। তৌইগুম্বসুং, লাইবকথিবদি, করি তৌগদৌরিবনো খঙদনা প্রাইম মিনিষ্টরনা তোংলিবা কার

অদু মরুওইবা লম্বেলদগী থৈদোকখিরম্‌ই।"

"শোয়োক্কি করিগুম্বা পোইন্ট অমদা থেকচিনফম লৈব্রা?" পোইরোৎনা মরক থৎলদুনা হায়রম্‌ই।

"হোয়, মদু মতৌকরম তৌদুনা নহাক্না খঙলিবনো?"

"ইহে, প্রমান্না তারবা ৱাফম্নি। মকা তাথবিরকউ।"

"অচুম্বা মরম খঙদবা থৌদোক থরনা," লোর্ড ইষ্টর মখা তারক্লম্‌ই, "প্রাইম মিনিষ্টরগী কার অদু মরুওইবা লম্বেল থৈদোকখিরম্‌ই। পুলিশকী কার অদুনা থৈদোকত্রে খঙদবদগী, হায় রোডতা অদুম থৌরম্‌ই। হান্না কয়া তোয়না চত্তবা লম্বেলদুদা য়াম্নদি থাপ্পা চৎত্রিঙৈগী তাঙ্গাদা, প্রাইম মিনিষ্টরগী কার অদুবু মকোক্তা মায়থুমফ উপ্পা কাওবু অমনা ফারম্‌ই। ড্রাইভর অদু-"

"অদুগুম্বা থৌনা ফরবা ড্রাইভর ও মর্ফি।" পোইরোৎ, শোম্বাংননা, ৱাখল খল্লগা হায়রম্‌ই।

"ড্রাইভর অদু মীকুপ খরগী ওইনা নিংহন্নরম্‌ই, ব্রেক য়াদবনা মরম ওইদুনা। তাঙ্গা অদুদা প্রাইম মিনিষ্টগী মকোক গাড়িগী থোংনাউ ৱাংমদা হেন্দোক্লম্‌ই। খঙহৌদনা গুলি অমা কাপ্লম্‌ই- মতুংদা অতোপ্পা অমনা। অহানবগী গুলি অদুনা খজাইদা খেৎলগা চৎখিরম্‌ই, অনীশুবা অদুনা, লাইবক ফবদগী, থাগুক্লো চৎখিরম্‌ই। ড্রাইভর অদুনা, খুদোংথীবদু খঙলদুনা, চুমদ্রিং থৌগৎলম্‌ই, মাংদা লৈরম্বা মীয়াম তকথোক্লগা।"

"খজিত্তুংদা নাম্থোকপনি," ঐ কিবগা লোয়ননা নিক্লা হায়রম্‌ই।

"মিষ্টর মেক আদাম খজিত্তং শোকখিবা অদুদা পাখৎপগী ৱাফম মশানা য়াবা ওল্লমদে। মহাক্না হায়রক্লম্‌ই খজিত্তং খেৎখিবনি হায়না। মহাক লমদম অদুগী থাংপোক্‌ম্না লিংবা হোস্পিটাল অমদা থাম্লম্‌ই। ড্রেশিংনচিংবা তৌরম্‌ই - মহাক তৌরমদে, অদুমওইনমক, মহাক্কি মশক-মমিং হায়দোক্লমদে। অদুগী তুংদা চারিং ক্রোস তান্না লেপখিবা মতম শোয়গনি খন্না থৌরম্‌ই, মফম অদুদা মহাক্কিদমক্তা দোভর তান্না চৎকদবা অখন্নবা রেলগাড়ি অমা ঙাইদুনা লৈরম্‌ই, অমসুং কেপ্টেন দেনিয়েলসনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী তেল্লপ্পা মরোল খঙনিংনা ঙাইরবা পুলিশতা পীরম্‌ই, হৌনবী মতুংইন্না ফ্রান্সকীদমক খোঙশাল্লম্‌ই। দোভর য়ৌরবা মতমদা মহাকপু ঙাইদুনা লৈরিবা ডেষ্ট্রোয়ার কৌবা জহাজদা কাখৎলম্‌ই। বোলোগনিদা, নঙনা খঙঙেদনা, শাশিন্নবা কার অদুনা মহাকপু ঙাইদুনা লৈরম্‌ই ইউনিয়ন জেক ফিরাল থেত্তুনা, অকুপ্পা মরোল খুদিংমক চুন্নবনি।"

"নহাক্না ঐঙোন্দা হায়গদবা খুদিংমক হায়রবরা?"

"হো"

"প্রাইম মিনিষ্টরনা তোংখিবা কার অদু মহাকপু চারিং ক্রোস্তা থনম্লগা মতুংদগী য়ুমদা হল্লকখিদ্রে। পুলিসনা ও মর্ফি হায়বা ড্রাইভর অসি উন্ননিংবগী লাংতক্লবা পোক্লম্‌ই, মরম

অসিনা মহাকপু খীবগী থবক খুদক্তা পাইখৎলমই। কার অদু সোহোগী মনুংদা লৈবা শিক্তক তৌবা মনম চেল্লবা রেষ্টুরেন্ট অমগী মমাংদা খামদুনা লৈরমই হায়দুনা ফংখিরমই, হায়রিবা সোহোগী রেষ্টুরেন্ট অসিদি জর্মর এজেন্টশিংগী চাক্তাফমনি।"

"অমসুং ড্রাইভর অদুদি?"

"ড্রাইভর অদু মফম কদাইদা ফংবা ওন্নখিদ্রে। মহাকসু মাণ্ডখিরমই।"

"অসুম তৌদুনা" পোইরোৎ ৱাখল মুন্না খল্লগা হায়রমই, "মী অনী মাণ্ডখ্রেঃ প্রাইম মিনিষ্টরনা ফ্রাঙ্ক, অমসুং ও মর্ফিনা লণ্ডন্দা।"

মহাক লোর্ড ইষ্টরদা মুন্না য়েংলমই, মহাক্কি উখোরকপা শাজৎতা নিংবা কায়বা মান্না।

"ঐ নণ্ডোন্দা অসিমখক্তং হায়বা ওমজে, স্যার পোইরোৎ, মদুদি ওরাং ঐণ্ডোন্দা ও মর্ফি হায়বা নুপা অসি লৌতুনবা মীরৈহৎনি হায়দুনা মত পীরল্লবা, ঐ মহাক্কি মমাইদা নোকশিল্লমগদবনি।"

"অমসুং ওসিদি করম তৌবা?"

"ওসিদি ঐ করি খনগদগে হায়বা ঐ খঙদে।"

পোইরোৎ চিংলেম্না ইঙ্গিৎ তৌরমই। মহাক্কি ঘড়ি অমুকহন্না য়েংলমই। "ঐ ভাব তারে মদুদি লংলা-লংজিল ঐণ্ডোন্দা লৈরে, ইকাইখুম্নজরবশিং, হিরম খুদিংমক্তা, ঐ উরে? ঐ হৌজিক ঐনা লেপ্লিবা মফম অদুদা চৎপা তাবনি, ঐনা খল্লিবা মফমদুমক্তদা।"

"মপুং ফানা। পুং অমগী মনুংদা দোভর য়ৌনবা অখন্নবা রেলগাড়ি অমা লৈ, মদুদা স্কোটলেণ্ড য়ার্ডতগী থারকপা পুলিশ পার্সোনেলশিংগা লোয়নননা। নহাক মিলিটরি ওফিসার অমসুং সিঃ আইঃ দিঃ অমগা লোয়নননা চৎকদবনি, মখোয় অদু নহাক্কা শিজিন্ননিংবা মওংদা লোয়নবা য়াগনি হিরম খুদিংমক্তা মদুদা পেল্লগদ্রা?"

"য়ারে নখোয় চত্রিঙৈগী মমাংদা ৱাহং অমা, ইকাইখুম্নজরিবশিং, করিগীদমক নখোয়না ঐবু মফম অসিদা লাকহনখিবনো? ঐ করিসু খঙদে; অমম্বনি, নখোয়গী চাউরবা লণ্ডন সহরসিদা।"

"মীয়াম্না চাউনা অয়াবা পীরকপা অমসুং লৈবাক্কি অচৌ অশাংশিংনা অপাম্বা অমসুং অনিংবগী মতুংইন্না ঐখোয় নণ্ডবু থিরকখিবনি।"

"চুম্মী নত্রগা লাল্লি হায়রোইদ্রা? ঐগী লীরবা মপুংফানা খণ্ডলবা মরুপ?" লোর্ড ইষ্টর মকোক হায়রমই।

"মপুংফাবদগী হেন্না ৱাংথ্রবা। মীওই অমগী মচিন্দগী থোরকপা ৱাহৈনা রেলজিয়মদা আইন ওইনা শিজিন্নবা- অমসুং অমকহন্না ওইগনি! মদুদি ইংলেণ্ডনা ৱাশক্লে!"

পোইরোৎকী মখুৎ ড্রামাগী মওংদা থুনা য়াংনবা সেল্যুট তৌরমই। "নুপা অদুনা মদুদা! অণ্ডকপনি, ঐগী মাষ্টরনা মদু কাওদে... ইকাই খুম্নজরবশিং, ঐ, হায়কুন পোইরোৎ, নখোয়গী

থাজবা মখাদা থবক তৌজদনি। স্বগদী য়াথংনা থাবিরবদি মতম চপ চাবা ওইগনি। তৌইংগুম্বসুং মসি অমম্বা ওই-অমম্বা... ঐ উবা ওমদে।"

"ফরে, পোইরোৎ", ঐ খাওমদনা হায়রমই, মিনিষ্টরশিংগী ভুংওইননা থোংজাউ থিংজিনহৌই, নহাক করি খনবগে?"

ঐগী মরুপ মহাক্কী শিক্লবা সুইটসে লোয়শিনবদা মখৌ চিল্লমই, য়াম্না থুনা অমসুং লৌশিং লৈনা লেও-ওম্বুনা। মহাক মহাক্কি মকোক য়াথল খল্লগা হায়রমই।

"ঐ করি খনসিগে খওদে। ঐগী কোক্কা ঐবু থাদোক্লগা চৎগ্রে।"

"করিগীনো, নওনা হায়গ্রে, মহাকপু ফারে, অমসুং মকোক্তা ফজনা চৈথেং পীখিবা নত্রা?" ঐ নুঙাইরমই।

"ঐবু ওাকপিগনি চান্নরবা মরুপ, তৌইংগুম্বসুং অদুগুম্বা য়াফম ঐ খজিক্তফাও হায়খিদে। চিংননিঙাই ওইদবা য়াফম অমনা, মখোয়না তৌরিবা থবক্কি ওংদাদি ফাগে খনবদগী য়াম্না থাগ্না হেন্দোকল্লবনি।"

"তৌইংগুম্বসুং করিগীদমক্তা?"

"মরমদি ইখও খওহৌদনা মীপাইবা থোকই। মদু অচুম্বা মরম অমনি। প্রাইম মিনিষ্টর শিরম্বা থোক্লবদি, য়াম্না কিনিঙাই ওইবা অমাংবনি, তৌইংগুম্বসুং হৌজিক্তি ওইরিবা খুদোংথীবা খুদিংমক মায়োক্না তাবনি। হৌজিক পংথবা লেংঙম-শানওমদবা ফিভমদা লৈরে। প্রাইম মিনিষ্টর অমুকহন্না উখিগদ্রা,. নত্রগা উররোইদ্রা? মহাক শিরম্না নত্রগা হিংলিবরা? কনামত্তা খওদে, চপ চাবা থবক পাংথোকত্রিবা মখৈ মখোয় খওবা ওম্লোই। অমসুং, ঐনা হায়বগুম্না, অরেপ্পা য়াফম খওদবনা মীপাইবা পোকই, মসিদি মনুংগী এজেন্টশিংনা শান্নরীবা লিলা। মদুগী মতুংদা, অমুকহন্না, করিগুম্বা মহাকপু ফারিবা মীওইশিং অদুনা মহাকপু অরোনবা মফম অমদা লেংদনা থম্লমগনি, নাকল অনীমক্না য়াম্নবা মওংদা সন্ধি তৌনবগী খুদোংচাবা ফংবা ওমগনি। জর্ম্মন গোভর্নমেন্ট, ইচম-চম্বা পৈশা পীথোক্লনবা ওইদে, নিয়মগী মতুংইন্না, তৌইংগুম্বসুং চিংননিঙাই ওইদে মরমদি মখোয়বু অসুম্না ওইহনবা য়াই মরমদি শেলথুমগী দণ্ডিনচিংবা পুম্নমক ওথোকহল্লবা মতমদা ওইথোক্লনি হায়রিবা কেশ অসিগী মতাংদদি। অহুমগুবদনা, মখোয়বু ফাঁসি তৌগদৌরিবা মীওইশিংনা পীবা থৌরিগী খুদোংথিবসু লৈরোই। ইহে, মী ফাবা হায়বসিনা মখোয়গী অরেপ্পা য়াফম ওইরবোইরে।"

"অদুগী মতুংদা, মসি অদুওইরবদি করীগীদমক্তা মখোয়না অহানবমক্তদা মহাকপু কাপ্লবা থৌরাং তৌদ্রিবনো?"

পোইরোৎ হায়রপ অশাওবগী মওংদা, ইহেঃ, মদুমক্কি ঐনা ভাব তাবা ওমদবা! মসি শন্দোক্না হায়বা ওমদে-পংইদা! মখোয় মাংজৌননা ফানবগী থৌরাং লোয়শিল্লমই, অমসুং অদুমওইনমক মখোয়গী নুঙাইরবা ড্রামা মতেক মী হাৎকে খনবা থৌরাং অদুনা মখোয়দা

খুদোংখিবা পীরে পাওথোক্লিংবা হিরম খুদিংমক্তা, সিনেমানি হায়না লৌবা য়ারে অমসুং অশেংবা পান্দম ওইদ্রে। লাওন্দগী মাইল কুনগুনা লাপ্তবা মফমদা, শুপ্পুদংগী মাইখুম উপ্পা মী কাংবু থরনা পাওথোক্পনি হায়বসি থাজবা ওমদে।"

"ওইথোকপা য়াবগী মরম ওইরম্বা তারগনা মখোয় অনীরক তোঙান-তোঙান্না মাবু হাৎনবা হোৎনরমখিবদুনি, থৌদোকশিং অদু অমগা অমসা মরি লৈনদনা", ঐনা ঐগী মত পীরমই।

"ইহেঃ নত্তে, তেক্তক্না মরোল পীবদু হেঞ্জিলমনস্রে। অদুগী মতুংদা মখা চৎখনা—কনানো লৌতুনরিবদো? শোয়দনা লৌতুনবা লৈরক্ফম থোকই—অহানবা থৌদোক্তা, ওইনিংবা ওইজসনু। তৌইগুম্বসুং মদু কনা ওইরমই— দনিয়েলস নত্রগা ও মর্ফি? শোয়দনমক্কি অনীগী মনুংদা অমদি ওইগনি, নত্রগা কার অদুনা মরুওইবা লম্বী থাদোক্তুনা চৎলিবনা করিগীনো? প্রাইম মিনিষ্টর অদুনা মাবু হাৎনবা হোৎনরে হায়বগী ব্রাফমদা থৌশাদবগী মতাংদা ঐখোয় অদুগুম্না লৌবা ওমদে। ও মর্ফিনা কার অদু শেরাম্নবা মাইকৈদা থৌখিবদু মহাক মশাগী অনীংবনা তৌখিব্রা নত্রগনা দেনিয়েলস মদু তৌগদবনি হায়বদগীরা?"

"শুকশোই শোদনা মদু ও মর্ফিগী অনীংবা মতুংইন্না পাংথোকপা ওইরমগনি। "হোয়, মদু দেনিয়েলসনা ওইরম্লবদি, প্রাইম মিনিষ্টনা য়াথংদু তারক্ফম থোকই, অমসুং মদুগী অচুম্বা মরম হংলমলোইদ্রা? হায়রিবা কেশ অসিগী মরমদা 'করিগীদমক্তনো' হায়বা ব্রাহং কয়ামরুম লৈরে, অমসুং মখোয় অমগা অমগা মত মান্নদ্রে। ও মর্ফিনা পুকচেল শেংবা মী ওইরম্লবা করিগী মহাক্না মরুওইবা লম্বেল থাদোক্তুনা চৎলি? তৌইগুম্বসুং মহাক পুকচেল শেংদবা মী ওইবা তারগদি, করিগীদমক্তা মহাক্না কারদু গুলি অনী কাপশ্লবা মতুংদা স্তাঠ তৌরমই—মদুদা ওইথোকপা য়াবা মরম খুদিংমক য়েংলুরগা, প্রাইম মিনিষ্টরগী পুন্সি কন্নবা হোৎনব্রা? অমসুং, অমুকহন্না, মহাক পুকচেল শেংবা মী ওইরগদি, করিগীদমক মহাক তৌরিবা, খুদক্তা মহাক চারিং ক্রোস থাদোক্লমই অদুগা জর্মন এজেন্টশিংনা চাক্তাবা মী খুদিংমক্না খঙনরবা মফমদা থৌরিবনো?"

"মসি ফত্তবা ওই", হায়রমই।

"ঐখোয় হৌজিক কেশ অসি নিয়মচুন্না মথং মনাউ নায়না য়েংবা তারি। করিনা ঐখোয়বু মী অনীসিগী মীচংদা অমসুং মায়োক্তা লৈহনগদৌরি? অহানবদা ও মর্ফি হান্না য়েংশি। মায়োক্তাঃ মহাক্কি লমচত্তা মরুওইবা লম্বী থাদোক্তুনা চৎপা চিংননিঙাই ওই; মদুদি মহাক কাউন্টি ক্লারদা লৈবা আইরিশম্যেন অমনি; মদুদি মহাক, য়াম্না অন্নাংবা থাক্কি পাউতাক মতুংইন্না মাংখিরমই। মীচংদাঃ হায়বদি মহাক্না মতাংচানা গাড়ি ষ্টার্ট তৌবনা প্রাইম মিনিষ্টরগী থব্রাই কনহৌবনি; মদুদি মহাক স্কোটলেণ্ড য়ার্ডকী মীওইনি, অমসুং মঙোন্দা পীরিবা পোষ্টকী মতুংইন্না ভাব তাবা গুম্বদি, মহাক থাজরবা দিটেক্তিবনি। হৌজিক দেনীয়েলসকী মতাংদা মহাক্কি

মরমদদি মায়োক্তা লৈবা মশীং য়ামগ্রে, ব্রাফম অসি নত্তনা মরমদি মহাক্কি মাংলমচংকী মতাংদা করিগুম্বা অমত্তা খঙদে হায়বা ব্রাফম, অমসুং মদুদি মহাক লোন কয়ামরুম খঙবা অক্ববা ইংলিশম্যেন অমগীদমক্তা! (ঙাকপীগনি, হে নুংশিরবা মরুপ, অদুবু, লোন কয়ামরুম খঙবা মীওই অময়া ওইনা, নহাক্লা পনখিবা ব্রাফমদা!) হৌজিক মহাক্কি মীচংদাঃ ঐখোয়গী অচুম্বা মরম লৈরে মদুদি মহাক ব্রা ঙাঙবা থোক্তনা, পুল্লগা অমসুং ক্লোরোফোর্ম তৌনা ফংলমই মদুনা য়েংবদা মান্দবা অদুম ওইনমক মহাক্লা খুদিংমক মরি লৈননা পাংথোকখিবা ঙাক্তনি হায়রিবা ব্রাথোক অসিগী মরিদা।"

"মহাক মতোম্নতা কাবাক খঞ্জরম্বা অমসুং পুনশিঞ্জরম্বা য়াই চিংনবপুম্বা থৈদোকখিনবা।"

পোইরোৎ ব্রাফমসিসু লাল্লম্লোই। অদুগী মথক্তসু, মহাক্লা মহাক্কি পান্দম ফংলবনিনা, অমসুং প্রাইম মিনিষ্টরসু অশোয়বা য়াওদনা ফাদুনা লৈরম্লরোই। মহাক্কি ফত্তবা অমসুং আইন্না য়াদবা থবক্তা মতেং পাংলিবশিংনা মহাকপু কবাক খনবা অমসুং ক্লোরোফোর্ম থাজিনবা ওইরমগনি, ব্রারীগী মতুংইন্না, অদুবু ঐখোয়না করম্বা পান্দম ফংনবা আশা তৌরিবা অমসুং করি তৌগে খল্লিবা উবা ঙমদে। মহাক হৌজিকমক্কী ওইনদি কয়া কন্না দরকার ওইদ্রি ঐখোয়গী প্রজাশিং অসিনা ফ্রান্সতা অকিবফংনা থীহন্নগী থবক চখ্ররকনি। ফ্রেনচশিংনসু অদুম তৌরকনি। ঐ মসি খাঙবা ঙমশিল্লক্রে, পুংশিং খরতংগী ব্রাফমদা লাক্রে হৌজিক। "মদুদি মহাক হৌজিক ফাওবা হিংলম্লবদি" অব্রাংবা দিতেক্তিব অদুনা অমম্বা মওংদা পল্লক্রমই।

জাপকি মমাই লুকথরমই। "হোয়... ঐ মহাক হিংদুনা লৈরমগনি হায়বগী ব্রাখল ফাওরমই।"

পোইরোৎ য়ারমই, "হোয়, হোয়, মহাক হিংলি।" তৌইগুম্বসুং মহাক মতমচানা ফংবা ঙমগদ্রা? ঐ, নঙবু পাম্মি, থাজদবা তৌগনু মহাকপু মতম শাংনা লোত্তুনা থম্বা ঙমগদ্রা?"

হিব্রিসল খোংলক্রম্মী, অমসুং পুম্নমক গাড়িদা কাখলিমই। অদুগী তুংদা, তপ্পপ্পা য়ানিংদনা থৌগৎলক্রমই রেলগাড়িদুসু ষ্টেসন্দা চংশিল্লক্রমই।

অঙকপা খোংচৎ ওইরমই। স্কোটলেণ্ড য়ার্ডকী মীওইদুসু মরক্তা য়াওরমই। অব্রাংথংবা ফ্রান্সকী ম্যেপ-তিংথোক্রমই, খৌরাংলবা খুদোম্বীনা লম্বেল থীরমই অমসুং খুঙ্গংনচিংবা। মীওই খুদিংমক্কি মশা-মশাগী হৈনজবা থিওরী লৈরমই। পোইরোৎ মখোয়দা মাগী পামজবা মহৌশাগী ব্রারী হায়দোক্রমদে, তৌইগুম্বসুং মহাক্কি মমাংদা য়েংদুনা ফমদুনা লৈরমই, মহাক্কি মায়থোংদা উৎলিবা ফোংদোকপগী ব্রাফম য়েংলুরগা বুদ্ধি ঙাউরবা অঙাং মাল্লমই। ঐ নোর্মানগা ব্রারী শারমই, হায়রিবা মীওই অসি নুঙাইথোকপা পাম্বা মীওইনী। দোভরদা থুংলবা মতমদা মতমদা পোইরোৎকী লমচৎ-শাজৎনা ঐঙোন্দা মপুংফানা নুঙাইবা পীরমই। অপিকপা মীওইদুনা জহাজ ফম্বাক্তা কাখৎলকপা মতমদা ঐগী পুক্লিংদা নিংবা কায়না ফাইরক্রমই। নুংশিৎ কন্না শিৎপা হৌরক্রমই।

"চান্নরবা মরুপ", মহাক শোম্বাংননা হায়রক্রমই। "মসি কিনিঙাই ওই"।

"থৌনা লৈয়ু, পোইরোই", নঙনা ঐগী বাখল ইথিলবু লালহল্লে? অসিগুম্বা থমথেংনা মীফম ওইথ্রবা সমুদ্র অসিনা ঐবু অৱাবা পী। অঙকপা মতৌনি—মসি কিনিঙাইওইবা অৱাবগী মওংনি।"

"ইশ", ঐ হায়রমই হায়রপ নিংহন্নরদুনা।

অহানবা ইঞ্জিন ঙংবগী খুনিক ফাওরমই, অমসুং পোইরোৎ নাহেরম্মী অমসুং মমিৎ উইশিল্লমই।

"মেজর নোর্মানগী অৱাথংবা ফ্রান্সকী ম্যেপ অমা য়াওরমই মদু নহাক্না নৈনবীবা পাম্বিরগদি?"

পোইরোৎ খাঙমদনা মকোক হায়রমই।

"তৌইগুম্বসুং নত্তে, তৌইগুম্বসুং নত্তে! ঐ ইতোম্মতা লৈজগে, ঐগী মরুপ নহাক্না খঙগদবনি, খল্লু, চাকখাউ অমসুং কোক তরু তরুনা লৈগদবনি। লাভরগুয়ারগী য়াম্না থোইদোক হেন্দোকত্রবা থৌওং অম লৈ মদুনা পুক্নিংগী অমোৎ অকাই কোকহনবা ঙম্বা। নহাক শ্বোর হোঞ্জিল্লি-হোন্দোকই—তপ্না; মরম অসিনা—কোক ওইরোমদগী য়েংলোমদা লৈবদা অমসুং মশিং থীগনি তরুক শ্বোর হোনবা খুদিংগী।"

ঐ মহাকপু জিমনাষ্টিক্কী শাজেন তৌরিঙৈদা মতোম্মতা হন্দোক্লমই অমসুং হীগী ফম্বাক্তা চৎলমই।

ঐখোয়না তপ্না বোলোগনিগী হীথাংফম য়ৌরবদা মহাক উরমই, তরু তনান অমসুং মোমোন তৌরদুনা, অমসুং ঐঙোন্দা অসুম্না লাউথোরক্লমই চিরোল তৌরগা মদুদি লাভরগুয়ারগী কাংলোন মাইপাক্লমই চাউথ্রবা মওংদা!"

জাপকী খুদোম্বীনা মেৎপতা য়াওরিবা ভাবনা শাবা লম্বেলশিং অদুদা খোঙ্গুল লীরদুনা লৈরমই। "অপঙবা! কার অদু বোলোগনিদগী খোংশানবা হৌখিরমই—মফম অসিদা মখোয় লম্বী থাইখিবা। হৌজিক, ঐগী মত্তদি অদুম্না ওইরমই মখোয়না প্রাইম মিনিষ্টরবু অতোপ্পা কার অমদা হোংদুনা তোংহনখিরমই। য়েংউ?"

"ফরে", অৱাংবা দিকেক্তিবতুনা হায়রমই, "ঐ সমুদ্রগী বন্দরদা থিজিনগনি। পুং ১০দগী ১ ফাওবা, মখোয়না মহাকপু জহাজদা লোৎশিন্দুনা থল্লমগনি।"

জাপ মকোক হায়রমই। "হেঞ্জিন্না ভাব তারে। হুকুম লাউথোরক্লমই—মদুদি খুদক্তা বন্দর খুদিংমক লোয়না থিংজিনগদবনি।"

ঐখোয়না মফম অসিদা থুংলবনিনা ঙসিদি অকাই অতোই কয়া থোক্কদৌরি। মেজর নোর্মান পোইরোৎকী পাম্বোমদা পায়রমই। "মিলিটরী কার অদু স্যারবু ঙাইদুনা লৈরে।"

"থাগচ্চরি নহাকপু স্যার। তৌইগুম্বসুং মীকুপ খরগীদমক্তদি, ঐ বোলোগনি থাদোক্কদবনি হায়বা লৈতে।"

"করিগী?"

"নত্তে, ঐখোয় মফম অসিদা লৈরিবা হোটেল অসিদা চঙগদবনি, জহাজ থাফম মনাক্তা লৈরিবা।"

মহাক ব্রাহ্রেদগী থবক্তা ওয়্বোক্লমই, তাননরুবনা মরুওইনা লন্নাইগী ওইবা কা অমদা য়ান্নবা পুরক্লমই। ঐখোয় অহুম মাগী মতুং ইল্লমই, ঙকপা ফাওরমই অমসুং ভাব তাবা ঙন্নমদে।

মহাক ঐখোয়দা য়াম্না থুনা য়েংলক্লমই। মসি অসুম্না ওইবনি মদুদি অফবা দিতেক্তিবতি মথৌ তৌগদবনি, হা? ঐ নঙনা খল্লিবা ব্রাখল উরে। মহাক্তুদি অঙকপা শক্তি চেনগদবনি। মহাক হঙ্গৎ হন্দা চেনগদবনি। মহাক উপ্রাক্লা শিত্তুনা উফুল চেল্লবা শোরোক্তা অমসুং পিকপা গ্লাস উপ্তুনা তায়ারগী খোঙ্গুল লিগদবনি। মহাক চুরুট মতেক খুনজিনগদবনি, অমসুং তারম্বা মৈখেৎনচিংবা? মদু নঙগী ব্রাখলনি, ওইদবরা?"

মহাক্কি মমীৎ অনীদু ঐখোয়দা শিংনরমই। "তৌইগুম্বসুং ঐ— হারকুল পোইরোৎ নঙোন্দা হায় মসি মদু নত্তে! অশেংবা লংলা-লংজিন মনুংদা লৈরে—মফম অসিদা মহাক মহাক্কি লাইবক পাইরমই। "নঙ খঙঙেদনা, ঐ লণ্ডন থাদোকপা দরকার ওইদে। ঐগীদমক্তদি ঐগী কাদা ভুমিন ফমদুনা ইতোমতা লৈবনা মতিক চাবা ওইরবনি। পুম্নমক অদু ঐগী পীকপ্রবা ব্রাউথাংনবা সেলনা মনুংদা তৌগদৌরিবনি। লোম্না অমসুং তুমিন্না মশা মশাগী মথৌ তৌরমই, খঙহৌদনা মীকুপ্তা ঐনা ম্যেপ অমা পীয়ু হায়রকপা ফাওবা, অমসুং ঐনা ঐগী খুদোম্বীদু মেৎপতুগী মফম অমদা থমই— মরম অদুনা— অমসুং ঐ হায়ঃ প্রাইম মিনিষ্ট অদু মফম অদুদা লৈরে। অমসুং অসুম তৌদুনা ওইরে। নিয়মচুম্না অমসুং অচুম্বা কাংলোন শিজিন্নদুনা মী অমনা পোৎ খুদিংমক পাঙথোকপা ঙমই! অঙাওবদৌনা তহা-তহা ফ্রান্স চংলুবা অরানবা ওইগনি-- মসিদি অঙাংনা কেকু লোৎপী শান্নবগুম্বনি। তৌইগুম্বসুং, হৌজিক্তি কা-হেন্না থেংবা তাঙ্গা ওইরবসু, ঐ অচুম্বা লম্বী থীনবা থবক হৌরগনি, মনুংদগীনি। তুমিন লৈয়ু, ঐগী মরুপশিং, ঐ নখোয়দা নীজরি।"

অমসুং শাংলবা মতম পুং মঙা চুপ্পা মী অপীকপদু লেংদনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরমই, হৌদোংগী মীৎপান্না কুপ্নগুম, মহাক্কি অশংবা মমীৎ মুৎশি মুৎশি ঙাল্লমই অমসুং অসুম অসুম শংবা হেনগৎলক্লমই। স্কোটলেণ্ড য়ার্ডকী মীওইদুদি ভাব তানা ইজৎ শোক্লমই, মেজর নোর্মান ব্রারমই অমসুং খাংবা ঙন্নমদে, অমসুং ঐ ইশামক মতম লেন্নবা হোৎনবদা তপ্না তপ্না ব্রাবা হৌরক্লমই।

ইকোন কোনবদদি, ঐ হৌগৎলমই, অমসুং নাশোল পীক্লা থোংনাউরোমদা চংলমই। থীদোক অদু অসুম ফাগী মাল্লক্লমই। ঐহাক ঐগী মরুপকা নুংগী ওইবা অচেৎপা মরী লৈনরমই। করিগুম্বা মহাক মাইথিরবদি, ঐনা পামজে, হেন্না পীকপা ফাগী মচাদা শোয়বা। থোংনাউদগী অসুম য়েংথোকখিবদা ঐনা তন্না ইীশিংনা হিথাংফম থাদোক্লান হোনখিবা মৈখুগী পরেং অমা

শেল্লগা, হীথুংফমগী পরেংদা হীশিং লৈরিবা।

ইখং খংহৌদনা ঐবু মীকপ থোকহল্লমই পোইরোংকী খোঞ্জেলনা ঐগী খুৎনিং ময়াদা।

"চান্নরবা মরুপ, ঐখোয় খোঙশাল্লসি।"

ঐ মাই ওনশিল্লমই। খোইদোক হেন্দোক্লা অওনবগী শক্তম ঐগী মরুপকী মায়থোংদা উরমই। মহাক্কি মমীৎ ইপা পাখৎনা লংখৎলক্লমই, মহাক্কি থবাক খমথেংনা পাকথোক্লমই।

"ঐ মতমশাংনা শাখিনা লৌশিং য়াউদবা ওইরমই, ঐগী মরুপ! তৌইগুম্বসুং ঐ উরে নুংশা মঙাল মমৈথংদা।"

মেজর নোর্মান তহা-তহানা থোংজাউরোমদা চংশিল্লক্লমই। "ঐ কার লৌরুনবা হায়গনি।"

"দরকার ওইদে। ঐ মদু শিজিন্নরোই। ঈশ্বরবু থাগৎচরি নুংশিৎ শিৎপা হুম্ব্রে। "আদোম্মগা খনবীরিববু খোঙনা লেঙবীগদৌরিব্রা স্যার?"

"নত্তে, ঐগী নহাওইবা মরুপ। ঐ সেন্ট পিতর নত্তে। ঐ পামজে সমুদ্রসি হী তোংদুনা লাম্বোকপা।"

"সমুদ্র লানবা হায়বা?"

"হোয়। নিয়মচুম্না থবক তৌবা তারবদি, কনাগুম্বা মীওই অমনা অহৌবদগী পায়খৎপা তাবনি। অমসুং ব্রাফম অসিগী অহৌবসু ইংলেণ্ডনি। মরম অসিনা ঐখোয় ইংলেণ্ডদা হনবা তাবনি।"

পুং ত তাবদা, ঐখোয় লেপ্লমই অমুকহন্না চারিং ক্রোসকি প্লেটফোর্মদা ঐখোয়না কন্না তৌবীগনু হায়দুনা হায়জরবসু, পোইরোৎ মনাদা হাপ্লমদে। মহাক্ল হন্না হন্না হায়জরমই মদুদি অহৌবদগী পাইখৎপা হায়বসি মতম মাংহনবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং অমত্তা ঙাইরবা লপ্পেলনি। লম্বীদা অসুম লাকপদা মহাক্লা নোর্মানদা পীরমই য়াম্না পীকপা খোঞ্জেলদা অমসুং অকোনবগী মীওই অসিনা থাখিরমই টেলেগ্রাম ময়োম অমা দোভরদগী পুরকপা।

নোর্মাননা পাইরিবা অখন্নবা পাশ অমগী মতেংনা, ঐখোয় চংনিংবা মফম খুদিংমক্তা চংলম্মী অমসুং রেকোর্ড তৌশিল্লমই। লণ্ডন্দা চাউরবা পুলিশকী কার অমনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমই, ফিজম শেৎপা মীওই খরগা লোয়ননা; মখোয়গী মনুংদা অমনা টাইপ রাইতরনা নম্লবা চে মপাক অমা ঐগী মরুপ্তা পীশিল্লমই। ঐনা মহাক্লা খঙনিংনা য়েংবা মীৎয়েংগী পাউখউম পীরমই।

"খাঙপোকশংগী হোস্পিটালশিংগী লিষ্ট অমা নোংচুপ থংবা লণ্ডনগী অকোইবদা লৈরিবা। ঐনা দোভরদগী মদু ব্রায়ারদা পাউ পীখিরমই।"

ঐখোয় লণ্ডন সহরগী শোরোকশিং ফাওনা কোয়না গাড়ি থৌরমই। ঐখোয় বাথ লম্বীরোমদা লাক্লমই। ঐখোয় হেম্মর স্মীথ, চিসবিক প্রেন্টফোর্ড ফাওদুনা চৎলমই। ঐখোয়গী পান্দম উবা হৌরক্লমই। ব্রিনসোর ফাওরগা এক্মোট্রা লাক্লমই। ঐগী থম্মোয় চোংবা হৌরমই। এসকোট

হায়রিবা মফম অসিদনি দেনিয়েলসকী মনেনা লৈরিবা মফম। ঐখোয় মহাকপু তান্নরিবনি, অদুগী মতুংদা, ও মর্ফি নত্তে।

ঐখোয় মরমচানা ডিল্লা অদুগী গেট মতোন্দা গাড়ি খাল্লমই। পোইরোং চোংথরমই অমসুং বেল লল্লমই। ঐ উরমই ককণ্ডাওনরবা, শুগংলবা অমম্বদগী থজোরকপা মগুাল চেনবা নুপা অমগী শক্তম ওইরমই। চম্মা য়েংবা মীংয়েংদা, মহাক পেন্দনা উরমই। রেল অদুগী পাউখুম পীরক্লমই। মহাক মনুংদা চংলমই। মিনিট খরগী মনুংদা মহাক অমুক লাক্লমই, কারদা তোংখংলমই তেল্লপ্লা, থুনা মকোক হায়রদুনা ঐগী আশা শিথবা হৌরক্লমই। হৌজিক পুং ৪ হেনখিরমই। মহাক্লা দেনিয়েলস কেশ অসিদা চৈন্নে হায়বসি প্রমাণ খর ফংলবা ফাওবদা, মদুগী অফবা লৌখৎপা য়াবা মরম্না করিনো, মহাক্লা কনাগুম্বা মীওই অমদগী কন্না হোৎনদুনা অচুম্বা মরম খণ্ডোকপা হায়বদি প্রাইম মিনিষ্টর অদুবু ফ্রাঙ্কী মনুংনদা ফাদুনা থম্লিবা মফমদুমক খণ্ডবদি কান্নবা লৈরোই।

ঐখোয় লণ্ডন্দা হল্লক্তুনা খিজিল্লুবগী কান্নবা ফল খর মরক থৎপা ওইনা থোক্লমই। ঐখোয় ম্যেন-রো ৬৩ গী অমুক্তগী হেন্না হায়দোক্তুনা চৎলমই, মঅসুং য়াম্মা মরক- মরক্তা অপীকপা বিল্ডীংশিংগী মমাংদা হেক-হেক খাল্লমই, মরমদি ঐঙোন্দা কোটেজ হোস্পিটালনি খঙবদা লুনা থোক্লমদে। পোইরোং খুদিংমক্তা মিনিট খরতমক মতম কায়থোক্লমই, তৌইগুম্বসুং লেপ্লিবা খুদিংগী মহাক্লা তৌরিবা থবক্কী ঙাক্তোনবা মগুাল ফংবগী অরেপ্পদি হঞ্জিল্লমই।

মহাক্লা নোর্মান্দা চীরোল তৌরমই মদুদা অকোনবগী মীওই অসিনা পাউখুম পীরক্লমইঃ

"হোয়, নহাক্লা ওইরোমদা লৈরবদি, নঙনা মখোয় ফঙ্গনি থোংদা ঙাইদুনা লৈরম্বা।"

ঐখোয় শোরোক্কি চিদাইদা যৌগৎলকপদা, অমসুং মল্লিবা মগুালদা ঐ অনীশুবা কার অমা থেংনরমই শোরোক্কি নাকন্দা ঙাইদুনা লৈবা। মদুদা ফীজম শেৎপা নুপা অনী য়াওরম্মী। পোইরোং কুমখিরমই অমসুং মখোয়দা বা ঙাংলমই, অমসুং মদুদগী ঐখোয় অৱাংথংবা মায়কৈরোমদা থৌরমই, অতোপ্পা কার অমদুনা ঐখোয়গী তুংদা নক্লা ইল্লক্লমই।

ঐখোয় মতম শাংনা থৌরমই, ঐখোয়গী পান্দম ভাব তাবা য়াবা মওংদা অৱাংথংবা লণ্ডনগী সব্বরশিংগী মনুংদা অমা ওইরমই। অরোইবদা, ঐখোয় অৱাংবা য়ুম অমগী মমাংগী থোঙজিন্দা থৌজিল্লমই, য়ুম অদু শোরোক্তগী খরা তুংলোমদা হঞ্জিল্লগা লেপ্তুনা লৈরমই, মশাগী লৈমাইথকমক্তদা।

নোর্মান অমসুং ঐ কারদা লৈহৌরমই। পোইরোং লোয়ননা দিতেক্তিবশিংগী মনুংদা অমা থোঙজাউরোমদা চংশিনখিরমই অমসুং বেল খিংলমই। মশানাল্লবা অকে-অমৌ পান্নবী নুপী অমনা মদু হাংদোক্লমই। দিতেক্তিবতুনা বা ঙাংলমইঃ "ঐ পুলিশ ওফিসারনি, ঐগী খুত্তা নঙগী য়ুম খিজিন্নবগী ৱারান্ট অমা য়াওরী লৈশাবী অদুনা হাইরপ লাউরমই, অমসুং মরেপৱাংবী চহি মীয়াইচল্লবী মশক মতৌ ফজরবী নুপী অমা থোরক্লমই অমসুং মাগী তুংদা হোলদু লৈরম্মী।

"থোঙ থিংজিল্লু, এদিথ। মখোয় শগুনচংবা মীইঙাক্তনি; ঐ থাজে।"

তৌইগুম্বসুং পোইরোৎ খুৎলৈ থুনা থোঙ থাংজিল্লমই, অমসুং খুদক্তা হিরিসন খোংলমই। তাঞ্জা চানা অতে দিতেক্তিবশিং অদুসু চেনশিন্নরক্লমই য়ুম অদুগী মনুংদা পুল্লপ, মখোয়গী তুংদা থোঙজাউ থিংজিল্লমই। নোরমান অমসুং ঐখোয়গী ফোর্স অদুনা থবক তৌবদা পাঙ্গল শক্তি য়াউদবগী মিনিট মঙারোম চংনা চৈ-থাংদুনা মতম লৌরমই। ইকোন-কোনবদা থোংজাউ অদু অমুক হন্না হাংদোরক্লমই, অমসুং নুপা অদু থোরক্লমই, বণ্ডি অহুম ইস্কোর্টকা লোয়ননা নুপী অমা অমসুং নুপা অনী। নুপী অদু অমসুং নুপা অনী অদুগী মনুংদগী অমা, অনীশুবা কারদা তোংনবা পুরমই। নুপা অমদুনা ঐখোয়গী কারদা থল্লমই পোইরোৎ মশামক্লা। "ঐ অতোপ্পা নুপাদুগা লোয়ননা চৎকনি, ঐগী মরুপ। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা জেন্টলম্যেন অসি য়াম্না চেকশিন্না ঙাক-শেনগদবনি। নহাক মহাকপু খঙদে, নত্তে? চান্নরবা মরুপ, ঐ নঙোন্দা খুদোল তৌজরি, স্যার ও মর্ফি১"

ও মর্ফি! ঐ মঙোন্দা য়া কাথোক্লগা য়েংদুনা লৈরমই ঐখোয় অমুকহন্না স্টার্ট তৌরকপা মতমদা। মহাক হেন্দ-কপ তৌরমদে, তৌইগুম্বসুং ঐ মহাক নাম্বোক্তুনা চেনগনি খন্দে। মহাক মফম অদুদা ফমদুনা লৈরমই মহাক্কি মমাংদা য়েংদুনা মকোক ঙাওবা ওইরবসু। অমা ওইয়ু, অমা ওইয়ু নোরমান অমসুং ঐ মহাক্কা লাম্বা তৌবদা হেনবু হেন্দোক্লবনি।

ঐনা ইচম-চম্না ঙকপদি, ঐখোয় হৌজিক অৱাংথংবা লম্বেলদা হৌজিক ফাওবা চৎলমই। ঐখোয় লগুন্দা হল্লক্লমদে, অদুগী মতুংদা! ইঙোন্দা চমম্লবা ৱাফম কয়া লৈরমই। খুদক্তা, কার খোংজেল তপথরকপ্পা, ঐ খঙবা ঙল্লমই ঐখোয় হেন্দেন এরোড্রোম নকশিল্লক্লে হায়বা। ঐ খুদক্তা পোইরোৎকী ৱাখল লৌশিনবা ঙল্লমই। মহাক্লা এরোপ্লেন্দা ফ্রান্স চৎশি হায়দুনা হৌদোরক্লমই।

মসি য়াম্না কন্না লমজেল তান্নবগী মওংনি, তৌইগুম্বসুং লাঞ্জং অসিদা ওইথোকপা য়াদবা মরম খরা লৈরমই। টেলেগ্রাম অমনবু হেন্দোক্লা য়াংশিনবা হেনগনি। মতমনা খুদিংমক ওইবমই। মহাক মহাক্কি অরংবা মীংচৎ প্রাইম মিনিষ্টর কন্না হোৎনরকপদা অতোপ্পা মীগী খুত্তা শিন্নথোকপা তারি।

ঐখোয়না অসুম লাকপদা, মেজর নোর্মান চোংথোরক্লমই, অমসুং ফিজমশেৎপা মী অমনা মাগী মফমদা ফমখিরমই। মহাক পোইরোৎকা মিনিট খরগী ওইনা উন্নরমই, অদুদগী তনান্না হায়দোকখিরমই।

ঐসু, চোংথোক্লমই, অমসুং পোইরোৎকী পাম্বোম পাইরমই।

"ঐ নঙোন্দা নুঙাইবা ফোংদোকচরি, অরিবা মরুপ! মখোয়না নঙোন্দা লোৎফম হায়দোরক্লবরা? তৌইগুম্বসুং য়েংউ মফম অসিদা, নহাক খুদক্তা ফ্রান্সতা চিঠি ইগদবনি। নহাক থেংমল্লগনি নহাক নশামক চৎপা তারগদি।"

পোইরোৎ ঐগোন্দা য়েংলক্লমই খংনিংবা পোক্লা মিনিট অমা নত্রগা অনীগীদমক।

"লাইবক থীবনি, ঐগী মরুপ টেলেগ্রামদা প্যাউ থাবা মাদবগী মরম খর লৈরে।" মীকুপ অদুদা মেজর নোর্মান হল্লক্লমই ফ্লাইং কোঞ্জকী ইউনিফোর্ম শেংপা নহা ওইবা ওফিসার অমগা লোয়ননা।

"মসি কেপ্টেন লাইননি। মহাক ফ্রান্স তানা পাইগদৌরিবনি। মহাক হৌজিক খুদক্তা খোঙশাল্লগনি।"

"খর হকচাং শাগৎনবা থৌরাং তৌবিয়ু, স্যার", হায়রমই নহা পাইলোট্‌না।

"ঐ নঙোন্দা কোট অমা পীজগনি, আদোম্মা পাম্বিরগদি।"

পোইরোৎ মহাক্কি মরাংকাইনা চাউরবা ঘড়িদা য়েংলমই। মহাক মতোমতা শোম্থাংননা হায়রমই ঃ "হোয়, মফম অদুদা মতমচানা চপ চাবা মতমদা।" অদুগী মতুংদা মহাক য়েংখৎলক্লমই, অমসুং নহা ওফিসার অদুদা নোল্লুক্লা খুরুম্লমই। "ঐ নঙবু থাগচ্চরি, স্যার। তৌইগুম্বসুং ঐ মদু নত্তে, ঐ লংফৈচৎপা নঙগী খুত্তা লৈরে। মসিনি মফম অসিদা লৈরিবা জেন্টলম্যেন ওইগদবনি।"

মহাক মা ঙাংলিঙৈদা হায়ফেৎ থৈদোক্লমই। অমম্বদা মীওই অমা লাক্লমই। হায়রিবা নুপা অসি অনীশুবা নুপা বণ্ডিদু ওইরমই অতোপ্পা কার অদুদা য়াউরকপা, মৈঙালনা মাগী মায়থোংদা মমি তারকপদা, ঐ স্বর ফুনগৎপগী চৈথেং ফংলমই অঙকপগা লোয়ননা।

মহাক প্রাইম মিনিষ্টর ওইরমই।

"লাইগী মীংদা মাশকপীরগা, ঐগোন্দা মদুগী মরম হায়বিয়ু", ঐ থাঙমদনা হায়রমই, পোইরোৎ, নোর্মান অমসুং ঐ গাড়িদা তোংলগা লণ্ডন্দা হল্লকপা মতমদা। মতৌ করম তৌদুনা সংসার অসিদা মখোইনা মহাকপু লোম্না হুরাল্লুবদগী লণ্ডন্দা হল্লক্লবা শিল্লিবনো?"

"করি?"

"মহাক হল্লক্লবগী কন্না লাম্থেংনবা দরকার ওইদে।" পোইরোৎ কয়া থৌশাদনা হায়রমই। প্রাইম মিনিষ্টর কৈদৌঙেদসু ইংলেণ্ড থাদোকখিদে। মহাকপু ৱিনডসোরদগী লণ্ডন তানা চৎপদা লম্বীদগী ফাখিবনি।"

"করি?"

ঐ লোয়নমক শেংদোক্লা হায়গে। প্রাইম মিনিষ্টর মহাক্কি কার মনুংদা লৈরমই অমসুং মহাক্কি সেক্রেটরী মহাক্কি নাকন্দা ফম্লমই। খঙহৌদনা ক্লোরোফোর্ম য়াউবা মপাক অমনা মাগী মমাইদা থাজল্লমই—"

"তোইগুম্বসুং কনানা?"

"হৈ-শিংলবা লোন কয়া খঙবা কেপ্টেন ডেনিয়েলসননি। য়াম্না থুনা প্রাইম মিনিষ্টর জ্ঞান মাংলবা মতমদা, ডেনিয়েলসনা স্পীকিং ট্যুব লৌখৎলমই, ও' মর্ফিদা য়েংলোমদা

লৈনবা য়াথং তৌরমই, মদুদা ড্রাইভর অদুনা জ্ঞান মাঙলদুনা, তৌই। য়াম্না তোয়না চত্তবা শোরোক্তা গজ খর চৎলগা চাউরবা কার অমা খাম্মদুনা লৈরমই, য়েংবদা য়াদ্রবা মাল্লমই। মসিগী ড্রাইভরনা ও' মর্ফিদা লেপ্পবা ইঙ্গিৎ পীরমই। ও' মর্ফি তপথরমই। মীনৌদু চৎশিল্লক্রমই। ডেনিয়েলস থোংনাউদগী মকোক থিন্দোক্লমই, অমসুং ওইবা য়াবা মরমদি মদু শাথিরবা এনাসথেতিক কী মতেংনা, ইথাইল ক্লোরাইডকুপ্পা, অদুম তৌদুনা ক্লোরোর্ফোমগী লৌনম হন্না হন্না তৌরমই। সেকেণ্ড খরগী মনুংদা, উপাই লৈত্রবা মী অনী অদু কারদুদগী চিংথোক্লমই অমসুং অতোপ্পা কারদুদা হোংদুনা পুখিরমই, মহুৎশিনবা অনীনা মখোয়গী মফমদা ফল্লমই।"

"ওইথোক্রোই।"

"অনী অদুবু! নহাক উদ্রিনে ঈশ্বরগী হোলনা তৌশিন্নবা মতৌগুম্বা কুমহৈদা ওহ্মোক্লগা শিনবা থৌরাং নত্তবরা? মীয়াম্না থোইদোক-হেন্দোক্লা শকখঙনরবা মীগী মহুৎশিনবমুক লাইবা লৈতে। ইংলেণ্ডগী প্রাইম মিনিষ্টরগী মরমদা য়াম্না হেন্না লাইবা ওইগনি জোন স্মীথ ওফ ক্লাফামদগীদি, খুদম ওইনা হায়রবদা। ও' মর্ফিগী দবল হায়বদি মহাক্কি মহুৎশিনবদা কনা অমত্তনা খঙগদবা লৈতে, প্রাইম মিনিষ্টরনা চৎপ্রবা মতুং ফাওবদি, অমসুং মতমদুদা মহাক মশামক কনাগুম্বা মীওই অমগুম্না তোঙান্না খেন্নবা ওই। ও' মর্ফি মাঙপ্রে, মঙোন্দা চাউনা চিংনবা য়াবা বিচার চত্থনবগী খুদোংচাবা মরম থনম্লগা মহাক্কি মতুংদা।"

"তৌইগুম্বসুং প্রাইম মিনিষ্টর শারিবা মীওইদুদি মী খুদিংমক্লা উরবা মীশক্কি!" "মহাকপু কনামত্তনা উখিদ্রি মহাকপু লন্নাই ওইনা নত্রগা লুনা চান্ন তিন্নবা মীওইনা। ডেনিয়েলসনা মহাকপু কনাগুম্বা মীওই অমত্তগা উন্নহন্দনা থিংদুনা য়ারিবমখৈ থল্লমই। অদুগী মথক্তসু, মহাক্কি মমাই অদু বেনদেজ পুনশিল্লমই, খুদিংমক মহৌশাগা মান্নদবা মহাক্কি লমচত্তা উরমই অমসুং মদুগী অশেংবা মরম হায়য়ু হায়রগদি মহাক্কি পুক্সিবু তেমশিংনরকপগী ফল ওইনা মহাক অৱা-অনা নংলমই। মিষ্টর ম্যোক আদামগী অশোনবা থৌনাউ লৈরমই, অমসুং য়াম্না চাওনা ৱা ঙাংগদবা লৈরবদি মাংজৌননা মহাক মতম পুম্বদা ৱা ঙাংদনা লৈবা তাই। মহাক ফ্রান্স চৎকনি খঙবদা চাউনা মীনম্বা লাইপ্রবা ৱাফম ওইরমই। অদু ওইরবদি থবক পাংথোকপা য়াদবা অমসুং ওইথোকপা য়াদবগী মরম লৈরমগনি—মরম অসিনা প্রাইম মিনিষ্টর মাংখিরমই। লৈবাক অসিগী পুলিশনসু চেনেল থুনা লাল্লমই কনামত্তনা অহানবা এটেক্কি মরমদা ৱারুবা তৌদে। চমন্নরিবা ৱাফমদি ফাবগী থবক অদু ফ্রালতা পাংথোক্লমই। য়াম্না ভাব তানা খঙবা য়ারবা মওংদা ডেনিয়েলসপু ময়াদা কবাক খনবা অমসুং ক্লোরোর্ফোম থাজিল্লম্বদুনি।"

"নুপা অদু হায়বদি মহাক্লা প্রাইম মিনিষ্টরগী শরুক লৌখিবদু কনা ওইরমই?"

"রিডস মশামক্লা অরোনবা ফিজোল শেৎচিল্লগা। মহাক অমসুং শেংদবা ড্রাইভর য়াম্না চিংননিঙাই ওইবা মীওইশিংনি হায়দুনা ফাবা য়াই, অদুবু কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা অশেংবা ড্রামা অদুদা শরুক লৌখি হায়বগী চিংনবা মঙদা ফাওবা মঙলুদে, অমসুং মখোয় থবক্তুগা মরী

লৈননা প্রমান ফংত্রবনিনা থাদোকখিবা তারি।”

“অমসুং অশেংবা প্রাইম মিনিষ্টর অদুদি?”

“মহাক অমসুং ও’ মর্কি লোয়ননা হেমপস্তিদতা লৈবা মিষ্ট্রেস ইভেরার্ডকী য়ুমদা নমদুনা পুখিরমই, নুপী অদু ডেনিয়েলসকী মনে ওইরমই। অশেংনা হায়রবদি মহাক ফ্রাউ বর্থা ইবেনথাল মতম অমদা মহাকপু পুলিশ কোইথি-থিখিবা নুপী ওইরমই। মসি মমল য়ামগ্রবা অশিকপা খুদোলনি ঐনা মখোয়গীদমক্তা শিল্লাংলিবা—ডেনিয়েলসতি পনবু পল্লরোই। ইহেঃ, মসিদি য়াম্না হৈশিংবা থৌরাং ওইরমই, তৌইগুম্বসুং মহাক শিংথারোইদৌরি হায়রকুল পোইরোৎনা হৈশিংবগী মরমদদি।”

ঐ খল্লি, ঐগী মরুপ্না মহাক্কি চাউথোকচনগাই মীকুপ লাকপদা য়াম্না ফজনা ঙাকপীহৈবগী গুণ চেনলি হায়বা খঙই।

“করম্না মতমদা ঐ অচুম্বা লম্বেল চৎপা হৌগনি—মনুংদগী। ঐনা কাপকদৌরিবা মরুদু পানগনি নত্রগা পাল্লোই হায়বা ঙমদে—অদুবু চাউনা পীবা ফলদগী খঙবা ঙম্বদি প্রাইম মিনিষ্টর ফ্রান্স চৎখিরমই হায়বা, মমাই পুল্লিগা, মদুদগী ঐ চিংনবা হৌরমই! অমসুং ঐনা ব্লিনডশোরদগী লণ্ডন ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা কোটেজ হোস্পিটালশিংদা থিজিল্লুবা মতমদা কনাগুম্বা অমত্তনা হায়রিবা অয়ুক অদুদা ঐনা হংলিবা ৱাহংগা চাম্লনা হায়বদি মহাক্কি মাইথোংদা পুনখিবা অমসুং দ্রেশিং তৌখিবগী, ৱাফম ফংবা ঙমদে, অদুদগী ঐ অরেপ্পা খঙলমই। মদুগী মতুংদা, ঐগী ৱাখল অঙাংমচানা শান্নবগী মওংনি!”

মথংগী অয়ুক্তা, পোইরোৎ ঐঙোন্দা টেলেগ্রাম অমা উৎলমই মহাক্কা ফংলকপা কদাইদগী লাকপনো অমসুং কদাইদগী হৌরকখিবনো তাক্লমদে, সহিসু তৌরমদে। অসুম্না ওইরম্মীঃ

মমৈথংদা নুংথিল অমসুং নুমীদাংৱাইরমগী চেফোংশিংদা এল্লাইদ কনফরেন্সকী পাউ ফোংলক্লমই। মোক আদাম্বু য়ানিংবা অমসুং মহাকপু কোইশিল্লগা মহাক্কি মরুওইবা ৱাঙাংগী শরুক্তা অখন্ননা লুম্না লৌবা পাউ মরাংকাইনা য়াউরক্লমই। মহাক্কি থৌনা হাপ্পা ৱাঙাং, কুইনা শাংনা মম্মি তাগদবা ৱাফম কয়া হৌদোক্লমই। ❑

# ইজিপ্তকী মং তৌখাইরুবগী ফল

ঐ অমসুং পোইরোংকা লোয়ননা ইজিপ্ত নিংথৌ মেন-হের-রাগী মোংফম হাংদোক্লুবদা অমসুং থিজিল্লুবদা তৌথোক-নুংথোক্লুবা ৱাথোক খর থোকখিরমই মী ময়াম অমা অকক্লবা মতমগী মনুংদা থংন-থংননা শিথিকপী মতাংদা ভু-চুংনিঙাই ওইরবা অমসুং ড্রামাগী মওংদা থোকখিবা থৌদোকশিংগী মরমদা খন্দুনা ঐহাক লৈরমই।

টুতানখ— অমেনগী মোংফম থিননবা হোৎনরুবদা লোর্ড কারনাভোন, স্যার জোন ৱিল্লার্ড অমসুং মিষ্টর ব্লেবনের, নিউ য়োর্কতা লৈবা মীওইশিং অসিনা কাইরোদতগী পংথাপ-থাগুনা গিজাগী অকোইবদা লৈনুং তৌথোক্লুবদা ইথা-থাজদনা মোংফমগী কাথল কয়া মথং-মথং থেংনরমই। থিজিল্লুবগী থবক অদুনা চাউনা নুংঙাইবা পীরমই। মোংফম অদু য়েংলুবা মতমদা নিংথৌ মেন-হের-রা হায়বা, নিপালগুবা শাগেগী মমিং ওইনা পাল্লদ্না নিংথৌ অমসুং অদুগুম্না নিংথৌ পাল্লদ্না লৈবাক অদুনা মরাই চাইথরক্লবা অমসুং শিজিল্লক্লবা মতমদা পাল্লদ্না নিংথৌ ওইরমমি। হায়রিবা মতম অদুগী মরমদা কুপ্পা খঙলুদে অমসুং নৌহৌননা পুথোকপগী ৱাফম খবর চেফোঙশিংদা মরাংকাইনা ইনরক্লমই।

থৌদোক অদুনা য়াম্না থুনা প্রজা মীয়ামগী পুক্রিং পাকশন্না চিংশিনবগুম তৌরমই। স্যার জোন ৱিল্লার্ড খুদক্তা হার্ত ফেল ওইদুনা শিরমই।

হেন্না ভাব তামল্লবা খবর চেফোঙশিংনা অরিবা লান্না থাজবগী খুদোংচাবা লৌরদুনা নৌহৌননা হিঙ্গৎলকপগী মওং পল্লদুনা ইজিপ্তকী অখন্নরবা মরাইবক থীরবা সনা-লুপা লনগেংগা মরী লৈননা ফোঙলমই। বৃটিশ ম্যুজিয়মদা লৈরিবা মরাইবক থিরবা মমমি (মী অশীবগী হকচাং কংহল্লগা লিদুনা থম্বা) মদুদি কিনিঙাই ওইরবা অরিবা চেস্তনট পাম্বী, ফাগীগী মওংদা নৌহৌননা লৈনুংদগী চিংথোরকলমই। ম্যুজিয়মনসু তরাইনা লৌশিল্লোইদৌবি, তৌইগুম্বসুং অদু ওইদুনসু মহৌশাগী ওইবা ফ্যেসনগী মওংদা নুংঙাইরমই।

থাখাই অমগী মতুংদা শাথিরবা মওংদা মিষ্টর ব্লেবনের ঈদা হু চংদুনা শিরমই, অমসুং নুমিৎ খরগী মতুংদনা মহাকি মন্নাক নুপা অমা মতোম্নতা কাপশিঞ্জদুনা নিউ য়োর্কতা শিরমই। "মেন-হেব-রাগী শাপ" মতম অদুগী ৱারী ওইরমই, হায়রিবা অসি শিগ্রবা অমসুং হৌগ্রবা মীশিংগী মীত্রংনি। শিগ্রবা মীগী থৱায়না হকচাংদা চঙদুনা লৈ হায়দুনা ইজিপ্তকী থাজবরোদা কন্না ঙাংনরমই।

মতম অদুদা পোইরোৎ, তোল্লবা নোট অমা লেডি বিল্লর্ডতগী ফংলমই, মহাক শিগ্রবা আর্কিওলোজিষ্ট জোন বিল্লার্ডকী নুপী ওইরমই, মহাকপু কিংষ্টন স্বারদা লৈবা মহাক্কি য়ুমদা উন্নবা লাকপিয়ু হায়জরকলমই। ঐ মহাক্কা লোয়ননা চৎলমই।

লেডি বিল্লার্ড খমথেংনা অরাবগা মরী লৈনবা ফিজোল শেৎলমই, মরেপ রাংবী অমসুং মশা পাবী নুপী ওইরমই। মহাক্কী লৈতাদবা মাইথোংগা লোয়ননা মহাক্কী হুন্দক্তা থোকখিবা অরাবা থৌদোক্তুগী মরমদা চিন্দোল-লৈতোন শেংনা পাউদমলমই।

"নহাক্কা মফম অসিদা মতমচানা থুংবিরবসি নহাক্কা থৌজাল হৈবা উৎপীবগী রানি, স্যার পোইরোৎ।"

"ঐ নঙগীদমক্তা লৈজরী, লেডি; বিল্লার্ড। নহাক ঐগা রা তান্ননিংবগী রাফম লৈরা ?"

"নহাক্কি, ঐ মুন্না খঙই, দিতেক্তিব ওই, তৌইগুম্বসুং ঐ চুম্মদগী নহাকপু দিতেক্তিব অমা ওইনা উন্নবা নত্তে। নহাক নশাগী পীথোরকপা খুদোল য়াওবা, ঐ খঙই, খঙ্খনবগী শক্তি চেনবা, পৃথিবীদা থোক্কিবা থৌদোক খুদিংমক্কি জ্ঞান লৈরবা; ঐঙোন্দা হায়বীগনি, স্যার পোইরোৎ, নহাক মহৌশাগী লান্না থাজবগী মরমদা করি রাখল লৈবিবগে ?"

পোইরোৎ মীকুপ খরদং পাউখুম পিদ্রিঙৈগী মমাংদা চিংনরমই। মদুনা তাকপদি মহাক রাখল খনবা ওইনা উরমই। মমৈথংদা মহাক হায়রক্লমই— "ঐখোয় অমগা-অমগা ভাব তানদবা তৌরোইশি, লেডি বিল্লর্ড, নহাক্কা ঐঙোন্দা হংলিবা রাফমসি মীনা তোয়না হংদবা রাফমনি। মসিদি মশাখক্তদা থোকপা থৌদোক্কি, মসি ওইদবরা ? নহাক্কা থৈয়াইননা নহাক্কি নুপা শিখিবগী মরদা রাহং হংলমই ?"

"মদুমক্কি" মহাক য়ারমই।

"নহাক্কা পান্নিববু নহাক্কি নুপা শিখিবগী চপচাবা মরম থিগৎহন্নিংবগী রারা ?

"ঐ নঙোন্দগী অরেপ্পা রাফম খঙদোকপা পামই মরমদি খবর চেফোঙশিংনা ঙাংলি-লাউরিবা ময়াম, কয়া য়াম্না কদাইফাউবদা অচুম্বা মরম লৈবগীনো ? অহুম্নি শিরিবা, স্যার পোইরোৎ— অশিবা খুদিংমক মচা থাইনা শন্দোক্লা তাক্লিংঙাই মরম লৈগনি, তৌইগুম্বসুং, অহুম্মক পুল্লপ লৌবা তারগদি শোয়দনমক্কি থাজবা ঙমদ্রবা মথং-মথং কাংদনা থোকপা থৌদোক ওইগনি, পূম্নমক থা অমগী মনুংদা মোংফম তৌথোক্লবদগী ওইরকপা ! মসি ইচম-চম্বা লান্না থাজবদি ওইবা য়াই, মসি হৌজিক্কি সাইন্সনা মঙ মঙদ্রিবা হৌখিবা মতমদগী লাকপা চাউরবা শাপকি ফল ওইরম্বা য়াই। অচুম্বা মরমদি মী অহুম শিবদুনি ! অমসুং ঐ কিরে, স্যার পোইরোৎ, খমথেংনা কিরে। ঐ পুক্নি শাংগদবা মানদ্রে।"

"কনাবুনো নহাক্কা কিরিবা ?"

"ঐগী ইচানুপাগীদমক্তনি। ঐহাক্কি ইপুরোইবা শিরে হায়দুনা পাউ লাকপা মতমদা ঐ নাদুনা লৈরমই। ঐগী ইচানুপা, ওক্সফোর্ডতগী থুংলবতা ঙাইরিবা, মফম অদুদা চৎলমই।

মহাক্লা মদু, হকচাং অদু য়ুমদা পুরকলমই তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি মফম অদুদা অমুকহন্না চৎখিরমই, ঐহাক্লা লাইশোন কয়া হৌনবী মতুংইন্না তৌজরবসু মহাক থবক অদুদা য়াম্না কন্না পামজরবসু মহাক থবক অদুদা য়াম্না পামজদুনা পুক্লিং থিংজিল্লমই মদুদি মহাক মপাগী মন্থৎশিনগে অমসুং লৈনুং তৌবগী থবক চখগে খল্লি। নহাক্লা ঐবু অপংবীনি হাইদুনা লৌবা য়াই, জ্ঞান য়াওদ্রবী নুপী, তৌইগুম্বসুং স্যার পোইরোৎ, ঐ কিরে। খন্দুনা য়েংবীয়ু অশিবা নিংথৌগী ভুত পেন্নবা মথৌ-মওম তৌবা তাবরা ? নঙোন্দা অসুন্না ওইরম্বা য়াই ঐনা-ঙাংলিবা খুদিংমক অপংবগী মতৌনি—”

“নত্তে, থাঙ্গেশেংনমক, লেডি ব্রিল্লাড, পোইরোৎনা খুৎলৈ থুনা হয়রকলমই। ঐ ইশামকসু, লান্না থাজবগী শক্তিদা পুক্লিং লৈ, চাউখ্রবা শক্তিশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা সংসার অসিনা হেক খণ্ডলকপদগী।”

ঐ ওক্তুনা মঙোন্দা য়েংলমই। পোইরোৎনা কৈদৌনুংদা লান্না থাজবা ব্রাখলদা লূপ্লি হায়বসি ঐ খঙখিবা লৈতে। তৌইগুম্বসুং অপীকপা মী অদুদি য়েংবা মতমদা য়াম্না পুকচেল তিংনা উই।

“নহাক্লা থাঙ্গেশেংনা ঐঙোন্দা তাক্লিবা দাবীবু ঐহাক্লা নচানুপাবু কনবগী ব্রাফমলা ? ঐহাক্লা ঙল্লিবমখৈ মঙোন্দা অমাং-অত্তা থোক্তনবা হোৎনগনি।”

“হোয়, ইচম-চম্বা মীয়াম্না খঙনবা ব্রাফমদা, অদুবু খুৎশেম যাদুনচিংবগী মায়োক্তসুরা ?”

“ময়াইথংবা যুগকি লাইরিকশিংদা, লেডি ব্রিল্লাড, নহাক্লা ফংগনি পোৎশেম যাদু (black magic) থাদোক-থাজিন তৌবগী মতাংদা মরাংকাইনা। মখোয়না হেন্না খঙলম্বা য়াই ঐখোইগী হৌজিক লৈরিবা চাউথোকচনিংঙাই ওইরম্ব সাইন্সতগী। হৌজিক ঐখোই অচুম্বা লম্বিদা লাক্লসি, মদুদি ঐনা ব্রাফম অদুদা লমজিং পীবা য়াই। নহাক্কি নপুরোইবদুদি মতম খুদিংমক্তা কখোক্লবা ইজিপ্তকী মরমদা নৈনবা মীওইনি, মহাক ওইরমদবরা ?”

“হোয়, মহাক পাখঙ ওইরিঙৈদগী মথক হাৎগৎলমপদা। হায়রিবা হিরম অসিদা মহাক খ্বাইদগী চাউরবা ওথোরিটিশিংগী মনুংদা অমনি।”

“হোয়, মিষ্টর ব্রেবনৈর, ঐ ভাব তাই, য়াম্বা য়ামদবা য়েংদুনা মপুং ফাগৎলক্লবা মীওইনি নত্তবরা ?”

“ওঃ, চুমই। মহাক য়াম্না ইনাকখুনবা মীওইনি মদুদি মহাক করিগুম্ব হীরম অমদা মহাক্কি ব্রাখলগী মমী তারুরবা, লেম্না চাদিং তৌবদা হালেংবা লৈতবা মীওইনি। ঐগী ইপুরোইবনা মহাকপু ইপ্তিকী মরমদা থিজিনবদা পুক্লিং থৌগৎলমই, অদুগুম্বা থিজিনবগী থবক্তা চংবা খরচ খুদিংমক মহাক্লা পুথোকপনি অমসুং মদুনা কান্নবা পীরমই।”

“অমসুং মক্কাকনুপা অদুদি ? নহাক মহাক্কি হৈনবী মহাওগী মরমদা করি খঙবগে ? মহাক পার্টি অদুদা য়াওবা মীশক্লা ?”

"ঐ অদুম হায়না খন্দে। তশেংনা হায়রবদা মহাক হিংলি হায়বসি ঐ খঙদে। মহাক শিরে হায়বসি খবর পারুবা মতমদা ঐ খঙই। ঐ খল্লুদে মদুদি মহাক মিষ্টর ব্রেবনৈরগা নকশিন্না তিন্নরমগনি হায়বা। মহাক কৈদৌনুংদা মরি মতাগী মরমদসু পল্লমদে।"

"পার্টি অদুদা য়াওবা মীওইশিংদি কনা কনানো ?"

"ফরে, ডাঃ টোসব্রিল, বৃটিশ ম্যুজিয়মগা মরি লৈনবা ওফিসার মচা; মিষ্টর স্নৈডর, নিউ য়োর্ককী মেট্রোপোতিান ম্যুজিয়মগী মীওই, নহাওইবা আমেকিা মচা সেক্রেটরী; ডাঃ আমেসু, মহাক মহাক্কি শিনফমগা মরি লৈননা থিজিনবগী থবক্তা য়াওবা; অমসুং হাসান, ঐগী ইপুরোইবগী থাজরবা ইজিপ্ট মচা মীনাইনি।"

"নহাক আমেরিকা মচা সেক্রেটরীদুগী মমিং নীংশিংবা ঙমব্রা ?"

"হারপর, ঐ খল্লি, অদুবু ঐ অরেপ্পা হায়বা ঙমদে। মহাক মতম শাংনা মিষ্টর ব্রেবনৈর লৈমিন্নরমই, ঐ খঙই। মহাক য়াম্না হরাউ-তয়াম্বা পাম্বা নহানি।"

"থাগৎচরি নহাকপ, লেডি ব্রিল্লার্ড।"

"করিগুম্বা মখাতাবা রাফম লৈরগদি— ?"

"হৌজিক্কি ওইনদি; করি অমত্তা লৈত্রে। মদু ঐগী খুত্ত থনমউ, অমসুং অরেপ্পা রাফম হায়জরি মদুদি ঐ মীওইবা অমনা ঙম্বা থাক্তা ঐ নহাক্কি নচানুপাবু কনগনি।"

রাকমশিং অদু তংনো থাজহনবগী রা নত্তে, অমসুং ঐনা অসুম্না লৌরমই মদুদি লেডি ব্রিল্লার্ডনা মহাক্না রাহৈশিং অদু হায়বা মতমদা মমিৎ কুপলমই। অদুম ওইনমক, লোয়ন-লোয়ননা, অচুম্বা মরমদি মহাক্না তুরুচবা তৌদ্রগসু মহাক্কি অকিবদুমক খরা কোকখিবগুম উরমই।

ঐগীদমক্তদি ঐ কৈদৌঙৈদা মমাংদা পাৎরোৎপু চিংনবা লৈখিরমদে মরমদি মহাক্কি লমচৎ-শাজত্তা লান্না থাজবগী শিংলি লৈবা উথিদে।

ঐখোয় য়ুম মাইকৈ পাংলকপদা ঐ মহাক্না লোয়ননা হীরম অদুদা রা তান্নরমই। মহাক্কি লমচত্তা চিংলেম্বা অমসুং পুকচেল শেংবা উরমই।

"অদুবু হোয়, হেস্টিংস। ঐ অসিগুম্বা রাফমশিংদা থাজরে। নহাক লান্না থাজবগী শক্তিবু হম্থনা খল্লোইদবনি।"

"ঐখোয় হৌজিক করি তৌবা তারি ?'

"অরুবা মতৌনি, হেঃ পুকচেল ফরবা হেস্টিংস, মরুপ, অহৌবা ওইনা ঐখোই নিউ য়োর্কতা কেবলদা পাউ থারগা নহা ওইরিবা মিষ্টর ব্রেবনৈর শিখিবগী অকুপ্পা মরোল খঙদবা য়াদে।"

মহাক কেবল নিয়ম চুম্না থারমই। মপুংফাবা অমসুং অরেপ্পা পউখুম ফংলম। য়ং রুপার্ট ব্রেবনৈর মতমশাংনা চহি চা কয়া সমুদ্র ঈশিংদা লেল্লমই। মহাক মতমশাংনা সমুদ্র

খোঙবান্দা থিজিনবগী থবক তৌবা অমসুং সাউথ সি আইলেন্দ কয়াদগী পৈশা চবুন-চবুন থারকপা মীওই ওইরমই, অদুবু মহাক চহি অনীগী মমাংদা নিউ য়োর্কতা হল্লকলমই অমসুং মফম অদুদসু য়াম্না তোয়না অথেনবা ঈশিংদা লুপলমই। খ্বাইদগী শিংথাবা য়াবা ৱাফম অমনা, ঐগী পূক্লিংদা, অসুম্না ওইরমই মদুদি মহাক হন্দক ইকুই কুইদনা ইজিপ্তা পুননবা মতিকচাবা পৈশা থৌরাং তৌরমই। "ঐগী ফরবা মরুপ অমা মফম অদুদা লৈ, ঐ মঙোন্দগী পৈশা পুবা ওমই, মহাক্না অসুম্না হাইরমই। মফম অসিদা, অদুমওইনমক মহাক্কি থৌরাং অরেম্বা তারমই। মহাক নিউয়োর্কতা হল্লকলমই মহাক্কি লিকশ্রবা মখুরাবু শাপকা লোয়নলা চৈ-থাংলদুনা, হায়রিবা নুপা অসিদি শিপ্রবা নিংথৌ কয়া অমসুং মখোয়গী শরুশিংদনা হেন্না মশাগী তোংশা অমসুং ঈদগী চেকশিনবা মীওই ওইরমই। মহাক্না ইজিপ্তা লৈরিঙৈগী মনুংদনি স্যার জোন বিল্লার্ড শিপ্রিবসি। রুপার্ট অমুক হন্না পূক্লিদা কান্নবা ফংলোইদবা হিরম কয়াদা নিয়োর্কতা লৈরিঙৈদা চোংশিল্লমই, অদুগী মতুংদা কনাদা খঙহল্লমদনা মহাক আত্মাঘাৎ তৌদুনা শিজরমই, মহাক্কি তুংদা চিঠি অমা থমলমই মদুদা অঙকপা ৱাহৈ লৈতেং খরা য়াওরমই। মসি খুদক্তা কৈনিংচিংনা থুমহৎলজুনা ইবা মাল্লমই। মহাক মশামক লেপ্রোসিনা নারবা অমসুং সমাজনা ইহোক্রবা মীওইনি হায়না শক্তাকচরমই, অমসুং চিঠি অদু অসুম্না লোইশিল্লমই মশামক্না লাউথোক্রদুনা হিংদুনা লৈবগী মহুত্তা শিবনা হেন্না ফবগী ৱাফম।

মমি ওইনা তৌবা কাংলোন অমা ঐগী কোক্তা হায়জিল্লকলমই। মতম কয়াগী মথাংদা শিপ্রবা ইজিপ্তকী নিংথৌশিংনা লমন-খুম্বা ওম্বগী হিরমদা ঐ কৈদৌনুংদা থাজবা থমলকখিদে। ঐনা মফম অসিদা উরিবদি হৌজিক মতমগী ৱাখোক লাম্হোক, মহাৎ-মীপুনগী মরমদনি। খন্দুনা য়েংউ নহা ওইরিবা মীওই অসিনা মহাক্কি মখুরাবু লোয়শিনগে চপয়ুংনা খল্লবা— হ্ ওইনা শিজিন্নবনা হেন্নাপামগনি। শোয়খিবদগী স্যার জোন বিল্লার্ড খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা দোজ অমা ফংই। নহা অদু নিউ য়োর্কতা হল্লকলমই মহাক্না তৌরুবা মরালনা তান্নরকলদুনা। মহাক্কি খুরা শিবগী পাউ মঙোন্দা থুংই। হৌজিক্তি মহাক মশা খঙলে মদুদি মহাক্না দরকার লৈতবদা মীহাৎপগী থবক তৌরুবা, অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা কৈনিংচিংকী চৈথেংনা মশা মতোম্নতা থরায় থাজবনি।

ঐ পোংরোংতা ঐগী অপাম্বা চাউরাকপা মওং উৎলমই। মহাক নুংঙাইবা ফাওরমই। "মসি ওইরমই অরুবা ৱাফম লাকপদা লায়না কোকহনবা ওম্বগী লৌশিং লৈবগী ৱানি নহাক্না খল্লিব— লেপ্সমক ৱাফম অসিমক্তি। মসি চুম্বা ফব য়াবনি। তৌইগুম্বসুং নহাক তমথিরবা মোংফমশিং অদুগী ইথিলগী মরমদা নহাক শিংথাদে।"

ঐ লেংজুম শুপকৎলমই।

"হৌজিক ফাওবদা নহাক মদুগী মরমদা অদুম খন্দুনা লৈরিবরা ?"

অসুম তৌদুনা য়ামশ্রেদা চান্নরবা মরুপ মদুদি ঐখোয় হয়েং ইজিপ্ত চৎপা তারে।"

"করি হায়বা ?" ঐনা হায়রমই গুক্কদুনা।

"ঐ মসি হায়রে।" ভাবতানা থৌনা লৈবগী মওং মতৌ পোইরোৎকী মাইথোংনা ফোঙদোক্লমই। অদুগী মতুংদা মহাক নাহেন্নমই। "তৌইগুম্বসুং ইহেঃ মহাক তেংথারমই, সমুদ্রদু! তুক্কচবনা থল্লবা সমুদ্র!"

হাপ্ত অমগী মতুং ওইরমই। ঐখোয়গী খুয়াখাদা সনগুম্লবা মরুভূমগী লৈঙোই লৈরমই। শারবা নুংশানা কোকথক্তা য়ৈরমই। পোইরোৎ অরাবগী ফোটো মানবা মীওই অদুনা ঐগী ইনাক্তা খুইথরদুনা ফমলমই। মী অপীকপদু অফবা লংফৈ চৎপা অমা ওইরমদে। ঐখোয় ঈশিংগী খোঙচৎ মার্শেলিজদগী হৌরগা নুমীৎ মরিনি চংবদু মঙোন্দদি য়াম্না শাংবা অৱাবা ওইরমই। মহাক আলেকজেন্দ্রিয়াদা মশামক শিপ্পবা মতুংদা থোরকপা ভূত মান্না থুংলমই, মহাক্কি হান্নদগী লোয়নজরকপা অরু অহেন অমসুং তরু তনানগী ফিভম থাদোক্তুনা চৎখিরমই। ঐখোয় কাইরোদা থুংলমই, খুদক্তা মেনা হাউস হোটেল তম্না থৌজিল্লমই, পাইরামিডকী য়েৎথংবা মমিগী নাকন্দা লৈরিবা।

ইজিপ্তকী শুন্দাৎপা শক্তমনা ঐবু ফাজিল্লমই। পোইরোৎ অদুম ওইরমদে। ইংলেন্দদা লৈবগা মান্ননা মহাক ফিজোল শেৎলমই, ফী শেংদোক্লবা মহাক্কি পীকতক তৌবা ব্রশ অমা য়াউরমই অমসুং অরেপ্পা নাইদনা অৱাবগী লাঞ্জাও থেংনরি লৈঙোইনা মহাক্কি অমুবা ফিজোলদা থোকহনবা।

"ঐগী বুটশিং অসিসু," মহাক্লা হায়রমই। "খন্দুনা য়েংউ মখোয়বু," হেস্টিংসা ঐগী বুটশিং অসি নানপ্পবা শউননি, মহৌশানা মশানাল্লবা অমসুং লংলা উরবা। য়েংউ মনুংদা উফুল য়াওরে, মসিদি অৱাবগী মশক্কি, অমসুং মপান্দনা মখোয়না ঐগী মীৎপানবু শাওহল্লমই। মৈশা অসিসুনি মসিনা ঐগী নাতোনশুমাং কোইবু পশহল্লে, তৌইগুম্বসুং পশহল্লে!"

"য়েংউ স্পিংক্সতা (নুঙগী মুত্তী মকোক্লা মী অমসুং মশানা নোংশাগী শক্তম)," ঐ হায়রমই। "ঐ ফাওবা মদুগী অরোনবা মতৌ অমসুং পুক্লিং হুবগী রাখল থম্মোয়দা ফাওরমই।"

পোইরোৎ মদুদা পেন্দ্রদুনা য়েংলমই।

"মসি নুংঙাইবগী মতৌ উদে" মহাক্লা হায়রমই। মতৌ করম্না ঙমগদৌরিবনো, লৈঙোই তম্বাই ফুমজিল্লগা অদুগুম্বা নান্দ্রবা মওংদা ওঃ মদুমকননি লৈঙোইবু শাপ চৈরিবসি!"

"লাক্লো, হৌজিক বেলজিয়মদসু লৈঙোই মরাংকাইনা লৈ," ঐ মঙোন্দা নীংশিংল্লমই, পুক্লিং পেন্না ছুটিগী মতমদা ক্রোক-সুরদা মতম লেলম্বা, "খোঙ থাংবা রারবা লৈঙোইগী মপৈরক্তা" লমজীং লমতাকপা লাইরিক্লা ঐখোয়দা রাহে কাংলোন ওইবা মওংদা।

"ব্রুসেলসতা নত্তে," পোইরোৎ হায়রকলমই। মহাক্লা পাইরামিডশিংদা রাখল থম্না য়েংলমই। "মসি অচুম্বনি মদুদি মখোয় অসুম্না মওং ওইরমই মতুমতাবা অমসুং জ্যামিতিগী ওংদাদা, অদুবু মখোইগী লৈমাই অসিদি চাং মান্নখিদ্রবা অমসুং য়েংবদা নুংঙাইনিঙাই ওইদে।

অমসুং কোনা পাম্বীশিং অদুসু ঐ মখোইবু পামদ্রে। মখোয় চাং নাইনা থাদবা ওইরগসু!"

তেন্না হায়রবদা মহাক্কি তেংথারোলশিংনা উৎলিবদি ঐখোয় কেম্পকীদমক্তা খোঙশানবা তাবনি। ঐখোয় উট তোংদুনা চৎলমই, অমসুং শাশিং অদু অথাং কন্না খুরু খুদক কুপ্পমই, ঐখোয়না কাখৎলকপা ঙাইরদুন, মখল মখা কয়াগী মশক মতৌ ফজরবা নুপামচাশিং অদুবু ব্রা য়াম্না ঙাক্নবা ব্রাং চাউরবা খুৎলাই পায়বা মী অমনা উটকী পরেংগী মাং থারমই।

ঐ পোইরোৎনা উট তোংবদা শিজিন্নবা আনোক অমা মাঙোন্দা পী। মহাক নাহেরদুনা অমসুং তেংথাখোলগা লোইননা অমসুং করিগুম্বা মতমদা য়াক্না লাউরকলমই অমসুং ব্রা ঙাংদনা খুৎশা হায়রদুনা ভরজিন মেরী অমসুং কেলেন্দরদা য়াওবা লাইনিংবশিংগী মমিং শোল্লমই য়াম্না হায়বা ইল্লবা গধা অমা তোংলদুনা। ঐ অসুমনদি লৌবা তাই মদুদি খোঙথাং নাইনা চৎলিবা উট অমনা মপুং ফারবা মীওই অমা পুরদুনা চৎপা ফাগীগি মওং নত্তে। ঐ নুমিৎ কয়ানিমুক অরুবা খোঙচৎ থেংনরমই। মমৈথংদা লৈনুং তৌরিবা মফম নকশিল্লকলমই। নুংশাগী মৈশানা কাথেক্লবা মকোই ঙৌনা হৌবা, ফি-অঙৌবা শেংপা অমসুং মকোক্তা হেলমেট উপ্না নুপা অমা ঐখোয়বু ওকপা লাক্লমই।

"স্যার পোইরোৎ অমসুং কেপ্টেন হেসটিংসরা ? ঐখোয় নখোয়দগী কেবলদা পাউ ফংলমই। ঐনা ব্রাজরিবদি কাইরো নখোয়বু ওকপিনবা মীওই অমত্তা লৈতে। মাঙদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক অমনা ঐখোয়গী থৌরাংপুম্বা মপুংফানা মাঙহল্লমই।"

পোইরোৎ তাইফেৎ তাইরমই। মহাক্কি মখূৎ, অদুনা মহাক্কি ফি কম্থোক্লবা ব্রশ থিবদা মাঙখিরমই।

"অতোপ্পা অতৈ শিবা য়াওদবরা ?" মহাক খ্বোর হোন্দোরক্লমই।

"হোয়।"

"স্যার গয় ব্লিল্লার্ড ?" ঐনা হায়রমই।

"নত্তে, কেপ্টেন হেস্টিংসা ঐগী আমেরিকাগী লোয়নবা মীওই, মিষ্টর স্লেডরা।"

"অমসুং, মরমদি ?" পোইরোৎনা তখৎনা হংলমই।

"টিতানস।"

ঐ চোকথরমই। ঐগী অকোয়বদা ঐ উরমই, য়াম্না ফজবামক্তনা পুল্লবা অকোয়বগী ফিভম খংহোং হোংবা অমসুং কিনিঙাই ওইবা শক্তম। কিনিঙাই ওইবা ব্রাখলগী মঙাল অমা ঐঙোন্দা হায়জিল্লকলমই। খল্লুরগা ঐরা মথংসি ওইগদৌরিবসিবো ?

"চান্নরবা খোঙলোয়," পোইরোৎনা হায়রমই, য়াম্না মেঙবা খোঞ্জেলদা, "ঐ মসি ভাব তাবা ঙমদ্রে। মসি অকিবগী মশক্তি। ঐঙোন্দা হায়বীগদ্রা, স্যার, টিতানসনা শিবনি হায়বসিদা চিংননিঙাই ওইদ্রে ?"

"ঐ থাজবা তৌদে। অদুবু ডাঃ আমেশনা নঙোন্দা হায়গনি ঐন্না হায়বা ঙম্বগী থাক্তি

ৱাংমদা।"

"ইহে, ৱারীগী মতুংইন্না, নহাক ডাক্তর অমা ওইদে।"

"ঐগী মিং টোসৱিল।"

মসি, অদুগী মতংদগীদি, লেডি ৱিল্লার্ডনা হায়খিবগুম্না বৃটিশ খুৎহৈবা অমনি অমসুং বৃটিশ ম্যুজিয়মদা মাইনর ওফিসিয়েল ওইনা থবক তৌবনি। করিগুম্বা খর লৈরমই খুদক্তা মদুদি মহাক্কি মরমদা চিংলেপ্পা অমসুং অরেপ্পা হোংবা নাইদবা শাজৎনা ঐগী পৃক্লিং চিংশিল্লমই।

"নহাক ঐগা লোইননা লাকপা ওইরবদি," ডাঃ টোসৱিলনা মখা তাথরকলমই, "ঐনা নহাকপু স্যার গয় ৱিল্লার্ডকা উন্নহনগনি। নখোই মফম অসিদা থুংলবগী পাউ শীরনবা মহাক খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরমলগনি।"

ঐখোয় কেম্পতানা চৎপদা চাউরবা টেন্ত অমদা থুংলমই। টোসৱিলনা লমজংগী দম্বুর হাইগংলমই অমসুং মনুংদা চংলমই। মী অহুম মনুংদা ফমদুনা লৈরমই।

"স্যার পোইরোৎ অমসুং কেপ্টেন হেসটিংস থুংলরে, স্যার গয়", টোসৱিলনা হায়রমই।

অহুমদুগী মনুংদা খ্বাইদগী নহা ওইবা অমনা ফুক হৌগৎলক্তুনা মাঙদা চঙশিল্লক্লগা ঐখোইবু ওকলমই। মহাক্কি তৌথোরকপা মতৌদা খঙহৌদনা ৱাখলগী ইথিল অমা উৎলপগুম তৌরমই মদুমক্তা মহাক্কি মমাবু নীংশিংহল্লমই। মহাক অতৈ মীওইগুম্না নুংশাগী মৈশানা কাথেকপা তৌরমদে অমসুং অচুম্বা মরমদি, লোইননা মহাক্কী মীৎকী অকোইবদা চোকথবা মানবা শক্তম চেন্নমই, মহাক মশাগী চহি ৩২ শুরবসু মদুদগী হেন্না অহল ওইশিল্লমই। মহাক তশেংনা হায়রবদা মখল মখা কয়াগী পৃক্লিংদা অৱাবা চৈথেং ফংলবা অমসুং মায়োক্লরকপা ওইগনি। মহাক্না মহাক্কা লোয়নবা মীওই অনী অদুগী শকতাক্লমই, ডাঃ অমেশ, হৈশিংবা মীওই মানবা মশাগী চহি ৩০ নি হায় নাতৈচাদে, মহাক্কি কোক্কি নাক য়েত্তা পোক হৌরমই, অমসুং মিষ্টর হারপর, সেক্রেটরি, য়াম্না হরাউ তয়াম্বা মানবা মশা পাবা অমসুং জাতিগী শক্তম উৎপা ওইনা হোরনরীম অনোক উম্না মীওইনি।

মিনিট খর থেংথনা ৱারী শারবা মতুংদা, অকোনবা মী অদু মপান থোকখিরমই, অমসুং ডাঃ টোসৱিল মহাক্কি মতুং ইল্লমই। ঐখোয়খক্তমক স্যার গয় অমসুং ডাঃ আমেশকা লোইননা লৈহৌরমই।

"চানবীদুনা ৱাহং অমা অদোম্না পাম্বা মওংদা হংবিবা য়াগনি, স্যার পোইরোৎ," ৱিল্লার্ডনা হায়রকলমই। "ঐখোয় খমথেংনা হায়ফম খঙদবা ওইরমই অসিগুম্বা অৱা-অনা পরেং অমা থেংনবদা, অদুবু মসি ওইদে— মসি ওইবা ঙাম্লোই, খুদিংমক মথং-মথং থোকপা খৌদোক্লি।"

মহাক্কি মওংদা জ্ঞান মাঙবা মতৌ উরমই মদুনা হায়রপ মহাক্না ঙাংথোরকপদা মীনম্বগী মতৌ উরমই। ঐ উরমই পোইরোৎনা মহাকপু য়াম্না কন্না নৈনৈ হায়বসি।

"নহাক থবক্তি মরমদা য়ায়া কন্না পূক্লিং থিংজিনবরা, স্যার গয় ?"

"হায়রপ্না, থোক্লিংবা থোকচসনু করিসু খন্দে, নত্রগা করি ওইগে ওইজসনু, থবক অদুম চথরি। নহাক্কি পূক্লিং থৌরাং তৌদুনা লৈয়ু।"

পোইরোৎ অতোপ্পদুদা য়ায় ওনশিল্লমই।

"নহাক মদুদা করি হায়নিঙাই লৈবগে ? স্যার ডাক্তর ?"

"ফরে," শাংনা চত্থনা হাইরকলমই। "ঐ মদুদগী তোক্লোইদৌরি ইশামক।" পোইরোৎ মহাক্কা ফোঙদোরকপা ৰাহৈদা মশক থীরবা মতৌ খঙহৌই।

"অদুগী মতুংদা, সাক্ষি প্রমানদি, ঐখোয়না লৈরিবা ফিরেপকী মতুংইন্না ফংনবা থিবা তাবনি। করম্বা মতমদা মিষ্টর ম্লেডর শিথিবগে ?"

"চহি অহুমগী মমাংদনি।"

"টিতানসনা শিবনি হায়বসি নহাক অশেংবনি হায়না খনবরা ?"

"শিবনি শোয়দনমক্কি।"

"মসি স্তাইচনিন হুগী ফলনি হায়বা ওমলোই কেশ অসিগী মরমদা, খুদম ওইনা হায়রবদা ?"

"নত্তে, স্যার পোইরোৎ, ঐ নঙনা খল্লিবা ৰাখলদু উরে। তৌইগুম্বসুং টিতানসনা মরম ওইদুনা শিবনি হায়বগী লংলবা খুদম লৈ।"

"নহাক এন্টি সেরম কাপথিদবরা ?"

"লেপ্পমক ঐখোয় তৌরমই," ডাক্তর অদুনা রাশিকংনা হাইরমই।

"ভাবতানা তৌবা য়াবা খুদিংমক পাঙথোকলমই।"

"নহাক মতম অদুদা এন্টিসেরম নহাক্কিদা লৈরমখিবরা ?"

"নত্তে, ঐখোয় মদু কাইরোদগী লৌরমই।"

"মিষ্টর ক্লেবনের শিথিবদু টিতানসকি কেশনি হায়বা নঙগী অরেপ্পা ৰাফম লৈব্রা ?"

"মপুংফানা অরেপ্পা ৰাফমনি। মহাক্কি খুবীদা শোকখিবগী দাগ লৈরমই মদুদা হু চঙবা ওইগনি, মহীক চঙদুনা নাবা হৌরকখি।"

লেম্যোন অমনা অয়াম্বদা অনীরক মান্নরে হায়বসি য়েংবদা য়ায়া ফজরবা থৌদোক ওইনা উহনবদুনি, ঐনা থৌনাফনা হায়রি, অদুবু কেশ অনী অদু য়ায়া চাউনা খেন্নগ্রবা মওংনি।

"অদুগী মতুংদা ঐখোয় অশিবা মরি খেংনরে— পুম্নমক চাউনা খেন্নগ্রবা ওাক্তনি, অমা হার্ট ফেল ওইবনি, অমা ঈদা হু চংবনি, অমা আত্মাঘাৎ অমসুং অমা টিতানস।"

"তশেংনমক্কি স্যার পোইরোৎ।"

"মরিমক্তু পূল্লপ্পা মরি লৈনরম্বা য়াই হায়বগী নহাক অরেপ্পা লৈবরা ?"

"ঐহাক অদোম্মা হায়বিরিবা ৰাফমদু ভাব তাবা ওমজদ্রে।"

"ঐ চুম্নদংগী হংকম খোকপা হংবনি। হায়রিবা মীওই মরি অদুনা করিগুম্বা থবক খরা হায়বদি মেন-হর-রাগী আম্বাদা উশিং থৌওইদবা তৌরুবগী খুদম লৈ লাকপ্রা ?"

ডাক্তর অদুনা পোইরোৎতা ওক্না য়েংলমই।

"নহাক নহাক্তি কোক্তা লৈবা ৱাফমদমক পুখোক্লগা ৱা ঙাংলে, স্যার পোইরোৎ। তশেংনমক নহাক নশামক অসিগুম্বা করিসু লৈত্রবা অপংবা ৱারীশিং অসিবু শাজিনবা ৱারীনি খন্দুনা নহাক থাজদবা নত্রা ?"

"মপুংফানা জ্জান য়াউদবনি," ঙাংলম্মী বিল্লার্ড শাউরদুনা।

পোইরোৎ লেঙদনা তুমিন ঈংনা তপ্না লৈরমই মহাক্তি অশংবা হৌদোং মিত্তানা মুৎশ-মুৎশি পাঙলদুনা।

"মরম অদুনা নহাক থাজদ্রে মসিবু, স্যার ডাক্তর ?"

"নত্তে, স্যার ঐ তৌদে," লাউথোরক্লমই ডাক্তর অদুনা হকচিন্না লৌরগা।

"ঐ কখোক্লবা মীওইনি, সাইন্সনা তম্বিবা ৱাফমখক্তদা ঐ থাজে।"

"মমাংঙৈগী ইজিপ্তা সাইন্স লৈরমদবরা ?" তপ্না পোইরোৎনা হংলকলমই। মহাক পাউখুম ঙাইরমদে, অমসুং থাঙ্গেশংবদি ডাঃ আমেশ মিকুপ খরগী ওইনা জ্জান মাঙবগুম উরমই। "নত্তে-নত্তে ঐগী পাউখুম পীগনু, ঐঙোন্দা ৱাফমসিমত্তংদি হায়য়ু। মফম অসিদা পোকপা থবকশুবা য়াওবা মীশিংনদি করি খল্লি ?"

"ঐ মরম খঙই," হায়রমই ডাক্তর আমেশন, "অত্তৌবা মীওইশিংনা তৌফম খঙলক্রবদা, মফম অসিদা পোকপা মীশিংনা য়াম্না শাংনা তুংদা শোখহৌবা তৌদে। ঐনা হায়গনি মদুদি হৈনদে হায়বা নহাক্তি ৱাফম অদু ফাওবদি ওইরম্বা য়াই— অদুবু মখোয় অদুগুম্বা ফিভম ওইনিঙাই মরম লৈতে।"

"ঐ ঙকই," হায়রমই পোইরোৎ য়ানিংদবা উত্তুনা।

স্যার গয় মাংলোমদা পাকথরকলমই।

"শোয়দনমক্তি," মহাক হায়রমই য়ানিংদদুনা, "নহাক থাজবা ঙমলোই— ওঃ; অদুবু পোৎ অদুদি অপংবনি ! নহাক মমাংঙৈগী ইজিপ্তকী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা খঙবা ঙমলোই নঙনা অদুগুম্না খনবা ওইরবদি।"

পাউখুমগীদমক পোইরোৎ মহাক্তি কুরিৎখাউদগী অপীকপা লাইরিক অমা পুখোরক্লমই— থাইনত্তৈদগী পান্নরক্লবা লাইরিক। মহাক অদু হেক পুখোরকপা মতমদা ঐ লাইরিক অদুগী মীংথোল উরমই, 'ইজিপ্তসিয়ান অমসুং চালদিনশিংগী মেজিক'। অদুগী মতুংদা কোইনা য়েংলমলগা চৈত্তকী মপান্দা থোকখিরমই। ডাক্তর অদুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলমই।

"অসিগুম্বা কিম্নবা ৱাখল অসিনা করিনো ?"

ৱাহৈ লৈতেং অদু, পোইরোৎকী চিনবান্না য়াম্না হৈনজবা, ঐবু হেক-হেক নোকহল্লমই

অমদগী অভোল্লা অমদা লাকপা মতমদা।

"তশেংনমক ঐ খঙদে," ঐ ইরাল হায়দোকচরম্মী। "মহাক্কি খৌরাং খরা লৈরে ফত্রবা ভুতশিংবু তাম্বোকখিনবা, ঐ থাজে।"

ঐ পোইরোং খীবা চৎলমই, অমসুং মমাই চপতক তৌবা নহা অমগা বারী শাদুনা লৈরম্বা, মহাক অদু শিঙ্গবা মিষ্টর ক্রেবনৈরগী সেক্রেটারি ওইরম্বনি।

"নত্তে," মিষ্টর হারপরনা হায়রমই, "ঐ অসিগুম্বা থিজিনবগী থবক তৌবা অসিদা য়াওবা থা তরুক খত্তবক ঙাইরি। হোয়, ঐ মিষ্টর ক্রেবনৈরগী মরমদা ঐ ফজনা খঙই।"

"নহাক মহাক্কি মক্মাকনুপাগী মরমদা নৌহৌননা বারী লিবিবা ঙমগদ্রা ?"

"মহাক নোংমা মফম অসিদা লাক্লমই, য়েংবদা নুংঙাইতবা তৌদবা মীওইনি। ঐ অদুগী মমাংদা মাগা অমুক্তা উনখিদ্রি, অদুবু মীওই খরদি উন্নরম্বা য়াই— আমেশ, ঐ খল্লি অমসুং মৈডর। অহল ওইরবা মীওই অদুনা মহাক ওক্রুবদা নুংঙাইরম্লোই। মখোই মতম খঙহৌদনা ফিভম অমদা লাকখিরমই, নুংথং অমসু চৈগপকুম্না। 'নত্তে শীকপ্পবা পৈশা ফাওবা,' অহল অদুনা লাউরক্লমই। হৌজিক্তি শীকপ্পবা পৈশা ফাওবা লৈতে নত্রগা ঐনা শিবা মতমদা। ঐ খল্লি পৈশা থাদগে হাইদুনা ঐগী পূক্নিগী থবক মখা তানা চত্থনবগীদমক্তা। ঐহাক মসিগী মরমদা মিষ্টর মৈডরগা লোয়ননা ঙসি বারী শান্নরমই। মদুদগী খরা হেন্দোক্লা ফাওবদা। নহা ক্রেবনৈর কাইবোদা চুমদ্রিং চৎখিরমই।

"মহাক মতম অদুদা মপুংফানা হকচাং ফদুনা লৈখিববা ?"

"অহল অদুরা ?"

"ঐনা থাজে মহাক মশা ফত্তে হায়বসি পল্লমখিদ্রে। মদুবু ঐনা লুশিন্না লৌবা ঙমদবগীরা, নত্রগা ঐ মদু নীংশিংফম থোকপনি।"

"ঐখোয়না নীংশিংবা ঙম্মগী থাক ফাওবদদি, মহাক থমলমদে।"

"নহাক থিজিনবগী থবক্তা মিষ্টর হারপরগা লোয়ননা লৈমিন্নখিবরা ?"

"নত্তে, স্যার, ঐ তৌদে। ঐ মফম অসিদা তৌফম থোকপা থবক থুনা শিন্দোলমলগা নিউ য়োর্ক চৎলমই। নহাক্লা পান্নবদি নোকপা য়াই, অদুবু ঐ ওইরোইদৌরি তমথিবা মেন-হুর-রাগী মথংগী শোকহনগদবা মীওই। মহাক্লা ঐবু ফংগনি ঐ মফম অসিদা লৈরবদি।"

নহা অদুনা মহাক্কি শীশুমগী হমাং তৈথোকলমই।

পোইরোং মাই লৈথোকখিরমই। মহাক্কি লেংবান্দা মহাক্লা হায়রকলমই তোপ-তোম্লা মীনোক অমগা লোয়ননা—

"কাউগনু, নহাক নিউ য়োর্কতা মহাক্কি শোকহনবগী চৈথেং ফংখিবা মীওই অমা ফংখিরমই।"

ইসঃ, নোরোক্লি ! হায়রমই মিষ্টর হারপর শক্তি লৈনা।"

"নহা অদু ৱাখল মাঙলমই," হায়রমই পোইরোং ৱাখল তৌনা। "মহাক হৌজিক ল্যাংদাইদ্না লৈরে, তৌইগুম্বসুং লাংদাইদা।"

ঐ পোইরোংতা খঙনিংবা পোক্লা য়েংলমই, তৌইগুম্বসুং পোইরোংকী মরৌ লৈবা মীনোক্লা করি অমত্তা হায়রম্মদে। ঐখোয় স্যার গয় ৱিল্লার্ড অমসুং ডাঃ টোশৱিলগা লোয়ননা তৌথোক্লিবা মফম অদুগী অকোয়বদা চৎলমই। লৈনুং তৌথোকপদগী ফংলকপা মরুওইবা পোং খুদিংমক কাইরোদা পুরক্লমই, অমসুং মদুদগী ফংলকপা মোংফমগী ফর্নিচর খরদি য়েংবদা খমথেংনা নুংঙাইবা পোকলমই। লল্লোন ইতিক তৌবা ইনাক-কৈরাক খুল্লবা নহাশিংনা হেন্না থৱায় য়াওশিনবগী মমি ফজনা ভাব তাবা ওন্নমই, অদুবু ঐনা খল্লমই অমসুং খুদক্তা উবা ঙমলমই মদুদি— মহাক্কি মওং মতৌদা পুক্লিং লৈতাদবা অমসুং জ্ঞান মাঙবগী মমি তাবগা লোয়ননা মতম অদুগী ইরাংদা লৈরিবা অকিবগী চৈথেংদগী নাম্বোকপা শুকঙম ঙমদবগী মতৌ লৈরমই। ঐখোয় ঐখোয়গীদমক্তা থৌরাং তৌদুনা থম্লিবা তেন্ট অদুদা চঙবা মতমদা, নুমিদাংৱাইরমগী চাকলেন চাফ্রিঙৈগী মমাংদা খুৎশা হাপ্তদোক্লগা চঙগে তৌবা তাঞ্জাদা য়াংনা মুম্ববা অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা মুর্ত্তি অমা ঐখোয়গী নাকন্দা লেপ্তুনা লৈরমই অমসুং ঐখোয়বু য়াম্না থৌজাল লৈবা ওংদাদা আরাবিক লোন্না তরাম্না ওকলমই। পোইরোং লেপলমই।

"নহাক হাসনরা, শিম্ববা জোনৱিল্লার্ডকী মীনাইরা ?"

"ঐ ঐগী লোর্ড স্যার জোনবু সেবা তৌজরমই, হৌজিক্লা মহাক্কি মচানুপাবু।" মহাক ঐখোয়গী নাক্তা খোঙকাপ অমা নকশিল্লক্লমই অমসুং মহাক্কি খোঞ্জেল পীকথরমই। "নহাক লৌশিংশিংবা মীওইনি, মখোয়না হায়, ফত্তবা ভূত থেংনবদা ফজনা খঙলবা মীওই। য়ারগদি নহা মাষ্টর মফম অসিদগী থাখো। ঐখোয়গী অকোয়বদা ফত্তবা নুংশিংনা থম্লি।"

অমসুং তহা-তহা শাজং মওং উৎলম্লগা, পাউখুম অমগী ঙাইরমদনা মহাক থুনা য়াংনা চৎখিরমই।

"ফত্তবা নুংশিং চেল্লি হায়বা," পোইরোংনা মচিন্দা শোল্লমই। "হোয় ঐ মদু ফাওই।"

ঐখোয়না চারিবা চাকলেন অদু অরাইবা ওইদে। লৈমাইথক অদু ডাক্তর টোশৱিলগী খুত্তা থাদোকলমই, মহাক্লা ইজিপ্টকী লৈনুংদগী ফংবা অরিবা পোংলমগী মরমদা শাংনা ঙাংদুনা লৈরমই। ঐখোয় পোত্থারগে হায়দুনা থৌরাং তৌরকপা মতমদা স্যার গয়না পোইরোংকী খুদাংদা পায়রকলমই অমসুং খুদোম্বী থিল্লমই। মমি ওইনা তৌবা মুর্ত্তি অমা তেন্টতুদা ময়ায়মক্তদা চৎলমই। মীগী মুর্ত্তিসু নত্তে। ঐ ময়েকশেংনা খঙলমই হূইগী মপোক পানবা ঐ উখিরমই মোংফমগী ফক্লাংদা হক্তুনা লৈবা।

ঐ কিবনা ঈ ফমজিনখিরমই।

"নুংশিরবা মরুপ !" অনুবীস, লমহূই মকোক পানবা, হৌম্ববা আত্মাশিংগী লাইনি।"

"কনাগুম্বা খরনা ঐখোয়দা লংনরে," ডাক্তর টোসৱিলনা ঐখোয়দা হায়রকলমই, ইথৌ

থৌশাদনা হৌগৎলদুনা।

"ঐ নঙগী তেস্টতা চঙলমই, হায়পয়," স্যার গয়না হায়রকলমই, মহাক্তি মাইথোং অকিবা ফংনা তাইফেং তাইরদুনা।

"নত্তে, পোইরোৎনা হায়রমই, মকোক হাইরদুন, "ডাক্তর অমেশকী মনুংদনি।" ডাক্তর অদুনা মাঙোন্দা থাজতুরদুনা মুন্না য়েংলমই; অদুগী তুংদা ডাঃ টোসবিলনা হায়খিবা বা হজিন্না হায়রদুনা, মহাক হায়রকলমই—

"কনাগুম্বা খরনা ঐখোয়না লংনরে। লাকও, মীওই অদুবু ঐখোয় থুনা ফানবা তৌশি।"

মহাক থুনা য়াংনা পাঙ্গল শক্তি লৈনা মুর্ত্তি অদুগী মাইকৈ অদোমদা হোৎচিন্নমই। ঐ মাগী মতুং ইন্নমই, অদুবু ঐখোয়না থিরিবা পোৎশক অদুগী খোঙ্গল লিবা ফংলমদে অমসুং কনাগুম্বা অহিংবা আত্মা অমত্তা ফংবা ঙমখিদে। ঐখোয়গী পূক্লিংদা করিগুম্বা অপনবা পীবগী মওংদা ঐখোয় হজিন্নকলমই, পোইরোং থিরদুনা মঙোন্দা পাঙ্গল থৌনা পীবা য়াবা থবক খর পায়খৎনবগীদমক, মহাক্না লম্নাই পাম্বৈনা, মহাক মশা ঙাকথোকচনবগীদমক্তা। মহাক মথৌচিন্না ঐখোয়গী তেস্টকী অকোয়বদা লৈঙোইদা দাইগ্রাম কয়া অমসুং নুংদা হকপা পোৎলম কয়াগা লোয়ননা লৈরমই। ঐহাক পেন্টাগোনগী মচিন তুম্বা থবানমিচাক মঙা উবদা খঙবা ঙমই কয়ারক হন্না। মহাক্তি হৈনবী মতুংইন্না, পোইরোং মতম অমত্তুদা লেকচর কয়া মরুওইবা থৌরমদা পীরমই মান্না হৈবী অমসুং মীত্রংগী মরমদা মীয়াম্না য়ানরবা ৱাফমদা, অত্তৌবা মিত্রংনা অমুবা মিত্রংগী মায়োক্তা, মখল-মখা কয়াগী য়াওফম তাক্লা 'ka অমসুং দি বুক ওফ দি দেথ' পুশিল্লক্লগা।

মসিনা উহল্লীবদি ডাক্তর টোসবিলগী পূক্নিগা মরি লৈননা খ্বাইদগী ইজ্জৎ শোকপাগী ৱাফম হেনগৎহনবা ওইনা থোক্লমই, মহাক্না ঐগী নাক্তা চঙশিল্লকলমই, সাহিত্যগী লোন্দাদা হায়রগা শাওবনা খু-খু কামলদুনা।

"জ্ঞান য়াওদ্রবা, স্যার, মহাক লাউরমই শাউনা, তশেংনমক জ্ঞান য়াওদ্রবনি। নুপা অসি নস্ফু তৌবা মীওইনি। মহাক ময়ায়থংবা যুগকি লান্না থাজবগা অমসুং থাইনগী ইজিপ্তকী থাজবগা খেন্নবা খঙদে। নাতৈচাদবা অমসুং জ্ঞান য়াউদবগী ৱাফম ঐগী পূক্নিদা কৈদৌনুংদা তাখিদ্রি।"

ঐনা মিহুন লৈতাদ্রবা খুং হৈবদুবু থেমজিন্দুনা ঈংথহল্লমই, অমসুং পোইরোংকা তেস্ট মনুংদা উন্নরমই। ঐগী অশীকপা মরূপতু নুঙাইনা অমসুং হরাউ তয়াম্না লৈরমই।

"হৌজিক ঐখোয় য়াম্না ঈংনা তপ্না তুম্বা য়ারগনি," মহাক্না হরাউনা হায়রক্লমই "ঐ তৌবা ঙমগনি খরদং তুন্নবদি। ঐগী কোক, মসি ওনিংবা ফাওনা নারমই। ওঃ চাউরবা অফবা মঙ্গলগীদমক্তা।"

অসুম্না লাইশোন তৌরিঙৈদা, তেস্টকী দম্বুর হাইগৎলকলমই অমসুং হাসান চংলকলমই,

পুরদুনা কোও-ফোও শাবা কপ অমা পোইরোংতা শীনবা। মসি কোমো মাইল চাগী প্রমান ফংলমই, থকপা য়াবা ময়াই কাবা, মহাক্লা কাহেন্না পামদবা পোংশক ওইরমই। হাসানবু থাগংলদুনা মওোন্দা শীরিবা খুদোলদু পামদবা উংলদুনা অতোপ্পা কপ অমা মাগীদমক শীনবা হায়রমই, অসুম তৌদুনা কা অদুদা অমুক হন্না ঐখোয়খক্তা ওাইরমই। ঐ তেন্ট অদুগী খোকজিন্দা লেপলমই মতম খরা ফি হোংদোকক্লিঙৈগী মমাংদা, মরুভূমীদা মীংয়েং থন্নদুনা।

"অওকপা মফমনি ঐ খোঞ্জেল থোক্লা হাইরমই, "অমসুং অওকপা থবক্লি। ঐগী পূক্লিং শুস্নাংলমই। অসিগুম্বা মরুভূমীগী পূন্সি, তুম্না মাওম্রবা চাউখংপগী অরংবা মওাল লৈরম্বা মফমদা থিজিনবা। তশেংবমক্লি, পোইরোং নহাকসু, শুস্নাংপা ফাউগদবনি?"

ঐ পাউখুম ফংলমদে, অমসুং ঐ লৈথোক্লমই, হাইরপ্না শাউরমই। ঐগী অশাওবা থুনা হোংখিরমই অমসুং পন্দনা মরি লৈনবরোমদা ওনশিল্লক্লমই। পোইরোং নান্দ্রবা ফমুংদা লোংনা হিপলমই, মহাক্লি মাইথোংদা অকিবা ফংনা শুকথরদুনা। মহাক্লি নাকন্দা অহাওবা কপ লৈরমই। ঐ মহাক্লি নাক্তা থুনা য়াওনা চওলমই, অদুদগী ডাক্তর আমেশকী তেন্ট তান্না চংলমই।

"ডাঃ আমেশ!" ঐ কৌরমই। "খুদক্তা লাকউ।"

"করি তৌরবগে?" ডাক্তরনা হায়রমই, পাইজমা শেত্তুনা থোরক্লগা।

"ঐগী মরূপ। মহাক নারে। শিগদৌরে। কামোমাইল চা হাসান কেম্প থাদোক্তুনা চংহনখিগনু।"

নোংথাং কুপ্পগী পান্দমগুম ডাক্তর ঐখোয়গী তেন্টতা চেল্লক্লমই। ঐনা থাদোরকপা মতমদা পোইরোং হিপ্তুনা লৈরম্মী।

"তোপ-তোপ্পা মওংনি," হায়রমই আমেশনা। বন্দিগী মওং মাল্লি-নত্রগা নহাক মহাক করি থকখিবগে হায়বা ওমগদ্রা?" মহাক অহাংবা কপতু থাঙ্গংলমই।

"মদু ঐ থকখিদে ঐ!" হায়রম্মী অতপ্পা খোঞ্জেলনা।

ঐখোয় ওকপা কাওরমই। পোইরোং ফমুংদা ফমলমই। মহাক মোমোন তৌরমই।

"নত্তে," মহাক ঈংনা-তপ্না হায়রমই। "ঐ মদু থকখিদে। অহিং অদুদা ঐগী মরূপ পুকচেল ফরবা হেসটিংস লৈত্তবনা, ঐ মদু হৈজিল্লমই খুদোংচাবা লৌরদুনা, ঐগী খৌনাওদা নত্তবা, অমসুং অশীকপা লিক্লি মচা অমদা। অশীকপা লিকলি মচাদু চাংয়েং তৌনবা কেমিষ্ট অমদা থাগদৌরিবনি। নত্তে" ডাক্তর অদুনা য়াম্না থুনা চংখিবনা— "জ্ঞান লৈবা মীওই অমা ওইবনা; নহাক ভাব তাগনি খুদোংথীবা করিমত্তা থোক্লোই। হেসটিংস ওাইহাক লৈত্রিঙৈ মহাকপু থিন্দোকপা চংগ্রিঙৈদা, ঐ লিক্লি অদু কনামত্তা খওদনা থমজিনবগী তাক্তা ফংলমই। ওঃ, থুনা য়াওনা, হেসটিংস, মহাক্লা হায়রমই।"

ঐ ভাব তাবা ওমলমদে পোইরোংনা লাংতক্লরিবদুগী মরম। ঐগী মরূপ্পু কম্লিংবগী খৌরাংবনা, ঐ মাগী মমাংদা খওচোং চোংশিল্লমই। ডাক্তর অদুনা য়াম্না য়াওনা হঞ্জং-হন্দা

চংগগী মরম অতোপ্পা বাখল অমা লৈরমগনি। মহাক্কি মথৎ মচিন্দা নাল্লমই, তোপ-তোপ্পা মনম অমা লৈপাক হুবাই অকাবগী কল্লবা মনম অকোয়বদা নমলমই, মহাক মাংলোমদা চঙশিল্লমই অমসুং তুরমই।

"অতোপ্পা শিবগী চৈথেং ফংলবা অমগসু," পোইরোৎনা চিংলেম্মা হায়রমই, তৌইংগুম্বসুং ইকোন কোনবগীসিনা ওইবা য়াই খ্বাইদগী ফরবা লম্বীনি। মহাক অশিবা অহুম মহাক্কি কোক্তা লৈরমই।

"ডাক্তর আমেশরা ? ঐ হায়রমই, ফুম্বংনরদুনা তৌইংগুম্বসুং ঐ খল্লমই নহাক করিগুম্বদা যাদুগী ইথিলদা থাজবা থমদরা ?"

নহাক অমুক্তং চেংনা থাজন্নবা মদুদি মী মথং-মথং পরেং লাইনা শিবসি মহৌশাগী নিয়মদগী হেন্দোক-থোইদোক্লবা অমসুং তৌথোক-নুংথোক্তবা হায়না খল্লবা, অমসুং নহাক্কা নুংথিল পোবোপ্তা মীঅমা থাংনা থিল্লবা, মদুসু শাপননি হায়না লাইনা খন্দোকনি, অসুম তৌদুনা মীওইবগী পূক্লিংদা অকনবা মওংদা লাম্না থাজবগী পাম্বি মপূং মরে ফানা মরা তারগনি। ঐ কম্না চিংনরমই অহৌবদগী মদুদি নুপা অমনা অদুগুম্বা পূক্লিংগী ইথিল অদুগী খুদোংচাবা লৌরমই। মঙোন্দা বাখল অমা লাক্লমই। ঐ নীংশিংই, স্যার জোন বিল্লার্ড শিবগী মরমদা লাম্না থাজবগী অশাওবা অমা খুদক্তা পোকলমই। ঐনা উবা ওম্বা ফাওবগী থাক্তা, স্যার জোন বিল্লার্ড শিবনা কনা অমত্তদা শেন্দোং লৈবা কান্নবা পীবা নত্তে। মিষ্টর ক্রেবনৈরগীনা তোঙানবা মরম অমগীনি। মহাক চাউরবা লন-থুমগী মপুনি। ঐনা নিউ য়োর্কতগী ফংবা পাউশিংগী মনুংদা লৌখৎপা য়াবা কয়ামরুম য়াওরমই। অহৌবা ওইনা, নহা ওইরিবা ক্রেবনৈরগী মরমদা অসুম্না রিপোর্ট তৌরকলমই মহাক্তি ফরবা মরূপ অমা ইজিপ্ততা লৈরমই মঙোন্দগী মহাক্কা পূনিংবা পৈশা পুবা য়াবা মসিদগী ফজনা ভাব তাবা ওম্বদি, মহাক্কা লৌরিবদি মহাক্কি খুরাবুনি, অদুবু মসিনা ঐঙোন্দা হল্লিবদি মহাক বাফম অদুদা য়াম্না পূকচেল তিংনা হায়বা ওইরমগনি। বাহৈশিংদুনা তাক্লি মদুদি মহাক্কি কান্নরবা মরূপ খরা লৈরে হায়বা। অতোপ্পা বাফম অমনা মহাক হৌজিক ইজিপ্ত চংপা তারবদি পৈশা মতিকচানা পুদবা য়াদে, মহাক্কি মখুরানা য়াম্না পূকচেলতিংনা মঙোন্দা পেনি অমফাওবা এডভান্স পীয়ু হায়বা য়ারমদে, অদুম ওইনমক, মহাক নিউ য়োর্কতা হনখিনবগী খরচতি পীরমই।"

"করিসু লৈতবা বাফমদুবু," ঐ য়ানিংদবা উংলমই।

"তৌইংগুম্বসুং অহেনবা বাফম লৈরি। হেসটিংস, য়াম্না তোইনা থোক্লনবা পনবদা মতিক চারবা বাফম মীনা হোং-হোংদুনা ঙাংবা বাঙাংনা সাহিত্যগী বাঙাং ওইনা লৌনৈ। ওম্না তৈনবদসু অসুম্না হেক্তা ওই। কেশ অসিগী মতাংদদি, সাহিত্যগী বাঙাংশিংবু মওং হোংদোক্লগা ঙাংবনি হায়না লৌনরমই। নহা ওইরিবা ক্রেবনৈরনা য়াম্না চম্না ইরমই 'ঐ লেপ্রোসিনা নারবা মীনি' কানমত্তনা হাৎপা নত্তে মহাক মশা মতোমতা কাপ্তুনা শিজরমই। খঙলমদে মরমদি, ঐ

অসুম্না থাজরম্মই মদুদি মহাক্লা কিনিঙাই ওইরবা লেপ্রোসিগী লায়নাবু মশানা তাঙ্গিলজরুবনি।

"করি," ঐ লাওরম্মই।

"মসি য়াম্না হৈংশিংনা পুথোকপা পুক্লিংগী অনী লোঙবা শক্তমনি। নহা ওইরিবা ক্রেবনৈর য়াম্না য়ৌশিন্দবা উনশাগী লানাইনা নারম্মই; মহাক সাউথসি আইলেণ্ডদা লৈরম্মই, হায়রিবা মফম অদুদা লাইনা অসি য়াম্না তোয়না উগনবা পোৎশক্লি। আমেশ মহাক্কি হান্নগী মরূপ ওইরম্মই, মহাক মীয়াম্না খঙনবা ডাক্তর ওইরম্মই, মহাক কৈদৌনুংদা মহাক্কি ম্রাহৈগী মরমদা চিংনবশি অনীথোক্লা থাইদোক্লমই হারপর অমসুং ডাঃ আমেশকী মরক্তা, তৌইগুম্বসুং ঐ য়াম্না লুনা খঙবা ঙমলম্মই মদুদি ডাক্তর অদুখক্তনা মরাল থোকহনবা ঙম্বা অমসুং খঙহন্দনা ক্রাইমদু লোৎশন্দুনা থম্বা ঙমলম্মই, অমসুং ঐ হারপরদগী খঙবা ঙম্নম্মই মদুদি মহাক মমাংঙৈদগী নহা ওইরিবা ক্রেবনৈরগা খঙনরম্মই হায়বসি। চিংননিংঙাই ওইদ্রবা ম্রাফম অমনা অকোনবগী নুপা অসিনা তাঞ্জা অমদা দল্লিলি অমা থৌরাং তৌরম্মই নত্রগা মহাক্কি পূল্লিবু ডাক্তর অদুগী মিংদা ইনসুরোর্ড তৌরম্মই। অকোনবগী মীওই অসিনা লন তান্নবগী তাঞ্জা ফংলম্মই। মহাক্কিদমক্তদি লায়না থোক্লমই মদুদি মিষ্টর ক্রেবনৈরবু হিদাক মহিক কাপশিনবা হায়বসিনি। অদুগী তুংদা মঙ্কাক নুপা অদু মহাক্কি মরূপ্না থারকপা অকিপা পাউনা থুঙ্কাৎখিদুনা নীংব কায়বগা লোইননা; মতোপ্নতা নোংমৈনা কাপশিঞ্জরম্মই। মিষ্টর ক্রেবনৈর মহাক্কি অনীংবা কয়া লৈদুনসু, দল্লিলি অমত্তা থমলমদে।

মহাক্কি লন-থুম পূম্বা মঙ্কাক নুপাগী খুত্তা তাথিরম্মই অমসুং মঙ্কাক নুপাদগী ডাক্তরগী খুত্তা।"

"অমসুং মিষ্টর স্নৈডর ?"

"ঐখোয় অরেপ্পা নাইদ্রে। মহাক নহা ওইরিবা ক্রেবনৈরবু খঙই, নীংশিংদুনা য়েংউ, করিগুম্বা খরদি চিংনবা পোকপা য়াই, নত্তগা অমুকহনবা ডাক্তর অদুনা অসুম্না খল্লম্বা য়াই মদুদি খল্লদনা অমসুং মরম চাদনা মখাতানা মীশি-মীনা থোক্লবা, মসিনা লান্না থাজবগী মপাঙ্গল হেনগৎহনগনি। ঐ হৌজিক নঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইরবা নুংগী মীয়েংগা মরি লৈনবা অচুম্বা ম্রাফম খরা হায়গে, হেসটিংস, মথা চত্থরকপা ওইনা। মীহাৎপা অমনা য়াম্না থৌরাংনা পামজবা ম্রাফমদি মহাক্লা মাইপাক্লা পাঙথোকখ্রবা ক্রাইম হন্না-হন্না তৌবনি, মসি পাঙথোকপগী অপাম্বা মঙোন্দা অসুম-অসুম হেনগৎলকই। অসুম তৌদুনা ঐঙোন্দা নহা ওইরিবা বিল্লার্ডকীদমক্তা অকিবা পোকই। আনুবী মুর্ত্তি, নঙনা ঙরাং অহিং উখিবদু, হাসান ওইরম্মই, ঐগী পাউতাক মতুং ইন্না মহাক ফিজোলশিং অদু শেংখিবনি। ঐনা অসুম্না তৌবা পাম্বগী মরমদি ডাক্তর অদুবু কিহনবা ঙমগদ্রা খনবদগী ওইরম্মই। তৌইগুম্বসুং ঐনা তৌরিবা থবকশিং অদুদি, লান্না থাজবনা শীবা অকিবদগী হেনগ্রবনি। ঐ ফজনা উবা ঙমলম্মই মহাক মন্ত্র যাস্ত্রনা শীবা শক্তি অমসুং ঐগী তাংনা মাবু খুদুম চনবা ঙমলমদে। ঐনা থোকহল্লিবা শীকখ্রবা নুংঙাইরবা লিলা অদুনা মাবু

মীনম্বা গুমলমদে। ঐ পূক্লিংদা চিংনরমই মদুদি মহাক্লা মথংদা শোকহনগদৌরিবা মীশি ঐ ওইগদরা হায়বসিনি। ওঃ, মহাক্কি অদুগুম্বা থৌরাং লৈরমদুনসু, ওনিংবা ফাউরবা নুংশাগী মৈশা, লৈঙোইনা পীবা অশাওবগী চৈথেং, ঐগী হকচাং হৌজিক ফাওবা করি অমত্তা তৌদ্রি।

পোইরোৎ মহাক্কি থবক্কি লমদা মশূংফানা চুম্মি হায়বগী প্রমান লৈরমই। নহা ওইরিবা ক্রেবনৈর, চহি খরগী মমাংদা মু ফজনা ঙাওরগা নুংঙাইথোকপা মওংদা ফাগীগুম্বা দলিল অম শেমলমই, থমলমদুনা "চুরুট হাপ্পবা কেশ, ঐহাক্লা খমথেংনা পামজবা অমসুং লৈরিবা পোৎ খুদিংমক ঐনা শিবদা পুরগদবা মদুগী লময়া লেপ্লেপ ওইনা ডাঃ রোবার্ট আমেশকী তোনশিল্লবা, হায়রিবা নুপা অসিনা ঐগী পুন্সিবু ইরাক্লদুনা শিরগদবদগী কনবিখিবা।"

কেশ অসি য়ারিবমখৈ মনা-মনিল নাইরমদে, অমসুং হৌজিক ফাওবদা, মীশিংনা শিংথাবা য়ারবা মী মথং-মথং পরেং অমা শিখিবগী মরমদা বারী শান্নরি মেন-হর-রাপী মোংফমগা মরি লৈননা অমসুং অদুগুম্বা শিন্নবা নিংথৌ অদুনা মায়পাক্লা মহাক্কি মোংফম তৌখাইরুবশিংগী মথক্তা লমন খুম্বশী থাজবা অমনি, পোইরোৎনা ঐঙোন্দা মহাক্কি মত পীরমই, ইজিপ্তকী থজবা অমসুং খাখল্লোলগা মহাক্কা খেন্নে। ❑

# 'নোংচুপকি থবানমিচাক' খোঙ্গুল লীবা

ঐ পোইরোংকী কাগী থোঙনাউ মপাদা লেপ্তুনা মখাদা লৈরিবা সড়ক্তা তল্লা য়েংদুনা লৈরমই।

"মদুদি অঙকপনি," খঙহৌদনা ঐগী খুর হোন্দোকপদা য়াউখিরমই।

"করি তৌরবগে, চান্নরবা মরূপ ?" পোইরোং খুদক্তা হংলকলমই, নুংঙাইরবা চৌকিদা ফমদুনা লৈরম্বদগী।

"অচুম্বা মরমদা লাক্লবা হোৎনসি, পোইরোং, করি মরম লৈবগে খিজিল্লগা ! মফম অসিদা লৈরে য়াম্না নহা ওইরিবা নুপী অমা, ফজরবা ফিজোল শেৎলি— তমজনিঙাই মওংগী টুপীনি, ফজরবা শামতুগী ফিরোল শেৎ-ইল্লি। মহাক তপ্না লাকলমই, লৈরিবা য়ুমশিংদা হঙ্গৎনা য়েংদুনা মহাক্লা চৎলিবা মখৈ। মহাক্লা মশক খঙদবা নুপা অহুম অমসুং মীয়াই চল্লবী নুপী অমগনা লুমশিনখিরমই। হায়রিবা মীওইশিং অসিগা লোয়ননা পাউপুবা নুপামচা অমনা লৈশাবী অদুগী তুংদা, খুৎ খিল্লদুনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা লৈরমই। করম্বা মখলগী ড্রামানো শান্নরিবসিবো ? লৈশাবী অদু পূকচেল শেংদবীরা অমসুং মহাকপু লুমশিল্লিবা কাংবু অদু দিতেক্তিবলা মাবু ফাননবা থৌরাং তৌরিবরা ? নত্রগা কাংবু অদু ওক্তবা মীওইশিংলা, অমসুং মরাল লৈতবা মীওই অদুবু খুদুম চল্লবা হোৎনরিবরা ? চাউরবা দিতেক্তিভনা মতাং অসিদা করি হায়গদৌরিবা ?"

"চাউরবা দিতেক্তিব, চান্নরবা মরূপ, খল্লি, মতম পুম্বদা, অচুম্বা পরিংদতা। মহাক মশামক য়েংগে হায়দুনা হৌগৎলকলমই।" ঐগী মরূপ থোঙনাউময়াদা ঐগা পূল্লমই।

মিনিট অমগী মনুংদা মহাক নুংঙাইরবা মওংদা তুমিন লৈখিরমই।

"মহৌশাগুম্না, নহাক্কি অচুম্বা মরমশিংঅদুগা চয়েৎনরমগনি নহাক্কি লায়েংব ঙমদ্রবা নুংশি নুংঙনগী ব্রাফমশিংগা মদুদি মিষ মেরী মার্ভেলনি, ফিলম ষ্টার। মহাক্কি মতুংদা ইন্নরক্লিবা মীশিং অসিনা মহাকপু খঙবা পামজবা কাংবু ওইরমই। অমসুং অচুম্বা মরমনি, ঐগী নুংশিরবা মরূপ হেসটিংস, মহাক মশামকসু মদুগী অচুম্বা মরম খঙলমগনি।"

ঐ নোক্লমই।

"মরম অসিনা পূম্নমক শন্দোক্লা হায়রে। তৌইগুম্বসুং নহাক মদুদা নম্বর ফংলোইদৌরি, পোইরোং। মদুদি মহাক চুম্নদগী মহাকপু মশক খঙবগী ব্রা ওইরমই।"

"অঙকপনি ! অমসুং নহাক মেরী মার্ভেলবু কৃপা কয়ারক হন্না উন্নবগে, হেঃ মরূপ ?"

ঐ য়াখল তৌরমই।

"দজন অমরোম ওইরমলগনি।"

"ঐ অমুক্তা ! অদুমওইনমক ঐ মাবু মশক খঙই, অমসুং নহাক মাবু খঙদে।"

"মহাক য়েংলুবদা মী পুম্নমক্তগী পূমতোপ তোম্নী," ঐ পাউখুম পীরমই শোল্লাংননা।

"ওঃ, অঙকপনি !" হায়রক্লমই পোইরোৎনা, মদু ওইদ্রবা নঙনা মহাকপু মপাম্ভোংগী অকে-অমৌ খর শেংচিল্লগা লগুনগী সড়ক্তা কাউবোয়গী টুপী, উপ্পগা মখোঙদা খোঙউপ তোংদনা, অখোয়-অখোয়বা চরোং কয়া য়াম্বুরগা চৎপী আইরিশ লৈশাবীনি হায়না খনবরা ? মতম খুদিংমক্তা নহাক মদুগী গুণ চেন্দ্রবা মীওইনি। নীংশিংউ ডাক্তরকী কেস, ভালেরি সেন্টক্লার।"

ঐ লেংজুম শুপকৎলমই, হাইফেৎ শাউবদুনা।

"তৌইগুম্বসুং, নশা থেমজনজৌ, চান্নরবা মরূপ," হায়রমই পোইরোৎ তপথরদুনা। "মী খুদিংমক হারকুল পোইরোৎ ওইবা য়াবা নত্তে ! ঐ মসি ফজনা খঙই।"

"নহাক থাঙ্গেশেংনমক নশামক কনাগুম্বা মীওই অমগী মরমদা ফজনা মত ফোঙদোকলমই, ঐনা মতম খুদিংমক্তা খঙবা মীওই !" ঐনা হায়রম্মী, খাইদোক্লদুনা অশাওবা অমসুং নুংঙাইবা অনীগী মরক্তা।

"নহাক করি ওইগনি ? করিগুম্বা মীওই অমনা ফাওরবা মতমদা, মীনা মাবু খঙই ! অতোপ্পা মীওইসু মত অদুদা শরুক য়ামিন্নে— অদুফাওবদা ঐ লান্দবা ওইরগনি, মিষ মেরী মার্ভেল।"

"করি হায়বা ?"

"চিংননিঙাই ওইদে। মহাক মফম অসিদা লাক্লে।"

"নহাক মদু মতৌ করম তৌদুনা শেমজিল্লগা হায়রিবনো ?"

"য়াম্না চম্লনি, সড়ক অসি, অচৌ অশাংশিংনা নম্না তাবা মফম নত্তে, চান্নরবা মরূপ ! মসিগী মনুংদা অফাউবা ডাক্তর, নত্রগা য়াশেম্বা লৈতে— তমজনিঙাই ওইবা মীল মপূনচিংবা হেন্না অমুক্তা লৈতে। হে।, ঐগী মরূপ, মসি চুমদবরা— ঐনা পীরিবা খাফমশিং অসি। অমনা অমদা হায়রমই চুমই নত্রগা চুমদে হায়য়ু ? নহাক্কি গোল্ড পেন্সিল কেস মাঙখ্রব্রা ? নহাক অপীকপা বেলজিয়ান মনাক্তা চৎলু। মহাক অঙকপা গুর চেনবনি।" মখাদা কাংশি খিঙলমই। "ঐ নঙোন্দা করি হায়খিরমই ? মদু মিষ মার্ভেলনি।

মহৌশাগী মতৌগুম, পোইরোৎ চুপ্লমই। ঙাইহাক কাম্নরবা মতুংদা আমেরিকা নুপী ফিলমষ্টার অদু চঙশিল্লকলমই, অমসুং ঐখোয় খংদুনা চোংখৎলমই।

মেরি মার্ভেল হায়বী অসি চিংননিঙাই ওইদনা শিংথানরবা এক্ট্রেসশিংগী মনুংদা ফুনদা

তোয়না উবা অমা ওইরমই। মহাক হন্দক্তা ইংলেণ্ডদা মহাক্কি মপুরোইবা গ্রেগোরি বি রোলফকা লোইননা থুংলখিবনি অমসুং মহাক্কি মপুরোইবসু ফিলম ষ্টার অমনি। মখোয়গী লুহোংবদু চহি অমগী মমাংদা ইউনাইটেড ষ্টেটসতা পাওথোক্লমই অমসুং হন্দক্কি অসিনা ইংলেণ্ডদা লাকপা অহানবা খোঙচৎ ওইরমই। মখোয়বু মীয়াম্না য়াম্না চীংলেম্না মওংদা ওকলমই। মী খুদিংমক মেরী মার্ভেল য়েংবদা ঙাওনবা থৌরাং তৌদুনা লৈরমই, মহাক্কি অঙকপা ফিজোল, মহাক্কি শামতু, মহাক্কি মণিমুক্তাশিং, পুম্নমক্কি মথক্তা মণি অমদি, চাউথ্রবা ডাইমণ্ড, অদুবু মীয়াম্না মীংথোল শীরমই, মহাক্কি মপূনা লাম্না চাম্নবা, "ৱেষ্টর্ন ষ্টার"। য়াম্না, চুম্না অমসুং চুমদবা, মদুদি মরমদি মীয়াম্না অফাওবা নুংনি হায়দুনা ৱারী শান্নরক্লমই অমসুং অসুম্না পাউদমলমই মদুদি পাউণ্ড লিশিং য়াম্নদা ইলুৱোর্ড তৌগদৌরিবনি।

অকুপ্পা মরোল খুদিংমক য়াম্না থুনা ঐগী পূক্লিংদা ওংখিরমই অমসুং ঐগা লোয়ননা পোইরোৎনা ঐখোয়গী মশক মতৌ ফজবী ঐখোয়না উন্নবা লাকপিদু ওকলমই।

মিষ মার্ভেল মী কয়া ৱাংদবা চুং-কিরাল চাবা, য়াম্না ফজবী অমসুং লৈশাবীগী মায়থোং চেন্নি, লাউরপ তৌবা, মরাল লৈতবা অঙাং মচাগী মীৎ পান্নমই।

পোইরোৎ মাংওইননা মাগীদমক্তা চৌকি অমা চিংশিল্লমই, অমসুং খুদক্তা মাগী ৱাবী হৌরকলমই।

"নহাক্না ঐবু তশেংনমক অপঙবীনি হায়না খনগনি, স্যার পোইরোৎ, অদুবু হৌখিবা অহিংদা লোর্ড কোরনশোনা ঐঙোন্দা হায়রমই মদুদি নহাক্না অঙকপা মওংদা মহাক্কি মঙ্গাক নুপা শিখিবগী মতাংদা অরোনবা ৱাফম কয়া তরুনা শেংদোকখিবগে হায়বদো, অমসুং ঐগী পূক্লিংদা অসুম্না ফাওরমই, মদুদি নঙোন্দগী পাউতাক লৌগে হায়বগী ৱাফম। ঐ থৌনা লৈনা হায়জরি মসি চুম্নদগী পঙথ্রবা নমথাকনি— গ্রেগোরিনা অসুম্না হায়— অদুবু মসিমক্না ৱাবনা খমথেংনা শিগদৌরিবগী মওং ওই।"

মহাক স্বর হোনবগীদমক্তা ৱা ঙাংবা লেপলম্মী, পোইরোৎ পূক্লিং থৌগৎনা য়েংলমই।

"মখা চত্থরকউ, মাদাম। নহাক চিংনবা ফাওরমই, ঐ হৌজিক ফাওবা অমম্না ফিভমদা লৈরি।"

"চিঠীশিং অদু অসিনি।" মিষ মার্ভেল মাগী খুত্তা পায়নবা বেগ হাংদোরকলমই, অমসুং এনভেলোপ অহুমখক চিংথোরকলমই মদু মহাক্না পোইরোৎতা পীরমই।

চিঠীশিং অদু কুপ্না য়েংশিল্লমই।

"অহোংবা চেনি— মিং অমসুং লৈফম চেকশিন্না ছাপা তৌরমই। ঐখোয় মনুংদা করি য়াউরিবগে য়েংশি।" খুমজিল্লিবদু মহাক হাংদোকলমই।

ঐ মহাক্না লোইননা থবক তৌমিন্নরমই, অমসুং মহাক্কি লেংজুমদা ঙাথরমই। ইরিবা ৱাহৈদু ৱাহৈপরেং অমখক্তনি চেকশিন্না এনভেলোপতা তৌবগুম্না ছাপা তৌরমই।

অসুম্না ইরমই—

"চাউরবা ডাইমণ্ড অদু লাইগী ওইথংবা মিৎনি হেক ফংবগা হল্লক্কদবনি।"

অনীশুবা চিঠি অদুসু অহানবগীদুগা লোন্দা হাইরল মান্নরমই, তৌইগুম্বসুং অহুমশুব অদুদি তরু-তরুনা হেন্না মপূং ফানা কোগুদোক্লমই।

"নঙোন্দা তৌবা য়াদে খণ্ডহল্লকপনি। নহাক য়াথং ইন্দ্রে। হৌজিক ডাইমণ্ড নঙোন্দগী লৌথিবা তারি। পূর্ণিমা নুমিত্তা, ডাইমণ্ড অনী লাইগী য়েৎ অমসুং ওইথংবা মিৎ হল্লক্কদবনি। অসুম্না ইরমই।"

"অহনবা চিঠি অদু ঐ ফাগীনি হায়না খল্লমই," মিষ মার্ভেল শুগাইনা হায়রমই। লাকখিরমই, মদু ঐঙোন্দা অসুম্না উরমই মদুদি পূম্নমক্কি মতুংদা, ব্রাফয অসি ঐনা খল্লম্না থাক্তগী হেন্না লুশিনবা ওইরমই।

"ঐ খণ্ডই চিঠিশিং অদু পোষ্টতা লাকপা ওইরমদে।"

"নত্তে, মখোয় অদু খুত্তা পীরম্বনি— চিনা নুপা অমনা। মদুনি ঐনা কিরিবগী মরম।"

"করিগীদমক ?"

"মরমদি সাক্রান্সিসকোদগী পুরকখিবা শিপ্র লৈরবা নুংনি। গ্রেগোরিনা নুঙ অদু চহি অহুমগী মমাংদা লৈরকখিবনি।"

"ঐ খণ্ডই, মাদাম, নহাক ডাইমণ্ডদুবু অসুম্না ওইগুগনি হায়না—"

" 'দি ৱেষ্টর্ন ষ্টার' " লোইশিল্লমই মিষ মার্ভেল। "মদুদি অসুম্না ওই। মতমদুমক্তদা গ্রেগোরিনা নীংশিংলমই মদুদি নুং অদুগা মরি লৈনবা ব্রারী খরা লৈরমই, অদুবু শিপ্র লৈ হায়ৰকগী মতাংদা পাউ অমত্তা ফংবা ঙমখিদে। গ্রেগোরিনা হায় মহাক শিগদবা মত্তাগুম হৈনদবা ফাওরমই অমসুং মীওইবা অমা ওইনা তহা-তহানা পোত্তুদগী নাম্বোক্লবা হোৎনরমই। মহাক পোত্তুগী মমল ওইনা শরুক তরা থোকপগী অমা পীয়ু হায়না মমল হন্নরমই। পোৎ অসি গ্রেগকী লুহোংবগী খুদোলনি।"

পোইরোৎ ব্রাখল খন্না ঈঙ্গিৎ তৌরমই।

"ব্রারী অদুনা উহল্লিবা ব্রাফমদি অয়াম্বনা থাজনিঙাই ওইদ্রবা নুংশি নুংওনগী ব্রারীনি। অমসুং অদুমওইনমক— কনানা খণ্ডগনি ? ঐ নঙোন্দা খুরমজরী, হেস্টিংস, ঐগী অপীকপা কেলেন্দর পীরকউ।"

ঐ য়ারমই।

"অঙকপনি !" হায়রমই পোইরোৎনা, লামাইশিং ফাকৎলগা "করম্না তারিখত্তা পূর্ণিমা ওইরিগবা ? ইহেঃ মথংগী ইরাইদা। মদুদি নুমিৎ হুমনিগী মতম লৈরি। হেঃ নুঙশিরবী, মাদাম, নহাক ঐঙোন্দগী পাউতাক থিবরা— ঐ নঙোন্দা পী। অসিগুম্না মথোৎকারকপগী ইতিহাস তাৎ ওইরম্না য়াই— অদুবু ওইরমদবসু য়াই ! মরম অসিদগী ঐ নঙোন্দা পাউতাক পীগে মরমদি

ডাইমন্ত অসি ঐগী খুত্তা মথংগী ইরাই মতুং ফাওবা থনমউ। অদুগী মতুংদা ঐখোয়না নুংঙাইশিনবা মওংদা থবক তৌখৎলি।"

পারগ তৌবা অমুবা লৈচিন্না একট্রেস অদুগী মাইথোংদা খনজিনবগুম তৌরমই, অমসুং মহাক্লা কন্না য়ানীংদবা উত্তুনা হায়রক্লমই।

"ঐ মদু খিঙজে, ওইথোক্তবা য়ানি।"

"মদু নঙগা লোয়ননা থমগে হায়বরা— হা?" পোইরোৎ মহাকপু হস্থনা য়েংদুনা লৈরমই।

লৈশাবী অদু মীকুপ খরগী ওইনা চিংনরমই, অদুগী তুংদা মহাক্তি খুৎ অদু মহাক্লা শেৎলিবা অচোনবা ফিজোলগী মনুংদা হুমজিল্লমই, পারগ তৌবা লিক মরি অমা পুখোরকলমই। মহাক মাংলোমদা ঙাথরক্লমই, মখুৎ তিংথোক্লদুনা। খুবাক ময়ায়দা, অস্তৌবা মচুগী হৈরীদৌনা লংবা, প্লাটিনমদা ফজনা হত্তুনা থাম্বা, থমই অমসুং ঐখোয়দা য়েংলগা মমিৎ কুপলমই লেম্না।

পোইরোৎ শাংনা মখোল থোক্লা স্বর হোঙ্গিল্লমই।

"নীংথিজে!" মহাক শোম্বাংননা হায়রকলমই। "নহাক্তি অয়াবা, মাদাম?" মহাক জেবেলদু মশামক্তি খুৎনা লৌশিল্লমই অমসুং কুপ্পা য়েংলমই, হাইরপ খুরুমলগা মঙোন্দা হঙ্গিন্না পীরমই।

"কা-হেন্না ফজরবা নুংনি শিত্র অমত্তা লৈতে। ইহেঃ অদুগুম্বা অশেংবা নুং অদু! নহাক মদু পুরগা চংকে খল্লি, নত্তবরা?"

"নত্তে, নত্তে, ঐ তশেংনমক য়াম্না চেকশিল্লি, স্যার পোইরোৎ। নিয়মগী মতুংইন্না ঐ মসি ঐগী জেবেল কেসতা শো লোল্লগা থমই, অমসুং হোটেলগী সেল্ফ ডিপোজিৎতা থমই। ঐখোয় হৌজিক মেগনিফিসিয়েন্টতা লৈরি, নঙ খঙই। ঐ ঙসিগীদমক্তা নহাক য়েংহন্নবা পুরকপনি।"

"অমসুং নহাক মদু ঐগী খুত্তা থমমগে খনত্রা, মতম খরগী ওইনা? নঙোন্দা নপাগুম্নবা পোইরোৎনা পাউত্তাক পীবা নত্তবরা?

"ফরে, নহাক খঙবিগনি, করিগুম্বা খর লৈরে, স্যার পোইরোৎ। ইরাই নুমিত্তা ঐখোয় য়ার্ডলি চেজদা চৎকদৌরি মতম খর লোর্ড অমসুং লেডি য়ার্ডলিগা লৈমিন্নরুনবগীদমক্তা।"

মহাক্তি য়াহৈশিংনা ঐঙোন্দা পূক্লিংগী অর্থ য়াওদবা নীংশিংহনবগী খোম্থাং অমা হায়জিল্লকপগুম তৌরমই। য়াখি-য়ারেম খরা অদুনা হৌজিক করি ওইরমই? চহি খরগী মমাংদা লোর্ড অমসুং লেডি য়ার্ডলি আমেরিকাদা কোয়বা চৎলমই, অমসুং তোকঙা অমা শন্দোকলমই মদুদি হিজ লোর্ডশিপতুনা করিগুম্বা তাঞ্জা অমদা নুপী খরগী মত্তেংগা লোয়ননা কোয়থোকলমই— অদুবু থাজেশেংবমক্তি মদুগী থোইদোক হেন্দোকপা য়াফম খর লৈরমলগনি,

হেল্লা তোকণ্ডা ওইহরিবা মরমদি কালিফোর্নিয়াদা লেডি য়ার্ডলিগী মিংদা সিনেমা কুপ্পী নুপী অমগা লোয়ননা জুরা শাখিবা করিগী। মাফম অদু ঐঙোন্দা নোংথাং কুপ্পগী মতৌগুম হায়জিল্লকলমই মারীগী মতুংইন্না মহাক অদু অতৈ কন্নাসু নম্রে গ্রেগোরি বি য়োল্ফনি।

"ঐ নঙোন্দা পীজক তৌবা অয়োনবা মাফম খরদং খঙহন্জনিংই, স্যার পোইরোৎ," মিষ মার্ভেল মখা তারক্লমই। "ঐখোয় লোর্ড য়ার্ডলিগা লোয়ননা লৈব য়োনবগী মরমদা উল্লগদবা লৈ। মফম অদুদা ফিল্লম কাপ্পদা লিল্লা অমগী তাঞ্জাসু ফংবা য়াই মপা-মপুনা থনম্বা লনগে মনুংদা।"

"য়ার্ডলি চেজদরা ?" ঐ হায়রমই, নুংঙাইবা পোক্লদুনা। "করিগীনো, মসি ইংলেণ্ডদা লৈরিবা শো উৎকমশিংগী মনুংদা অমনি।"

মিষ মার্ভেল ঈঙ্গিৎ তৌরমই।

"ঐ ফজনা লৌশিনবা ওমই অসিগুম্বা পোৎশক অসি লৌয়ামচাবা পথাপ অরীবা মতমগীনি হায়বদা পুমচুম চুমই। মহাক্না ফজনা মমল হেঙ্গৎনা লৌবা পামলমই, মারীগী মতুংইন্না ঐ খঙবা ওমদে অদুমওইনমক লৈবা-য়োনবগী থবক অদু তৌগদৌরিবরা, অদুবু গ্রেগ অমসুং ঐ পুন্না কারবার অদু নুংঙাইনা তৌমিন্নবা পামই।" "তৌগুম্বসুং ঐ করিগুম্বদা হেজিন্না হায়বা য়াওরবদি ঙাকপীনবা ঐ নঙোন্দা হায়জরি, মাদাম, শোয়দনমক্তি য়ার্ডলি চেজদা চৎপগী মাফম ওইথোক্লগনি ডাইমন্দ অদু নহাক্না লোয়নদুনা ?" মরৌ লৈবা মতৌ অমসুং খানা য়েংবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মিষ মাভেলগী মীওগী, মদুনা মহাক্তি অঙাংমানবা শক্তমবু মীনমলমই। মহাক খুদক্তি ওইনা য়েংবদা মশাগী চহিদগী হেন্না অহল ওইশিন্না উরমই।

"ঐ মদু মফম অদুদা ঐগী ঙকশমদা শিবা পামই।"

"শোইদনমক্তি," ঐ হায়রমই খুদক্তা, "য়ার্ডলিনা খোমজিনবদা অফাওবা নুং খর য়াউরমই, মদুগী মনুংদা চাউরবা ডাইমণ্ড অমা ?"

"মদু অসুম্না ওই," হায়রমই মিস মার্ভেল তেল্লপ্পা।

পোইরোৎ মচিন্দা মাহে খর শোনবা ঐ তারমই— "ওঃ কয়াদা চিংননিংঙাই ওইম্লবনো !" অদুগী মতুংদা মহাক লাউনা হায়রক্লমই, মহাক্তি মহৌশানা মান্নদবা লাইবক্লা তম্বা মওংদা— "নহাক হান্না চিংননিংঙাই ওইদবা মওংদা লেডি য়ার্ডলিগা খঙনৈ, নহাক্তি নপুরোইবগসু ওইরম্বা য়াবা ফিভম লৈবরা ?"

"মহাক্না নোংচুপ্তা চহি অহমগী মমাংদা লাকপা মতমদা গ্রোগোরিনা মাবু খঙলমই।" হায়রমই মিষ মার্ভেলনা। মহাক মীকুপ অমগী ওইনা চিংনরমই, অমসুং অদুগী তুংদা খঙহৌদনা মখা তাথরকলমই— "নখোয় অনীগী মনুংদা অমা মতমগুম্বদা সমাজগী মারেমগুবা উরবরা ? ঐখোয় অনীমক হাইরগ মরাল লৈনা অমসুং ইকাইরগ তৌনা মরৈ য়েংলমই। "ঐনা হায়বগী মরমদি হন্দক্তি চয়োল অসিগী মনুংদা আর্টিকল অমা অফাওবা নুংগা মরি লৈননা য়াওরমই,

অমসুং মদু তশোংনমক গুল্লা থোক্কই—" নুপী অদু থোকখিরমই।

ঐ হৌগংললমই অমসুং কা অদুগীঅতোপ্পা তেবলদা লৈরম্বা মরি লৈনবা চে অমা পুরদুনা হল্লমই। মহাক মদু ঐগোন্দগী লৌরমই, আর্টিকল অদু থেংনরমই অমসুং হৌনা পাখোয়ক্লমই—

"... অফাওবা নুংশিংগী মনুংদা য়াওরম্বা য়াই ষ্টার ওফ দি ইষ্ট, ডাইমণ্ড অমনি লেডি য়ার্ডলিনা মপূ ওইবা অমসুং মহাক্কি খুত্তা লৈরিবা। হৌজিক লৈরিবা লোর্ড য়ার্ডলিগী মপা-মপুশিংনা চিনাদগী পুরকখিবা, অমসুং নুংশি-নুংওনগী ৱাৱী অমসুং মদুগা মরি লৈননা য়াউরমই হায়। মসিগী মতুংইন্নাদি, নুং অদু মরম অমদা লাইশঙদা লৈবা লাইগী য়েংথংবা মমিং ওইরমই। অতোপ্পা ডাইমণ্ড অমনা, মওং মতৌ অমসুং চাউবগী চাং চপ মান্নবা, লাইগী ওইথংবা মমিং ওইরমই, অমসুং ৱারী অদু অসুম্না চথরমই হায়রিবা মণি-মুক্তা অসিসু মতমগী মতুংইন্না হুরানখিবা য়াবনি। মিং অমনা নোংচুপ্তা চংকনি, অতোপ্পদুনা নোংপোক্তা, মখোই অমুক হন্না থেংনখ্রিফাওবা। অদুগী মতুংদা, মাইপাক্নুনা মখোয় লাইদা হন্জিনবা তারবা। মসিদি অঙকপা মথলগী মান্নবা মতম অমাখক্তদা থোকপা মওংনি মদুদি হৌজিক-হৌজিকমক নুং অমা লৈরে মফম অদুদা, হৌজিকমক মফম অসিদা লৈরিবা নুং অসিগা মওং মতৌদা য়াম্না হকচিন্না মান্নবা, মদুদি অসুম্না খঙনৈ 'দি ষ্টার ওফ দি ৱেষ্ট' নত্রগা 'দি ৱেষ্টর্ন ষ্টার'। মসি মীয়াম্না য়াম্না পাম্না খঙনরবা মিষ মার্ভেল ফিল্ম ষ্টারনি। অনী অসি চাংদম্নরবদি য়াম্নদি নুংঙাইগনি।"

ঐ লেপলমই।

"মরুওইবনি!" পোইরোৎ শোম্থাংননা। "চিংননিঙাই ওইদে অহানবা ঈশিংদা নুংশি-নুংওনগী ৱাফম।" মহাক মেরী মার্ভেলদা ওনশিল্লমই। "অমসুং নহাক কিদবরা, মাদাম? নহাক্কি লাম্না খজবদা অকিবা লৈতেকো? নহাক নশাদা অকিবা ফাওদে মরমদি অসিগুম্বা সিয়ামীজ তিন্নিনস পুথোক্নুনা অমগা অমগা চাংদম্নবা, করিগুম্বা চিনায়োন অদুনা লাক্তবা তারগদি অমসুং ঐনা হায়রিবা ৱাফম চুম্লি হায়বা য়েংজৌকো! অনীমক অদু অমুকহন্না চিনাদা হনখিবা তারোইদ্রা?"

মহাক্কি খোঞ্জেল লংনবা মাল্লমই, অদুবু ঐ খল্লমই মদুদি নুংদা য়াম্না হকচিন্না লৌবগী ঈচেল অমা লৈরমই।

"ঐ থাজদে মদুদি লেডি য়ার্ডলিগী ডাইমণ্ডনা ঐগীসিগা চাংদম্নবদা হেন্না ফবা ওইরোই," হায়রমই মিস মার্ভেলনা। "অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, ঐ য়েংবা তারি।"

পোইরোৎনা মথা করি শাংথনা হায়রক্লদগে হায়বদু ঐ খঙদে, মরমদি তাঞ্জা অদুমক্তদা থোংজাউ হাংদোরকলমই, অমসুং ৱাং-চাউরবা নুপা অমা কা মনুংদা চংশিল্লক্লমই। মহাক্কি মুনা থোইরবা মতুম তাশিল্লবা শমদগী হৌরগা, মহাক্কি লংনা নাল্লবা শউনলগী বুট মতোল ফাওবদা, মহাক নুংশি-নুংওনগী জিলাদা হেন্নোগী শক্তম লাংবদা মতিক্চাবা মী ওইরমই। "ঐ

হায়রমই ঐ নহাকপু থিরকলিবনি, মেরী," হায়রমই গ্রেগোরি রোল্ফন, "অমসুং ঐ মফম অসিদা লৈরে। ফরে, স্যার পোইরোৎনা ঐখোয়গী থৌদোক মচাদুগী মরমদা করি হায়রম্বগে ? চাউরবা তাৎমক্কি, ঐনা তৌবগা মান্নবা ?"

পোইরোৎ ৱাং-চাউরবা এক্টর অদুদা য়েংলগা মোমোন নোক্লমই। মখোয় ফাগীগী মতৌগুম্না মত খেন্নরমই।

"তাৎলা নত্রগা তাৎ নত্তবরা, মিষ্টর রোল্ফ," মহাক হায়রমই কংনা, "ঐ নহাক্কি নুপী মাদামদা পাউতাক পীরে জেরেল অদু পুগনু হায়দুনা ইরাই নুমিত্তা য়ার্ডলি চেজদা চৎপা মতমদা।"

"ঐ নহাক্কা লোয়ননা লৈ, স্যার। ঐনসু মেরীদা মাংজৌননা অদুগুমদুনা হায়ম্রবনি। তৌইগুম্বসুং মফম অদুদা ! মহাকসি নুপী হায়বদুনি নুপী, অমসুং ঐ উবা গুমই মদুদি মহাক অতোপ্পা নুপীনা মঙোম্দগী হেন্দোক্লা জেরেলগী লমদা লংবা গুনবা মহাক খাগুবা গুমলোই।"

"কয়াদা ৱাখল থেনম্রবনো, গ্রেগোরি !" মেরী মার্ভেল লৈতোন শেংনা হায়রমই। অদুবু মহাক শাউবনা থুঙ্কৎলমই।

পোইরোৎ লেংজুম শুপকৎলমই।

"মাদাম, ঐ পাউতাক পীরে। ঐ মখা তানা থবক তৌররোই। মসি অরোইবনি।"

মহাক অনী অদুদা খুরুমলম্লগা থোগুদা থোকখিরমই।

"ইশঃ, হে হে," মহাক অসুম্না লৌরমই, হল্লক্রমই। "ইতিহাস নাতৈচাদ্রবা ! অফবা মপুরোইবদু মহাক মকোক্তা য়োৎপী থাজিনবীরে মহাক্কি নুপীগীদমক্তা, অদুবু মহাক লৌশিং লৈবা মী নত্তে। থাঙ্গেশেংনমক ওইদে।"

ঐ ঐগী মংলানগুম্বা নীংশিংবগী শক্তিগা লোয়ননা মহাক্লা তৌরিবা থবক্তা ঐসু শরুক য়ারমই, অমসুং মহাক থৌনা পাঙ্গলগা লোইনা ইঙ্গিৎ তৌরক্লমই।

"অসুম তৌদুনা ঐ খল্লমই। অমত্তা ওইনা, অগুকপা মতৌ খরদি পূম্নমকসিগী মখাদা লৈরে। নঙোম্দগী অয়াবা লৌজরগা, হেঃ মরূপ, ঐ হকচিৎ অমুক্তা লাংজগে। ঐনা হল্লকপা গুইবীরমউ। ঐ নঙোম্দগী নিজরি। ঐ কুইনা লৈরকলোই।"

ঐ চৌকি মনুংদা তম্বাই অমা তুম্বগী পাম্বক্লা মান্ননা লৈরমই মতমদুদা ম্যুরেস্নীনা থোগু থীল্লকলমই, অমসুং মগুক থিংজিল্লকলমই।

"মসি অতোপ্পা নুপী অমনি মিষ্টর পোইরোৎ উন্নবা লাকপা, স্যার। ঐ মঙোম্দা মশা লৈতে হায়দুনা হায়রমই, অদুবু মহাক্লা হায় মহাক্লা মতৌ করম্না মহাক হায়গদৌরিবনো মরমদি মহাক খুঙ্গংদগী লাকপনি।"

"ইহেঃ মহাক মফম অসিদা লাকউ হায়য়ুদনা, মিষ্ট্রেস মুরচিসোন। ঐ মহাক্কিদমক করিগুম্বা খরদি তৌবা য়াই।"

অতোপ্পা মীকুপকী মনুংদা নুপী অদু কা মনুংদা হায়জিল্লক্লমই। ঐ মহাকপু মশক খঙবা মতমদা ঐগী মীহুল চোংলমই। লেডি য়ার্ডলিগী শক্তম সোসাইটিগী চেক্লোঙশিংদা য়াম্না তোয়না য়াওরমই অদুনা মহাকপু খঙদনা লৈবদু য়াহল্লমদে।

"ওঃ, ফমথৌ, লেডি য়ার্ডলি," ঐ হায়রমই মাঙদা চৌকি অমা চিংশিল্লগা। "ঐগী মরূপ পোইরোৎ চৎথোকখি, অদুবু ঐনা খঙবা অচুম্বা মরমদি মহাক কুইদনা হল্লকলগনি।"

মহাক ঐবু থাগৎলমই অমসুং ফমথরমই। তোঙানবা মখলগী নুপীনি, মসি মিষ্ট্রেস মার্ভেলদগী। বাংই, মুই, মমিৎ লংই, তাইরপ তৌবা চাউথোক্লবা মায়থোং পাল্লি অদুমওইনমক মহাক্কি চিনবানগী খোইতক তৌবা মতৌদুন উরুরগা করিগুম্বা অনীংবা খব লৈব মাল্লি।

ঐঙোন্দা ৱাফম অদুগী মতাংদা খঙনিংবা অপাম্বা লৈরমই। করিগী তৌরোইদৌরিবগো ? পোইরোৎকী মমাংমক্তদি ঐ অরুবা তোয়না থেংনরমই— ঐসে ঐগী ঙমজবা থাক য়ৌনা থবক তৌবা ঙমদে। হৌজিক চিংননিঙাই মরম শুকলৈ লৈতে মদুদি ঐ, সু, ইশাদা অচুম-অরান খন্দোকপগী জ্ঞান য়াওরি চাং হায়রপ ৱাংনা। খুদক্কি ওইবা ৱাখলগী ইথিলনা ঐ মাংলোমদা ঙাথরমই।

"লেডি য়ার্ডলি," ঐ হায়রমই, "নহাক মফম অসিদা লাকপগী মরম ঐ খঙই। নহাক অরোনবা চিঠি ডাইমণ্ড অদুগী মতাংদা ফংলে।"

ঐগী পান্দম ফংনবা ৱা ঙাংবদা ঐঙোন্দা চিংনবা ফাওরমদে। মহাক ঐঙোন্দা ময়া কাথোক্লগা মুন্না য়েংদুনা লৈরমই, মহাক্কি খজাইদগী মচু খুদিংমক মাঙখিরমই।

· "নহাক খঙই ?" মহাক স্বর ফুনগৎলমই। "মতৌ করম তৌনা ?"

ঐ নোক্লমই।

"মশূং ফাবা মরৈগী মওংনি। করিগুম্বা মিষ মার্ভেলনা অদুগুম্বা কিহনবগী চিঠি ফংলবদি—"

"মিষ মার্ভেললা ? মহাক মফম অসিদা লৈরিবরা ?"

"মহাক থাদোকখিবদা মঙাইরি। ঐনা হায়রিবসিনি, করিগুম্বা মহাক্লা ডাইমণ্ড ফাইবোক্তুগী মনুংদা অমা পায়রল্লবা, মহাক অঙক্পা মওংদা কিহনবগী ৱার্নিং ময়াম অমা ফংলমগনি, অমসুং নহাক অতোপ্পা নুং অদুমা পায়রবদি নহাকসু তঙাইফদনা মান্নবা ফিভমদা লৈগনি। নহাক খঙলেদনা কয়াদা চমপ্রবা ৱাফম ওই মসি। ঐ চুমই, অদুগী তুংদা নহাক অসিগুম্বা তৌথোকনুংথোক্তবা ইপাও অসি ফংলমগনি ?"

মীকুপ খরগী ওইনা মহাক চিংনরমই, ঐবু থাজবা নত্রগা থাজদবা চিংনজরগসু, অদুদগী মহাক মঙক নোম্না খুরুমলমই য়ানিংবগা লোয়ননা হাইফেৎ মোমোন নোক্তুনা।

"মদুমক্রি," মহাক খঙলমই।

"নহাক্কি চিঠিশিং, অদুসু, খুৎনা থনমখিবরা— চিনাম্যেন অমনা ?"

নত্তে, মখোয় পোষ্টতা লাকখিবনি; তৌইগুম্বসুং ঐঙোন্দা হায়য়ু, মিষ মার্ভেল অদুগুম্বা জ্ঞানশিং অদু থেংনখিবরা, অদুগী মতুংদা ?"

ঐ মাঙোন্দা অয়ুক্কি থৌদোক মৌহৌনা লিদুনা তাহল্লমই। মহাক পূক্লিং চঙনা তারমই।

"লোইনমক মাল্লরে। ঐগী চিঠিশিং অসি মাগীদুগী ভুপ্পিকেংনি। পোষ্টতা লাকই হায়বসিদি অচুম্বনি, অদুবু তুংদা ফল লৈগদবা অঙকপা মনম অমদি মখোয়দা চেন্নে— করিগুম্বা খর খুদকী মওংদা— মদুনা খুদক্তা তাক্লিবদি নোংপোক তু ঐঙোন্দনি। মসিগী অর্থনা করি ওইরিগবা ?"

ঐ কোক হাইরমই।

"মদুনি ঐখোয়না পুখোক্কদবা। নহাক্কি চিঠিশিং অদু নহাক্তা লোইনদুনা লৈরিব্রা ? ঐখোয় মদুগী পোষ্ট মার্কতগী করিগুম্বা খর খঙবা য়াই।" "লাইবকথীরিবদি ঐনা লোয়না মাঙহনগ্রে। নহাক ভাব তারেদনা, মতমদুদা ঐনা খল্লুবা ব্রাখলদি পঙগ্রবা ফাগীনি হায়না লৌবদুনা। কদায়ফাওবা চুমগদৌরিবনো চাইনিজ গেগু খরনা থাঙ্গেশেংবমক ডাইমণ্ডশিং অদুবু থিননবা হোৎনবি ? মসি থাজনিঙাই ওইদবসু মাল্লি।"

ঐখোয় অচুম্বা মরম থিননবা হন্না-হন্না হোৎনরমই, অদুবু ঐখোয় অরোনবা হীরম অদুগী মতাংদা মখাতানা শুগায়না তাক্লবা মবম থিবা ফংলমদে। মমৈথংদা লেডি য়ার্ডল্লি হৌগৎলমই।

"ঐ তশেংনমক স্যাব পোইরোৎ ঙাইগে খন্দ্রে। নহাক্তা মঙোন্দা পূন্নমক অসি তম্বিয়ু, নহাক ঙমলোইদ্রা ? নহাকপু অদুক্কি মতিক থাগৎচবি, মিষ্টর ..."

মহাক চিংনরমই, মখুৎ তিংথোরকলমই।

"কেপ্টেন হেসটিংস।"

"অসুম তৌদুনা ঐ কয়াদা পঙগ্রবা। নহাক কাভেনডিসকী মরূপনি, নহাক ওইদবরা ? মেরী কেভেনডিসনা ঐ মফম অসিদা পোইরোৎকী নাক্তা থারকপনি।"

ঐগী মরূপ হল্লক্লবা মমতমদা, মহাক লৈত্রিঙৈগী মনুংদা থোকখিবা ব্রারীশিং অদু লীরগা ঐ নুংঙাইহুজরমই। ব্রারী শান্নখিবা অদুগী অকুপ্পা মরোল ঐঙোন্দা য়াম্না থুনা মরক-থৎতুনা হ্রাহং হংলমই। ঐনা খঙবা ঙম্বদি পরেং অনীগী মরক্তা মহাক খমথেংনা মহাক য়াওহৌদবগী পেন্দবা ফাওরমই। ঐনা মসিমসু পূক্লিংদা খল্লমই মদুদি নুংশিরবা অহল ওইরবা মরূপ্তু খজিক্তং ফাওবা কল্লকপগী মমি তাবা উদে। মহাক্তা তোয়না ঐগী তৌবা ঙম্বা শক্তিবু পীকথন্না য়েংলম্বদু হন্দক্তি হায়রপ মওং তাবগুম উরমই, অমসুং মহাক চুম্মি লাল্লি হায়না নৈনবগী অশোয়বা ফংদবনা নীংবা কায়বগুম উরমই। ঐহাকসু ইতোম্নতা লোন্না পেঞ্জরমই, মঙোন্দা থব্রায় নুংঙাইরোইদৌবা ব্রাফম কয়া অমা ঐনা লোৎশন্দুনা থমলগসু। মশাগী তোপতোপ্পা ব্রাখল খন্নবগী লম্বী লৈজরগসু, ঐ নুংহজিন্না চান্নরবা মরূপকি থবক্তা য়াওশিল্লমই।

"মরূপ !" মহাক হায়রকলমই মরি লৈননা, মাইথোং অঙকপা মতৌ অমা উৎলদুনা

থৌশিল হোংলে। ঐঙোন্দা পীরকউ, ঐ নঙবু খুরুমজরি, পীয়ারেজ (অচৌ-অশাংশিংগী রেঙ্ক অমসুং মখোয়গী মরী-মতাশিংগী হৌরকফম) মদু লাইব্রিক থমফমগী মথক থংবা কাদা লৈরিবদু।" মহাক্না লামাইশিং অদু হাংদোক্লমই। "ওঃ, ঐখোয়না থিরিবদু মফম অসিদা লৈরে। 'য়ার্ডলি ... ১০শুবা ভিসকাউন্ট, সাউথ আফ্রিকাগী লাঞ্জাওদা থবক তৌরম্না, লুহোংলমই ১৯০৭ হোন মাউদে ষ্টৌপরটন, মরিশুবা মচানুপী অহুমশুবা বারোন কোর্টেরিলগী ... অং, অং, অং ... মহাক্কি মচানুপী অনী লৈরমই, পোকপা ১৯০৮, ১৯১০ ...ক্লবস ... লৈকম ... ডিওলা, মদুনা ঐখোয়দা কা-হেন্না হায়বা তৌদে। অদুবু হয়েং অয়ুক্তি ঐখোয় য়েংশি ইকাই খুম্নজববা!"

"করিবুনো?"

"ঐনা খল্লমই নহাক কেস অদুগী মতাঙদা নখুৎ হামদোক্লবরা?"

"ঐ মিষ মার্ভেলগীদমক্তদি থবক তৌররোই মরমদি মহাক ঐগী লমজীং মখাদা থবক তৌ হায়বা য়ারমদে। ঐনা হৌজিক তৌরিবা থবক্তি ইশা ইতোপ্রতগী পেন্নবনি হারকুল পোইরোৎকী পেন্নবগীদমক্তা! তৌগে খল্লদুনা অসিগুম্বা অঙৈংবা শা-খোংবদা খুদোম্বীনা থিনবনি।

"নহাক নশাগী খুদোংচানবগীদমক্তা নহাক ইংনা-তপ্পা লোর্ড য়ার্ডলিবু সহরদা লাক্নবা য়ায়রদা পাউ থাগদবনি। মহাক পেনবদি ওইরোই।"

"ওন্না-লৈতনবা য়াফমনি, ঐনা মহাক্কি ডাইমণ্ড অদু তেক্ত-কায়দনা মহাক্কি ইমুং-মনুংগীদমক্তা পেন্নবা থমলমলবা মহাক পেল্লমগদবনি।"

"অদুগী তুংদা নহাক তশেংনমক খনগনি মদুদি মসি হুবানখিবগী তাঞ্জা লৈরোইদ্রা?" ঐ হংলমই খৌরাংনা।

"অয়াম্বা শরুক্তা শোয়দ্রবনি", পোইরোৎ লেপ্লমক পাউখুম পীরকলমই। "খুদিংমক আদোমদা মাউওন থমই।"

"অদুবু করমতৌদুনা—"

পোইরোৎনা খুৎনা তৌবা ইঙ্গিৎকী শাজৎ মওং অমনা ঐগী খৌরাংলবা য়াহংবু লেপহনলমই।

"হৌজিকমক নত্তে, ঐ নঙোন্দা খুরুমজরি। ঐখোয় পুক্লিং ফুম্বংনগুমশি। অমসুং পীয়ারেজদু থিরকউ— নহাক মতৌকরম্না মদুগী মহৎশিনগদৌরিবনো? নহাকপু উদ্রবরা য়াইদগী থাবা লাইব্রিক্তি থমফমকাগী অরোইবা থাক্তা লৈরে, খজিক্তং হন্থনা থাবদুনা মখাহেক থংবা পরেংদা লৈরে, অমসুং মথং-মথং। অসুম তৌদুনা ঐখোয় মথংমনাও কায়দনা নিয়মশিজিন্নবা তাবনি, মদুগী মরমদা ঐনা কয়ায়ক হন্না নঙোন্দা খঙহনগ্নবনি, হেস্টিংস—"

থাঙ্গৈশেংনমক," ঐ তহানা হায়রমই, দরকার ওইগদবা লাইব্রিক্তু মফম চানা থম্মু।

লোর্ড য়ার্ডলি য়াম্না নুংঙাইবা, হায়রগ মাইথোং ঙাংলগ তৌবা মচুনা লৈতেংলবসু য়া

হৌনা ঙাংবা শান্নরোই অমগী মতৌগুম, অদুবু মহাক মশাগী ওইনা ফাগী হৈবা মী নোকহনবগী গুণ চেনবনা মরম ওইদুনা য়েংবদা তোপ-তোপ্পা নুংঙাইবা পোকহনবা ঙম্বা মীওই অমসুং রাখল খেনবা মী ওইনদি উরমই।

"থোইদোক হেন্দোক্লবা মওংনি মসিদি, স্যার পোইরোং। নহাক হৌবদগী লোইরবা ফাওবা মসিগী মরমদা হায়বা ঙমবিগনি। উরিবা রাফমদি ঐগী নুপীনা নাতৈচাদবা মখলগী চিঠি ফংবগী মতাংদনি, অমসুং মদুদি মিস মার্ভেলসু অদুম ফংখিবা অদুনি। মসিগী অর্থনা করিনো ?"

পোইরোং মঙোন্দা সোসাইটিগী রারেম ঙাংবগী কোপী পীশিল্লমই।

"অহানবমক্তদা, ইকাইখুম্নজরবা, ঐ নঙোন্দগী খঙবা পামজে অসিগুম্বা রাফম অসিগী মচাক্কি মরমদা ?"

পিয়ারদুনা মদু লৌরমই। মহাক্কি মাইথোং অশাওবনা মমশিল্লমই মহাক্লা পায়বা মতমদা।

"শাথিনা রাখল লৈতবগী মওংনি !" মহাক চৈ-থাংলদুনা হায়রকলমই। কৈদৌঙৈদসু ডাইমগুগা মরি লৈননা নুংশি-নুংঙনগী রারী পকশিনবা ওইরমখিদে। মসি ইন্দিয়াদগী হৌবকখিবনি, ঐ থাজে। ঐ কৈদৌনুংদা চিনাগী লাইগী পোংশক্কি হায়বা তাখিবা লৈতে।"

"অদুবু হৌজিক ফাওবদি নুং অসি 'ষ্টার ওফ দি ইষ্ট' হায়না খঙনৈ।"

"ফরে, অদু ওইরবদি করিগী ?" মহাক শাউরদুনা মরম হায়নবা তকশিল্লমই।

পোইবোং হায়ফেং নোক্লমই, অদুবু চপ চাবা পাউখুম পীরমদে।

"ঐ নঙোন্দা করি তৌ হায়দুনা হায়খিবগে ? ইকাইখুম্নজরবা, নহাক নশামক ঐগী খূত্তা শিন্নৌ। করিগুম্বা নহাক্লা অখাকপা লৈতনা তৌরবদি, ঐ অদুগুম্বা তৌথোক-নুংথোক্তবা থবক অদু মথক মখা ওক্লোকপা ঙমগনি।"

"অদুগী মতুংদা নহাক্লা থাঙ্গৈশেংনমক রাফম অসি করিগুম্বা খর হায়বদি ওইথোক্লবোইদৌবা লমহৌদোং তান্নবগী রারীনি হায়বা খনবা তারগনা ?"

"ঐনা হায়বা রাফম নহাক তৌগেরা ?"

"অরেপ্পনি ঐ তৌগনি, অদুবু—"

"মরূপ, অদুগী তুংদা ঐহাক রাহং খর হংজগে নহাক্লা অয়াবা পীবিগনি। য়ার্ডলি চেজগী ওইরিবা রাফম অসি, ওইবরা, নহাক্লা হায়বগুম্ন, পুম্নমক নহাক অমসুং মিষ্টর রোল্ফকী মরক্তা হায়নখিবা অরেপ্পা রাফম লৈবনরা ?"

"ওঃ মদু মহাক্লা নঙোন্দা হায়খিবরা, মহাক তৌখিবরা ? নত্তে, করিগুম্বা অমত্তা য়াননবা লৈখিদ্রি।" মহাক চিংনরমই, চেক মচুদৌনা ঙাংলবা মাইথোং লুনা খন্থখিরমই। "অশেংবা মরম চুমদ্রিং ফংবসু য়াই। ঐ তৌদ্রে হায়রপ্পা হিরম খুদিংমক্তা ঐনা পংবনা মরম ওইদুনা, স্যার পোইরোং অমসুং ঐহাক হৌজিক শেন্দোন্না কোক্তগী তোন ফাওবদা থুমলে অদুব ঐ হিক্লংপা পামই। ঐ পোংশিং অদু কন্না পামজে, ঐ অমুকহন্না নিয়মচুম্না হিক্লংহনবা পামই, অমসুং

হান্নগী অরিবা লৈকমদা লৈবা পামজে। গোগোয়ি য়োল্ফনা ঐঙোন্দা মতিক চানা পৈশা পীরমই মতিকচানা ঐগী হান্নগী খোঙকমদা হুজিনবা ঙম্লবা। ঐ মদু তৌবা পামদে অদুগুম্বা বাখলবু ঐ তুক্কচৈ অদুদি চেজগী অকোয়বদা মীয়াম্না শাম্নরিবা লিলা অদুবু ঐ মদু লৌবা য়াই, তৌদ্রগদি—” মহাক তুমিন লৈখিরমই।

পোইরোৎ মহাকপু মুন্না য়েংলমই। “নহাক্কি লৈয়ে, মতম অদুদা, নহাক্কি লিরুংদা অতোপ্পা লিরি অমা ? ঐনা মদু খঙবগী অয়াবা পীরোইদ্রা ? ‘ষ্টার ওফ দি ইষ্ট’ য়োনগদৌরিবরা ?”

লোর্ড য়ার্ডলি ইঙ্গিৎ তৌরমই। “মদুমক্কি পোৎশক অসি ঐখোয়গী ইমুংদা মীয়োল কয়া লৈরক্লিবনি, অদুবু কদাইদগী লাকখিবনো হায়বদুদি খঙদে। হৌজিক ফাওবদা, পৃথিবী অসিদা পোৎ অসি লৈবিনিঙাই থিবা অরায়বা ৱাফম নত্তে। হোফবর্গ, দি হাতোন গার্ডেনগী নুপা অদুনা, মহাক্না অমা লৈবা পাম্বদগী থিবা মাল্লমই, অদুবু মহাক য়াম্না থুনা অমা ফংলগনি খল্লি, নত্রগা অমনবা মচু শিথরবা ওইগনি।”

“ৱাহং অমত্তা মখা তানা— অয়াবা পীবীগনি লেডি য়ার্ডলি, মহাক্কি অপাম্বা করি থৌরাং লৈবগে ?”

“ওঃ, ঐনা জেৱেল য়োনবদা মহাক্না খমথেংনা ঐগী মায়োক্তা লৈ। করম্বা মখলগী নুপীনো হায়বা নহাক্না খঙলিবদুনি। মহাক্কি লৈরিবা খুদিংমক ফিল্মদা ঙাওজবিনি।

“ঐ চিংনৈ,” পোইরোৎনা হায়রমই। মহাক মীকুপ খরদং তুমিন লৈরমই ৱাখল খল্লদুনা, অদুগী তুংদা মশানাননা ফুক হৌগৎলকলমই।

“নহাক হৌজিকমক য়ার্ডলি চেজদা হনগদৌরিবরা ? মরুপ ! কনাগুম্বা অমদা কবি অমত্তা খঙহনবা য়ারোইকো কনাগুম্বা অমদসু, খন্দুনা য়েংউ— অদুবু ঐখোয় শোয়দনা লাক্কনি ঙসিগী নুমিদাংৱাইরমদা থুংলগনি থাজৌ।”

“ফবে, অদুদি, অদুবু ঐ ভাব তাবা ঙমদে।”

“য়াম্না মরুওইবা ৱাফমনিকো,” পোইরোৎ থৌজাল হৈনা হায়রমই। “নহাক নহাক্কি ডাইমণ্ড অদু ঐগী খুত্তা তেকত কাইদনা থনমলোইদরা ?”

“হোয় অদুবু—”

“ঐনা হায়বা থবক নহাক তৌগদবনি।”

অৱাবনা থুম্মৎলবা নোবলম্যেন অদু কা অদু থাদোক্লগা চৎখিরমই।

পুং মঙা মখাই তারমই ঐখোয় য়ার্ডলি চেজদা থুংবা মতমদা অমসুং চিংলেল্লবা মীনাইনুপা অদুনা মৈরী থোক্না চাক্লবা উতুপ পুদুনা ঐখোয়গী হোলগী লমজংদা চৎপদা তুং ইল্লকলমই। ফজরবা শক্তম অমা ঐখোয়গী মীত্তা উরমইঃ লোর্ড য়ার্ডলি মহাক্কি মচা অনীগা লোয়নননা, মমাগী নাপল কারবা মকোক্তুনা নীংথিজরবা মচা অনীগী মথক্তা নোম্বদুনা লৈরমই। লোর্ড

য়ার্ডলি মনাক্তা ফমলগা নোক্নুনা য়েংদুনা লৈরমই।

"স্যার পোইরোৎ অমসুং হেস্টিংস," মীনাইনুপাদুনা লাউথোরক্লমই।

লেডি য়ার্ডলি য়েংখংলকলমই, মহাক্কি মপুরোইবসু মাংদা খঙহৌদনা চোংশিল্লকলমই, মহাক্কি মমিংনা পোইরোংকী পাউতাক খিরমই। মী অপীকপদুদি হাল্লগুম্লা চপ মান্নরমই ব্রাফম অদুগী মতাংদা।

"পুন্নমক ঐহাকপু ওাকপীগনি! ঐহাক হৌজিককাওবা মিষ মার্ভেলগী থৌদোক্তা ঐ থিজিল্লি। মহাক ইবাই নুমিত্তা নখোয়গী য়ুমদা লাক্কনি, মহাক লাক্লোইদরা ? অশোয়-অঙাম থোক্লরোই হায়বসি অবেল্লা ব্রাফম খঙনবা ঐহাক কুইদনা চথোকলুবনি। ঐ সিমসু লোর্ড য়ার্ডলিদা হংবা পামই মহাক্লা ফংখিবা চিঠিশিং অদুদা য়াউবা পোষ্ট মার্ক অদু নীংশিংলিবরা ?"

লেহি য়ার্ডলি য়ানিংদবা ফোঙদোক্নুনা মকোক হাইরমই। "ঐ কিরে ঐ তৌদে। মসি ঐনা পংবদগী ওইবনি। অদুবু নহাক খঙলে, ঐ কৈদৌনুংদা মঙদা ফাওবা হকচিন্না লৌদে।"

"নহাক অহিং পোখাদুনা মফম অসিদা লৈরোইদ্রা ?" লোর্ড য়ার্ডলিনা হায়রমই।

"হেঃ ইকাইখুম্নজববা, নহাক্কি খুদোংচাবা হোংনবা ঐহাক কিজে। ঐখোয়গী খাউনচিংবা মীথুংশংদা লৈহৌরি।"

"মদু অচুম্বা ব্রাফমনি।" লোর্ড য়ার্ডলিনা থোকপা শিনগনি। "ঐখোয় মদুগীদমক মী থাগে। নত্তে, নত্তে, ব্রবীরুগনু, ঐ নঙোন্দা অবেল্লা ব্রাফম হায়জরি।"

অদুগুম্বা ব্রাফম তকশিল্লকপদু পোইরোৎনা য়ারদুনা, লোর্ড য়ার্ডলিগী মনাক্তা ফমথরমই, অমসুং লৈবম্বা অঙাংশিং অদুগা মরুপ ওইনবা হোংনবমই। ইকুই কুইদনা মখোয় য়ারমই লোয়নবা, ঐবু শান্নবা য়াওকলাই হায়দুনা চিংশিল্লমই।

"ঐখোয় হুল্লকলবনি," পোইরেরাৎ হায়রমই য়াম্না থৌনা লৈনা হায়ফেৎ খুরুমলগা, অমসুং অঙাংশিং অদুবু মশানা য়ানিংদনা য়াম্না পুচচেল হোংবা নাইদ্রবী নর্স নুপী অমনা লৌথোকখিবমই।

লেডি য়ার্ডলি মহাক্কি ফারবা শমলাংবু নাম্বুরমই।

"ঐ মখোয়বু পামজে," মহাক লৈতোন হাইরপ ফারগা হায়রক্লমই। "অমসুং মখোয় অদু ওইববা— অচুম্বা মরমগা লোয়ননা।" পোইরোৎ অমুকহন্না খুরুমই।

ফিজোলগী শহুম অমা তাখিরমই, ঐখোয় হৌগৎলমই অমসুং কা মনুংদা চংলমই। খুদকতুমক্তদা মীনাই নুপা অমনা টেলেগ্রাম অমা হাপ্লগা চঙলকলমই অমসুং লোর্ড য়ার্ডলিদা খুৎশিন্নরমই। তেল্লপ তৌনা চঙজবগী লোন্দাগা লোয়ননা হাংদোক্লমই। মহাক্লা পাবা মতমদা চেকশিন্না য়েংলমই। য়ানিংদবগা লোয়ননা; মহাক্লা মদু মাগী নুপীদা পীবমই। অদুগী মতুংদা মহাক ঐ অমসুং ঐগী মরুপ্তা য়েংলমই।

"মিনিট অমত্তংদি ঙাইবীখো, স্যার পোইরোৎ। ঐগী পুক্লিংদা নহক্লা মসি খঙগনি

হায়বগী য়াখল য়াওরে। মসি হোকবর্গতগীনি। মহাক্না খল্লি নুং অদুগীদমক্তা লৈবা পাম্বা মীওই আমেরিকামচা অমা ওয়াং ষ্টেটসতগী লাকখিবা ওইগনি। মখোয়না ওসিগী অহিংদা মী অমা থারক্লুনা নুং অদু মমল হল্লগনি। হেঃ ঈশ্বর, ওইরবদি, মসি মসুম্না পাওথোক্লবদি—" য়াহৈশিং অদুনা মহাক মাইপাকপরোমদা।

লেডি য়ার্ডলি মমাই লৈথোকখিরমই। হৌজিক ফাওবা টেলেগ্রাম অদু মাগী খুত্তা লৈরমই।

"ঐ খল্লি নহাক মদু য়োল্লোইদবনি, জর্জ্জ," মহাক্না হায়রমই, য়াম্না লেম্বা খোঞ্জেলদা।

"মতম শাংনা পোং অসি ইমুং অসিদা লৈরকলি।" মহাক ঙাইরমই, পাউখুমগীদমক্তা ওইববসু, অদুবু কনামত্তনা লাক্লগা মহাক্কি মমাই কনখৎহনবীরোইদৌরি। মহাক মরেংজুম শুপকৎলমই। "ঐ চৎকনি অমসুং ফি শেংচল্লুগনি। ঐ খল্লি ঐগী জেৱেলশিং অদু লৈতেংলুবনা হেন্না ফগনি।" মসিদি য়াম্না চেকশিন্না লোক্লুনা থম্বা লীকমরিশিংগী মনুংদা অমনি হেক মখোয়বু শারকওঁদগী হৌরদুনা! জর্জ্জনা মতম খুদিংমক্তা নুংশিং অদু ঐগীদমক্তা অমুক হাপচিনগনি হায়দুনতা য়াশকপনি, অদুবু মদু কৈদৌনুংদা পাওথোক্তনা লৈরি।"

মহাক কা থাদোক্লুনা চৎখিরমই।

পুং অমা মথায়গী তুংদা, ঐখোয় অহুম চাউরবা ড্রোইং রুমদা পুন্ন নুপী অদু চঙলকপা ঙাইদুনা লৈরমই। চাকলেন চারবা মতুং মিনিট খরদা হৌখিরমই।

ইখঙ-খঙহৌদনা কা হেন্না হৌদবা খেঞ্জেল অমা তাখিরমই, অমসুং লেডি য়ার্ডলি লমজাংদা চঙলকপা উরমই, ঙাক্লোনবা ফুচুদা ঙৌনা-শাংনা চোনথ্রবা ফিজোল শেংলদুনা। মহাক্কি ওকশমগী অকোইবদা মৈ মচুগী ইফুৎ চেনবদৌনা তৌরমই। মহাক মফমদুদা লেপ্তুনা লৈরমই মখুৎ নাম্মনা মহাক্কি লিকমরি অদু পায়শিল্লদুনা।

"দান তৌরিবসি য়েংউ," মহাক হয়াউনা হায়রমই। মহাক্কি অরানবা ফাগী অদু থুনমক মাঙখিবগুম উরমই। "ঙাইখো ঐ মৈ ঙালহল্লকখিগে, অমসু নহাক্কি নমিৎপু পীজ-পীথক তৌবা ঙমগনি ইংলেণ্ডগী মনুংদা খ্বাইদগী মশকথিবা লিক মরি উরগা।"

সিরিটচতি থোঙজাউগী মপান্দা লৈরমই। মহাক্না মদু মহাক্কি খুৎনা লাম্বা মতমদা, ভাব তাবা ঙমদ্রবা থৌদোক অমা থোক্লমই মদুদি করিগুম্বা মাঙজৌননা খঙহনবা তৌদনা, মৈ খুদিংমক মুৎখিরমই, থোঙজাউশিংসু মখোল থোকলমই, অমসুং য়ুমদগী অতোপ্পা নাকন্দগী য়াম্না শাংনা চিংবা নুপীগী থাংনা থিনবগী খোঞ্জেলগুম্বা অমা লাকলমই।

"ঐগী ঈশ্বর!" মদু মাউদেগী খোঞ্জেলনি! করি থোক্লবগে?"

ঐখোয় মথোং-মরম খঙদ্রদুনা থোংজাওরোমদা চেনশিল্লমই, অমম্বদা অমগা অমগা থেঞ্জায়নরমই। মিনিট খরগী মমাংদা ঐখোয় থিবা ফংলমদে। ঐখোয়গী মিৎনা করম্বা শক্তম ওক্লরমই। লেডি য়ার্ডলি মার্বলগী লৈমায়থক্তা অান য়াউদনা তাদুনা লৈরমই। মুনা ঙাংলৈনরবা মমি অমা মহাক্কি ঙৌরবা ওকশমদা দাগ ওইনা লৈরমই, মফম অদুমক্তগী লিকমরি অদু মহাক্কি

ঙকশমদগী থংখিরম্মই।

ঐখোয় মহাক্কি মনাক্তা চঙবা মতমদা, মহাক শিরে নত্রগা হিংলি হায়বগী অরেপ্পা বাফম খুদক্তা খঙবা ঙমদে, মমিং পাঙথোক্তুনা লৈরম্মই।

"চিনা নুপা অদুনা," মহাক শোম্থাংননা বানা হায়রম্মই। চিনানুপা— নাকলগী থোঙজাউদগী।"

লোর্ড য়ার্ডলি বাশকপগা লোইননা চোংশিনখিরম্মই। ঐ মহাক্কা লোয়নরম্মই, ঐগী থম্মোয় মথোং খঙদনা চোংলম্মই। চিনানুপা অমুক হন্না! ঐখোয়না খন্নরিবা নাকলগী থোঙ ফক্লাংগী এক্সলদা লৈরিবা য়াম্না চাউবা নত্তে, খুদোংথিবা থোক্নিবা মফমদগী গজ দজনমুক্তগী হেল্লোই। ঐখোয় মফম অদুমক্তদা থুংবগা, ঐ লাউরম্মই। মফম অদুদা থৌদোক থোকফমদগী লাপ্তুনা, লংলবা লিকমরি অদু তাদুনা লৈরম্মই, প্রমান ওইনা ফংবা বাফমদি হুরানবা অদুনা মহাক্কা নাম্ছোক্লবা হোৎনবদা মীপাইবা পোকপদগী থাদরম্বা ওইরমগনি। ঐনা থুনা য়াংনা চংশিল্লগা হুরাউনা খুক্সংলম্মই। অদুগী মতুংদা মহাক অতোপ্পা খোঞ্জেল অমগা অমুক লাউরম্মই অদুবু লোর্ড য়ার্ডলিনা খোম্থাং ওইনা খুমলকলম্মই। মরমদি লিকমরি অদুগী ময়াই চবুক্তা চাউরবা অহাংবা অমা লৈরম্মই। 'দি ষ্টার ওফ দি ইষ্ট' মাঙখিরম্মই।

"মদু ফল ওইরে," ঐ স্বর হোল্লম্মই। "মখোয় অসি ইচম-চম্বা হুরানবা নত্তে। মখোয়না পাম্লিবসি নুং অসিখক্তনি।"

"মীশক অদু মতৌ করম তৌদুনা চংলকখিবনো?"

"থোংজাউ অসি ফাওননি।"

"অদুবু মসি মতমপুম্বদা থিংদুনা লৈ।"

ঐ কোক হাইরম্মই। "হৌজিক মসি থিংদে। য়েংউ।" ঐ বা ঙাংনা মদু চিংলম্মই অমসুং হাংদোকলম্মই।

ঐনা অসুম্না তৌরিঙৈদা লৈমাইথক্তা করিগুম্বা খর লেঙবা উরম্মই। ঐ মদু লৌখৎলম্মই। মসি মুগা ফি মচেৎ অমনি, অমসুং মদুদা লৈরোং হক্তুনা লোনবগী বাফম লাম্লরোই। মসি চিনানুপা অদুগী ফিদগী শেগাইহৌবা মচেৎনি।

মহাক্কা থুনা য়াঙনা নাম্ছোক্লবা হোৎনবদা থোঙদা পলহৌবা শরুক্তি, "ঐ মচা খাইনা হায়রম্মই। থুনা লাকলো। মহাক য়াম্না থাপ্না চৎলমদবা য়ারি।"

অদুবু মাবু তান্নবা অমসুং থিবা অরেম্বা তারম্মই। মমম্রবা অহিংগী মতমদা, হুরানবা অদুনা মহাক্কা নাম্ছোক্লবা লম্বী থিবদা লাইনা থোক্লমগনি। ঐখোয় য়ানিংদনা হক্তিলকলম্মই, অমসুং লোর্ড য়ার্ডলিনা শন্ত্রিতাবা খোংনা চৎপা নুপা অমবু পুলিশ কৌরুনবা থাখিরম্মই।

লেডি য়ার্ডলি, পোইরোৎনা শেন্নবনা মরমওইদুনা, হাইবদি থৌদোক অসিগী মতাংদা নুপী অমা ওইনা পুকচেল ফবি ওইনা লৌরবদা, মতিকচানা ফগৎলক্লম্মই অমসুং বারী অদু

মপূংফানা লীবা গুম্বগী চাং য়োৌরমই।

ঐ অতোপ্পা মৈ অদু থানগৎকে হায়দুনা চৎলমই," মহাক্না হায়রমই, "নুপা অমনা তুংলোমদগী ঐঙোন্দা চোংশিল্লকলমই। মহাক্না ঐগী গুকামদগী লিকমরি শাফু কন্না থদৎলমই মদুদি লৈমাইথক্তা ঐ কোক্না য়েদুনা তারমই। ঐনা তুথরকপা মতমদা ঐ মহাক্না নাকলগী থোংজাউ ফাওনা মাঙখিবা উহৌরমই। অদুগী মতুংদা ঐ খঙবা গুমলমই মহাক্কি তুংগী শমগী পনহৌবা শরুক অমসুং অরোনবা ফি মচেৎ মকায় উরুরগা মহাক চিনায়োন অমনি হায়বসি।" মহাক মশা নিক্রদুনা লেপখিরমই।

মীনাইনুপা অদু অমুকহন্না চঙলকলমই। মহাক্না য়ামনা খোঞ্জেল নেম্না লোর্ড য়ার্ডলিদা বাহৈ খর হাইরমই।

"জেন্টলমেন অমা লাক্লে মিষ্টর হোফবর্গতগী, ইকাইখুম্নজরবা। মহাক্না হায় নহাক্না উন্ননিংই।"

"হেঃ, ইশ্বর!" পূক্লিং হম্বুরবা নোবেল য়োন অদুনা হায়। "ঐ মহাক উন্নগদবনি, ঐ খল্লি। নত্তে, মফম অসিদা নত্তে, মুল্লিংস, লাইব্রেরীদনি।"

ঐনা পোইরোৎ নাকন্দা চিংশিল্লমই।

"সিদা য়েংউ, ঐগী চান্নরবা মরূপ, ঐখোয় লাওন্দগী হল্লকলমদবনা হেন্না ফরমলোইদরা?"

"নঙ অদুম্না খল্লি, হেস্টিংস? করিগীনো?"

"ফরে, ঐ য়ৌতেংলদুনা— লৈরিবা পোৎশিং অসি য়াম্না ফত্তে, মখোয় ওইবরা? ঐ খল্লি, নহাক লোর্ড য়ার্ডলিবু নহাক্কি খুদুম মখাদা লৈগদবনি হায়দুনা নহাক্না হায় অমসুং পুম্ন মক ফল্লগনি— অমসুং মদুগী মতুংদা ভাইমগু অদু নহাক্কি নমাংমক্তদা মাঙই।"

"চুমই, পোইরোৎ হায়রমই, হাইরপ পূক্লিংদা হঞ্জানরদুনা। মসি মমাংদা কয়ারক হন্না মাই পাকখিবদুগুম্না ওইরোইদৌরি।"

য়ৌদোক খুদিংমকপু অসিগুম্না মওংদা শুগাইনা তাকপা তারগনি অয়াম্বা শরুক্তা মসিনা ঐবু নোকহনগনি, অদুবু পোকখাইরকপা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরি।

"অসুম্না ঙাকপীনবা লোয়ননা বাহৈগী মতাংদা— হাইরপ পোৎশিং অসি অমোৎপা লুদবা মতৌ ওইরমই। নহাকপু অসুম্না খন্দ্রবা খুদক্তা মফম অসি থাদোক্নুনা চৎখিবনা হেন্না য়ৌজাল হৈবা ওইরোইদ্রা?"

"অমসুং চাকলেন, চিংননিঙাই ওইদে কা-হেন্না ফজন্নবা চাকলেননি, মদুদি য়ার্ডলিগী অঙম অথৌশিংনো শিন-লাংবা?"

"ইহেঃ, করিনো চাকলেন হায়ববু!" ঐ খাঙমদনা হায়রমই।

শোৎরোৎ মীপাইবগা লোয়ননা মখুৎ থাজৎলমই।

"হেঃ মরূপ ! নৈবাক অসিদা ওইরিবা ফিভমসি অসিদি মদুদি নহাক্লা থৌদোক খুদিংমকপু অক-ফত্ত নৈনদুনা হোৎনরি ক্রাইমগী ওইবা থৌদোকশিংদা থৌশাদবা উত্তুনা।"

"ঐখোয় লণ্ডনদা খুদক্তা হন্দবা য়াদবগী অতোপ্পা মরম অমসু লৈ," ঐ মখা তারকলমই।

"মদুনা করিনো, ঐগী মরূপ ?"

"অতোপ্পা ডাইমণ্ড অদু," ঐ হায়রমই, খোঞ্জেল শীকথরদুনা। "মিষ মার্ভেলসকী।"

"হেঃ মরূপ, করিবুনো ?"

"নহাক উদবরা ? মহাক্কি মহৌশাগা মান্নদবা অপঙবা য়াখলনা ঐবু শাওহল্লমই। মহাক্কি মহৌশাদগী লোয়নজবা মীকুপ-নাপুম শিংবগী মরমদা করি খোকপ্পবা ? মখোয় অমা ফংলমই, হৌজিক মখোয় অদু থিবা তারি।"

"ফজে হায় !" হায়রমই পোইরোৎনা, খোংথাং অমা তুংলোমদা হল্লগা ঐবু পামজবা মিংয়েংদা য়েংলগা। তৌইগুম্বসুং নহাক্কি কোক অঙকপা মওংদা খোংদারি, ঐগী মরূপ ! অদুবু মতম মরাংকাইনা লৈরি। পূর্ণিমা থাজদো; ইরাই ফাওবগী মতম লৈরি।"

ঐ চিংনরদুনা কোক হাইরমই। পূর্ণিমা থাজগী য়াখল্লোন ঐবু থাদোক্নুনা চংখিবনা কাউরমই। ঐ ইশাগী লম্বেল পোইরোৎকা লোয়ননা লৈজে, অদুমওইনমক, অমসুং ঐখোয় খুদক্তা কায়নরমই, ঐখোয়গী তুংদা নোট অমা থনল্লগা অমসুং লোর্ড য়ার্ডলিদা চংজ য়াহে শীরদুনা।

ঐগী য়াখল্লোনদি খুদক্তা 'মেগনিফিসিয়েন্টতা' চৎপনি অমসুং মিষ মার্ভেলসতা কবি খোকপ্পবগে হায়বদু খঙবনি, অদুবু পোইরোৎনা অদুগুম্বা থৌরাং অদু কল্লা থিংলমই অমসুং অয়ুক্তা উন্নবনা হেন্না খুদোংচাবরোমদা তকশিল্লমই। ঐ য়ানিংদনা য়াবা তারমই।

অয়ুক্তা পোইরোৎ অঙকপা মওংদা থবক শায়খৎকদবনি হাইবগী থৌশাবা শোক্রমদে। অহৌবমক্তদা অশোয়বা য়াওপ্পবা হায়বগী চিংনবা ঐঙোন্দা ফাওরমই, মহাক মশাম্বতোমতা কেশ অদু পায়নিংবগী য়াফমলা ঐ চিংনরমই। ঐনা তকশিল্লুবগী পাউখুম ওইনা মীয়ামগী য়াখল্লোন্না পাম্নরগদবা মওংদা মাগী মত ফোঙদোকলমই মদুদি য়ার্ডলি চেজদনা থোক্লিবা রোল্ফ শাগৈসু ঐখোয়না হায়খিবা মরমদুদা ফজনা ভাব তানা খঙবা ওল্লগনি। ঐ য়ানিংদনা লম্বেল তাকলমই।

থৌদোকশিং অদুনা ঐনা মাঙজৌননা হায়খিবা য়াফম চুল্লে হায়বা প্রমান তৌরমই। পুং ২ রোম তাবদা টেলেফোন খিংলকলমই। পোইরোৎ পাউখুম শীরমই। মহাক মীকুপ খর ঙারমই অদুগী মতুংদা তেল্লপ্পা "নুংশিরবী থমজরগে," মহাক মুখৎলমই, অদুগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকলমই।

"হেঃ, চানরবা মরূপ নহাক করি খল্লিবগে ? মহাক য়েংলুবা মতমদা তত্থাই অমা ইকাইবা তত্থাই অমা পাখৎপগুম উরমই। "ডামণ্ড অদু মিষ মার্ভেলগী, অদুসু হরানগ্রে।"

"করি ?" ঐ হায়রমই খঙলদুনা। "অমসুং পূর্ণিমা থাজগী মতাংদদি করম তৌবা হৌজিক ?" পোইরোং মমাই লুকথরমই। "করম্বা মতমদনো মসি থোকখ্রিবা ?"

"ঙসি অয়ুক্কি, ঐ ভাব তাই।"

ঐ অরাবা খাংনা কোক হাইরমই। নহাক্না ঐগী রাফম তারম্লবদি নহাক নশামক ঐনা চুম্লি হায়বসি খঙগদবনি।"

"মসি য়েংবদা অসুম্না উহল্লমই," মরূপ, পোইরোং হাইরকলমই চেকশিন্না।

"মাইথোং হায়বসি মীনম্বগী মশকনি," মখোনা হায়, অদুবু তশেংনা চোংথোরকলমই ঐখোয়না মেগ্নিফিসিয়েন্টতা ভেক্নি তোংলগা থুংবা মতমদদি, ঐ হৌজিক পুথোকলমই থৌরাং অসিগী নুংগী ওইবা অচুম্বা মরম।

"পূর্ণিমা নুমিৎকী রাফমদু হৈ-শিংবগী রানি। ঐখোয় ইবাই নুমিত্ত রাফম অদুগী মতাংদা লৈজবা রাখল খুদিংমক পূক্লিং থিংজিল্লগা মাই শাকলুনবা হোৎনবা তাবনি, অমসুং মদুগী মরমগীদমক মাঙজৌননা ঐখোয়গী গার্ডশিং থাবা দবকার ওই। থবক মচা অসিগী মরমদা নহাক্না খঙদবদু নঙগীদক্তা ঐ মীনুংশি পোকই।"

"হেঃ মরূপ," পোইরোং য়াম্না পুকচেলতিংনা হাইবমই, মহাক্না নুংঙাইবা পোকলমদবা হিরমদু মতম খর গ্রহন তৌরম্লবা মতুংদা থোরকপগী মতৌগুমনি। মী অমনা খুদিংমক খনবা ঙম্বা নত্তে !"

ঐ মাগীদমক বাদবা ঙমদে। মহাক মাইথিবা খুদিংমকপু খমথেংনা তুক্কচবমই।

"নুংঙাইথোকউ," ঐ হায়রমই থেমজিল্লগা। "মথংদা হেন্না ফবা লাইবক লাকপা য়াই।"

মেগ্নিফিসিয়েন্টতা, ঐখোয় খুদক্তা মেনেজরগী মনাক্ত অমুক্তদা চঙশিল্লমই। গ্রেগোরি রোল্ফ হোটেলেগু য়ার্ডকী মীওই অমীগা লোয়নননা মফম অদুদা লৈরমই। মখোয়গী মায়েক্তা মমাই তাইফেং তাইবা কেরানি অমা ফমলমই।

ঐখোয়না চঙখিবা মতমদা রোল্ফনা ইঙ্গিৎ তৌরকলমই। "ঐখোয় কদাই ফাওবা লুবগে হায়বদো কুমদুনা থীরুবনি," মহাক্না হায়রমই। "অদুবু মসি থাজনিংঙাই ওইদে। মতৌ করম তৌদুনা শাগিল্লবা নুপা অদুনা অসিগুম্বা রাখল লৈরমলিবসি, ঐ থাজবা ঙমদে।" অচুম্বা মরম তাক্লবা মিনিট খরতমক মখা শংথবা দরকার ওই। মিষ্টর রোল্ফ হোটেলদগী মপান্দা থোকখিরমই পুং ১১.১৫ তাবদা। পুং ১১.৩০ তাবদা জেন্টলম্যেন অমা চঙশিল্লকই, মহাক রোল্ফকি শক্তম মাল্লবা, থৌনা ফুদোক্তুনা জেবেল কেসতু পীয়ু হায়দুনা তাল্লকলমই হোটেলগী সেল্ফ ডিপোজিৎতগী। মহাক নিয়ম চুম্না রিসিপ্ত সহি তৌরমই, মানা তৌরিবা থবক অদু কয়া থৌশাদনা উৎলদুনাঃ মীয়ামদগী খজিক্তং খেন্নবা মীওই ওইনা উরমই, অদুবু ঐ ঐখোয়না তোংলিবা টেক্সিদগী খুৎ লিংথোক্লবা হোৎনবদা ঐগী খুৎ শেকখিরমই।" ক্লার্কতুনা চম্না নোক্লগা বাহে খর পল্লক্লমই মদুদি মহাক খজিক্তং খেন্নবনি। রোল্ফ নোক্লগা হায়রমই—

"ফরে, ঐবু তাঞ্জাসিদা মীফত্ত অমনি হায়না লৌগনু অমা নত্রগা অমবু ওইরবসু। ঐ ইশামক চিনা নুপা অমদগী কিহ্নবগী চিঠি ফংখিবনি, অমসুং খাইদগী ফত্তবা রাফম্না ঐ ইশামক হাইরপ শাশিন্নবা মী মানহল্লে— মদুদি মিৎকা মরি লৈনবা করিসু লৈতবা রাফমনি।"

"ঐ মঙোন্দা য়েংলমই," কেরানিদুনা হায়রক্লমই ঐখোয়দা হায়খিবা মীশক্নুনা, "ঐ খুদক্কা উরমই মহাক করি খল্লিবগে হায়বদু। মমিৎশিং অদু নোংপোক্কি মী মান্না কাচিন্দা হুই থারমই। ঐহাক মসি মমাংদা খঙখিবা তৌদ্রি।"

"ফত্রবমক্তনি পুন্নমক, মী," গ্রেগোরি রোল্ফ ঙংলদুনা হাইরক্লমই, মাংলোমদা ঙাথরগা, "নখোয় মসি হৌজিক খঙদবরা ?"

নুপা অদুনা মঙোন্দা য়েংখৎলককলমই অমসুং হৌরকলমই—

"নত্তে, স্যার," মহাক্না হায়রমই। "ঐনা তৌবনি হায়বা ঐ হায়বা ঙমদে। অমসুং থাঙ্গেশেংবদি ওরিয়েন্টলশিং অসি থাপ্পগী মরম লৈতে মরমদি মখোয়গী চল্লবা ঙাংলৈনবা মিৎশিং অদুনা ঐখোয়গীদা য়েংলবা মতমদা।

স্কোটলেণ্ড য়ার্ডকী নুপাদু ঙংলদুনা হায়রক্লমই। "থৌনা লৈত্রবা পোৎ লৈবা নুপা। ঐখোয়না মিৎয়েংদগী খঙবা ঙম্লগসু, ষললাবা অদু মচি মতমচানা পাইহৌগদবনি, মহাক্না চিংনবগী খুৎলাই থাদোক্লবা। মহাক্না নখোয় হোটেলদগী মপান থোকখিবা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈবমগনি, স্যার, খুদোংচাবা লৌদুনা শাথিনা শোকহন্নবা নখোয় চখোকখিবা মীকুপ থিরমগনি।"

"জেরেল কেসকী মতাংদদি করি থোক্লবা ?"

"মসি হোটেল অদুগী থোঙ্গালদগী ফংখিবনি। পোৎ অমখক্তমক লৌথোকখিরমই— 'দি রেষ্টর্ন ষ্টার'।"

ঐখোয় অমগা অমগা য়েংনরমই— থোক্লিবা থবক খুদিংমক য়েংবদা খমথেংনা ঙকপা ফাওরবা, অসুক্কি মতিক শেংদ্রবা ওইরমই।

পোইরোৎ নান্না খংদুনা চোংখৎলমই। "ঐ দরকার ওইরকলমদে, ঐহাক কি," মহাক য়ানিংদনা হায়রমই। "মাদাম উন্নবা অয়াবা পীবীগদ্রা ?"

"ঐনা অসুম খল্লুবদা মহাক অরাবা থৌদোক্নুনা শোকহল্লমগনি," শুগাইনা হায়রমই রোল্ফনা।

"অদুগী তুংদা ঐ নহাক্কা লোয়ননা রাহৈ খরদং খন্নবা পামই, স্যার।"

"শোয়দবনি।"

মিনিট ৫ রোমগী মনুংদা পোইরোৎ অমুকহন্না চঙলমই।

"হৌজিক্তি, ঐগী মরূপ," মহাক হরাউনা হায়রমই। "পোষ্ট ওফিস অমদা ঐ টেলেগ্রাম অমা থাবা তারি।"

"কনাদনো ?"

"লোর্ড য়ার্ডলি।" মহাক মখাস্তানা থিজিনবগী থবক্তা পোখারদুনা মহাক্তি পাম্বোম ঐগীদা লোশিনল্লকলমই। "লাকও, লাকও, চান্নবা মরূপ। অসিগুম্ব অরাবগী মশক ওইয়বা শিনফম অসিগা মন্নি লৈননা নঙগী থম্মোয়দা লৈন্নিবা ঐ মশক খঙই। ঐ ইতোম্লতা নঙোন্দগী তোঙান তারব্বগী বা নত্তেদ্রা ! পুম্নমক য়ারে ঐ নহাক ঐগী মহুত্তা নহাক নশামক থোইদোক হেন্দোকপা মী অমা ওইজবা য়াই। মরূপ ! পুম্নমক য়ারবনি। ঐখোয় মদু কাউথোক্লসি অমসুং চাকলেন চারশি।"

পুং ৪ রোম তাবা মতমদা ঐখোয় পোইরোংকী কাদা চঙলমই। থোংনাউ মনাক্তগী মুর্তি অমা হৌগংলকলমই। মসি লোর্ড য়ার্ডলি ওইবমই। মহাক ব্রাখল লৈতারমদে অমসুং নীংবা কাইবমই।

"ঐ নঙগী তারদা থারকপা পাউ ফংলমই অমসুং খুদক্তা লাকলমই। অসিদা য়েংউ, ঐ হোফবর্গতা থিজিল্লুবনি, অমসুং মখোয় করিগুম্বা অমত্তা ঙরাংগী অহিংগী নুপাদুগী মবমদা খঙবা তৌদে, নত্রগা তাবদা পাউ থাবকপসু। নহাক মদু খনদ্রা—"

পোইরোং মখুৎ থাঙ্গৎলমই।

"ঐবু ঙাকশীনবা হায়জরি। তাবদা পাউ থাবদু ঐনি অমসুং অরাইবনি খন্নরিবা জেন্টলম্যেনদু।"

"নহাক, অদুবু কবিগী ? করি ?" নোবলম্যেনদুনা থৌনা য়াওদনা হায়রকলমই।

"ঐগী পীকস্ত্রবা ব্রাখলদি পোং খুদিংমক মকোক্তগী হৌবনা ওইরমই," পোইরোং শুগাইনা থাজবগা লোয়ননা মত পীরমই।

"পোং খুদিংমক মকোক্তা পুরকউ ! হেঃ ঐগী ঈশ্বর !" লোর্ড য়ার্ডলিনা হায়রকলমই।

"অমসুং লৌনমদু মাইপাক্লমই," পোইরোং হবাউনা হায়রমই। "মবম অদুনা, ইকাইখুম্নজরবা, ঐ পূক্লিং য়াম্না পেঙ্গরমই নঙোন্দা হঙ্জিল্লকপগীদমক— মসি ! ভ্রামাদা উংকদবা শাজংকী পাংথক কুম মহাক লংলবা পোং অমা পুথোবকলমই। মসি চাউববা ডাইমণ্ড অমা ওইরমই।

"দি ষ্টার ওফ দি ইষ্ট," লোর্ড য়ার্ডলি স্বর ফুনগৎনা হাইরমই। "অদুবু ঐ ভাব তাবা ঙমদে—"

"নত্তবরা ? পোইরোংনা হায়রমই।" করিসু নত্তেদা ঐবু থাজৌ, ডাইমণ্ড অসি নহাক্তি খুত্তা থমবীয়ু, ঐনা হান্ননা হায়জখিবদুনি। নঙোন্দগী অয়াবা লৌজরগা ঐ পীকস্ত্রবা অবোনবা অমত্তং থমজগে। থাবিখো, ঐ নঙোন্দা নিজরি লেডি য়ার্ডিবু খমশেংনা ইকাইখুম্নবা উংচবগী অরেল্লা ব্রাফম লৌজে, অমসুং মাঙোন্দা পাউদস্ত্রীযু ঐনা মহাক্তি জেব্রেল অদু মঙোন্দা হঙ্জিল্লকপা ঙম্বদা কয়াগী মতিক নুংঙাইবা ফাওজে। কয়াদা শামজনা খনজবা, ওইদবরা ?

খুরুমজরি, মিলোর্ড।"

মোমোন নোক্রদুনা অমসুং ৱাগ্নী শান্নরদুনা অশীকাপ মী মচা অদুনা অঙকপগী গুণ চেনবগা লোইননা শুকথরবা নোবল য়েন অদুবু খোঙ কাওবা থিদোৱক্রমই। মখুৎ নোইরদুনা মহাক তপ্না হঞ্জিল্লকলমই।

"পোইরোৎ," ঐ হায়রমই। "ঐসিবু য়াম্না তোল্লবা অাংলা ?"

"নত্তে, মরূপ, অদুবু নহাক ওই, মতম লৈবখিবিক্তা, পুক্লিংদা লৈচিন থাংবা।"

"মতৌকরম তৌদুনা নহাক্না ডাইমণ্ড অদু কংলকখিবনো ?"

"মিষ্টর রোল্ফতগী।"

"রোল্ফ ?"

"অঙকপনি ! কিহনবা চিঠিশিং, চিনায়েন য়াওখিবা ৱারেম ঙাংবগী কলম, পুম্নমক মপুং মরৈ ফাদ্রবা মিষ্টর রোল্ফকী কোক্তগী হৌরকপনি। ডাইমণ্ড অনী অদুসু, খন্দুনা য়েংউ য়েংবদা মায়াগী শক্তিনা তৌবগুম মান্নবা উহনবা, বাহ ! মখোয় লৈবা নত্তে। ডাইমণ্ড অমখক্তং লৈরমই, ঐগী মরূপ ! হৌরকফমদি য়ার্ডলি কল্লেক্সনগী মনুং চল্লমই, চহি অহুমদি মসি মিষ্টর রোল্ফকী খুত্তা লৈরকলি। মহাক্না মসি ওসি অয়ুক্তা হুরানবনি মাইদা মচু-মরাং তৈশিল্লগা তৌরিবা মীওই কয়ানা মীৎকী চিদাইদা তাৎ তৌবগী মতেংগা লোয়ননা ! ঈশঃ ঐ মহাকপু ফিল্মদা শোইদনা য়েংগনি, মহাক থাঞ্জেশেংবমক আর্টিস অমনি, শাশিন্নবা !"

"করিগীনো মহাক্না মশাগী ডাইমণ্ড হুরানজরিবা ?" ঐ হংলমই, ওক্রদুনা।

"অচুম্বা মরম কয়াগীদমক। অহৌবা ওইনা, লেডি য়ার্ডলি পোত্থাফম খঙদবা ওইরমই।"

"লেডি য়ার্ডলি ?"

"মহাক চিংনবা পোক্তবরা মহাক কার্লিফোর্নিয়াদা মতোমদা হুন্দোক্নুনা থনমই। মহাক্তি মপুরোইবা অদুনা অতোপ্পা মফম অমদা মশামক নুংঙাইথোক্রমই। মিষ্টর রোল্ফ মশক মতৌ ফজরমই। মহাক মশামক মতমদুদা নুংশি-নুংওনগী হৱাদা তাউরমই। অদুবু মহাক্না পামজবা, মহাক্না হিরম অসিদা কারবারগুম্বা থনবা, অঙকপা মীওইনি ! মহাক লেডি য়ার্ডলিগা নুংশিনরমই, অদুগী মতুংদা মহাক্না লেডি য়ার্ডলিবু লাম্না লমজিংলমই। ঐ অতোপ্পা অহিং অমদা অচুম্বা মরমদু মশামক্তা হায়দোকখিবা নত্তবরা ? অমসুং মহাক মশামক মদু য়াজখিবনি। মহাক ৱাপকলমই মদুদি মহাক মশাবু চেকশিঞ্জবা ৱাংপদগী থোকখিবা থৌদোক্তি, ঐ মাবু থাজে। অদুবু, চিংননিঙাই ওইদনা, রোল্ফ কী খুত্তা নুপী অদুগী চিঠি লৈরমই মদুনা চয়েৎনবা মওংদা তোঙানবা অর্থ লৌবা য়াবা। খাইনরগনি কিবদগী অমসুং মহাক মচাশিংদগী তোঙান তানা লৈবগী ফিভমদা লাকপনা মহাক নুপা অদুনা হায়রিবা মখে য়ারমই। মহাক্তি লম্নাই পৈশাগু লৈরমদে অমসুং মঙোন্দা ৱাখল অদু নমদুনা য়াবগী ফিভমদা লাকলমই। মহাক্না অশেংবা নুংদুবু শাশিন্নবা য়েংবদা মতৌ মানবা অমনা মহুৎ শিনজিল্লমই। মান্নবা থৌদোক্তা 'দি ৱেষ্টর্ন ষ্টার' উথিবগী

তারিখতু ঐগী বাখলদা থুনা ফাওরক্রমই। পুন্নমক্তা অফবা ওইরে। লেডি য়ার্ডলি পোত্থাদুনা লৈনবা থৌরাং তৌরমই। হৌজিক্তি ডাইমণ্ড অদু তশেংনমক য়োনগদৌরিবরা হায়বগী মতাংদা অকিবা অমা পোকলমই। মহৎশিঞ্জিনবগী বাফম পুথোরকলগনি। চিংননিংঙাই ওইদনা মহাক্না হন্দক্তা ইংলেণ্ডদা থুংলরিবা গ্রেগোরি রোল্ফতা মথোং মরম খঙদনা চিঠি ইররগনি। মহাক্না মহাকপু থেমজিনগনি পুন্নমক বাশক্রগা থৌরাং তৌরে হায়দুনা— থৌরাং তৌরগনি অনীরক লুট তৌনবগী। অসুম তৌদুনা মহাক্না মহাক্কি লেডি অদুবু তপথহল্লগনি, মহাক অদুনা য়াম্না ভাবতাবা মওংদা মহাক্কি নুপাদা লোইনমক হায়ররগনি, থৌদোক মখল অমা— ঐখোয়গী ব্রেক মেলরনা তৌরিবদুগা চান্নদবা হিরম খুদিংমক্তা, মহাক মহাক্কি খুত্তা ইন্সুরেন্সকী শেল ওইনা পাউণ্ড ৫০,০০০ লৈরমগনি, অমসুং মঙোন্দা হৌজিক ফাওবদা ডাইমণ্ড অদু লৈরমখিগনি। পুন্নমকসিনা মরম ওইদুনা ঐনা ঐগী খুদোম্বী অইংবা শাথোংবদা থিল্লি। ডাইমণ্ড এক্সপার্ট থুংলরে হায়দুনা লাউথোরক্রমই। লেডি য়ার্ডলি, মহাক শোয়দনা করিগুম্বা খর তৌরগনি হায়বসি ঐগী পুক্লিংদা ফাওরমই, মহাক খুদক্তা লুট তৌবগী থৌরাং লাংই— মসিবু য়াম্না ফবা ফল ওইগদৌরিব্রা! অদুবু হারকুল পোইরোৎ, মহাক অচুম্বা নত্তনা কবিগুম্বা অমত্তা উরমদে। থঙ্গেশেংনমক করি থোক্লগবা? নুপী অদুনা মৈ মুখ্থংলি, থোংজাউ থিল্লমই, লিকমবি অদু লমজংদা লংথোরক্রমই, অমসুং লাউরমই। মহাক হান্নদা দলালগী মথক্তা কাখৎলগা লিকমরি অদুদগী ডাইমণ্ড অদু খুৎলাইগী মতেংগা লোইননা লৌথোকখিরমই।"

"অদুবু, লিকমরি অদু মহাক্কি ওকশমগী অকোইবদা লৈবা উরমই!" ঐ য়ানিংদবা উৎলদুনা হায়রমই।

"ঐবু ঙাকপিনবা হায়জরি, ঐগী মরূপ। মহাক্কি খুৎনা জেবেল অদু লৌথোকখিবা অহাংবা মফমদু লোৎশিল্লমই অতোপ্লগী মিংনা উগদবদগী। মুগা লং মচেৎ অমা থোঙজিন্দা য়াম্দুনা লৈরম্বদুসু অঙাংগী তাৎনি! বারী মখা তারকপা ওইনা, রোল্ফনা লুট তৌখিবা অদুগী মরমদা পারুবা মতমদা, মহাক্না শীল-লাংলমই মহাক্কি নুংঙাইরবা লিপ্তা মচা অমা অমসুং য়াম্না ফজবা মহাক মদু শান্নরমই।"

"নহাক্না মঙোন্দা করি হায়খিরমই?" ঐ মঙোন্দা হংলমই খঙনীংবা থৌরাংবা পোক্লদুনা।

"ঐ মঙোন্দা হায়রমই মদুদি লেডি য়ার্ডলিনা মহাক্কি মপুরোইবদা তমলমই লোয়না, মদুদি ঐঙোন্দা শক্তি পুম্বা নুং অদু হঞ্জিন্নবা হোৎনবদা শিন্নবমই, করিগুম্বা অদুনা খুদক্তা খুৎশিন্নবা ঙমল্লবা আইনগী লৌখৎফম থোকপা থবক পায়কৎকনি লোইননা করিগুম্বা থৌদোক মচা খরদা মিনমলকপা ঐঙোন্দা থোকখিরমই। মহাক অদু ঐগী খুত্তদি শাগৎলবা খোইরু ওনখিরমই।"

ঐ মতমচংনা শাংনা বাখল খল্লমই।

"মসিনা তাক্লিবদি মেরী মার্ভেলনা খজিত্তং ফজবা বাংপা। মহাক্কি ডাইমণ্ড মাণ্ডলে

মশানা তৌরুবা মরাল নত্তনা।"

"বাহ্ !" হাইরমই পোইরোৎ শাহিংচাবগী মওংদা। "মহাক্কি ফজরবা এডভরটাইজমেন্ট অমা লৈরমই। মদুদা মহাক কন্না চেকশিঞ্জরমই, মদু খঙ্গদ্দা ! হৌজিক অতোপ্পদুগা মহাক্কা খেন্নে। নুপীগী শাগৎ অঙকপনি।"

"হোয়," ঐ হায়রমই চিংননা, পোইরোৎনা উবিবা নুপী ওইবগী শাজৎকী মতাংদা খব লুনা লৌরগা শরুক য়ামিন্নরমই। "ঐ খল্লি মসি রোল্ফ ওইগনি মঙোন্দা ভুপ্লিকেৎ চিঠি থাজিনবা।" "নুংশিরবা মরূপ," পোইরোৎ মশা নান্না হায়রমই। "মহাক তারমই মদুদি মেবী মার্ভেল, মহাক্কা মহাকপু খঙবদি য়েক্লবা অমা ওইননি, মফম অসিদা লৈরমই, অমসুং মহাক থম্মোয় ওনখিরমই, তৌশিন্নবা মতৌগা লোয়নননা চোংশিল্লদুনা নহাক, ঐগী মরূপনি, মহাক্কা ওকলমই। ব্রাহং খবদংগী ওইনা মখা শমথবকই নহাক্কা চিঠি অদুগা মবি লৈননা হংবদা ঐঙোন্দা উৎনবা, নৎত্রা মহাক নহাক ! নহাক্কি ব্রাহৈশিংদু তাবদা মহাক্কা চোংখৎলগা খুদোংচাবা লৌবনি।"

"ঐ মদু থাজবা ঙমদে," ঐ হায়রমই, চৈনা ফংলদুনা।

"ইকাইনিংঙাইনি, হে মরূপ, মসি য়াম্না মীনুংশি পোক্লিংঙাইনি মদুদি নহাক সাইকোলোজী নৈনদে। মহাক্কা নঙোন্দা হায়খিবা নত্রা চিঠি মাঙহনবা তৌরোই মহাক মদুগী অরুবা ফিভমদগী নাম্থোকপা ঙমগদবা ওইরবদি ! নত্তুবা ফাত্তবদা মসি চেকশিন্না তৌবা তাবনি।"

"হৌজিক্তি লোয়না করে," ঐ হায়বমই, ঐগী অশাওবা হেনগৎলদুনা, "অদুবু নহাক্কা ঐবু মপুং ফানা পঙবা মী অমা ওইনা শেম্বিরে ! হৌবদগী লোইবা ফাওবা ! নত্তে, মসি হেন্না ফবা ওইবগনি মতুংদা শন্দোক্লা হায়বা অমসুং হোৎনবা। থাঙ্গৈশেংনমক অককনবা পনখে লৈ !"

"অদুবু নহাক্তি অসুক্কি মতিক নুংঙাইবা ফাওরি নতোম্নতা, হেঃ মরূপ ঐঙোন্দা থম্মোয় পান্দে নঙগী ময়াগুন্নবা শক্তিবু থুগাইবা ঙম্নবা।"

"অফবা নত্তেনে। নহাক মতম অসিদা হেঙিন্না ব্রাখল খঙিল্লুরে।" "হেঃ মরূপ; অদুবু নহাক কবিসু লৈতবা মরমগীদমক্তা নশানা নশাবু শাউহঞ্জরিবা, থম্মোয়গী মরূপ !"

"ঐ হৈনদে !" থোঙ গম থিংজিল্লম্লগা মপান্দা থোক্লমই। পোইরোৎ ঐগী ইতৌ উরগা নোক্লিংবা পোক্লমই। ঐ পুক্লিংদা লেপলমই ফজরবা পারা অমা ভম্বিরগে হায়না। ঐনা মহাকপু মরাল ঙাকপিদ্রিঙৈগী মমাংদা মতম খর হৌখিবা তারমই। মহাক ইশামকপু মপুংফানা পঙবরোমদা পুক্লিং থৌগৎপিরমই। □

# গ্রাণ্ড মেট্রোপোলিটান্দগী মণি মুক্তা লুট তৌখিবগী ব্রাথোক

"পোইরোৎ," ঐনা হায়রমই, "নঙনা খল্লিবা ব্রাখলদু হোংদোকপনা নঙোন্দা ফগনি।"

"নহাক অদুগুম্না খনব্রা, চান্নরবা মরূপ ?"

"ঐ মদু শোয়দ্রে হায়নিংই।"

"অদুরা ?" হায়রমই ঐগী মরূপনা, নোক্লদুনা। "লোইনমক থৌরাং তৌরে, অদুগী মতংদা ?"

"নহাক লাক্কনি ?"

"মফম কদাইদনো নহাক্না ঐবু পুনলবা হায়রিববু ?"

"ব্রাইতোন। অচুম্বা মরম লৈবনা, ঐগী মরূপ অমখক্লা সহরদা লৈবা ঐঙোন্দা ফরবা পোৎ অমখক শিন্নরমই, অমসুং ফরে, ঐ হৌজিক খরচ য়াম্না চাউনা তৌবা তারি, মীনা হায়নবগুম্না। ঐ খল্লি হাপ্তা অমা চুপ্পা গ্রাণ্ড মেট্রোপোলিতান্দা লৈদুনা ঐখোয় তৌবা ঙমগনি পৃথিবীগী অফবা খুদিংমক।"

"থাগৎচরি নহাকপু, ঐ খ্বাইদগী হরাউনা য়াজরে। নহাক্কি অফবা থম্মোয় লৈ অদুনা অহল ওইরবা নুপা অমগী খন্নবা। অমসুং অফবা থম্মোয়, অসিনা অবোইবদদি অপীকপা মী মচা অদুনা মতিক চারে লৌজগনি। হোয়, হোয়, নঙোন্দা ব্রা ঙাংলিবা ঐসু মদু কাওথোকপগী খুদোংথিবা হেক হেক করিগুম্বা মতমদা থেংনৈ।"

ঐ থোইদোকপা মহাও খঙলুবা তৌদে ক্রাইমগী থবক্তা চেন্নবগী। ঐ ব্রাখল খল্লি পোইরোৎ করিগুম্বা মতমদা ঐগী পূক্লিংগী শক্তিনা তৌবা ঙম্বগী মতাংদা ঐবু হন্থনা য়েংবরোমদা হায়রপ মহাক চেপথবগুম উরমই। অদুবু মঙোন্দা নুংঙাইবা ফাওজরমই হায়বগী প্রমান ফংলমই ঐনা হায়রপ শাওনা লৈথোক্লুনা লৈবা মতমদা। "অদুগী তুংদা, পূক্লমক চুমই," ঐ হায়রমই থুনা।

থাংজ নুমিৎকি নুমিদাংবাইরমদা ঐখোই উরমই ঐখোয় য়াওনা গ্রাণ্ড মেট্রোপোলিতানদা হরাওরবা মীয়ামগী মরক্তা চাক চাবা। পৃথিবীগী মী অমসুং মখোয়গী নুপী ব্রাইতোন্দা লৈবগুম উরমই। ফজরবা ফিজোল কয়ানা লৈতেংলবা, অমসুং মণি-মুক্তাশিং অদুনা মতম খরগী ওইনা শেংপা শিবা তৌরম্বনি নুংশিনা উংনিংবগীদমক্তা ফবা অমসুং ফত্তবা মগুণদি লাইরদুনা ওইরমই করিগুম্বা খর কা হেন্না ফজবা।

"ইসঃ অঙকপা মখলগী দৃশনি মসি।" শোল্লাংননা হায়রমই পোইরোংনা "মসিদি শেন্দোং তানবা কাঙবুগী যুমনি, ওইদবরা অসুম্না, হেস্টিংস ?"

"ওইরে হায়না খল্লো," ঐ পাউখুম পীরমই। "অদুবু ঐখোয় অসুম্না খনগনি মদুদি মখোই খুদিংমক শেন্দোংখজংগী খল্লগা তৌবা নত্তে।"

পোইরোংনা মহাক্কি অকোইবদা নৈদুনা য়েংলমই। "অসিগুম্বা মখল-মখা কয়াগী জেবেলশিং অসি উরুরগা ঐঙোন্দা খ্রাখল অমা পোকহল্লমই ঐগী কোকশিবু ঐ হৌজিক ক্রাইমলোমদা লৈশিল্লসিরা থিননবা তৌবগী মহুত্তা। হৈশিংলবা হুরানবা অমদা অঙকপা মখলগী লাইবক ফবা অমা ওইগদৌরিবনি। নৈনদুনা য়েংউ, হেস্টিংস, আ যূম্বী মনাক্তা ফমলিবী মশা নোয়বী নুপী অসি। মহাক ওই, নহাক্না হায়নিংগনি মণি-মুক্তানা মশাপুম্না থোমজিল্লে।"

ঐ মহাক্কি মিংকি মতুং ইল্লমই।

"করিগীদমক," ঐ হায়রমই, "মসি মিষ্ট্রেস ওপালসেননি।"

"নহাক মহাকপু খঙই ?"

"হাইফেত্তং। মহাক্কি মপুরোইবদু ইনাক-কৈরাক খুল্লবা পোংয়াম পৈশিন্দুনা থম্বা মীওইনি, মহাক হন্দকমরক থোকখিবা থাউগী মমল খঙহৌদনা হেক্কংলকপদা য়াম্না চাউনা লাইবক ফহৌবা নুপানি।

চাকলেনচারবা মতুংদা ওপালসেনগী ব্রাইতিংরুমলোমদা চঙশিল্লমই, অমসুং ঐ পোইরোংপু মখোয়দা শক তাক্লমই। ঐখোয় মিনিট খরগী ওইনা ব্রারী শান্নরমই মদুবু পুল্লগ্না কোক্কি থকমিন্নরগা লোইশিল্লমই।

নুপী অদুগী থবাক্তা ঙাক্লিবা হেন্না মমল তাঙবা নুংগী মরমদা থাগৎ ব্রাহে পীরমই পোইরোংনা, অমসুং মহাক হেন্না নুংঙাইরকপা অমসুং মখোই ক্যারকপা খুদক্তা ওইরকলমই।

"মসি ঐগী মপুং ফানা হৈনজরবা পামজবনি, মিষ্টর পোইরোং। ঐ থাক্সেশেংনমক মণি-মুক্তাবু নুংশিজে। অখঙ-অহৈশিংনা ঐগী অশোনবা খঙগনি, অমসুং মতম খুদিংমক্তা অফবদা ওইগল্লি মহাক্না ঐঙোন্দা অনৌবা পোৎ খর পুরকলমই। নহাক মমল তাংবা নুংদা পুক্নিং লুপই ?"

"ঐগী ফরবা মীকুপ লৈরমই নুংশিং অদুগা ওক্লবা মতম অমা নত্রগা অমদা, মাদাম। ঐগী শিনফম্না অফাউবা নুংশিং অসিগা উন্নবগী তাঞ্জা হেক-হেক পুরকলমই।"

মহাক মখা তানা ব্রারী শিরমই, লোইননা অচুম্বা বীচার অমসুং মীশিংগী মমিং তশেং-তশেংবা ওইদ্রগসু, ব্রারীশিং ইতিহাসকী ওইবা নুংশিংগী মরমদা কনাগুম্বা মপু ওইরম্বা ইমুং অমগী, অমসুং মিষ্ট্রেস ওপালসেন স্বর থিজংনা তারমই।

"হৌজিক লৈরে," মহাক্না লাউথোরকলমই, পোইরোংকী ব্রারী হেক লোয়বগা, "করিগুম্বা

মসিনা লিলাগুম্বা মওং ওইদ্রবদি! নহাক খঙগনি, ঐ ইশাগী মণি-মুক্তা খর লৈ মদুদা ইতিহাসকা শাগোন্নবা অমসুং মখোয়গা মরি লৈনন। ঐনা থাজে মদুদি ঐগী খুত্তা লৈরিবা লিকমরি অসি পৃথিবীদা লৈরিবা ফজরবা লিকমরিশিংগী মনুংদা অমনি মুক্তাশিং অদুনা মফম চানা চানা অমসুং মপুং ফাবা মচুগা লোইননা লৈতেংলিবা। ঐনা লাওথোক্লি ঐ শোয়দনা চেনখৎলুগনি অমসুং লৌরুগনি!"

হেঃ, মাদাম," পোইরোৎনা য়ানিংদবা উৎলদুনা হায়রমই, "নহাক হেন্দোক্লা থম্মোয় তিংমল্লেকো। খুরুমজরি নহাক নশা মফম-মরাং খঙদবা তৌবিগনু!"

"ওঃ, অদুবু ঐ মসি নঙোন্দা উৎপা পামজে।"

মখোই কারবী নুপী লিফ্ট তানা তনাল্লা চংখ্রগা মতিক চানা হোৎনরমই। মহাক্কি মপুরোইবা, ঐঙোন্দা ব্লারী শাদুনা লৈরম্বা অদুনা পোইরোৎতা ব্লাহং হংবা ওইনা য়েংখৎলকলমই।

"মাদাম নহাক্কি নুপী অসি অসুক্কি মতিক পুকচেল তিংমল্লে মরমদি ঐঙোন্দা মহাক্কি মুক্তাগী লিকমরি কয়া য়েংহন্নবা তকশিল্লমই," শন্দোক্লা হায়রমই অকোনবগী নুপা অদুনা।

"ওঃ, মণি-মুক্তাশিংদুরা!" ওপালসেন নোক্লমই য়াম্না পেনবা মওংদা। "ফরে, মখোয় য়েংবা মতিকচাবনি। মমলনা ফজরবা পেনি কয়া পীজরবসু! হৌজিকফাওবা পৈশা অদু মফম অসিদা কাইদনা; ঐনা মখোয় লৈরুবদা তিংখিবা পৈশা অদু ফংনিংবা মতমদা হেক্তা ফংবা ঙমগনি হেন্দোক্লা ওইবা য়াই। অমুক্কসু হেন্না লৈশিনবা য়ারি হৌজিক লৈরিবা মওংসি হোংদ্রবদি। হৌজিক্তি পৈশা অসি অঙকপা ফংনা চিল্লমই সহরগী মনুংদদি। পুন্নমক অসি নরক্কি মশক ওইরবা E.P.D.।" মহাক মখা চত্থরমই, তেক্লিকেলগী ওইবা তার্ম কয়া পুথোক্নুনা মদু ঐ ভাব তাবা ঙমলমদে।

মহাক্লা ঙাংলিবদু মরকথৎনা হোটেল বোয় অমা মাগী মনাক্তা চংশিল্লমই অমসুং মহাক্কি মনাকোংদা চিরোল ওইবা করিগুম্বা ব্লাহৈ খর হায়রমই।

"এঃ, করিনো? ঐ খুদক্তা লাক্লগে। নাবদি নত্তেকো, মহাক ওইব্রা?

"ঐবু ঙাকপিগনি, জেন্টলম্যেন।"

মহাক খুদক্তা ঐখোয়বু থাদোক্লমই। পোইরোৎ মনমগন্না ঙাথরদুনা অমা চুখৎলমই মহাক্কি পীকপ্রবা রাশিয়ান চুরুটশিং মনুংদগী। অদুগী মতুংদা মহাক চেকশিন্না অমসুং মথং-মনাও নাইনা, মহাক্লা অহাংবা কোফি কপশিং অদু শিজিল্লমই য়াম্না তনাল্লবা পরেং শেমদুনা, অমসুং মদুগী ফলদু নুংঙাইনা য়েংজরমই।

মিনিট কয়ামরুম হৌখিরমই। ওপালসেন হল্লকলমদে। "অঙকপনি," ঐনা শোল্লমই, শুম য়েংলুবদা। "ঐ ঙকই মখোই করম্বা মতমদা হল্লক্কদগে হায়বা।"

পোইরোৎ মহাক্কি চিন্দগী কাখৎলক্লিবা মৈখুগী পরেং য়েংলমই, অমসুং অদুগী মতুংদা ব্লাখল খল্লদুনা হাইরক্লমই—

"মখোয় হল্লক্রোই।"

"করিগীদমক ?"

"মরমদি ঐগী মরূপ, করিগুম্বা য়াথোক খর লৈরে।"

"করম্বা মখলগী পোৎশক্লো ? নহাক মতৌ করম তৌদুনা খঙবগে ?"

ঐ হংলি খঙনীংবগা লোইননা।

পোইরোৎ মোমোন নোক্লমই।

মীকুপ খরগী মমাংদা মেনেজর তহা-তহানা লাক্লমই মহাক্কি ওফিসতগী অমসুং মথক্তা কাখৎখিরমই। মহাক য়াম্না য়ারমই। লিফট শেন্নরিবা মীশক্তুগা হোটেল বোয় অমগা য়াম্না কুপথনা য়ারী শান্নরমই। লিফটকি কংশি অহুমলক য়ৈরমই, অদুবু মহাক তাবা ঙমলমদে। অহুমশুবা ওইনা য়াইটর ফাওবা মথৌ তৌগনি কাউরে; অমসুং মথৌ তৌবা কাওহল্লে— পোইরোৎ মকোক হাইরমই অরোয়বা থাক য়ৌনা। "থৌদোক অসি অহানবা ওইগনি থাঙ্গেশেংনমক অহানবা অমসুং শ্বাইদগী চাউবা থৌওং। ইশঃ, ঐনা খল্লম্বগা চান্নরে ! মফম অসিদা পুলিস লাক্লে।"

নুপা অনী খুদক্তা হোটেলদা চঙশিল্লক্লমই— অমা ইউনিফোর্ম অমসুং অমদুনা ফিজম শেৎপা মীওই। মখোয় হোটেল বোয় অমদা য়া ঙাংলমই, অমসুং খুদক্তা মথক্তা কাখৎখিরমই। মিনিট খরগী তুংদা হান্নগী বোয়দুমক কুমথরক্লমই অমসুং ঐখোয়না ফমলিবা কাদা লাকলমই। "মিষ্টর ওপালসেনগী অপাম্বা মত, নহাক চানবিদুনা মথক্কি মখোলদা কাবিরকউ ?"

পোইরোৎ মঙলানগী মতৌগুম মখোঙ চোংখৎলমই। কনাগুম্বা অমনা অসুম্না হেক্তা হায়গনি মদুদি মহাক কৌরবা ঙাইরিবনি। ঐসু ইল্লমই হৈনিংদবা পোকপা তৌদনা।

ওপালসেনশিংগী লৈফম অহানবা মখোলদা ওইরমই। খোঙ থিল্লবা মতুং, হোটেলবোয় পোথারমই, ঐখোয় কৌরক্লিবা অদুগী পাউখুম পীরমই, "চঙলাকই !" অঙকপা মতৌ অমা ঐখোয়গী মিত্তা উরমই। কা অদু মিষ্ট্রেস ওপালসেনগী তুম্ফম কা ওইরমই, মদুগী ময়ায়মক্তদা, তুং ওইরপ্পা পাম্বোম পানবা চৌকি অমা লৈরমই, মদুদা নুপীদু লৈরমই মশামক, শাথিনা কপ্লদুনা। মহাক তোপ তোপ্পা মখলগী আনোক অমা উপলমই, চেম্বুরকপা পিনা মহাক্কি কুচুগা চাননবা থারিবা পাউদর অদুদা পরেং পরেং লাংলমই। মিষ্টর ওপালসেন শাউরদুনা হঙ্গৎহন্দা চৎলমই। পুলিস ওফিসিয়েল অনী অদু কা অদুগী ময়ায়দা লেপলমই, অমনা মখুত্তা নোটবুক অমা পায়রদুনা। হোটেলগী রুম মাইড (কা পান্নবী মীনাইনুপী) অমা, য়েংবদা শিরগল্লা হাইদুনা কিবা ফাওরবা, মৈনাক্তা লেপ্পুনা লৈরমই; কা অদুগী অতোপ্পা নাকল অমদা ফ্রেন্চ নুপী অমা, য়েংলুবদা মিষ্ট্রেস ওপালসেনগী মীনাইনুগী ওইগনি, কপ্পুনা অমসুং মখুৎ য়াল্লদুনা লৈরমই, মহাক্কি মবেম্মনা থেংনরিবা মতৌদা খমথেংনা অৱাবা মতৌ উৎলদুনা।

অসিগুম্বা চরাংনরবা মরক্তা পোইরোৎ নাম্না অমসুং মোমোন নোক্লগা খোঙ থাংজিলমই।

খঙহৌদনা; খঙহৌদনা শক্তি অমা মিষ্টর ওপালসেনগী হকচাংদগী মুদোরকপা অঙকপা মতৌগা লোয়নননা, মহাক মহাক্কি চৌকিদগী পোইরোৎলোমদা চংশিল্লমই। "মফম অদুদা হৌজিক; মীনা হায়নিংবা হাইজসনু, মহাক্কা পাম্না মওংদা, অদুবু ঐদি লাইবক্তা থাজে, ঐ তৌই। ঐ নহাকপু উন্নগদবনি হায়বসি লাইবক্কা তম্বা ওইরমই ঙসিগী নুংমিদাংবাইরমগী ওইরিবা ফিভম অসিগা মরি লৈননা, অমসুং ঐগী পুক্লিংদা ফাওরকপা মাখলদি নহাক্কা ঐগীদমক্তা মণি-মুক্তাশিং অদু হল্লকপা ঙমদ্রবা কনামত্তনা ঙমলরোই।"

"নহাক তপথবীয়ু, ঐ নঙোন্দা খুরুমজরি, মাদাম।" পোইরোৎনা মহাক্কি খুত্তা ঈংনা তপ্না পোপ-পোপ থাবিরমই। "নহাক শোইদ্রে হায়না খল্লো। পুন্নমক ফরগনি। হার্কুল পোইরোৎনা নহাকপু তেংবাং পীগনি।"

মিষ্টর ওপালসেন লৈশিল্লমই পুলিস ইন্সপেক্তর অদুনা। "ঐনা অসিগুম্বা জেন্টলম্যেন অমা কৌরুরিবসি থোইদোক্কা য়েৎনিংঙাই ওইদবরা, ঐ খল্লি ?"

"করি অমত্তা ওইদে, স্যার, নুপা অদুনা চুম্না সমাজগী মীঅমা ওইনা খুমলমই, অদুবু করিগুম্বা খেন্নবা লৈরোই।" ওইথোকপা য়াবা মরম অমনা নহাক্কি লেডিগী ফিভম খর ফংৎলবদি ঐখোয় অচুম্বা মরম থিরসি ?"

মিস্ট্রেস ওপালসেন নীংবকায়বগা লোইননা পোইরোৎতা য়েংলমই। মহাক্কা মহাকপু মশাগী চৌকিদা হঞ্জিন্না ফমহল্লমই।

"ফমবিয়ুকো, মাদাম, অমসুং ঐখোয়দা অমুক্তা ৱারী লীবিরকউ মপুং ফাবা ইতিহাসতো করিগুম্বা অৱাবা অমত্তা খল্লুদনা।"

অসুম্না থোকখিবনি, মিস্ট্রেস ওপালসেন মমিত্তগী পি কংহল্লমই শক্তি য়াওনা অমসুং হৌরক্লমই।

"ঐ চাক চাবা লোইরবা মতুংদা দলাল মথক্তা কাখৎলমই ঐগী মুক্তাগী লিকমরি লৌরুনবা মরমদি পোইরোৎনা মফমসিদা মদু য়েংগদৌরি। চেম্বর মাইড অমসুং সেলেষ্টীন মখোই অনীমক মহৌশাগী মত্তৌগুম কা মনুংদা লৈরমই—"

"ঐবু ঙাকপীগনি, মাদাম, অদুবু নহাক্কা করি অর্থ লৌবিবগে 'মহৌশাগুম' হায়বা ৱাহৈসিদা ?"

মিষ্টর ওপালসেন শুগাইনা হায়রমই—

"ঐনা নিয়ম ওইনা শেমই মদুদি কনাগুম্বা অমত্তনা কা অসিগী মনুংদা লাকপা য়ারোই মফম অদুদা সেলেষ্টাইন লৈত্রবদি, চেম্বর-মাইডনা অয়ুক্তা মাগী মথৌ মতমনি অমরোমদনা সেলেষ্টাইননা হৌজিক মাগী মতমনি অমসুং চাকলেন চারবা মতুংদা ফমুং শেমজিন-শাজিন্নবা লাকনি ফিভম অদুগী মখাদা, অদুনত্তনা মহাক কা মনুংদা কৈদৌনুংদসু চঙলকলোই।"

"ফরে, ঐনা হায়রিবসিনি," মখা তারকলমই মিস্ট্রেস ওপালসেন, "ঐ মথক্তা লাক্লমই।

ঐ দ্রাব্বার মনাক্তা চঙলমই—" মহাক্লা তাক্লমই য়েংথংবা নাকন্দা লৈরিবা দ্রাব্বারগী খুকউমুক ব্বাংথা মফমদা লৈরিবা মখুল— "ঐগী জেব্বেল কেস লৌথোকলমই অমসুং শো হাংদোক্লমই। মসি মহৌশাগী মতৌ অদুম মাল্লমই— অদুবু মুক্তাশিং অদু মফম অদুদা লৈরমদ্রে!"

ইন্সপেক্তর অদু নোটবুক শুবদা মথৌ চিল্লমই। "করম্বা মতমদা নহাক ইকোন-কোন্না মখোয়বু উথিবগে?" মহাক্লা হংলমই।

"ঐনা চাকলেন চাবা কুম্বা চংপা মতমদা মফম অদুদা মখোয় লৈহৌই।"

"নঙনা হায়রিবদু শোয়দ্রে?"

"শুকশোয় শোয়দ্রে। ঐ মখোয়দু শিজিন্নগদবা নত্রগা তৌরোইদরা হায়বগী অরেপ্পা লৈরমদে, অদুবু মমৈথংদদি অশংবা মচুগী অদুমখক্তং শিজিল্লগা, অমসুং জেব্বেল কেসতা অমুক হন্না হাপচিল্লমই।"

"কনানা জেব্বেলকেস শো থিংজিল্লমই?"

"ঐনা তৌরমই। ঐনা শোজে অদু চেন অমদা পুনশিল্লগা ঙকশমদা শিজিল্লমই।" মহাক বা ঙাংনা-ঙাংনা মদু থাঙ্গৎলক্লমই।

ইন্সপেক্তর অদুনা মদু চাংয়েং তৌরমই অমসুং মরেংজুম শুপকৎলমই।

"হুরানবা অদুগী খুত্তা ডুপ্লিকেৎ শোজে লৈরমলগনি। অরুবা ব্বাফম নত্তে। শো থিংলিবদুসু য়াম্না চম্বা মওংনি। নহাক জেব্বেলকেস শো লোনশিল্লবা মতুংদা করি তৌদুনা লৈরমই?"

"ঐ অমুকহন্না শোজে অদু খ্বাইদগী অরোইবা দ্রাব্বারকী কাদা থমজিল্লমই হায়রিবা মফম অসিদা হান্নদগী অদুম থমদুদা লাকই।"

"নহাক দ্রাব্বার শো লোনশিল্লমদবরা?"

"নত্তে, ঐ কৈদৌনুংদা তৌদে। ঐগী মীনাইনুপী কা অদুদা লৈহৌই ঐনা লাকপা মতমদা, মরম অসিনা দরকার ওইদে।"

ইন্সপেক্তরগী মাইথোং চীংলেম্বা হেনগৎলকলমই।

"ঐ মসি খঙবা তঙাইফদবনি মদুদি মণি-মুক্তাশিং অদু মফম অদুদা অদুম লেঙদনা লৈব্রা নহাক্লা চাকলেন চাননবা কুমথরকপা মতমদা, অমসুং মদুদি মতমদুদগী হৌরদুনা মীনাইনুপী অদুনা কা অদু থাদোক্তবরা?"

খুদক্কুমক্তদা, মহাক্কি পূক্নিদা অহানবা ওইনা থোক্লরিবা অকিবা মশামক্কি থৌদোক ওইদুনসু সেলেক্টাইম্না ফোংদোরকই থাংনা থিনবগা পাম্বক ওইরবা চৈনাগী খোঞ্জেলদা, অমসুং মশামক পোইরোংকী মাংদা চোংশিল্লদুনা, হৈদোরক্লমই ঈচেল অমা তশেংনা ফোঙদোক্লবা ফ্রেনচ লোন ঙাক্তা।

পীরিবা মত অদুদি মীনুংশি য়াওদবগী মওংনি। মদুদি মহাকপু মাদামগী মপোৎ-মচৈ লুট তৌই হায়দুনা চিংনবা! পুলিসনসু মসি পঙথ্রবা অমসুং থাজনিংঙাই ওইদবা কেসনি হায়না

ফজনা খঙপ্রবা! অদুবু, স্যার ফ্রেনচ ম্যেন অমা হায়বদু কনানো ?

"বেলজিয়ান অমা," পোইরোৎ মরকথতুনা হায়রক্লমই, অদুবু সেলেষ্টাইন চুমথোকপা অদুদা পৃক্লিং চঙলমদে। স্যার ভাবক ওইনা তুমিন লৈরোইদৌরি অমসুং মহাকপু লাল্লা মরাল পীরমই খুদক্কি ওইনা থাদোকখিনবগী। মহাক্লা মহাকপু কৈদৌঙৈদা নুংশিরকখিদে— থৌনা লৈবী অমা, মাই ঙাংবগী মতৌ পোকপদগী হুরানবগী গুণ চেল্লবী হুরানবী। মহাক হৌবদগী হাইরকখিবনি মহাক পুকচেল শেংদবীনি। অমসুং মহাক্কি মথক্তা কুপ্পা শেন্নবগী মিৎয়েং থমদুনতা লৈরকখি, মহাক্লা মাদামগী কাদা মশাগী মথৌ তৌবা মতমদসু! জ্ঞান য়াওদ্রবা পুলিসশিং অদুনা মহাকপু থিজিল্লসনু, অমসুং মখোয়না মাদামগী মুক্তাদু মঙোন্দগী ফংদ্রবা য়াম্না গুক্লা থোকই!

ফ্রেনচ সেলেষ্টাইন্না মশাগী য়াওজরকপা উৎথোরকপা শাজৎকী খুদোলগা লোইননা য়াম্না থুনা মীরৈবাক্কি লোন্না শিজিন্নদুনা মরৈ য়েৎলকপদুদা চেম্বর মাইডনা খঙলমই য়ামদ্রবদা ঙাংলিবদুগী অথগী শরুক খর। মহাক শাউবনা মমাই ঙাংলমই।

"করিগুম্বা মীরৈবাক নুপীদুগী ব্রাঙাংদা ঐনা মণিশিং অদু লৌই হায়বদি, মসি মীনম্বা অমনি!" মহাক্লা হায়রকলমই শাওনা। "ঐ কৈদৌঙৈদসু পোৎশিং অদু উখিবা লৈত্রি!"

"থিজিল্লু মহাকপু!" অতোপ্পদুনা লাউরকলমই, "নখোয়না ফংগনি, ঐনা হায়রিবসিনি, মঙোন্দগী।"

"নঙ চিঙ্খিবীনি ঐনা হায়রিবসি তাবরা ?" হায়রমই চেম্বর-মাইড মঙোল্লোমদা চংশিল্লগা। "নঙনা মখোয়দু হুরাল্লগা, অমসুং ঐঙোন্দা মরাল থংজনবা পামলি। করিগীনো, ঐদি কা মনুংদা লোঙি লাক্লিঙৈদা শুপ্পতংগী মিনিট অহুমলোমখক্তং লৈবগী বানি, অমসুং মতুংদা নহাক্কি মতম পৃম্বদা মফম অদুদা ফমদুনা লৈ, নহাক মহৌশাদগী তৌবগুম; হৌদোংনা উচি ফাগদবগী লুম্বগুম।"

ইন্সপেক্তর অদুনা সেলেষ্টাইনদা হৎনিংবগা লোয়ননা য়েংলকলমই।

"হাইরিবসিবু চুম্বরা ? নহাক কা অদু তশেংনমক থাদোকপা তৌদবরা ?"

"ঐ তশেংনমক কা অদু মাঙোন্দা থাদোক্তে," হায়রকলমই সেলেষ্টাইন য়ানিংদবগা লোয়ননা, "অদুবু ঐ ঐগী কাদা অনীরক চঙলমই লৈরিবা থোঙজাউ অসি ফাওনা— অমুক্লা লৎ মকোন লৌবা অমসুং অনীরকশুবদনা কাতি লৌবা চৎলমই। মদুগী মনুংদা মহাক্লা তৌবা ওইরমগনি।"

"নহাক্লা থোকখিবা মিনিট অমা ফাদবদুরা," চেম্বর মাইড শাউনা লাওরক্লমই। "থোকখিবগা অদুম হঞ্জিল্লকপনি। ঐবু করিগুম্বা পুলিসনা থিজিল্লমল্লবা হরাউরমগদবনি। ঐ কিনিঙাই মরম অমত্তা লৈতে।"

"তাঞ্জাদুমক্তদা থোঙ খিল্লকপগী খোঞ্জেল তারমই। ইন্সপেক্তর থোঙলোমদা চৎলমই।

মহাক্কি মাইথোং লংখংলকলমই় লাক্লিবা মী অদু উরুবদা।

"ওঃ !" মহাক্না হায়রমই। "মদুদি হাইরগ লাইবক ফবগী য়ানি। ঐনা লেডি সারচর অমা কৌখিবনি, অমসুং মহাক খুদক্তা থংলরে। ওইথোকপা য়াই নহাক্না চিংনদ্রবদি মথং কাগী থোঙজাউদা চঙবিবা য়াগনি।"

মহাক চেম্বর মাইডতা য়েংলমই, মহাক কা অদুগী মনুংদা মঙক হাইরদুনা চংলমই, সার্চর অদুনা মহাক্কি মতুং নক্না ইল্লমই।

ফ্রেনচ গার্ল অদু হিক্না হিক্না কপ্পুনা চৌকি অমদা মমাই লুকশিল্লগা লৈরমই। পোইরোং কা অদুগী অকোইবদা য়েংলমই। "থোঙজাউদুনা কদোমদনো ? মহাক্না হংলমই, থোঙনাউ ময়াদা লৈরিবা অমদুদা মঙক্না ইঙ্কিং তৌরদুনা।

"মথং কাগী মনুংদনি, ঐ থাজে," ইনস্পেক্তরনা হায়রমই। "মসি শো থিংলমই, করিনো খঙদে, নাকল অসোমদদি।"

পোইরোং মদু ফাওরগা চংলমই, হোংনরমই, অদুগী মতুংদা শোদু কন্না চাংয়েং তৌরমই।

"অমসুং অতোপ্পা নাকল্দনিদা ওইরিবা মওংদি," মহাক্না মত শীরমই। "ফরে, মদুনা তাকপদি য়াফম থোক্তবনি।"

মহাক থোংনাউ খুদিংমক্কি মনাক্ত চংলমই, মথং মনাও নাইনা অমমমতা চাংয়েং তৌরমই।

"অমসুং অমুক হন্না করিসু ওইরমদে। মপানথংবা শরুক্তা লৈবা বেলকোনি নত্তবদসু।"

"মফম অদুদা লৈরবা ফাওবদা," হায়রমই ইনস্পেক্তর খাঙমদনা। "ঐ মখোয়গী কান্নবা ফংবা ঙমগনি হায়বা থাজবা ঙমদে, করিগুম্বা মীনাই নুপী অদুনা কা অদু থাদোক্তবা তারগদি।"

"ভাব তাবা য়াবা মরম," হায়রমই পোইরোং চমন্নবা নত্তবদা। "মাদামনা কা থাদোক্নুনা চংতে হায়বসি অচুম্বা ওইরবদি—"

মহাকপু চেম্বর মাইড অমসুং পুলিস সার্চর চত্তুনা অমুক মরক থংচিল্লমই।

"করিসু লৈতবনি," হায়রমই অকোনবদুনা য়াম্না ফত্তনা উরগা।

"ঐ আশা তৌগনুরা, তশেংনমক," হায়রমই চেম্বর মাইড ধর্ম্ম কাইদবা মওংদা। "অমসুং ওক্তবী ফ্রেনচতু ইকাইজফম থোকপনি মশামক পুকচেল শেংবী লৈশাবী অমগী শাজং চংলমদবগী !"

"সোমদা, সোমদা, ঐগী লৈশাবী; মদু পুমচুম চুম্মনি," ইনস্পেক্তরনা হায়রমই, থোঙজাউ হাংদোক্লদুনা। "কনা অমত্তনা নঙবু চিংনদে। নহাক চংখিবা য়াগনি অমসুং নশাগী থবক তৌজরুচো।"

চেম্বর মাইড য়ানিংদনা চংখিরমই।

"মঙোন্দা থিজিল্লু ?" মহাক্না তকশিল্লমই, সেলেষ্টাইনদা খুদোম্নীনা থিল্লদুনা।

"হোয়, হোয়," মহাক থোংজাউ থিংজিল্লমই অমসুং শো লিশিল্লমই।

সেলেষ্টাইন পীকপ্রবা কাদা পুলিস সার্চর অদুগা লোয়ননা মহাক্কি তাঞ্জা লাক্রবদা মিনিট খরগী মনুংদা মহাকসু হল্লকলমই। করিগুম্বা অমত্তা মাঙোন্দগী ফংবা ওমলমদে।

ইন্সপেক্টর মাইথোং চিংলেম্বা হেনগৎলমই।

"ঐ কিরেবো। ঐ নঙোন্দা হায়গে খল্লম্বনি ঐগী নাক্তা খুদক্তা লাক্কদবনি, মিষ," মহাক মিষ্ট্রেস ওপালসেন্দা ওনশিল্লমই। "ঐবু ঙাকপীগনি, মাদাম, অদুবু সাক্ষি প্রমান খুদিংমক অদোমদা লৈরে। মহাক মশাদা পোত্তু য়াউপ্রবদি, শোয়দনমক্কী পোৎ অদু কা অদুগী মফম খরদা লোৎশিল্লমলগনি।"

সেলেষ্টাইন চৈনাখোলগা লোইননা পোইরোৎকী পাম্বোমদা নপশিল্লকলমই। অকোনবদুনা নোম্বরগা নুপী অদুগী নাকোংদা করিগুম্বা খর হায়রমই চিরোল ওইনা। মহাক চিংনবগা লোইননা মাঙোন্দা য়েংখৎলকলমই।

"হায়, হায়, নুংশিরবী নুপীমচা— ঐ নঙোন্দা অয়েপ্পা ব্রাফম খঙহল্লি ব্রা ঙাংবদা থিংদবনা হেন্না ফবনি।" অদুগী তুংদা মহাক ইন্সপেক্টরদা ওনশিল্লমই। নহাক য়াবিগনি, স্যার ? চাংয়েং মচা অমা তশেংবমক্তি ঐগী পেন্নবখক্তগীনি।"

"লৈরিবা ফিভমগী মখা পোল্লি," পুলিস ওফিসার অদুনা খল্লিবা ব্রাখলদু কয়া উফাক্তনা পাউখুম পীরকলমই।

পোইরোৎ সেলেষ্টাইন অমুক হন্না কৌরমই।

"নহাক্লা ঐখোয়দা হায়গ্রে মদুদি নহাক নশাগী কাদা লংমতুম অমা লৌবা চৎলুই হায়না। মফমদু কদাইদনো ?"

"দ্রাব্রারগী খ্বাইদগী মথকথংবা শরুক্তগীনি, স্যার।"

"অমসুং কাতিশিং অদুদি ?"

"মখোয়সুনি।"

"মাদাম, ঐ নঙোন্দা হায়রি নহাক্লা তৌখিবা থবক অনী অদু অমুক্কা হন্না পাঙথোক্লবা অমসুং মদু তৌবনা অব্রাবা পীবনি হায়না খনব্রা ? নহাক মফম অসিদা থবক শুদুনা ফমদুনা লৈরমই, নহাক্লা হায় ?"

সেলেষ্টাইন ফমদুনা লৈরমই, অমসুং অদুগী তুংদা, পোইরোৎতগী ইঙ্গিৎকা লোসননা, হৌগৎলমই, থংনবা কাগী মনুংদা চঙখিরমই, করিগুম্বা পোৎ অমা লৌখৎলি দ্রাব্রারদগী, অমসুং হল্লক্রমই।

পোইরোৎনা মহাক্কি পুক্লিং চংবগী চাংয়েং খাইদৌক্লদুনা য়েংলমস নুপী অদুগী খোংচৎকি চাং অমসুং মহাক্কি মখুত্তা পায়রিবা ঘরিগী মরক্তা।

"অমুকহন্না, নহাক্লা চানবিরগদি, মাদাম।"

অনীশুবা চাংয়েং লোইশিল্লকপদা, মহাক্কা মহাক্কি পোকেৎবুক্তা নোট তৌশিল্লি, ঘরি অমুকহন্না মশাগী ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লমই।

"থাগৎচরি, মাদাম। অমসুং মহাক, স্যার—"

মহাক ইন্সপেক্তরদুদা খুরুমলমই— "নহাক্কি ব্যবহার ফজবগীদমক" কা হেন্না থৌগনলোন ব্যবহার ফজবনা মরম ওইদুনা ইন্সপেক্তরদু পেনবগুম উরমই। সেলেষ্টাইন শিগী ইচাওগা লোয়ননা হনখিরমই লোইনরদুনা ফিজম শেৎপা ওফিসিয়েল অমসুং নুপী অদু।

অদুগী তুংদা তেল্লপ্পা মিষ্টর ওপালসেনদা চঙজরদুনা, ইন্সপেক্তর থবক পায়খৎপা হৌরক্লমই কা অদুগী মনুংদা থি-হন্নগী থবক। মহাক ড্রাবারশিং চিংথোক্লমই, উপুনচিংবা হাংদোক্লমই, ফমুং মথক মখা ওনলমই অমসুং কাগী লৈমাইথক য়েংলমই। মিষ্টর ওপালসেন চেকশিন্না য়েংলমই।

"নহাক্কা তশেংনা খল্লিবা ৱাফমবু মখোয় অদু ফংবা ঙম্নগী হাথনলা ?"

"হোয়, স্যার। ঐ অচুম্বা ফিরেপ্তা লেপলি। মহাক পোৎ অদু মপান্দা পুথোকখিনবগী তাঞ্জা লৈরোই। নুপীদুগী লুট তৌখিবদু য়াম্না থুনা অমুক হঞ্জিন্না মফম অসিদা শোয়দনা লৈরমগনি। অনীগী মনুংদা অমনা শোইদনা মফম অসিদা লোৎশিল্লমগনি— অদুবু চেক্কর মাইঙতুদি মদু তৌরমজবা কন্না মান্দে।"

"মান্দে হায়বদগী হেজিন্ননি— ওইথোক্তবা ৱাফমনি!" পোইরোৎ হাইরমই ঈংনা।

"করিনো ?" ইন্সপেক্তর মুন্না য়েংলকলমই।

পোইরোৎ মোমোন নোক্লমই, থৌগনলোন কাইদনা।

"ঐ উত্তুনা তাক্কনি, হেস্টিংস, ঐগী পুকচেল ফরবা মরূপ, ঐগী ঘরিসি নহাক পাইয়ু— চেকশিন্না। মসি শাগেগী খুখাংলাকপা লন্নি! হৌজিকমক ঐ মাদামগী চৎলুবগী মতম লৌরে— মহাক্কা অহানবা কা থাদোকপগী মতম সেকেণ্ড ১২, অমসুং অনীরকগুবা সেকেণ্ড ১৫। হৌজিক ঐনা তৌরিবা থবক য়েংউ। মাদামনা মহাক্কি খ্বাইদগী থৌজাল হৈবগীদমক ঐঙোন্দ। উৎপিগনি মহাক্কি জেৱেল কেসকী শো খুৎশিন্নদুনা। ঐ নঙবু থাগৎচরি, ঐগী মরূপ, হেস্টিংসনা মাঙোন্দা খ্বাইদগী থৌজাল হৈবা উপা ওইনা হায়বিগনি, চৎলু।"

"চৎলু!" ঐ হায়রমই।

থাজনিঙাই ওইদবা য়াবগী চাংগা লোয়ননা, পোইরোৎনা ড্রেসিং তেবলগী ড্রাৱার হাংদোক্লমই, জেৱেলকেস লৌথোরকলমই, শোজৈ খাইথুদা পানশিল্লমই, কেসতু হাংদোক্লমই, অপাম্বা জেৱেল অমা খল্লমই, শো থিংজিল্লমই কেসতু অমসুং মদু ড্রাৱারদা অমুক হাপচিল্লমই। অমুক হন্না ইনশিল্লমই। মহাক্কি খোঙচৎ নোংথাংগা পাম্বক ওইরমই।

"ফরে, চান্নরবা মরূপ ?" মহাক ঐঙোন্দগী স্বর হোন্দনা তাল্লকলমই।

"সেকেণ্ড ৪৬ চঙই," ঐ পাউখুম পীরমই।

"নহাক উরেদনা ?" মহাক কোয়না য়েংলমই। "চেম্বর-মাইডকী মতম ফংলমলোই লিকমরি অদু লৌথোকপগী তাঞ্জা, লোংশিনবগী থমবু থমখো।"

"অদুগী মতুংদগী ব্রাফম অসি মাইডতুদা তারমই," ইন্সপেক্তরদুনা পেনবগা লোয়ননা হায়রমই, অমসুং মহাক্তি খিবগী থবক্তা হুঞ্জিল্লকলমই। মহাক মথংগী থোংজিন্দা লৈরিবা মাইডতুগী ফমুংদা চঞ্চলমই।

পোইরোৎ ব্রাখল খল্লা মশা শুপকংলমই। খঙহৌদনা মহাক্না মিষ্টর ওপালসেনদা ব্রাহং অমা কাপশিল্লমই। লিকমরি অসি মসি ওইরমই, চিংননিঙাই য়াওদনা, ইন্দুরোর্ড তৌরব্রা ?"

মিষ্টর ওপালসেন ব্রাহং অদু তাবদা হায়রপ ঙক্না থোকপগুম উরমই। "হোয়," মহাক চিংননা হায়রমই, "মদু ওইরে।"

"অদুবু করি থোক্লবগে ?" মিষ্ট্রেস ওপালসেন হংলকলমই মপি ফংদ্রদুনা।

"মসি ঐগী লিকমরিনি ঐ পামজে। মসি অশেংবনি। পৈশা কয়া ওইরবসু মসিগা মান্নবা য়ারোই।"

"ঐ চিংনবা পোকই, মাদাম, পোইরোৎ ঈংনা হায়রমই। "ঐ মপুংফানা চিংনৈ। নুপী কাংলুপ্তা লৈবা মীনুংশিগী হিরম খুদিংমক্তা— মসি ওইদবরা অসুম্না ? অদুবু, স্যার, কনানো অসুক ফজন্রবা চিংনবা অসি লৈরোইদৌরিবা, চিংনবা লৈতবা ওইগনি করিগুম্বা হায়রপ অচুম্বা মরমদা পুক্লিং থিংজিনবা ওইরগদি।"

"ওইবা য়াই, ওইবা য়াই," মিষ্ট্রেস ওপালসেননা হাসরপ অরেল্লা লৈতনা। "ফাওবদি—"

মহাকপু ইন্সপেক্তরনা লাউরকপা খোঞ্জেলনা মরক থংলকখি। মহাক মহাক্তি খুদোম্নীদা করিগুম্বা খর য়াল্লগা লাক্লমই। হৌনা লাউবা খোঞ্জেলগা লোইননা মিষ্ট্রেস ওপালসেন মহাক্না ফম্নিবা চৌকিদগীচোংখৎলমই। মহাক পুকচেল ওল্লবা নুপী ওইরমই।

"এই, এই, ঐগী লিকমরি।"

মহাক মখুৎ অনীনা মদু মথবাক্তা কোনশিল্লমই। মখোয় মহাকপু কোইশিল্লমই।

"মদু কদাইদা লৈরমবগে ?" হংলকলমই ওপালসেন্না।

"মাইডকী ফমুংদা। মহাক্তি ফমুংদা লৈরম্বা মোম্পাক ফিদকনচিংবগী মনুংদা। মহাক মদু হুরাল্লমগনি অমসুং মফম অদুদা লোৎশিন্দুনা থমলমগনি চেম্বর মাইড লাক্লিঙৈগী মমাংদা।"

"নহাক্তি অয়াবা নিজরি, মাদাম, পোইরোৎ ঈংনা হায়রকলমই। মহাক লিকমরি অদু মাঙোন্দগী লৌরমই অমসুং কুপ্না চাংয়েং তৌরমই; অদুগী মতুংদা খুরুম্বগা লোয়ননা মঙোন্দা হুঞ্জিন্না পীখিরমই।

"ঐ কিবা ফাওরে, মাদাম, নহাক ঙাইহাক্তি ওইনা লিকমরি অদু ঐখোয়দা খুৎশিন্নগনি," ইন্সপেক্তরনা হায়রমই। "ঐখোই মদুগী মমল পামগনি। অদুবু য়াম্না থুনা য়ারিবমখৈ নঙোন্দা হুন্নকনি।"

মিষ্টর ওপালসেন শাউরমই।

"মদু দরকাব লৈব্রা ?"

"ঐ কিরেবো, স্যার। নিয়মখক্তা ঙাকপগী য়ানি।"

"ওঃ, মাবু লৌহল্লু, নুপা!" মহাক্কি নুপীনা লাউরক্লমই। "মহাক্না তৌরবদি হেন্না ফগনি। ঐ মীকুপ অমা ফাওবা তুমলোইদৌরিবনি কনাগুম্বা খরনা লিক অদুবু চাংয়েং তৌবা পায়দুনা য়েংবগী য়াখল খল্লুবদা। মদুগী হিংচাবী লৈশাবীদো! ঐ কৈদৌনুংদা ঐ মাবু থাজবা তৌররোই।"

"অদোমদা, অমোদমদা কনাগুম্বা অমনা ঈংনা পায়রকপা ফাওরমই। মসি পোইরোং ওইরমই।

"ঐখোয় চংলগদ্রা, ঐগী মরূপ ? ঐ খল্লি, ঐখোয়গী ইথৌ মখাতানা দরকার ওইদ্রে।"

অমুক্তং মপান্দা থোকউরগা, অদুম ওইনমক, মহাক চিংনবা উৎলমই, অমসুং মদুগী মতুংদা, ঐঙোন্দা ঙক্না থোকপা য়াফম, মহাক্না হায়রক্লমই—

"থংনবা থোংজিনগী কা অসি ঐ হায়রপ য়েংবা পাম্মি।"

থোংজাউ অদু শো লোল্লমদে অমসুং ঐখোয় মনুংদা চংলমই। কা অদু, চাউদ্রবা মখল অমনি অতৈ কাগী শরুক অনীনি, মী লৈনদবা ওইরমই। কাগী মচি খুদিংমক্তা উফুল লৈরে হায়বা ফজনা খঙবা ঙমই অমসুং লৌশিং লৈবা মরূপতু শুগাৎপগী শক্তম চাউনা উখোরকলমই। মহাক্কি খুদোম্বীনা কোইনা থিল্লকপদা রেকতেঙ্গুলার মওংদা খুদম অমা থোংনাউ ময়াদা লৈরিবা তেবলদা তুনা লৈবা থেংনরমই।

"থবক থাদোকপা পাল্লবা," মহাক্না মত পীরমই কংলপ্পা।

মহাক থোংনাউগী মপান্দা য়াখল খন্না য়েংথোরকলমই, অমসুং মহাক করিগুম্বা হিরম অমদা কুপ্পা নৈনবা মাল্লমই।

"ফরবরা ? ঐ খাঙমদনা তাল্লকলমই। ঐখোয় করিগীদমক্তা মফম অসিদা লাকখিবনো ?"

মহাক হৌরকলমই।

"ফিভমগী মতুং ইন্না ঐখোয় লাকখিবনি, ঙাকপীগনি, মরূপ। ঐনা খল্লমই মদুদি থোঙ অসি তশেংনমক নাকল অসোমদগীসু থিবরা য়েংবা পামই।"

"ফরে," ঐ হায়রমই, থোঙজাউ অদুদা য়েংলগা মদুদা ফাওদোক ফাওজিন য়াব্রা ঐখোয়না থাদোক্লম্বা কাদুগা, "মসি থিংলমই"।

পোইরোং মঙক নোল্লমই। মহাক হৌজিক ফাওবা য়াখল খনবা মাল্লমই।

"অমবু ওইরে, অমবু ওইরে," ঐ মখা তারকলমই, "মদু করি তৌরবগে ? কেস অসি লোইরে। ঐনা খল্লি নহাক্কি থোইদোক হেন্দোক্না ফবা ওইগনি। অদুবু মসি মখল অমগী কেস মওংনি, জ্ঞান য়াওদ্রবা চুগম্মরবা ইন্সপেক্তরদু ফাওবা মসিদা পোইরোইদৌরি।

পোইরোৎ মঙক হাইরমই।

"কেস অসি লোইখ্রি, ঐগী মরূপ। ঐখোয়না পোৎ অদু কনানা হুই হায়বদু পুথোক্লিমখে লোইরোইদৌরি।"

"অদুবু মাইভত্নুনা তৌরিবদুদি!"

"নহাক্না মদু করিগীদমক হায়রিবনো?"

"করিগীদমক," ঐ নৈ লোন্নদুনা হায়রমই, "মখোয় ফংলমই থাঙ্গৈশেংনমক মহাক্কি মোম্পাক কিদক মরক্তগী।"

"হাঃ, হাঃ, হাঃ," হায়রমই পোইরোৎ খাঙমদনা। "মখোয়শিং অদু মণি-মুক্তাশিংঅদু ওইরমদে।"

"করি?"

"মতৌ তম্বনি, চান্নরবা মরূপ।"

বাহে অদুমক্লা ঐগী স্বর ফুকতোকখিরমই। পোইরোৎ হৱাউনা যোমোন নোক্লমই।

"পুকচেল ফরবা ইন্সপেক্তরদু জেরেলগী মরমদা করিসু খঙদবা মীওইনি। অদুবু হৌজিক মফম অসিদা ফজনা লাউন-খোংনবা অমদি লৈবা তারি!"

"লাকও, ঐ হায়রমই মহাক্কি পান্থোম পায়রদুনা অমসুং চিংলমই।

"কদাইদনো?"

"ঐখোয় খুদক্তা ওপালসেনশিংদা হায়গদবনি।"

"ঐ অদুম্মা খন্দে।"

"অদুবু মরাইবক থীরবী নুপী—"

"হেঃ মরূপ; অদুগুম্মা মরাইবক থীরবী নুপী, নহাক্লা কৌবগুম্মা, হেন্না ফবা অহিং অমা লেল্লমলগনি মহাক্কি মণি-মুক্তা তেক্তা-কাইদনা ফংলে হাইদুনা।"

"অদুবু হুরানবদু মদুগা লোয়ননা নাম্থোকখিবা য়াই!"

"মহৌশগুম, ঐগী মরূপ, নহাক ৱাখল খন্থদনা ৱা ঙাংই।" মতৌ করম তৌদুনা নহাক খঙলিবনো অদুগুম্বা মণি-মুক্তাশিং অসুক্কি মতিক চেকশিন্না ঙরাং অহিং মিষ্ট্রেস ওপালসেন্না শো লোনশিন্দুনা থমলম্বদুবু অরানবা নত্তে হায়দুনা; অমসুং অশেংবা লুটকী থবকতু থোকখিবা নত্তে মাঙজৌনবা তারিখতা?"

"ইশঃ!" ঐ হায়রমই, ফুম্বংনরদুনা।

"থাঙ্গৈশেংবনি," হায়রমই পোইরোৎ, ৱাখলগী মমি তারদুনা। "ঐখোয় অমুকহন্না হৌরসি।"

মহাক কাদগী মপান্দা থোকখিরমই, ঙাইহাক লেপলমই ৱাখল খনবগী মতৌগুম, অমসুং অদুগী তুংদা থোঙ্গাল তম্না চংলমই। মফম অদুদা লেপ্লদুনা অপীকপা শা মকোনগুম মফম

অমদা, হায়রিবা মফম অসিদি চেম্বর মাইড অমসুং ভালেৎ (মীনাইনুপা) কী কা তাইনফমনি। ঐখোয়গী অখন্নরবী চেম্বর মাইড উরমই মখুত্তা মীনুংশি উৎপীনবা পোৎ খর পায়রদুনা; অমসুং মহাক্কি পুক্সিদা থেংনরকখিবা থৌদোক কয়াবু নৌহৌননা কনাগুম্বা মীওই থাগৎ ৱাহৈগা লোয়ননা তাবিবা গুম্বা ভাবোক অমদা লিরমই। মহাক্কি ৱারীদু ৱাহে পরেংগী তম্বাই চল্লকপদা লেপখিরমই। পোইরোৎ মহৌশাগী মহাক্কি নোল্লুকপা মতৌগা লোয়ননা খুরুমলমই।

"ঐবু ঙাকপীগনি ঐনা অপনবা পীবগুম থোকপ্রে, অদুবু ঐনা পামজবদি নহাক্না ঐগীদমক্তা শো হাংদোকপীরদি মিষ্টর ওপালসেনগী কাবু।"

নুপী অদু য়ানিংনা হৌগৎলকলমই, অমসুং ঐখোয় মহাক্না য়ুমগী লমজংদা অমুকহন্না পুল্লমই। মিষ্টর ওপালসেনগী কা থোঙজাল অদুগী অতোপ্পা নাকন্দনি, মসিগী থোঙজাউগা মহাক্কি নুপীগী থোঙজাউগা মায়োক্নরমই।

চেম্বর মাইডতুনা মশাদা য়াউবা কা অদুগী মনুংদা চঙনিংবা মতমদা চঙবা য়াবা শোজৈগা লোইননা হাংদোকলমই অমসুং ঐখোয় চঙলমই।

মহাক চৎলগে হায়দুনা থৌরাং তৌরকপদা পোইরোৎনা থিংলমই।

"মীকুপ অমত্তগী, নহাক করিগুম্বা তাঙ্গাদা মিষ্টর ওপালসেনগী অসিগুম্বা কার্ড থেংনখিবা লৈব্রা ?"

মহাক ইচম-চম্বা অঙৌবা কার্ড অমা পায়রমই, হাইরপ ফজনা লংবা অমসুং কম্না তোয়দবা মখলগী ওইরমই। মাইডতুনা মদু লৌরমই অমসুং চেকশিন্না য়েংলমই।

"নত্তে স্যার, ঐ হায়বা ঙমদে ঐ উখি হায়বা অদুবু অমরোমদদি ভালেৎতুনা অয়াম্বা মতমদা জেন্টলম্যেনগী কা শেন্নবনি।"

"খঙজে। থাগৎচরি।"

পোইরোৎ কার্ড অদু অমুক হন্না লৌশিল্লমই। নুপী অদু চৎখিরমই। পোইরোৎ য়েংবদদা ৱাখল মমি তারমই। অদুগী মতুংদা তেল্লবা, থুরবা মকোক্কি ৱাফম পুশিল্লকলমই।

"শরিক খিংউ, ঐ নঙোন্দা খুরুমজরি, হেস্টিংস। অহুমলক হন্না ভালেৎতুগীদমক্তা।"

ঐ য়াজরি, খঙনীংবগী তিন য়োংথরদুনা। খুদক্কুদা পোইরোই শিজিন্নদ্রবা চে হাপ্পা বাসকেট শেংদোকলমই লৈমাইথক্তা অমসুং করি করি য়াওরিবগে থুংনা য়াংনা য়েংলমই।

মীকুপ খরগী মনুংদা ভালেৎ শরিক্কি পাউখুম পীরকলমই। মাঙোন্দা পোইরোৎনা মান্নবা ৱাহৎ হংলমই, অমসুং মঙোন্দা কার্ড অদু চাংয়েং তৌনবা পীশিল্লমই। অদুবু পাউখুমদি চপ মান্নরমই। ভালেৎ অদুনা কৈদৌঙৈদসু অদুগুম্বা মখলগী গুণ চেনবা কার্ড অমত্তা অমত্তা মিষ্টর ওপালসেনগী লৈরিবা পোৎচৈশিংগী মনুংদা উখিদ্রি। পোইরোৎ মহাকপু থাগৎলমই, মহাক হন্দোকখিরমই হাইরপ য়ানিংদবা মওং ওইনা। খঙনিংবগী মিৎয়েংগা লোয়ননা মথক মখা ওন্থোক্নবা চে হাপ্নবা বাসকেটকা য়েংলগা অমসুং লৈমাইদা লাইরিবা চেশিংদা। পোইরোৎকী

ব্রাখল লৈরবা ব্রাঙাং মহাক্লা চে শেগায়বা মচেৎশিংবু মপুন পুনশিনবা মতমদা থোকখিবা খোঙ্গোক মহাক হুঞ্জিন্না তারস্বগী খুদোংচাবা ফংলক্লা য়াই।

"অমসুং লিকমরি অদুদি চাউনা ইল্যুয়োর্ড তৌরমই ..."

"পোইরোৎ," ঐনা হায়রমই, "ঐ উই—"

"নহাক করিগুম্বা অমত্তা উবা ওমদে, ঐগী মরূপ," মহাক থুনা পাউখুম পীরকলমই।

"মহৌশাগী মতৌগুম, করিসু য়াওদে! মসি থাজনিংঙাই ওইদে— অদুবু অসিদা লৈরে। ঐখোয় ঐখোয়গী কাদা হুঞ্জিল্লসি।"

ঐখোয় ব্রাঙাংদনা তুমিন থবক তৌরমই। অমুকখক্তং ঐগী খমথেংনা ওকপা তাঞ্জা লাকখিরমই, পোইরোৎ থুনমক মহাক্কি ফিজোল হোংদোক্লমই।

"ঐ ওসি অহিং লণ্ডন চৎকনি," মহাক শুগাইনা হাইরমই। "মসি তৌদবা য়াদদুনা তৌরিবনি।"

"করি?"

"মপুং ফানা। অশেংবা থবক্তি, কোক্কিদুনি, মসি তৌরে। ঐ অরেপ্পা ফিরেপ লৌরুনবা চৎপনি। ঐ মসি পুথোক্কনি! ওইথোক্তবনি হারকুল পোইরোৎপু নমথাক তৌবা!"

"নহাক হায়রিবা নুম্বিৎশিং অসিগী মনুংদা মাইথিবা থেংনগনি," ঐ মত পীরমই, হাইরূপ তুরুচবা উত্তুনা মহাক্কি নাপলদা।

"শাওবীগনু, ঐ নঙোন্দা নীজরি, মরূপ। ঐ নহাকপু ঐগী থবক তৌবিবগীদমক শীংথাজরি— নহাক্কি মরূপকিদমক্তা।"

"অমহানি," ঐ থৌরাংনা হায়রমই, ইকাইরূপ তৌরদুনা ঐগী হেঞ্জিন্না শাওজিনখিবদুগীদম্তা "মদু করিনো?"

"নত্তে, ঐ উখিদে।"

"নহাক ঐনা তৌরিবা থবক য়েংগদবনি, মরূপ।" অসুম তৌদুনা ঐ ঐগী খুদোম্বিনা পাউডর খোমজিল্লমই, অমসুং থর মখৈসু মিপাইরমই; ঐ মদু ঐগী কোট মচিদা তৈশিল্লকপনি; থবক মখল অমনি নিয়ম য়াউদবা ঐনা হায়জবা ঐগী নিয়মগী মতুংইন্না অরানবা ওাক্তনি।"

"অদুবু পাউডর অদু করি ওইরমই?" ঐনা হংলমই পোইরোৎকী নিয়মদা থৌশারুবা তৌদনা।

"বোরগিয়াসকি হূ নত্তে," পোইরোৎ পাউখুম পীরকলমই, কুফেৎ কাফেৎ তৌবগা লোয়ননা। "ঐ উরে, নঙগী ভাবনা শাবা ব্রাখলগী থাক ব্রাংনা কারমলগনি। ঐ হায়গে মসি ফ্রেন্চ চোক্কনি।"

"ফ্রেন্চ চোক?"

"হোয়, কেবিনেট শাবা কাংবুনা মসি শিজিন্নে ড্রাব্রারবু অপনবা লৈতনা চিংথোক-চিংশিন

তৌনবগীদমক্তা।”

ঐ নোক্লমই।

“হনুবা পাপ তৌবা ! নহাক ঐনা খল্লমই, অঙকপা পোৎ খরগা লোইননা থবক শুরমই।”

“ইকাই খুম্নজরবা, ঐগী মরূপ, ঐ ইশাবু ইশানা কনজরে, মিপাইরে !”

মাগী তুংদা খোঙ লোনশিল্লমই। মোমোন নোকপগা লোয়ননা তঙ্খাই অমা খৌরাংবা পোকপা ওইনা, তঙ্খাই অমনা মীনুংশিগী মওংদা, ঐ কোট লৌখৎলমই অদুদগী ঐগী খূৎ তিংথোরক্লমই ফিগী ব্রস থিনবগীদমক্তা।

মথংগী অয়ুক্তা পোইরোৎকী করিগুম্বা পাউ অমত্তা তাবা ফংদ্রদুনা, ঐ কোয়থোকপা চৎলমই, অরিবা মরূপ কয়ামরুম উন্নরমই অমসুং মখোয়গা লোয়ননা মখোয়গী হোটেলদা চাবা-থকপা তৌমিন্নরমই। নুমিৎয়ুংবা মতুংদা ঐখোয় কোয়থোক্লমই। তাইয়ার পঙ্কচর ওইবনা মরম ওইদুনা ঐখোয়বু থেংথহল্লমই, অমসুং ঐখোয় গ্রাউণ্ড মেট্রোপোলিতান্দা হল্লকপা মতমদা পুং ৮ হেল্লমই।

ঐগী মিংনা অহনবমক্তদা ওক্লবসি পোইরোৎ ওইরমই অমসুং মহৌশাগী ফিভমদগীসু খর হেন্না পীক্লা উরমই, ওপালসেন অমসুং মহাক্কি মরক্তা চান-থক্লবা কয়া লৈতেংলমই, য়েংলুবদা মহাক মপুং ফানা পেনবা মতৌ মাল্লমই।

“চান্নরবা মরূপ হেস্টিংস !” মহাক্না হায়রক্লমই, অমসুং ঐ উবদা ওক্কদবগী চোংশিল্লকলমই। “ঐবু কোনশিল্লু, ঐগী মরূপ; পূম্নমক অফবরোমদা খোঙ থাংজিল্লে !”

লাইবক ফরিবদি কোনশিন্নবগী বাদি চুম্নতগী মওং তারকপগী বানি— পোইরোৎনা তৌবা খুদিংমক শোইরোই হায়বা নত্তে।

“নঙনা খল্লিববু—” ঐ হৌরমই।

“তশেংনা অঙকপনি, ঐ মদু কৌগে !” মিষ্ট্রেস ওপালসেন্না হায়রমই, মহাক্কি চাউরবা মাইথোংনা মোমোন নোক্লদুনা। “ঐ নঙোন্দা হায়খিদবরা, নুপা, মদুদি মহাক্না ঐগী মণি-মুক্তা ফংহনবা ঙমদ্রবদি কনামত্তনা ঙমলরোই ?”

“নহাক্না তৌরমই, ঐগী চান্নরবা, নহাক্না তৌরমই। অমসুং নহাক চুমলমই।” ঐ উপাই লৈত্রদুনা পোইরোৎতা য়েংলমই, অমসুং মহাক্কি মিৎয়েংগী পাউখুম পীরমই।

“ঐগী মরূপ হেস্টিংস লৈ, নহাক্না হায়বগুম্না ইংলেণ্ডদা, সমুদ্র খোঙবানমক্তদা। নহাক নশামক ফম্মু, ঐ লোইনা বারী পীরককে থৌদোক খুদিংমক য়াম্না নুংঙাইবা মওংদা লোইশিনখিবা।”

“লোইরবরা ?”

“অদুবু হোয়। মখোই ফারমই।”

“কনানো ফারিববো ?”

"চেম্বর মাইড অদু অমসুং ভালেৎ, পুন্না ! নহাক চিংনদে ? নত্তে ঐগী কাইনবগী খুদম ফ্রেনচ চোক্কনা পীবা ?

"নহাক্কা হায়খিরমই কেবিনেট শাবা কাংখুনা মদু শিজিন্নে।" "থাঙ্গেশেংনা মখোয় তৌই— দ্রাবারবু লাইনা নান্না চঙবা ওন্নবা কনাগুম্বা মীওই খরনা পামলমই অদুগুম্বা দ্রাবার অদুবু ইস্থোক-ইনিশিন তৌবদা মখোল থোক্তনবা। মদু কনা ওইগদগে ? ভাব তারেদনা, চেম্বর মাইডদু খত্তংনা। থৌরাং অদু খুদক্তা মফম অদুদা ফংবা পোৎলমখক্তনা লাংবনি অমসুং মদুনা খুদক্তা মিত্তা খংচোং চোংথোরপা নত্তে— হারকুল পোইরোৎকী মিত্তা ফাওবা ওইররোইদবা।

"তারো, মসি মতৌ করম্না তৌখিবগে হায়বগী মরম। ভালেৎ অদু মথংগী অহাংবা কাদা, ঙাইদুনা লৈরমই। ফ্রেনচ মীনাইনুপী কা থাদোকলমই। নোংথাংকুপ্পগা পাংখককুম থুনা চেম্বর মাইড দ্রাবার চিংথোকলমই, জেৱেলকেস লৌথোকলমই, শো থিংজিল্লি অমসুং অতোপ্পা থোঙদা ইনশিনখিরমই। ভালেৎতুনা অহাংবা তাঙ্গা য়েংলগা মঙোন্দা য়াউরিবা ডুপ্লিকেৎ শোজেনা হাংলমই, লিকমরি অদু লৌথোক্লমই, অমসুং মতম ঙাইদুনা লৈরমই। সেলেষ্টাইন্না কা অদু অমুক হন্না থাদোকপা মতমদা, অমসুং নোংথাংগী মঙংদা জেৱেলকেস অমুক হঞ্জিন্নকলমই অমসুং অমুক হন্না দ্রাবারদা থমজিল্লমই।

"মাদাম থুংলরে, হুরানবা অদু পুথোক্রে। চেম্বর মাইডন থিজিন্নু হায়দুনা ত্তকশিল্লি, অচুম্বা শাবগী চাং য়াংনা, অমসুং কা অদু থাদোকখিরমই মহাক্কি লমচত্তা অমুবা কালি চুমদবগুম। মতৌতম্বা লিকমরি মখোই মশাদা হান্না য়াওদুনা লৈরবনা মদু ফ্রেনচ গার্লদুগী ফমুংদা লোৎশিল্লগা অয়ুক্তা থমলমই, চেম্বর মাইডতুদা কল্লবা চৈফুগী নত্তবরা ?"

"অদুবু নহাক্কা লণ্ডন চৎলুবনা করি মরমগীনো ?"

"নঙ নীংশিংই কার্ডতু ?"

"থাঙ্গেশেংবনি, মদুনা ঐবু কোক ঙাওহল্লি— হৌজিক ফাওবদা কোক ঙাওহল্লি। ঐ খল্লমই—"

ঐ চিংনরমই থোৎনা য়েংলদুনা মিষ্টর ওপালসেনদা।

পোইরোৎ থম্মোয় পেন্না নোকলমই।

"হুরানবগী থবক ! ভালেৎতুগী কান্নবগীদমক্তা। কার্ড অদুদি মখল অমনি মমাই অদু থোইদোকপা মরমগী থৌরাং তৌদুনা থপ্লবা খুৎশাগী মমিগীদমক্তা। ঐ স্কোটলেণ্ড য়ার্ডতা অতম্লনা চৎলমই, অমসুং ঐখোয়গী মরূপ ইন্সপেক্টর জাপ থিরমই, অমসুং মাগী মমাংদা অচুম্বা মরম পুন্নমক তাকলমই। ঐনা চিংনরম্বগুম্না, খুৎশাগী মমিশংদু ফাওরবা মণি-মুক্তা হুরানবা অনীদুগীনি হায়বা প্রমান লৈরমই অমসুং মখোয় মতম খর মাঙখিরমই। জাপ ঐগা লোয়ননা লাকমিন্নরমই অমসুং হুরানবশিং অদু ফারমই, অমসুং লিকমরি অদুসু ভালেৎতুগী খুত্তগী ফাগৎখিরমই। হৈশিংলবা জুরানি, অদুবু মখোয় নিয়মদা অশোইবা লৈরমই। ঐ

নঙোন্দা হায়খিদবরা, হেস্টিংস, য়ামদ্রবদা ৩৬ লক নিয়ম য়াওখিদে—"

"য়ামদ্রবদা লিশিং ৩৬ লক হূন্ননি !" ঐ অদুম্না লৌরম্মই। "অদুবু করম্বা মফমদা নিয়ম লানখিবনো ?"

"নুংশিরবা মরূপ, মসি ফরবা থৌরাংনি মফম অমা কনবা হায়বসি চেম্বর মাইড অমা ওইনা নত্রগা ভালেং অদুবু মহাক নশাগী নখৌ লৈথোক্কদবা নত্তে। মথোয়না অহাংবা কা অমা উফুল কথোক্কনা থমলম্মই; মরম অদুনা, নুপা অদুনা জেবেল কেস অদু থম্বা শীকপ্রবা তেবল অমা ফাওদোক ফাওজিন তৌনবা থোক্তগী মনাক্ত, মসিদা ক্কার মার্ক অমা মমি তাহৌখিবনি—"

"ঐ নীংশিংই," ঐ লাউরম্মই।

"মাংদদি, ঐ অরেপ্পা ফিভম লৈরমদে অদুগী মতুংদগী ঐ খঙই !"

মীকুপ অমত্তং তুমিন লৈরম্মই।

"অমসুং ঐগী মণি-মুক্তা ফংলে," হায়রম্মই মিষ্ট্রেস ওপালসেন্না নুংঙাইরবা খ্রিকফি ঈশৈ নোংমাইগী মওংদা।

"ফরে, ঐ হায়রম্মই, "ঐ ফজরবা চাকলেন অমদি চাবা তারে।"

পোইরোৎ ঐগা লোয়নরম্মই।

"মসি নঙগী হৈশিংবগী মপাম্ননি," ঐ মত শীরম্মই।

"অনীগী মরক্তনি," পোইরোৎ ঈংনা হায়রকলম্মই। "জাপ অমসুং লোকেল ইন্সপেক্তর অনীগী মরক্তা থবক তৌজমলগী মহৈ য়েন্নবা তারি। অদুবু"— মহাক ফুরিংখাউ হুমদুনা য়েংলম্মই। "ঐগী চোক অমা লৈরে, মিষ্টর ওপালসেনদগী, অমসুং নহাক করি হায়গনি, ঐগী মরূপ থৌরাংগী মতুংইন্না হাপ্তাসিমা চংলোইদৌরি। ঐখোয় মথংগী হাপ্তাদা হনসিরা হৌজিক্তি ঐগী খরচ গুক্তা ওইরগনি ?" ❑

# ইটালিয়ান নোবলম্যেনগী মরমদা থিজিনবা

পোইরোৎ অমসুং ঐগী মরুপ কয়ামরুম লৈরমই অমসুং নকশিন্নরুব্দবা খঙলবা মীগী মশিংসু য়াম্লরমই। মখোয়দুগী মরক্তা শিংথাবা য়াবদি ডাক্তর হাওকর, ঐখোয়গা য়াম্না নক্লনা লৈমিন্নবা লৈকাইগী মী, অমসুং মহাক মেডিকেল শিনফমগী মীওই অমসু ওই। মসি মীতিন্নবা হৈরবা ডাক্তরগী লমচৎ ওইরমই মদুদি নুমিদাংবাইরম খুদিংগী পোইরোৎকী য়ুমদা হেক হেক হায়জিল্লক্রমই অমসুং পোইরোৎকা বারী বাতাই শামিন্নরমই, মরমদি পোইরোৎকি তোপ-তোপ্পা কোকপু মহাক্না কল্লকচরমই। ডাক্তর মশামক অরোইবা থাক য়ৌনা থমথেংনা শুকচেল শেংবা অমসুং চিংননিঙাই ওইদবনা, মহাক মশামক্কি হান্নগী লৈজরম্বা পীথোরকপা মগুণ ফাওবা লৌথোকখিরমই।

জুন থাগী অঙনবা শরুক্কি নুমিদাংবাইরম অমদা, মহাক পুং ৮.৩০ রোম তাবদা থুংলমই অমসুং নুঙাইরবা ব্রাক্ফ অমা খন্ন-নৈনবগী থৌরম চথরমই মরি লৈননা আর্সেনিক পোইজননা ক্রাইমগী মতাংদা কদাইফাওবা থবক তৌবা ঙম্বগে হায়বগী নুঙাইরবা হিরমদনি। মসি পুং অমা খর হেনবা অদুগী মতমদনি ঐখোয়না ফমলিবা কাগী থোঙ হাংদোরক্রমই অমসুং পুক্লিং লৈতাদ্রবী নুপী অমা কা মনুংদা হায়জিল্লক্রমই।

"ওঃ, ডাক্তর, নহাকপু কৌবা লাকই! য়াম্না কিনিঙাই খোঞ্জেলনি। মসি ইঙোন্দা তাঞ্জা অমা পীরমই, মসি থাঞ্জেশেংনা তৌরমই।"

ঐ মশক খঙলমই ঐখোয়গী অনৌবা ভিজিটরদুবু ডাক্তর হাওকরগী য়ুমগী চৌকিদার, মিষ্ট্রেস রাইভরনি। ডাক্তরদু ময়ুম পান্দবা মী ওইরমই, মফমসিদগী ষ্ট্রীৎ খর লালগা অমম্বা য়ুমদা লৈবনি। মহৌশানা লাক্লিবি নুপী রাইভরনা তম্লিবা পাউ মথোং মরম খঙদবা ওইরমই।

"কায়াদা কিনিঙাই মশক ওইরবা খোঞ্জেলনো? মদু কনানো, অমসুং অব্রাবা তারিবা মফম্না কদাইদনো?"

"মসি টেলেফোননি, ডাক্তর। ঐ পাউখুম পীরমই-খোঞ্জেল অমনা ব্রা ঙাংলমই। মতেং, পাংবীয়ু, মসি হায়রমই। ডাক্তর—মতেং। মখোয়না ঐবু হাৎলে! অদুগী মতুংদা খোঞ্জেল পিকথরমই। 'ব্রা ঙাংলবিদু কনানো?' ঐ হায়রমই 'ব্রা ঙাংলিবদু কনানো?' অদুগী মতুংদা ঐ পাউখুম ফংলমই, চিরোলগুম্না, মসি মাল্লমই, 'ফোসাটাইন'— মানগুম তৌরমই— 'রেজেন্টকী কোর্ট।" ডাক্তর অদুনা পুক্লিংদা খঙহৌদনা ফাওরকপা ব্রাহৈদা হায়রক্রমই।

"কাউন্ট ফোসাটিনি। মহাক্কি য়ুম রেজেন্টকী কোর্টতা লৈবনি। ঐ খুদক্তা চংকদবনি। করি থোকখ্রবা?"

"নহাক্কি অনাবরা?" পোইরোংনা হংলমই।

"ঐ মহাকপু হাপ্তা খরগী মমাংদা য়াম্না কন্দবা মওংদা নারকপদগী লায়েংলমই।" ইটালিয়াননি, অদুবু মহাক ইংরাজি মপুং ফানা ঙাংই। ফরে, ঐ নহাক্কিদমক্তা মঙ্গোল নিজরি স্যার পোইরোং, তৌদ্রবদি ..." মহাক চিনংরমই।

"ঐ নহাক্কি পুক্রিংদা লৈবা ৱাখল খঙই", পোইরোং হায়রমই নোক্লদুনা। "ঐ নহাক্তা চংলবদি নুঙাইগনি। হেস্টিংস, চেল্লু তেক্সি অমা ফারুচো।"

তেক্সিশিংনা থিগনি কনাগুম্বা মীওইগী চংতবা য়াদ্রবা তাঞ্জা লাকপদা, অদুবু মমৈথংদা ঐ অমা ফারমই, অদুগী মতুংদা ঐখোয় রেজেন্টকী পার্কলোমদা থৌরমই। রেজেন্টস কোর্ট নৌনা শাগংপা ফজরবা য়ুমনি, সেন্ট জোন ক্রডসকী সরক্তগি খরখক্তং হায়দোক্লগা লৈবা। মখোই ইকুই কুইদনা শাবদা ঙাইরিবা দলালনি, অমসুং মখল মখা কয়াগী কান্নরবা খুদোংচাবা কয়াগা লোয়নননা।

হোল মনুংদা কনা অমত্তা লৈরমদে। ডাক্তর অদুনা লিফটকী শরিক খিংলমই ঙাইঙমদনা, অমসুং লিফটম্যোনদুনা থুংলররদা কুপ্না ইউফোর্ম শেংপা মীনাইদুদা হংলমই।

"ফ্লেট নংঃ১১ কাউন্ট ফোসাটিনি।" মফম অদুদা খুদোংথিবা অমা থোক্লগনি, ঐ ভাব তারমই।

নুপা অদুনা মঙোন্দা য়েংলমই।

"অহানবমক্তদা ঐ মদু তাদ্রে। মিষ্টর গ্রেভস-মদু কাউন্ট ফোসাটিনিগী মীওইনি"– থোরক্লমই পুংখাইমুক্কি মমাংদা, মহাক করিসু হায়রমদে।

"কাউন্ট মতোমতা য়ুমদুদা লৈবরা?"

"নত্তে, স্যার, মহাক্তা লোয়নননা জেন্টলম্যোন অনী চাক চামিন্নরমই।"

"মখোয় অদু কনা মাল্লমই", ঐ খৌরাংনা হংলমই।

ঐখোয় হৌজিক লিফটকী মনুংদা লৈরমই, অনীশুবা মখোন্দা থুনা কাখংলমই, মদুগী মনুংদনি ফ্লেট নংঃ ১১ লৈরিবা।

"ঐ ইশামক্তা মখোয়বু উরমদ্রে, স্যার, অদুবু ঐ ভাব তাবা ঙম্বদি মখোয় মীরৈবাক্কি জেন্টলম্যোনশিংনি।"

মহাক য়োংকী থোঙজাউ চিংথোক্লমই, ঐখোয় খোঙ থাংজিল্লমই অমসুং মনুংদা লেপ্লমই। ডাক্তরদুনা কংশি খিংলমই। পাউখুম পীরক্লমদে অমসুং মনুংদগী খোঞ্জেল অমত্তা মপান্দা থোক্লকখিদে। ডাক্তর অদুনা হন্না হন্না খিংলমই; ঐখোয় শরিক অদুনা মনুংগী কাদা নিলখিবগী খোঞ্জেল তারমই, অদুবু অহিংবা জিব অমগী থৱাইনা 'ঐখোয়দা পাউখুম পীরক্লমদে।

"লুরবা তাঙ্গা ওইরমই।", ডাক্তর, অদুনা শোল্লমই। মহাক লিফট পান্নরিবা মিনাইদা ওনশিল্লমই।

"নশাদা কা অসি হাংবা য়াবা শোজে য়াওবরা?"

"মখাথংবা কাদা পোর্টরগী ওফিসতা অমদি লৈহৌই।"

"লৌরুচো মদু, অদুগী তুংদা, সিদা য়েংউ, ঐ খল্লি পুলিশ কৌরুবনা হেন্না ফগনি।"

পোইরোং য়ানিংবা উংলদুনা মঙক নোল্লমই।

নুপা অদু কুইদনা হল্লক্লমই; অমসুং মহাক্না লোয়ননা মেনেজর লাক্লমই।

"নহাক ঐঙোন্দা হায়বিগদ্রা, জেন্টলম্যেন, পুম্নমক অসিগী অর্থ করিনো?

"তশেংনমক কাউন্ট ফোসাটিনিদগী টেলেফোন্দা নহাক্না ফজনা খঙলিবদুনি ঐখোয় মতম মাংহনবা চুল্লোই—ঐখোয় হৌজিক মতম হেন্দোকখিদবা তারগদি।"

মেনেজর অদুনা খুদক্তা শো পুথোরক্লমই, অমসুং ঐখোয়পুম্না কা মনুংদা চংলমই।

ঐখোয় মরাক-ময়ুং মান্নবা পীক্তক তৌবা কা অমদা চংলমই। মদুগী য়েংথংবদা লৈরিবা থোংজাউ তম্খাই অমা হাংদোক্লমই। মেনেজরনা ইঙ্গিৎ তৌরদুনা মদুনি হায়রমই।

"চাকথুম কানি।"

ডাক্তর হাওকরনা লমজিংলমই। ঐখোয় মহাক্কি মতুং নপ্পা ইন্নরমই। ঐ কা মনুংদা চংবা মতমদা ঐ স্বর ফুনগংলমই। ময়াইচবুক্তা লৈরিবা রাউন্দ টেবলদা চাখিথকখিবগী লেমহৌখাক পৈদুনা লৈরমই; চৌকি অহুম তুংওইরপ থারমই, মদুদা ফল্লম্বা মীওইশিং হৌগংলগা চংখিবা মান্না লৈরং অদুগী য়েংথংবা কাচিন্দা চাউরবা লাইরিক ইন্নবা টেবল অমা লৈরমই অমসুং মদুদা মী অমা ফমদুনা লৈরমই—নত্রগা মী অদুদা করি থোকত্রবা। মহাক্কি য়েংথংবা খুৎনা টেলেফোনগী মখোং পাইদনা লৈরমই, অদুবু মহাক মাংলোমদা তুশিল্লমই, মহাক্কি লুখমদা থোকপা শাখিরবা চৈফু অমনা তুংলোমদগী থোকহনবা মাল্লমই। খুৎলাই অদু থাপ্পা থিরুগদবা লৈতে। নুঙঙৌগী মুর্তি অমা তহা তহা ফুকতংলগা তাদুনা লৈরমই, মদুগী মখোংদা ঈ তৈরদুনা।

ডাক্তরনা চাংয়েং তৌবদা মিনিট অমা চংলমদে। "নুঙনা থাদুনা শিবা। শোয়দনমক্কী চাউরবা খুদম্নি। ঐনা ঙক্লিবদি মহাক তৌগদবগী থৌরাং তৌরমই। মহাক্কি মশা অসি পুলিস লাক্লিঙৈগী মমাংদা লেংঙবা চুল্লোই।"

মেনেজরগী মত মতুংইন্না ঐখোয় কামনুংদা থিজিল্লমই, অমদুবু ফল অদুদি মাংজৌননা লোয়খ্রবা ৱাফম ওইরমই। মীহাৎপশিং অদুনা থৌদোক অদু কা অদুগী মনুংদা লোৎশন্দুনা লৈরমগদবসু মান্দে মরমদি মখোয়না তৌবা য়াবা থবক তৌরম্লগা থোকখিরমই।

ঐখোয় চাক চাফমকাদা হজিল্লক্লমই। পোইরোং ঐখোয়গী খোংচত্তা লোয়নরুদে। ঐনা মহাকপু উরমই ময়াইচবুক্তা থারিবা টেবল অদুদা পুক্লিং থিংজিল্লগা চাংয়েং তৌবা। ঐ মাগা পুল্লমই। মসি মৈবৌগী ফজনা রং থারবা টেবলনি। টেবল অদুগী ময়াইচবুক্তা গুলাবকি গল্লানা

লৈতেংলমই অমসুং লৈমাইথক্তা চাগী ফজব্রবা মশাক্লা লংখৎনা থারমই। উহে য়াওবা পুখম অমা লৈরমই, অদুবু তোঙানবা মফমদা লৈরিবা প্লেট অহুমদি মীনা শোক্তিবা ওইরমই। থক্তোকখিবগী অরেম্বা মহি য়াউবা কফি কপ অহুম লৈরমই— অনীনা অমুবা অমসুং অমনা শঙ্গোম হাপ্লনি। মী অহুমমক পোর্ট অমসুং দিকান্টর কৌবা যু থক্লমই, ময়াইদা লৈরিবা প্লেটতা মপুম অমসুং তক্সাই য়াওবা গ্লাস লৈবমই। মখোয়গী মনুংদা অমনা চুরুট থক্লমই, অতোপ্পা অনীদুসু চুরুট থক্লমই। তোর্তোইজ সেল অমসুং সিলভর কোঙ্গশিংদা চরুট উপুনচিংবা অমসুং হাংদোক্লবা উপুশিং থিম্দুনা লৈরমই।

ঐ ইশা ইতোম্মতা অচুম্বা মরম খুদিংমক মশক খংদোক্লমই, অদুবু মদুনা উরিবা পোৎ খুদিংমক্লা পিরকপা অরংবা মঙালশিংদু অরেম্বা তাবগুম তৌরমই। ঐ পোইরোৎনা পোৎশিং অদুদা পুক্লিং থিংজিন্না য়েংবা উরুরগা ওক্লমই। ঐ মঙোন্দা হংলমই।

"চান্নরবা মরুপ", "নহাক পোইন্ট ফংবা ঙমদে" মহাক পাউখুম পিরক্লমই। ঐনা উবা ঙমদবা পোৎ খর ঐ থিদুনা লৈরি।"

"মদু করিনো?"

"অরানবা— পিকস্রবা অরানবা অমা ফাওবদা— মীহাৎলিবা মী অদুগী ওইনা।"

মহাক খুৎলৈথুনা থংনবা চাকখুমদা হায়জিল্লমই, অমসুং মনুংদা য়েংশিল্লমই, অমসুং মকোক হায়রমই।

"স্যার", মহাক মেনেজরদা হায়রমই, "শুগাইনা হায়বিগনি, ঐ খুরুমজরি, মফম অসিদা চথরিবা চাক পিজবগী থৌশিল।"

মেনেজরদু ফক্লাং ময়াদা লৈরিবা ইনা কুপ্পা পিকখ্রবা খাংপোকশংলোমদা খোঙ থাংজিল্লক্লমই।

"মসি লিফটনা চলাইবনি", মহাক শুগাইনা হায়রমই। চাকখুমদি দলাল মথক্কি কাদা লৈবনি। নহাক্লা টেলেফোন্দা য়াথং তৌথিবা য়াগনি, অসুম তৌদুনা পুখমশিংদু লিফটতা পুথরক্কনি, অমুক্তদা লোয়নমক। পুখম প্লেটনচিংবা অমোৎ অকাই খুদিংমক হায়রিবা মওং অসিদা পুখৎখিগনি। ইমুংমনুংগী ওইবা য়ানিঙাই ওইদে, নহাক ভাব তারেদনা, অদুগা লোয়ন-লোয়ননা রেস্টুআরেন্ট অমদা চাব-থকপা তৌবগী থোইদোকপা এডভর্টাইজমেন্ট দরকার ওইদে।

পোইরোৎ য়ারমই।

"নুমিদাংগী মতমদা শিজিন্নবা প্লেট পুখন্নচিংবা মথক্তা চাখুমদা লোয়না লৈরমগনি। নহাক্লা চানবিরবদি ঐ কাখৎপা য়াগদ্রা?"

"ওঃ, অরেপ্পনি, নহাক্লবু পাল্লবদি! লিফটমোন রোবর্টসনা নহাকপু পুখৎকনি অমসুং নহাকপু শক্তাক্কনি; অদুবু ঐনা কিরিবদি নহাক কান্নগদবা মচাক অমত্তা ফংবা ঙমলোই।

মখোয়না শিজিন্নরিবদি প্লেট অমসুং পুখম লিশিং লিশিংনি, অমসুং পুম্নমক অদু পুল্লপ পৈদুনা থম্লমগনি।"

পোইরোৎ চেৎনা থাজরমই, অদুমওইনমক, ঐখোয় পুল্লপ্লা চাখুম অদু য়েংলমই অমসুং প্লেট নংঃ ১১দগী হুকুম লৌখিবা নুপাদু বাহং তৌদুনা হংলমই।

"য়াথং তৌরকখিবদু মখল মথেল কয়াগী চান—থক্রুবনি—মী অহুমগীদমক", মহাক্না শন্দোক্না হায়রমই। "সৌপ জুলিএনে, ফিলেট ডে সোলে নোর্মানডে, সনসাগী তর্নাদোস অমসুং ঙৌথোক্লে চাক্লি। করম্বা মতমদা? পুং ৮মুক তাবদা, ঐবু হায়য়ু হায়রবদি। নত্তে, প্লেট অমসু পুখমশিং অদু হৌজিক্তি চামথোক্লল্লগনি। লাইবক খিবনি। নহাক্না খল্লিববু খুৎশাগী মমিরা, ঐ খল্লি?"

"থাঙ্গেশেংবমক নত্তেদা", পোইরোৎনা হায়রমই, মরৌ লৈবা মীনোক্না লোয়নননা ঐ কাউন্ট ফোসাটিনিগী অরাম খৌরাংবদা হেন্না পুক্লিং থিংজিল্লি। মহাক লৈরিবা পুখম খুদিংমক্তগী মহাক তংখিব্রা?"

"হোয়", অদুওইদুনসু মহাক কয়া য়াম্না চাখিবগে হায়বা ঐ হায়বা ঙমদে। প্লেটশিং অমসুং পুখমশিং অদু হাংলমই, চাক অঙৌবা অদু নত্তনা। ফনা ফজনা লেমদুনা থনমই।"

ঐখোয় ফ্লেট অদুগী মখাদা অমুকহন্না কুমথরবা মতমদা মহাক নেল্লপ্লা হায়বক্লমইঃ

"ঐখোয় হৌজিক নিয়মগী মতুংইন্না থবক তৌগনি হায়দুনা অরেপ্পা লৈরমই।"

"নহাক্না খল্লিববু মীহাৎপদুরা, নত্রগা কাউন্ট ফোসাটিনিরা?"

"অকোনবগী নুপা অদুদি য়াম্না চিংননিঙাই ওইদনা নিয়ম ঙাক্লা চৎপা মীনি। মতেং পীবিয়ু হায়জরবা মতুং অমসুং মহাক শিবগী পুংজা লাক্লে হায়দুনা লাউথোরক্লবদা, মহাক চেকশিন্না টেলেপোন রিসিভব পাইখৎলমই।"

ঐ পোইরোত্তা য়েংলমই। মহাক্না হায়খিবা বা অমসুং হন্দক্কি থিজিনবগী থবক্লা ঐঙোন্দা লংলবা বাখল অমা পীরমই।

"নহাক হুনি হায়দুনা চিংনবরা?" ঐ স্বর হোল্লমই। "কোক্তা ফুবগী বাফম মীত্তাংবগা পাল্খক্লি।"

পোইরোৎ চম্না নোক্লমই।

ঐখোয় ফ্লেটতা পুন্না চংলমই লোকেল পুলিস ইন্সপেক্টর অমসুং কন্সটেবল অনী অদু থুংলবনা। মহাক ঐখোয় উবদা শাউগে তৌরমই, অদুবু পোইরোৎনা স্কোটলেণ্ড ইন্সপেক্টর জাপ মমিং পল্লদুনা হায়রমই, অসুম তৌদুনা মরৈ য়েৎলবদগী ঐখোয় মখা শাংথনা লৈবা য়ারমই। ঐখোয়দা লাইবক ফবা হাইবদু ওইরমই মরমদি ঐখোয় মিনিট মঙারোম শাংথনা হল্লক্লমই। মতুং হল্লগে হায়না থৌরাং তৌরকপদা মীয়াই চল্লবা নুপা অমা অবা কোকথোং পুবগী মাইথোংগা লোয়নননা পাখৎনা কা মনুংদা চেনশিল্লক্লমই।

মসি গ্রেভস ওইরমই। শিত্রবা কাউন্ট ফোসাটিনিগী যুগী কা পান্নবা য়ুমগী মীনাই। মহাক্না ঐখোয়দা লিরকপা বারীদু য়াম্না নুঙগী মচাক য়াওবা ওইরমই।

মমাংগী অয়ুক্তা জেন্টলমেন অনীখক মহাক্কি মকুৎঙোবু উন্নবা লাক্রমই। মখোয় ইটালিয়ান ঙাক্তনি, অমসুং অনী অদুগী মনুংদা খর অহল ওইবদু চহি ৪০মুক ওইগনি, মহাক্কি মমিং সিগনোর আসানিও কৌই হায়রমই। খর নহা ওইবদু তনাম্না ফিজোল শেৎপা চহি ২৪রোমগী মীওইনি।

প্রমাণ ওইনা ফংবদি কাস্ট ফোসাটিনি মখোয় থুংলবগী থৌরাং তৌরমই অমসুং খুদক্তা গ্রেভপু য়াম্না চন্বা পাউ অমা হায়রুনবা থাদোকখিরমই। মতাং অসিদা নুপা অদু বারী লিরম্বদগী লেপখিরমই অমসুং বারীদুদা চিংনবা উৎলমই। ইরোই লোয়বদা, অদুমওইনমক, মহাক য়াজরমই, মহাক্না শারিবা বারী অদুগী অর্থ খংনিংবগা লোয়ননা, মহাক মঙোন্দা শিন্নরিবা থবক খুদক্তা ইল্লমদে, অদুবু মহাক মফম অদুগী অকোইবদা অরোনবা বারী তাগদবগী চত্তুনা লৈরমই।

বারী-বাতাই অদু অসুক্কি মতিক খোঞ্জেল পীক্না চখরমই মদুদি মহাক মহাক্না খল্লম্বা য়ৌনা মাইপাকপা ঙম্লমদে; অদুবু মানা খোমজিল্লিবা পাউ খর অদুদি শেলথুমগা মরি লৈনবা বাফমদা খন্নবনি হায়বসি তশেং তশেংলমই, অমসুং মদুগী য়ুম্ফম্না কিহনবা ওইরমই। খন্ন-নৈনবা খুদিংমক য়াননবা পুরকপরোমদা ওইরমই। অরোইবা শরুক্তা, কাউন্ট ফোসাটিনি হায়রপ খোঞ্জেল বাংখৎলক্নমই, তারিবা মী অদুনা বাহৈশিং অসি তশেংনা তাবা ফংহৌইঃ ২‘ঐ মখাতানা মরৈয়েৎনবগী মতম লৈত্রে, জেন্টলমেন। করিগুম্বা নখোয়না হুয়েংগী অহিংদা ঐগা লোয়ননা চাক চামিন্নরবা পুং ৮ তাবদা; ঐখোয় নৌহৌননা খন্নবা মখাতানা য়াগনি।”

লুন্নগা তারে পাউ হায়বা খঙপ্পগনি কিবদগী গ্রেড য়াম্না থুনা মবুৎঙোগী পাউ পুবা চৎলমই। ঙসিগী নুমিদাংবাইরমদসু নুপা অনী অসি মহৌশাগুম চাং কাইদনা পুং ৮দা থুংলখিরমই। চাকলেন চারিঙে মনুংদা মখোয় তোঙান তোঙানবা হিরমদা বারী শান্নরমই- রাজনিতি, নোং অইং অশাগী ফিভম, ড্রামা সংসারগী মরমদা। গ্রেভনা পোর্টবাইন্দু টেবলদা থম্বা মতমদা মহাক্কি মবুৎঙোনা কোফি পুরকউ হায়রমই অমসুং নুমিদাংবাইরম অদু মহাক চখোক্তনি খঙহল্লমই।

“মদুান মহাক্কি মহৌশাদগী চখবা থৌরমপরেংলা করিগুম্বা মতমদা মহাক্কি য়ুমদা ঋেস্টশিং লাক্লবদা?” ইন্সপেক্টরনা হংলমই। “নত্তে স্যার মসি ওইদে। মদুনা ঐঙোন্দা বাখল খলহল্লমই মদুদি জেন্টলমেনশিং অদুনা খন্নরিবা বাফম অদু মরি লৈনদবা অমসুং মহৌশাগা মান্নদবা মতৌনি হায়বগী।”

অসুম তৌদুনা গ্রেভকি বারী লোয়শিল্লমই। মহাক পুং ৮.৩০ তাবদা থোকখিবনি, অমসুং মরুপ অমা উন্নরমই, মহাক্না লোয়ননা এডগার রোডতা লৈবা মেট্রোপোলিটান ম্যুজিক হোলদা।

কনা অমত্তনা নুপা অনী অদু কা অদু থাদোক্লগা চংখিবা উহৌখিদে, অদুবু মীহাৎপা অদুগী থোকখিবা অরেপ্পা মতমদি পুং ৮.৪৭ ওইরমই। লাইব্রিক ইন্নবা টেবলদা লৈরম্না ঘড়ি মচা অমদি ফোসাটিনিগী পাম্বোম্না হায়রবদা চোংথোক্লুনা তারমই অমসুং তাঞ্জাদুমক্তদা লেপখিরমই, মদু মিস রাইডরগী টেলেফোণ্ডা কৌরকখিবা অদুগা মতম চান্নরমই।

পুলিশ সর্জেন্টনা অশিবা অদুগী হকচাং চায়েং তৌরমই অমসুং মদু ফমুং মথক্তা তাদুনা লৈরমই। ঐ অহানবা ওইনা মাগী মাইথোং উরমই—চোরফোন মচুগী কুচুনি, মনাতোন তুম্মি, খদাংকোই মন্নাং কাইনা হৌই, অঙাং চিনবান অনীগী মরক্তা তৌরবা য়া ফজনা হৌরমই। অদুবু য়েংবদদি নুঙাইবা মাইথোং ওইরমদে।

"ফরে", হায়দুনা ইন্সপেক্টর অদুনা হায়রমই, মহাক্কি নোটবুক খুমজিন্নদুনা। "কেশ অসি তশেং তশেংলে মতিক চানা। লুরিবা রাফমদি ঐখোয় সিগনোর আসানিওদা খুৎ থাবদনি। মহাক্কি লৈফম্নচিংবা শিরিবা মীগী পোকেটবুক্তা য়াওরমদবা তাঞ্জাদুনি?"

পোইরোৎনা হান্না হায়খিবগুম, শিন্নবা ফোসাটিনি নিয়ম নাইবা মীওইরমই। কুপ্তক্লা তরু তনান্না ইরম্বা খুৎনা হক্তুনা থন্নম্বা ময়েক, "সিগনোর আসানিও, গ্রোসভনোর হোটেল।"

"মতমচানা। ঐখোয়গী মশানান্নবা জেন্টলম্যেন কোনটিনোংদা বোট ট্রেন ফানবা চংলমই। ফরে, জেন্টলম্যেন, ঐখোয় মক্কম অসিদা থবক খর তৌবা ঙমগনি। ফত্রবা থবক মখলনি, পাঙথোক্তবদি য়াদ্রবনি। ইটালিয়ানশিংগী মনুংদা ইমুং অমদা থোকখিবা রাথোক লাম্বোক্কি লমন খুম্বা ওইবা চথবা থৌরাংনি, মসি ওইরোইদ্রা?"

অসুমতৌদুনা ঙাইহাক্কি ইরাংদু লোয়রদুনা, ঐখোয় কাগী মথাথংবা শরুক্তগী কুমথরক্লমই। ডাতর হাওকর পাথক্তুনা লৈরমই।

"উপন্যাস অমগী অহৌবদগীনা, হা!" য়াম্না ঙক্লিঙাই ওইবা মরমনি। নহাক মদু পারবদি থাজবা পোক্লা?"

পোইরোৎ রা ঙাংলমদে। মহাক রাখল খন্দুনা লৈরমই। নুমিদাংরাইরম চুম্না মহাক মচিন কাংথোকখিদে।

"মাষ্টর দিতেক্টিবনা করি হায়রমই, হা?" হাওকরনা হংলমই, মনঙ্গদা খুপাক্লা পোপ পোপ থারদুনা। "নহাক্কি কোক্তুবু কেশ অসিদা থবক অমত্তা তৌদ্রবা?"

"নহাক খন্দবরা?"

"করি ওইগদগে?'

"ফরে, খুদম ওইনা হায়রবদা, থোংনাউ অমা সিদা লৈরে।"

"থোংনাউ অদুরা? অদুবু মসি লোনশিল্লমই। কনামত্তনা মদুদা থোকখিবা তৌরোই।" ঐ মসি মুম্না খঙলমই।

"অমসুং করিগীনো নহাক্লা মসি খঙলিবদি?"

ডাক্তর অদু য়েংবদা ওকচানরমই। পোইরোৎ থুনা শন্দোক্লা হায়রমই।

"ঐনা মফম অসিদা পল্লিবদি থোংনাউগী পর্দাশিং অদুবুনি। মখোয় চিংথোক্লমদে। হায়রপ নাত্তৈচাদবা ৱাফমনি; মদু। অমসুং অদুগী মতুংদা কোফিসু লৈরমই। মসি হেঞ্জিন্না মুরবা কোফিনি।"

"ফরে, মদুনা করিনো?"

"থাবল মগুাল," ডাক্তরদু নোক্লমই। "নহাক ঐগী খোঙ পাইদুনা চিংলে।"

"কৈদৌনুংদা ঐ চিংবা তৌদে। হেস্টিংসনা মফম অসিদা খণ্ডগনি ঐ মপুংফানা হকচিন্না লৌই হায়বসি।"

"নহাক্লা করি খল্লিবগে হায়বদু ঐহাক খঙদে, অমহানি", ঐ ইরাল হায়দোকচরবই। "নহাক মীনাইনুপাদুবু চিংনদে, তৌত্রা? মহাক ডাকু মরক্তুন্দা য়াওরম্বা য়াই, অমসুং কোফি অদুদা হকচাং মাঙবা য়াবা ময়াল খর হাপ্লম্বা য়াই। ঐ খল্লি কোফি অদু চাংয়েং তৌদুনা মহাক চুম্মি লাল্লি পুথোক্কদবনি?"

"মদুনি ঐঙোন্দা ৱাহল্লিবা ৱাফমদি। ঐগী চিংনবা লৈতে মরমদি মদুগী মতাংদা ঐখোয় ফজনা খণ্ডদোক্কদবনি।"

নোংমগী পাউ ফোংলিবা কাঙবুনা ঐখোয়দা তুংদা লাক্কদবা হিরম খুদিংমক ময়েকশেংনা পাউ ফাওনহনবা ওমগনি।

সিগনোর আসানিও ফারমই অমসুং মঙোন্দা কাউন্ট ফোস্টিনি হাৎপগী মরাল শিরমই। মহাক ফাবা মতমদা, কাউন্টতুবু মশক খঙই হায়বা মহাক য়ারমদে, অমসুং লাউথোক্লমই মদুদি মহাক কৈদৌঙৈদসু রেজেন্টস্কী কোর্ট মনাক্তা নত্রগা মমাংগী নুমিদাংৱাইরমদা মফম অদুদা চংলুবা তৌখিদে। নহা ওইবা অতোপ্পা নুপা অমদুদি পুম্মাং মাংখিরমই। সিগনোর আসানিও গ্রোসভেনোর হোটেলদা মীহাৎকদবা নুমিৎ নিনিগী মমাংদা কন্টিনেন্টতগী লাক্লগা থুংলখিবনি। অনিশুবা নুপা অদু ফাননবা থৌরাং খুদিংমক অরেম্বা তারমই।

আসানিও, অদুমওইনমক, বীচারগীদমক্তা থারমদে। ইটালিয়ান এম্বাসাদরদগী তাদবা মীওই মশামক্লা পুলিশ কোট্রকি লৌখৎলিবা আইন কয়া চাংয়েং তৌরমই। মরমদি আসানিও হায়রিবা নুপা অসি মহাক্লা লোয়ননা পুং ৮দগী ৯ ফাওবা লৈমিন্নরমই। নুমিদাংৱাইরমদুমক্তা বগি অদু থাদোক্লমই। মহৌশানা, মীয়াম্না ক্রাইম অদু রাজনিতিগী ওইবনি হায়না লৌনরমই অমসুং তুমিন নমশিন্দুনা থমখিরমই।

পোইরোৎ কেশ অদুগী পোইন্ট খুদিংমক্তা পুক্লিং থিংজিল্লমই। অদুম ওইনমক ঐ করিগুম্বা ওকনা থোকপা ৱাফম খর লৈরমই নোংমগী অয়ুক্তা মহাক্লা ইখং খংহৌদনা পাউ পিরকপা মতমদা মদুদি মহাক্কি নাক্তা পুং১১ তাবদা ভিজিটর অমা লাক্কনি হায়বগী, অমসুং ভিজিটর অদু কনাসু নত্তে আসানিও মশামক্লি।

"মহাক নঙবু উন্নবগী আশা তৌরি?"

"শোয়দনমক্কি, হেস্টিংস। ঐ মাগা উন্নগে খল্লি।"

"করি মরমগীনো?"

"রিজেন্টস কোর্টকি মীহাৎপা।"

"নহাক মহাক্কা হাৎপনি হায়দুনা প্রমাণ তৌগদৌরিব্রা?"

"মী অমবু হাৎপগীদমক্তা অনীরক হন্না বীচার তৌবা চুন্নোই, হেস্টিংস। নপুক্লিংদা মীয়াম্না য়াঙদবা ৱাখলগী থাক লৈয়ু। ইহেঃ, মসিদি ঐখোয়গী মরুপকি ইহাং-হাংবা থম্মোয়গী চৈথেংনি।"

মিনিট খরগী মনুংদা সিগনোর আসানিও চংশিল্লক্লমই—মী পিকপা ময়াং কংবা মীওই, খঙদবগুম য়াম্না ইংনা-তপ্না য়েংবা মীৎয়েং য়েংলমই। মহাক লেপ্তুনা লৈরমই, মহাক্কি মমিং অদুনা চিংননা মী অমদগী অতোপ্পা অমদা হোংদুনা য়েংলমই।

"স্যার পোইরোৎ?"

ঐগী অশিকপা মরুপ্তুনা মথবাক্তা য়েংলগা ফম্লমই।

"ফমথৌ", সিগনোর। নহাক ঐগী নোট ফংলরিগনি। ঐ অঙকপা থৌদোক অসিগী মরমদা মখাদগী হৌরগা পাইখৎকে পুক্লিংদা চপযুংনা খল্লমই। করিগুম্বা খোংথাংদা নহাক্কা ঐবু মতংে পাংবা ঙমগনি। ঐখোয় হৌরসি। নহাক-মরুপ অমগা লোয়নন—তাং ৯ লৈবাকপোকপগী অয়ুক্তা কাউন্ট ফোসাটিনিগীদা চৎলমই।

ইটালিয়ানদু শাউরবা শাজৎ মওং উখোরক্লমই।

"ঐ অদুগুম্বা মখলগী থৌদোক অমত্তা তৌরমদে। ঐ মদু কোর্টতা ৱাশকপ্রে—"

"অরেপ্পা ৱাফম্না-ঐগী পিকপ্রবা ৱাখল অমা লৈ মদুদি নহাক লান্না ৱাশক্লে।"

"নহাক্কা ঐবু কিহনলিবরা? বাহ! ঐ নঙোন্দগী অকিবা করিগুম্বা অমত্তা ফাওদে। ঐ থাদোরক্লবনি।"

"থাঙ্কেশেংবনি; অমসুং ঐ অপঙবা মীওই অমা নত্তবনা; ঐ নঙবু ফাঁসি শগাইগা লোয়ননা কিহনবা নত্তে—অদবু মীয়ামদা ফোংদোক্লবগীদমক্তনি। শন্দোক্লবগী! ঐ খঙই নহাক ৱাহে অদু কা-হেন্না পাল্লোই। ঐগী ৱাখল অমা লৈরমই অদুবু নঙোন্দদি মদু লৈতে। ঐগী পিকপ্রবা ৱাখল অসি, নঙ খঙই, মখোয় ঐঙেনাদদি ওহ্হোক্লা মমল য়ামপ্লে। লাকও, সিগনোর, নহাক লাইবক ফবা ওইগে হায়রবদি পুকচেল শেংবা তাবনি। ঐহাক নঙোন্দগী হংবা পামদে করি মরমগীদমক্তা নহাক ইংলণ্ডদা লাকপনো হায়বদু। ঐ মসি মুন্না খঙই, নহাক্কা মফম অসিদা লাকপগী মরম থোইদোকপা কাউন্ট ফোসাটিনিগা উন্নগদবা মতাং অমগী ওইরমগনি।

"মহাক কাউন্ট ওইরমদে", ইটালিয়ান অদুনা য়ারক্তা ঙংলগা হায়রক্লমই।"

"ঐ অচুম্বা মরম ফজনা খঙবা লৈ মদুদি মহাক্কি মমিং 'আলমানাবা ডে গোথাদ।"

চল্লমদে। খল্লুনু, কান্টগী মিংথোল য়াম্মা তোয়না হুরান কারবার তৌবা কাংবুনা শিজিন্নগল্লি।"
"ঐ খল্লি, ঐ য়ারিবমখে পুকচেল তিংনা থবক তৌবনা হেন্না ফেরে। নহাকসু ফন-ফজনা খঙলমগদবা মাল্লি।"

"ঐনা ঐগী কোক খুদোংচাবা ফংনবা শিজিন্নগনি। লাকও, সিগনোর আসানিও, নহাক অশিবা মী অদু লৈবাকপোকপগী অয়ুক্তা য়েংলমই—মদু অসুম্মা ওই, ওইদবরা?"

"হোয়, অদুবু ঐ মফম অদুদা মথংগী নুমিদাংবাইরমদা কৈদৌঙৈদা চৎলমদে। দরকারসু লৈতে। ঐহাক নঙোন্দা লোয়না হায়গনি। অকক্লবা পাউ খর ইটালিদা লৈবা অরাংবা থাক্কি মীওই অমা ওক্লবা কাঙবুগী খুৎ চল্লমই। মহাক্না চাউরবা পৈশাগী চাং তাল্লমই চে অদু হল্লক্লবগীদমক্তা। ঐ ইংলেণ্ডদা লাকখিরমই মদু শিন-লাংনবগীদমক্তা। ঐ ঙসি অসিগুম্বা হায়ন-শিংনবা অসিগী মরি লৈননা অয়ুক্তা উন্নরমই। এমবেসিদা লৈবা সেক্রেটরি নহাশিংগী মনুংদা অমা ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নরমই। ঐনা আশা তৌরম্বা ফিভমদগী হেন্দোক্লা কাউন্ট অদু অচুম-অরান খঙবা মী ওইরমই, ঐনা মঙোন্দা পীরিবা পৈশা অদু চাউখ্রবা শরুক ওইদুনসু।"

"ঙাকপিগনি, মতৌ করম তৌদুনা মদু পিখিবগে?"

"ইটালিগী চৎনবা পৈশাদা, ভিনোমিনেসন অপিকপা চাংদা পীরমই। ঐ পৈশা অদু খুদক্তা পিরমই। মহাক ঐঙোন্দা থাথোক ওইরিবা চেচাং পিথোরক্লমই। অদুগী ঐ মাবু কৈদৌনুংদা অমুকহন্না উখিদ্রে।"

"নহাকপু ফাবা মতমদা রাপুম্বা লোয়না হায়দোকখিদবা করিগীনো?"

"ঐগী হম্বুরবা থাক্লা ঐ মহাক্না নকশিন্ননা তিন্নবা য়াহল্লমদে।"

"অমসুং নহাক নুমিদাংবাইরমগী থৌদোক অদুগী মরমদা করি হায়নিংবা লৈবগে, মতমদুদা?"

"ঐনা খনবা ওম্বা থাক ফাওবদদি কনাগুম্বা মীওই খরনা ঐগী ইহুৎশিন্দুনা ঐমক শারল্লগনি। ঐ ভাব তাবা ঙল্লমই মদুদি পৈশা অমত্তা ফাওবা ফ্রেটুদগী ফংবা ঙমখিদে।"

পোইরোৎ, মঙোন্দা য়েংলমই অমসুং মঙক হায়রমই।

"অঙকপনি", মহাক শোক্কাংনরমই। "ঐখোয় খুদিংমক্কি কোক্লে। অদুবু ময়ামদুগী মনুংদা খর খক্তনা মদু মতৌকরম্মা শিজিন্নগদগে খঙই। "গুড মোর্নিং, সিগনোর আশানিও", ঐ নঙগী রারী থাজে। ঐনা খল্লম্বা রাখলদুমক থোক্লরে। অদুবু ঐ অরেপ্পনি হায়না লৌরে।"

খুরুম্লগা মহাক্কি খেস্ট থোকখ্রবা মতুংদা, পোইরোৎ মহাক্কি পাম্বোম পানবা চৌকিদা হঞ্জিল্লক্লমই অমসুং ঐঙোন্দা নোক্লমই।

"ঐখোয় কেশ অসিগী মরমদা করি লৈবগে হায়বদো তারসি হে কেপ্টেন হেস্টিংসা।"

"ফরে, ঐ খল্লি আসানিও চুমই—কনাগুম্বা খরনা মাগী মহুৎ শিল্লমই।"

"কৈদৌনুংদসু, কৈদৌনুংদসু, নহাক অফবা লাইনা পীরম্বা কোক শিজিন্নদরে। নহাক

নশামক ৱাহৈ খর নিংশিংদুনা য়েংউ ঐনা হায়খিবা অহিংগী মতমদা ক্লেট অসি থাদোরকপদা ওইখিবা। ঐনা হায়খিবদুনি থোঙনাউগী পর্দালিং হাংদোক্লমদে হায়বা। ঐখোয় জুন থাগী মনুংদা ওইরমই। পুং ৮ তারবা ফাওবা নুমীৎ মঙাল ফংলমই। পুং ৮.৩০ দা মমগদৌরিবনি। ওইরিবা ফিভম অসি খন্দুনা য়েংউ? ঐ মুন্না ভাব তাই মঙোন্দা করম্বা লাহ্নেংনবা থোকখিবগে হায়বগী মমি অমা নোংমদি লাকখিগনি। হৌজিক ঐখোয় মখা চত্থসি। কোফি অদু ওইরমই, ঐনা হায়খিবগুম, য়াম্না মুরমই। কাউন্ট ফোসাটিনিগী ময়া য়াম্না শাখিনা ঙৌবা ওইরমই। কোফি অদুনা ময়াশিং চুগনি। ঐখোয়না খঙবা ঙমই মদুদি মহাক কোফি থকখিদে। অদুমওইনমক, কপ অহুমদদি কোফি য়াউরমই। কাউন্ট ফোসাটিনিনা কোফি থকখিদবদা কনাগুম্বা মীওই খরনা করিগীদমক্তা মহাক কোফি থকখি হায়দুনা তৌশিন্নরিবনো?"

ঐ ঐগী কোক হায়রমই, খমথেংনা তৌফম খঙদ্রদুনা।

"লাকও, ঐ নঙগী নতেং পাংগনি। ঐখোয়গী করি শাক্তি লৈদুনা মদুদি আশানিও অমসুং মহাক্কি মরূপ, নত্রগা নুপা অনী অদু মদুদা লৈরিবা, মখোয় অহিং অদুদা লাকখিরমই হায়বগী মতাংদা। কনামত্তনা মখোয় চংলকখিবা অমসুং থোকখিবা উহৌবা লৈতে। ঐখোয় নুপা অমগী মরমদা মতিকচানা প্রমাণ লৈরমই অমসুং থৱাই পান্দবা পোৎ খরগা লোয়ননা।"

"নহাক্না খল্লিববু?"

ঐনা হায়রিবদি, নাইফ, ফোর্ক, প্লেটশিং অমসুং অহাংবা পুখমশিংনি। ওঃ, মদুদি য়াম্না হৈশিংবা ৱাখল্লোননি। গ্রেভস হায়বসি হুরানবনি অমসুং খমথেংনা অরানবা তৌবা নুপানি, অদুবু নিয়ম ঙাক্না চৎপা মী। মহাক অয়ুক্কি ৱারী শান্নখিবদুগী অয়াম্বা শরুক লুমদুনা তারমই, মতিচানো কদাইফাওবা খংবগে হায়ববু আশানিও হায়রিবা নুপা অসি মশা ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা খুদোংথিবা ফিভমদা লৈরে কাওবনি। মথংগী নুমিদাংৱাইবম পুং ৮ লোম তাবদা, মহাক্না মহাক্কি মবুংঙোদা হায় মহাক টেলেফোন্না কৌবক্লে হায়দুনা। ফোসাটিনি ফমদুনা লৈরমই, টেলেফোন্দা মখুৎ তিংথোক্লদুনা অমসুং তুংলোমদগী গ্রেভনা মহাকপু নুংঙৌগী মুর্ত্তিদুনা মকোক্তা থোল্লম্বনি। অদুগী মতুংদা য়াম্না থুনা সার্ভিস টেলেফোন্দা মী অহুমগী চাকলেন! মসি লাকই, মহাক্না টেবল থৌবাং তৌই, প্লেটশিংদু মোৎহল্লমই, নাইফ অমসুং ফোর্কনচিংবা। অদুবু মহাকসু চাকলেন অদু চাখিদে। মহাক্কি কোক শিজিন্নবতা নত্তনা, মহাক্কি অরেপ্পা ৱাশক অমসুং মরৌ লৈবা চাকখাউ লৈরমই। অদুবু তৌর্নাডো প্লেট অহুম অদু চাথোক্লবা মতুংদা, চাক অঙৌবদু মাগীদমক্তদি য়ামল্লমই। মহাক চুরুট অমা থক্লমই অমসুং অতোপ্পা মচৈ অনীসু থকখিবা মান্নবা লৌথোক্লমই। ওঃ মানা তৌরিবা থবক খুদিংমক ফজনা পাংথোক্লম্বনি। অদুগী তুংদা ঘড়িগী কাটাশিং অদু পুং ৮.৪৭ তা থমজল্লমই, অদুদগী মহাক মদু থুগাইরমই অমসুং লেপখিরমই। মহাক্না তৌদবা থবক অমদি থোংনাউগী পর্দা হাংদোক্লমদবাদুনি। অদুবু করিগুম্বা অশেংবা চাকলেন চাবা পার্টি অমা ওইরন্নবদি নুমিৎকী

মঙান্না হেক শিথখিবগা পর্দাশিং অদু চিংথোক্লমগদবনি। অদুগী তুংদা মহাক তহা তহানা চেস্থোরক্লমহই মচিন্দা ষ্টেস্টশিং লাক্লে হায়না পল্লদুনা লিফটম্যেন অদুদা মহাক টেলেফোন মনাক্তা থুনা য়াংনা চেনশিনখিরমহই য়ারিবমখৈ নঙনবা পুং ৮.৪৭ মদুনা ডাক্তর অদুবু কৌনবগীদমক্তা মহাক্কি মবুংঙোগী শিরমদাইগী শাশিন্নবা খোঞ্জেলগা লোয়নননা। মহাক মহাক্কা পাইখৎলিবা থবক অদু অসুক্কি মতিক মাইপাক্লে খঞ্জরমহই মরমদি ফ্লেট নংঃ ১১দগী মতমদুদা টেলেফোন তৌবদা কনামত্তনা খঙলরোই হায়বসিনি।

"হারকুল পোইরোৎ নত্তনা", ঐ খল্লি? ঐনা হায়রমহই তৌরিবা মতৌদুনা তুক্কুচবা উৎলদুনা।

"হারকুল পোইরোৎতা নত্তেনে", ঐগী মরুপ্না হায়রমহই, মোমোন নোক্লদুনা। "ঐ হৌজিক থিনিবা তারি। অদুবু নহাক উগনি; ঐ চুমহই হায়বসি; অদুগী মতুংদা জাপ, মঙোন্দসু ঐনা খুদম উৎপ্রবনি, মহাক ইকাই খুম্নরবা গ্রেভপু ফাবা ঙম্লগনি। ঐ ঙকপা ফাওই মহাক পৈশা কয়া যাম্না খরচ তৌপ্রবনো।"

পোইরোৎ চুম্লমহই, মহাক মতম পুম্বদা ওই শাউহল্লমহই মহাকপু! ❑

# দোল্লার মিলিয়ন অমগী দলিল লুট তৌখিবা

"কয়াদা মশিং য়ামদ্রবা দলিল লুট তৌখিবগী পাউনো হন্দকমরক য়ামনা তৌইনা থোক্লিবসিবু!" ঐ থেংনদুনা লৈরমই নোংমগী অয়ুক্তা নাক্তা লৈরিবা খবরদা পারগা। "পোইরোৎ, ক্রাইমশিংবু বিজ্ঞ্যানগী পান্নৈনা থিজিনবা থাদোক্লসি, অদুগী মহুত্তা ক্রাইম ওইনা পাইখৎলসি!"

"নহাক তৌরগেরা—মতৌ করম তৌদুনা মদু হায়রিবনো? নহাক য়াম্না থুনা ইনাকখুনবা পাম্বগী মরা?—অদুগুম্বা খুদোংথিনিঙাই ওইবা লমবেলদু পাইখৎলগেরা, ইহ, চান্নরবা মরুপ?"

"ফরে, য়েংউ অরোইবগী শরুক্তা য়াওরিবসি, দোল্লার মিলিয়ন অমগী ভেল্যুগা মান্নবা লাইব্রেরিগী দলিল হায়রিবা অসি লণ্ডন অমসুং ক্ষোটিস বেঙ্কনা নিউয়োর্কতা থাবা মতমদা, অমসুং পোৎশক অদু ওলিম্পিয়া কৌবা জহাজ তোংদুনা চৎপা মতমদা য়াম্না শিংথানিঙাই ওইবা মওংদা মাংখিবনি।"

"অসিগুম্বা ক্রিমিনেলগী থবকশিং অসি তৌরমদ্রবদি, অমসুং লাভরগুয়েবগী অফাওবা নিয়ম শিজিন্নবগী অরুবা মাফম খর হেন্না শাংবা খোচত্তনা হেন্না লৈরমগদবনি পুংজা খরদং চংনা ইংলিশ চেনেল লানবদগীদি; ঐ ইশামক অসিগুম্বা খোংচৎ অমা চাউখ্রবা লাইনর অমদা চৎপনা হেন্না নুঙাইজরমগনি", পোইরোৎ শোহ্বাংননা মঙগুম্না হায়রমই।

"হোয়, থাঙ্গেশেংবনি", ঐনা হায়রমই পামজবগা লোয়ননা। মখোয়দুগী মনুংদা খরদি মপুংফারবা কোনুং ওই, ইরোইদুনা শান্নবা য়ারবা মফম, নান্নবা কা-মচাশিং, রেষ্টুরেন্টশিং, কোনা পাম্বী হৌবা মফমশিং—থাঙ্গেশেংবনি, মসি থাজবদা লুনা থোক্কনি মরমদি মী অমনা সমুদ্রদা লৈ হায়বসি।"

"ঐবুরা, ঐ মতমপুম্বদা সমুদ্রদা লৈবগী মাফম লোয়না খঙই", পোইরোৎ অৱাবগা লোয়ননা হায়রমই। "অমসুং করিসু লৈত্রবা, মরুওইদবা থৌদোকশিং নহাক্লদি শিংথারিবা; মখোয়না ঐঙোন্দা করিমত্তা হায়দে; অদুবু, ঐগী মরুপ, মীকুপ খবদং মাখল তৌ মীয়ামদগী থোইদোক হেন্দোক্লবা অফাওবা মীওইশিংতনা মীশক লোৎশিল্লগা লংফৈচৎপা ওইনা তৌই! অতাউবা কোনুং জহাজ ফম্বাকথকসিদা, নহাক্লা মসি তশেংনা হায়গনি, কনাগুম্বা মীওই অমনা হেক্তা উন্নগনি অফাওবা কয়া, ক্রিমিনেলগী সংসাবগী নাল্লকা ফিজোল শেৎলবা মীওই কয়া!"

ঐ নোক্লমই।

"মদুনি মহাক্লা পামজবা লম্বেলনা ওইরিবা মওং! নহাক শোয়দনা লাইব্রেরি বোন্দ

হুয়ানবা মীদুগা থাং শৎনবা শামগনি?"

যুমুরেম্বীনা ঐখোয়দা মরকথকুনা হায়রক্লমই।

"নহা ওইরিবী নুপী অমনা নহাকপু উন্নবা পামই, মিষ্টর পোইরোৎ। মক্ষম অসিদা মহাক্কি কাউ লৈরে।"

কার্ড অদুদা অসুম্না ইরমইঃ মিস এল্মী ফার্কুহার, অমসুং পোইরোৎ টেবল মখাদা তারিবা ফন্তবা পোৎ অমোৎ অকাই লোয়শিল্লগা অমসুং মদু চেকশিন্না চে হাপ্লাবা বাসকেত্তা থাদরমই অমসুং যুমুরেম্বীদা মহাকপু চংহল্লক্নবা ঈঙ্গিৎ তৌরমই।

অরেপ্পা মীকুপ্তা মশক ফজবা লৈশাবীশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা ঐনা হেক উরুবা খুদিংমক্তগী, মহাক কা মনুংদা চংশিল্লক্লমই। মহাক চাউরাক্লা চহি ২৫ রোম ওইরমই, লাউরপ তৌবি হ্রাওথাংনবী মীৎ পাল্লমই অমসুং চুং ফিরাল চাবী ওইরমই। মহাক মফি মরোল নান্না শেৎপী অমসুং থৌগনলোন ব্যবহার খগুবী ওইরমই।

"ফমথবিয়ু, ঐ নঙোন্দা হায়জরি, মাদাম। মদু ঐগী মরুপ কেপ্টেন হেস্টিংসনি, মহাক্লা ঐবু মতেং পাংই ঐগী পিকস্রবা ব্রাথোক খুদিংমক্তা। "ঐ কিজবনি মসি চাউরবা ব্রাথোক্কি ঐনা নঙোন্দা ঙসি পুজরক্লিবসি, স্যার পোইরোৎ", লৈশাবী অদুনা হায়রমই, ঐঙোন্দা হরাউনা খুরুম্নগা মহাক্লা ফম্নবা মতমগা লোয়ননা। "ঐ থৌনা ফনা নঙোন্দা হায়বা ঙমজে নহাক খবরপাবদা থেংনরম্লগনি। ঐনা পঞ্জরিবা মতাংসি ওলিম্পিয়াদা লাইব্রেরি বোন্দ হুয়ানখিবগী ব্রানি।" পোইরোৎকী মাইথোংদা করিগুম্বা অঙকপা খর উৎলম্বা য়াই মরমদি মহাক লেপ্পা লৈতনা থুনা মখা তারক্লমই! "নহাক ঐঙোন্দা চিংনবা শ্নাউদনা হংনিংগনি করিগীদমক ঐহাক খুদোংথীনিঙাই ওইরবা চাউখ্রবা লণ্ডন অমসুং স্কোটিস বেঙ্কতা মরি লৈননা থবক চত্থরম্বগী। ব্রাখল অমদা করিসু লৈতে, অদুবু অতোপ্পা ব্রাখল অমদা খুদিংমক ওই। নহাক খঙলেদনা, স্যার পোইরোৎ, ঐবু মিষ্টর ফিল্লিপ রিজবেনা শিজিন্নরমই।"

"অদুরা! অমসুং ফিল্লিপ রিজবে—"

"নহাক দলিল অদু হুয়ানখিবা মতমদা নহাক্কী খুত্তগী ওইরমদ্রা?"

হারুরগদি মঙোন্দা মরাল শিনিঙাই ওইদে, মহাক্কি মরাল শুকনৎ নত্তে। অদুওইদুনসু, মহাক পুক্লিংদা তম্থাই অমা অব্রাবা মতৌ ওইরমই মহাক্কি মখুরাগা লোয়ননা, ঐ খঙই, মহাক অসুমনসু ওইরমই মদুদি দলিলশিং অদু মাগী খুত্তা লৈ হায়দুনা চেকশিন্দনা হায়রমই। মসিমক্তি মহাক্কি পুক্নিদা শাখিনা লৈখা তাবনি।"

"মহাক্কি মখুরাদু কনানো?"

"মিষ্টর ভাভাসৌর, জোইন্ট জেনেরেল মেনেজর লণ্ডন অমসুং স্কোটিস বেঙ্ককী—।"

"খন্দুনা য়েংউ, মিস ফার্কুহার, নহাক ব্রারী পুম্বা ঐঙোন্দা লিদুনা তাহল্লোয়দ্র?"

"য়াম্না ফরে।" নহাক্লা খঙলিবদুনি, বেঙ্ক অদুনা আমেরিকাদা মখোয়গী সিয়ার থম্নবা

খল্লমই, অমসুং মরম অদুগীদমক্তা দোল্লার মিলিয়ন অমগী লাইব্রেরি বোন্দ মফম অদুদা থামরই। ভাভাসৌরনা মহাক্কি মমহাকনুপাবু খল্লমই, মহাক মতম শাংনা বেঙ্কনা থাজবা মী অমা ওইরমই, মহাক নিউয়োক্তা লৈবা বেঙ্কতা অকুপ্পা মরোল ফাওদোক ফাওজিন তৌনবগীদমক্তা নিংথিনা খঙলবা মীওই অমা ওইনা মহাক খোঙচৎ অদুদা য়াওরমই। ওলিম্পিয়া জহাজ লিভরপুলদগী তাং ২৩দা থাদোকখিরমই অমসুং দলিলশিং অদু নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা ফিল্লিপ্তা খুৎশিন্নরমই মিষ্টর ভাভাসৌর অমসুং শোনা, হায়রিবা অসি লণ্ডন অমসুং স্কোটিস বেঙ্ককী জেনেরেল মেনেজর গুক্তনি। মখোয়না মশিং থিরমই অমসুং ময়োম অমদা মখুম খুমজিল্লগা হাপ্লমই, মমাংমক্তদা শিল নল্লমই অদুগী মতুংদা ময়োম অদু শউন্না শাবা ময়ুংনাইরপ তৌবা উপু অমদা শো-লোনশিল্লগা হাপ্লমই।"

"উপু অদু ইচম-চম্বা শোনা লোনবরা?"

"নত্তে, মিষ্টর শোনা তকশিল্লদুনা হায়রমই মদুদি ম্রাইখু অদু ফজনা হবসকী কম্পনিনা ফিট তৌবনি। ফিল্লিপনা, ঐনা হায়বগুম্না, ময়োম অদু ত্রঙ্ক অদুগী মথাথংবা শরুক্তা থমখিবনি। নিউয়োর্ক য়ৌগদবা পুংজা খর ম্রাংলিঙৈদা হুরানখিবনি। জহাজগী শরুক পুম্বা অকনবা নিয়মগী মথাদা থিজিল্লমই, অদুবু ফল ফংবা গুল্লমদে। দলিলশিং অদুনা তাকপদি সাহিত্যগী লোন্দাদা অপাম্বা নুংশিল্লক্তা থাজদনা মাংখিবনি।"

পোইরোৎ শুগংলমই।

"অদুবু মখোয় মপুংফানা মাংবা ওইরমদে, ঐনা খঙবদগী হৌদুনা মদুদি মখোয় অপিকপা পোৎয়োম মচা মচাদা ওলিম্পিয়ানা থুংলগদবা পুংখাইমুক্তি মমাংদা য়োহ্নোকখিবনি! ফরে, চিংননিঙাই ওইদে, ঐগীদমক্তদি, মথংদা রিজবে উন্নবনি।"

"ঐ মসিনদি হায়নিঙই নহাক ঐগা লোয়ননা কৈশায়ার চীজদা চাকলেন চামিন্নগদবনি। ফিল্লিপ মফম অদুদা লৈরমগনি। মহাক ঐগা উন্নগনি, অদুবু ঐ সিমদি খঙদে ঐ নহাকপু মাগী তরফতা উন্নগদরা।"

ঐখোয় হৌদোক্লকপা ম্রাফমদা মতিকচানা য়ানরদুনা, মফম অদুদগী তেক্সি অমা তোংলগা চৎলমই।

মিষ্টর ফিল্লিপ রিজবে ঐখোয়দগী হান্না মফম অদুদা লৈরমই, অমসুং য়েংবদা হাইরপ ওকপা মাল্লমই মরমদি মহাক্কি চান্নবীনা মীনৌ অনীগা লোয়ননা মফম অদুদা থুংলবা মতমদা মহাক য়েংবদা মশক মতৌ ফজবা নহা ওইরমই ম্রাওই অমসুং তনান-তনাপ্লি, অমসুং মরাইবক্তা পোক হাইরপ ফাওরমই, মহাক মশাগী চহি ৩০ হেন্দ্রবসু।

মিস ফার্কুহার মহাক্কি মনাক্তা চংশিল্লমই অমসুং মহাক্কি পাম্বোমদা মখুৎনা পাইরমই।

'নহাক তান্নরকমদনা ঐনা তৌবা থবক্তি ইরাল গুাকপিগনি, ফিল্লিপ", মহাক্না হায়রমই। ঐহাক স্যার পোইরোৎপু নঙোন্দা শক্তাকচগে, মহাক্কি মরমদা নহাকসু য়াম্না তোয়না তারক্লগনি,

অমসুং মহাক্কি মরুপ হেস্টিংস।"

রিজবে য়েংবদা ওক্লা উরমই।

"অশেংবনি ঐ নহাক্কি মরমদা তারে, স্যার পোইরোং, মহাক হায়রমই খুংশোকপগা লোয়ননা। অদুবু ইসমীনা নহাক্কা উন্নগনি খনবা ৱাখল ঐহাক খল্লুদে ঐগী মরমদা—ঐখোয় অৱাবদা।" "ঐ কিবা ফাওরমই মদুদি নহাক্কা ঐবু মদু তৌহনবিগনু, ফিল্লিপ, মিস ফার্কুহারনা য়াম্না তোম্বনা হায়জরমই।

"মরম অসিনা নহাক নশা কণ্ডবরোমদা চেকশিল্লমই", মহাক্কা হায়রমই, মোমোন নোক্লদুনা। ২'ঐ আশা তৌই স্যার পোইরোংনা অসিগুম্ববা কা-হেন্না চমম্বরবা ৱাফম অসিদা করিগুম্বা মঙাল খরদি লীবা ওমগনি, মরমদি ঐ পুকচেল শেংনা ইরাল হায়দোকচরি মদুদি ঐ ইশামক্তি অদুগুম্বা অৱাবা লাংতক্লবা ফিভমদগী ৱাংমদা লৈ।"

থাক্সেশেংনমক, মহাক্কি মাইথোং অদু য়েংবদা নুংনাংবা পাখৎপা ওইনা উরমই অমসুং মহাক্কি পুক্লিং অদু শাথিনা ৱাবগী খাংবা মতৌ উথোরক্লমই।

"ফরে, ফরে হায়রমই পোইরোংনা "ঐখোয় চাব-থকপা তৌরসি অমসুং চারিঙৈদা ঐখোয় কোক পুনশিন্নদুনা করি তৌবা য়াবগে য়েংশি। ঐ মিষ্টর রিজবেগী ৱারী মশামক্তি মচিন্দগী তাবা পামই।"

ঐখোয়না লৈরিবা হোটেল অদুগী মনুংদা হাওরবা শা-অতাউবা অমসুং মথিকনচিংবা চারিঙৈদা, ফিল্লিপ রিজবে লিরক্লমই দলিলশিং মাংবগী ওইরিবা ফিভমশিং। মহাক্কি ৱারী অদুগা মিস ফার্কুহারনা ফোংদোরকপা মতকা অয়াম্বা শরুক্তা মান্নরমই। মহাক্কা, ৱারী লিবা লোয়রবা মতমদা, পোইরোং ৱাহং হংবগী থবক চশ্বরমই।

"করি মরমনা তশেংনমক নহাক দলিলশিং অদু হুরানপ্রে হায়বা খওহল্লকপনো, মিষ্টর রিজবে?"

মহাক নোক্লমই হায়রপ মরৌলৈনা।

"পোত্তুনা ঐগী মায়থোংদা য়েংলক্লমই, স্যার পোইরোং। ঐ মদু নাম্থোকখিবা পাল্লমদে। ঐগী কেবিন ত্রঙ্ক অদু মখাদা লৈরিবা হাপফম ওইবা কোমগী তম্খাই অমা মথক্লোমদা হেনগৎনা লৈরমই অমসুং খোংতৎলমই অমসুং ককথৎলমই মখোয়না শো ফক্কাইগে খল্লিবা মফম অদুদা।" "অদুবু ঐনা ফজনা ভাব তাবা ওস্বদি ত্রঙ্ক অদু শোজে অমনা হাংদোক্লমই!" "মদুমক্লি। মখোয় নম্ফুদা মদু পাংথোক্লবা হোৎনরমই, অদুবু ওল্লমদে। অমসুং অরোইতাঞ্জাদা করিগুম্বা জেশা উপাই শিজিন্নদুনা মদু শোয়দনা হাংদোক্লমগনি।"

"অওকপনি", হায়রমই পোইরোংনা, মহাক্কি মমিৎ অশংবা নুংশা মঙালদা কুপ্পা হৌরদুনা, "ঐনা ফজনা খওই। য়াম্না ওক্লিংঙাইনি! মখোয় মাওহল্লমই য়াম্নবা মতম মদু হাংদোক্লবা হোৎনবদা, অমসুং অদুগী মতুংদা—অওকপনি! মখোয় ফংই মশাদা মতম পুম্বদা শো-য়াওরি

হায়বা—মরমদি হ্বস কম্পানিগী শো খুদিংমক শোয়বা নাইদ্রবা ঙাক্তনি।"

"মখোয়না শো অদু ফংবা ঙমখিদবগী অশেংবা মরম অদুননি। মসি কৈদৌনুংদা ঐবু থাদোক্তুনা অহিং নুংথিল অনীমক্তা চস্তে।"

"নহাক্না হায়রিবদু অশেংবরা?"

"ঐ মসি খাশক্তুনা হায়বা ঙমই, অমসুং অদুগীমথক্তসু মখোয় করিগুম্বদা শো অদু লৈরম্লবা নত্রগা চপমান্নবা শো অমা, করিগীনো মখোয়না মতম মাংহল্লিবা নম্ফুদা ফক্কাইব্বা ঙম্নরোইদৌবা শো অম্না ফক্কাইনবা হোৎনবদা?"

"ওঃ, মদু চপ চাবা খাহংনি ঐখোয় ইশামক্তা ঐখোয়দা হংজগদবা! ঐ মাংজৌননা মদুগী পাউখুম পীনবা হোৎনৈ, ঐখোয়না মতমপুম্বদা ফংবা ঙম্নবদি, পুখোককনি অঙকপা অচুম্বা মরম। ঐ নঙোন্দা নিজরি ঐনা মখাতাবা খাহং নঙোন্দা হংবগীদমক, খারৌবা তৌবিগনু। নহাক তশেংনমক অরেক্তা লৈরবরা হায়বদি ব্রঙ্ক অদু শো লোন্দনা থনম্বরা?"

ফিল্লিপ রিজবে ইচম চম্না মঙোন্দা য়েংলমই, অমসুং পোইরোৎ ঙাকপিনবা হায়বগী থৌগল্লোন উৎলমই।

"ইশঃ, অদুবু পোৎশিং অদু ওইখোকপা য়াই, ঐ মঙোন্দা লোইন্নমক হায়। য়াম্না ফরে, দলিলশিং অদু ব্রঙ্কতগী হুরানখিরমই। মাদুগা লোয়না হুরানবা অদুনা করি তৌগদৌরিবা? মহাক্না মদু মতৌ করমতৌনা লাম্ছোক্লবা শিল্লাংগদৌরিবা?"

ইশঃ! হায়রমই রিজবেনা। "মদুমক্তি চপ চাবনি। মতৌ করম তৌদুনা? খাহৈশিং অদু কস্টমস ওথোরিতি য়ৌখিরমই, হেক অহিংবা আম্বা খুদিংমক জহাজ থাদোরকপদা য়ামনা চেকশিন্না থিহম্বগী থবক তৌরমই।"

"অমসুং দলিলশিং অদুবু, ঐনা খনবদা, য়াম্না চাউবা পোৎয়োম্না?"

"তশেংনমক মখোয় ওইরমই। মখোয় জহাজ ফম্বাথক্তা লোৎপদা অরুবা ওইরমই—অমসুং অমবু ওইরবসু ঐখোয় খঙই মখোয় ওইরমদে, মরমদি মখোয় য়োন্নবগীদমক্তা পীখিবমই পুং ১গা মখাইগী মনুংদা ওলিম্পিয়ানা থুংলগদবা, কুইনগী মমাংদা ঐ কেবল ফংলমই অমসুং নম্বর থাখিরমই। কনাগুম্বা ডুবালি অমনা খাশক্লমই মহাক্না মখোয়দুগী মনুংদা খর লৈরমই ওলিম্পিয়ানা থুংলদ্রিঙৈগী মমাংদা। অদুবু নহাক্না দলিলশিং অদু খায়ার লেপ্তা থাবদি ঙম্লোই।"

"নত্তে, খায়ারলেস নত্তে, অদুবু অয়াংবা শক্তি লৈবা হী মচা শিজিন্নখিবরা অমসুং লাকখিব্রা পরিংদুদা?"

"ওফিসকী ওইনা শিজিন্নবা অমদুখক্তনি, মদুসু এলার্ম বেল পীখ্রবা মতুং অমসুং লৈরিবা মীখুদিংমক্তা থিহম্বগী থবক চথরবা মতমদনি। ঐ ইশামক লম্বেল অদোমদা করম করম্বা মীওই লাকখিবগে হায়বদু য়েংদুনা লৈরমই। হেঃ ঈশ্বর, স্যার পোইরোৎ, অসিগুম্বা থৌদোক অসিনা ঐবু ঙাওহল্লে! প্রজাশিংনা ঙাংনবা হৌরকলমই মদুদি ঐ ইশামক্তা মদু হুরানবনি।"

"অদুবু নঙোন্দা জহাজ মথক্তুদা থিহ্‌বা য়াওখিবরা, য়াওখিদবরা?"

পোইরোৎ তপ্না হংলমই।

"হোয়।"

নহা অদুনা মঙোন্দা ওকচান্নদুনা য়েংলমই।

"নহাক ঐনা হায়রিবা অসিগী অর্থ খঙদে, ঐ উরে", হায়রমই পোইরোৎনা, মরৌ লৈনা নোক্লদুনা। "ঐ হৌজিক বেঙ্কতা ব্রাহং হংদুনা থিজিন্নুবা পার্মই।"

রিজবেনা কার্ড অমা পুখোরক্লমই অমসুং মদুদা ব্রাহে খর ইদুনা লৈরমই।

"মসি থাজিনবিয়ু অমসুংঐগী উন্‌ক্লল খুদঙ্তা নহাক্তা উন্নগনি।"

পোইরোৎ মহাকপু থাগৎলমই, অমসুং মিস কার্কুহ্নরদা বিদাই পীরমই, অমসুং অদুদগী ঐখোয় পুল্লপ স্ট্রিদ নিভল স্টিত্তা লাক্লমই অমসুং লণ্ডন অমসুং স্কোতিস বেঙ্ককী ওফিস্তা থুংলমই। রিজবেনা পীরকপা কার্ড উৎলদুনা ঐখোয় মনুংগী কাদা লৈরিবা কাওন্টরশিং অমসু দেল্ল কয়া ফাওদুনা চংলমই, পৈশা পীথোকপগী থবক তৌরিবা অমসুং পৈশা লৌশিনবগী থবক তৌরিবা কেরানিশিং ওক্লরমই অমসুং মদুদগী মথক ইথং-থংবা কাদা লৈবা অপিকপা ওফিস অমদা ঐখোয়বু জোল্ট জেনেরেল মেনেজরনা ওক্লমই। মফম অদুদা চিংলেম্বা জেন্টলমেন অনীথক লৈরমই, অমনা বেঙ্ককী সার্ভিস্তা চংবনা মরম ওইদুনা পোকহৌরবা, মিষ্টর ভাভাসৌর, তেল্লপ তৌবা অঙৌবা মকোই হৌরমই, অমসুং মিষ্টর শো, লংনা মকোই ফান্দোক্লমই।

"ঐ ভাব তারে নখোয় য়াম্না চেকশিনবা লন্নাই ইনকারি এজেন্টলা?" হায়রমই মিষ্টর ভাভাসৌরনা। "অদুমক্নি, অদুমক্নি। ঐখোয় কেশ অসি পাইরিবা স্কোটলেণ্ড য়ার্ড ইন্সপেক্টর ম্যেক নৈলগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নবনি। য়াম্না হৈশিংবা ওফিসারনি, ঐ খল্লি।"

"ঐ মদু অরেপ্পনি লৌজরে", পোইরোৎ নোল্লুক্লা হায়রমই, "নঙোন্দগী ব্রাহং খর হংবদা অয়াবা পীবিগনি, নহাক্কী নমহাক নুপাগী তরপতা? শো অসিগী মরমদনি; কনানা মসি হ্নবসতগী য়াথং তৌরমই?"

"ঐ ইশামক্লা তৌরমই", হায়রমই শোনা। "ঐ কেরানি খুদিংমকপু অমত্তা থাজদে মসিগী মরমদা। শো অদুগী মতাংদনা রিজবেগী অমা লৈরমই, অদুগা অতোপ্পা অনী অদুনা ঐ অমসুং ঐগী কোলিগনা পাইরমই।"

"ক্লার্ক অমত্তনা মদুগী মনাক্তা চংবা য়াদবরা?"

মিষ্টর শো খঙনিংবগা লোয়ননা মিষ্টর ভাভাসৌরদা ওনশিল্লক্লমই। "ই খল্লি ঐনা হায়রিবা ব্রাহেশিং অসি চুমই মরমদি শোজেশিং অদু হাপফমদা লেংদনা লৈরমই, মফম অদুদা ঐখোয়না থমখিবা তাং ২৩দা", হায়রক্লমই মিষ্টর ভাভাসৌরনা। "ঐগী কোলিগতি লাইবক থীবদগী থাখাই অমগী মমাংদগী নাদুনা লৈরমই—অশেংবা মরমদি ফিল্লিপনা ঐখোয়বু থাদোক্লম্বা

নুমিৎতুমক্তদা। মহাক হুগৎলকপদা ঙাইরি।” “শাখিরবা ব্রোনকাইতিস লাইনা ফাগী নত্তে ঐগী চহি মতাং অসিদা”, হায়রম্মই শোনা অৱাবা শক্তম চেল্লদুনা। “অদুবু ঐ কিবা কাওই মিষ্টর ভাভাসৌর কাহেন্না থবক শুবদগী, ঐ কাদবনা মরম ওইদুনা, অৱাবা ফাওরমগনি, থোইদোক হেন্দোক্লা অসিগুম্বা অৱা-অনা অসিনা পুম্নমক্কি মতোন থংবদা থোক্লরে।”

পোইরোৎ মখাতানা য়াম্হং খর হংলম্মই। ঐ পুক্নিংদা বিচার তৌরম্মই মদুদি মহাক তশেংনমক মাগী মাম্মা অমসুং মমহাক অনীগী মরক্তা ঈ-পাউ ফাওনবগী চাং ওন্দুনা লৈরম্মই। মিষ্টর ভাভাসৌরনা পীবা পাউখুম য়াম্না তেল্লি অমসুং চাংনোইনা উই। মহাক্কি মমহাক অসি বেঙ্ককী মরমদা থাজরবা ওফিসিয়েল অমা ওইরম্মই, অমসুং শেন্দোন লৈরমদে নত্রগনা শেলথুমগী অৱাবা মানা খঙবা থাক্তা। অসুম তৌদুনা হৌখিবা মতম কয়াদা অসিগুম্বা মান্নবা থৌরম কয়া শিন্নরম্মই। ঐখোয় অরোইবদা খুরুম্নম্নগা থোরক্রম্মই।

“ঐ নিংঙবা কাইরে”, হায়রম্মই পোইরোৎনা, ঐখোয় লম্বীদা খোঙশাল্লকপা মতমদা।

“নহাক মখাতানা পুখোকপগী আশা লৈরিব্রা? মখোয় অহল ওইরবা য়েংবদা নুঙাইবা ফাওদ্রবা মীমক্তনি।”

“মখোয়গী য়েংবদা নুঙাইবা ফাওদবাদুনা নত্তেনে ঐবু নিংবা কাইহল্লিবদি, হে মরুপ। ঐ বেঙ্ক মেনেজর অমা ফংগনি হায়বগী আশা তৌদে মহাক অদুনা ‘ইগলগী মিৎয়েংগা লোয়নননা পৈশা পুথোক্কনবা’, নখোয়না পামজবা ফিক্সন লাইরিক্তা তৌবগুম। নত্তে, ঐ কেশ অসিগী মতাংদা নিংবা কাইবা তৌদে—মসিদি লাইথ্রবা ৱাফমনি!”

“লাইবা হায়বা?”

“হোয়, মসি অঙাংমচা থৌদোগুম চম্না খনব্রা?”

“নহাক খঙই দলিলশিং অদু কন্নানা হুরাল্লি?”

“অদুবু মতুংদা—ঐখোয় তৌগদবনি—করিগী—”

“চমন্নবা তৌগনু অমসুং পাখৎকনু নশামক, হেস্টিংস। ঐখোয় হৌজিক খুদক্তা থবক তৌরোইদবনি।”

“অদুবু করিগীদমক্তা? নহাক্না ঙাইরিববু করিনো?”

“ওলিমিপয়াগীদমক্তনি। মহাক নিউয়োর্কতগী হল্লক্কদবা লৈবাকপোকপা নুমিৎ ফাওবদি ৱাৎলি।”

“অদুবু নহাক্না দলিলশিং অদু কন্নানা হুরাল্লি খঙলবদি, করিগীদমক ঙাইরিবনো? মহাক নাম্থোকখিবা য়াই।”

“সাউথাসিগী ইথৎশিংদা বন্দিশিং শিন্দোক শিঞ্জিনগী ৱাফম লৈতে? নত্তে, হে মরুপ, মহাক মফম অদুদা পুন্সি হিংবদা হকচাং ফব ওইরোই। করিগীদমক্তা ঐনা ঙাইগদৌরিবনো-

হে মরুপ, হায়রকুল পোইরোৎকী লৌশিংগী পান্বেনা কেশ অসি মপুংফানা তশেং-তশেংলে, অদুবু অতোপ্পা মীশী কান্নবগীদমক্তা, পুকচেল ফরবা লাইনা পীথোরকপা খুদোল তন্বিদ্রবসু- ইন্সপেক্টরও নৈল, খুদম ওইনা হায়রবদা—অচুম্বা মরম থিননবা ইনক্বারি খরমখেদি তৌবা ফৈ। মী খুদিংমক হেন্না পীথোরকপা খুদোল য়াওদ্রবা মীওইশিংগী মরমদনা হেন্না খন্ন-নৈনফম থোকই অয়াওবা মী অমদগী হেন্না।"

"পুকচেল ফরবা ঈশ্বর, পোইরোৎ! নহাক খঙব্রা, ঐ পৈশা মতিকচানা পীগনি নহাক নশামক গথাগী মতৌগুম হেক লৈবা উবদা—অমুক্তংগী ওইনা। নহাক অঙকপা মওংদা হেন্দোক্লা নশাগী তৌবঙম্বা শক্তিবু থাগত্তুনা নাপল কামল্লে।"

"শাওগনুগে নশামক, হেস্টিংস। শেংনা হায়রবদা ঐ অসুম্না লৌই মদুদি নহাক্লা ঐবু তুক্কচবা মতম হেক হেক লাকই! অঙকপনি, ঐ চাউরুবদগী দন্দি ফংলেদো!"

মী অপিকপদু মথবাক পোংথোক্লমই, ফাগীগী মওংদা স্বর হোল্লমই মদুদি ঐবু নমদুনা নোকহল্লমই।

লৈবাকপোকপা নুমিত্তা ফার্স ক্লাস তোংদুনা রেলগাড়ি এল: ৮ এন:ডব্লি:আর: ঐখোয় লিভরপুল য়ৌরমই। পোইরোৎনা চিংনরিবা নত্রগা অরেপ্পা ব্লাফমগী মরমদা মঙক কন্না ঐবু মঙাল ফংহনবা য়ারমদে। মহাক মতোমতা পেম্থোকচরমই মচিন্দা অঙকপা ফোংদোক্তুনা মদুদি ঐসু মহাক্কা মান্ননা ফিভম অদু খঙবা ঙম্লমদে। ঐনা মঙোন্দা ব্যাবহার উত্তুনা মরৈ য়েৎলুবদু কান্নদ্রে খল্লদুনা, তৌশিন্নবা থৌশাদবগা লোয়ননা ঐ খঙনিংবা থৌরাংলিবা ব্লাফমদু ইশা ঙাকথোকচনবগী পল মরুমদা ঙাইদুনা লৈরমই।

ঐখোয় জহাজ থম্ফম, চাউখ্রবা ট্রান্স আটলান্টিক লাইনরগীদা থুংবা মতমদা, পোইরোৎ মশানানবা অমসুং মিকুপ নাহুম শিংবা হেক্কৎলক্লমই। জহাজগী ষ্টেব্রার্ড মরিগা উন্নদুনা মরি লৈননা ব্লারী-ব্লাতাই শাবা অমসুং পোইরোৎকী মরুপ অমা তাং ২৩গী নিউয়োর্ক চৎপদা য়াওবা মীওই অদুদা হংবা য়াবা কয়া পাইখৎপনা ঐখোয়গী তৌফমথোকপা ইথৌগী মনুংদা চল্লমই।

"আনোকউপ্পা অহল ওইরবা জেন্টলম্যেন, শাখিনা শোইনাইরবা অমা মহাক্কি কেবিন্দগী থোরক্লমই।"

ওইরিবা অবস্তা অদু চাননবা ওইরমই মদুদি মিষ্টর ভেন্টনোর কৌবা মীওই, মহাক্কি কেবিন নংঃ ২৪, হায়রিবা অসি ফিল্লিপ রিজবেগী কেবিনগা হেক থংননা লৈবা ওইরমই। ঐহাক কন্না মীপাইরমই মদুদি পোইরোৎনা কদাইফাওবা অচুম-অরান খঙনা ব্লারোইশিন্দা মিষ্টর ভেন্টনোরনা ছিংবগী মরম অমসুং মহাক্কি মশাগী শক্তম উবা ঙম্লমদ্রবসু।

"ঐঙোন্দা হায়বিয়ু", ঐ হায়রমই, "হায়রিবা জেন্টলম্যেন অসি নহাক্লা নিউয়োর্কতা থুংবা মতমদা জহাজদগী কুমথরকপা অহানবা মীশক ওইরমব্রা?"

ষ্টেবার্ডতু মকোক হায়রম্মই।

"নস্তে, থাজৈশেংবনি, স্যার, মহাক ইকোন কোল্লা কুমথরকখিবশিংগী মনুংদা অমনি হ্রিদগী।"

ঐ পোখোরমই নিংহন্নরদুনা, পোইরোৎ ঐঙোল্দায়েংলগা মত পীরক্লমই। মহাক্লা ষ্টেবার্ড অদুবু থাগৎলমই, নোট অমাং খুৎশিন্নরমই, অমসুং ঐখোয় খোঙশাল্লক্লমই।

"মসি য়াম্না ফরে", ঐ শাওনা হায়রমই, "অদুবু অকোনবগী পাউখুম অদুনা নহাক্কি মমল তাংলবা বাখল্লোনবু অরেম্বা তাহল্লমই, নঙনা পাম্বা মওংদা নঙনা হায়রি!"

"মহৌশাগুম্না, নহাক করি অমত্তা উবা ঙমদ্রে, হেস্টিংস। অকোনবগী পাউখুমদি ওই, ওন্ন তৈনবদা, ঐগী বাখল্লোনগী বাংমদা লান্না লৌবনি।"

ঐ নিংবা কাইরদুনা খুৎ কম্থোক্লমই।

"ঐ মদু থাদোক্নে।"

ঐখোয় লণ্ডন তান্না ট্রেন তোংদুনা চৎপা মতমদা, পোইরোৎ মথৌ চিন্না কবিগুম্বা খর ইরমই মিনিট খরদং চংনা, অমসুং মদু ইনভেলোপ অমগী মনুংদা হাপচিল্লগা শিল তৌশিল্লমই।

"মসি পুকচেল ফরবা ইন্সপেক্টর য়েক নৈলগীনি। ঐখোয় মদু স্কোটলেণ্ড্ য়ার্ড ওফিস্তা পীনবনি, অমসুং অদুগী তুংদা রেন্দজভৌস রেষ্টুরারেন্টতা, মফম অদুদা ঐহাক্লা মিস এসমী ফার্কুহারদা হায়রমই য়াম্না ইকাইখুম্নবা উৎপা ওইনা চাকলেন চামিন্ননবা ঐখোয়গা লোয়ননা।"

"রিজল্টগী মরমদদি করি তৌরবা?"

"মহাক্কি মরমদা করিনো?" পোইরোৎ মমীৎ কুপ্পদুনা হংলক্লমই। "করিগী, নহাক মদু তশেংনমক খল্লোইদবনি–নহাক ঙল্লোই–"

"শেংনা ফোংদোক্তবগী হৈনবী নঙোন্দা হেঙ্গৎলক্লমই, হেস্টিংস, অচুম্বা মরমগীদমক ঐ বাখল খল্লমই। করিগুম্বা রিজল্টনা হুরানবা ওইরবদি-মসি মপুংফাবা ওইথোকপা য়াবনি-কেস অসি পুক্লিং শুম্বাৎনিঙাই ওইরমগদবনি; তক্ক তনানবা নিয়ম নাইবা থবক মচেৎ অমা ওইরমগদবনি।

"অদুবু মিস ফার্কুহারদি অসি য়ৌনা পুক্লিং হুনিংঙাই ওইদে। "নহাক চুম্বগী ওইথোকপা মরম লৈ। মরম অদনা পুম্নমক খ্বাইদগী ফব ওইরবনি। হৌজিক, হেস্টিংস, ঐখোয় কেশ অসি নৌহৌনা য়েংশি। ঐ উবা ঙমই মদুদি মসি তৌবদা নহাক শিগদৌরে। শিল নন্নবা পোৎয়োম অদু ত্রক্কতগী লৌথোক্লমই অমসুং মাঙখ্রে। মিস ফার্কুহারনা হায়বগুম্না, অপাবা নুংশিৎলক্তা। ঐখোয় অপাবা নুংশিৎকি বাখল্লোনসি থাদোকশি, হৌজিক মতমগী সাইন্সকী থাক্তা চান্নদে, অমসুং থন্নগদবনি মদু করিনা ওইহল্লিবা হায়বগী মরম। মীখুদিংমক্লা হায়গনি মসিবু হুবাল্লগা পুখিবা থাজবগী ওইথোকপা লৈতে হায়না–"

"হোয়, অদুবু ঐখোয় খঙই–"

"নহাক খঙবা য়াই, হেস্টিংস। ঐ তৌদে। ঐনা অসুম্না খল্লি, মসি থাজবগী ওইথোকপা লৈতবা মাল্লগসু, মসি থাজবগী ওইথোকপা লৈতবা ব্রাফমনি। ওইথোকপা য়াম্বা মরম অনী লৈ; মসি জহাজ ফম্বাক্তা লোৎশিনবা—অদুবু হায়রগা লুনা থোক্কনি— নত্রগা মসি জহাজ ব্রাংমদা লাথোকখিবা।"

"মখুম খুমজিল্লগা মদুদা, নহাক্না খল্লিববু?"

"মখুম খুমজিন্দনা।"

"অদুবু দলিলশিং অদু জহাজ ব্রাংমদা হুন্দোকখিবা তারগদি, মখোয় নিউ য়োক্তা য়োনবা ওন্নরোই।"

"ঐ নহাক্কি ব্রাখল খল্লুরবা মত অদুবু পামজে, হেস্টিংস। দলিলশিং অসি নিউ য়োক্তা য়োনলমই, মরম অসিনা মখোয় জহাজ ব্রাংমদা লংথোকখিদে। নহাক খঙলেদনা মদুনা ঐখোয়বু মফম কদাইদা লমজিংলমই?"

"ঐখোয়না খোংশানবা হৌরকপা মফম অদুমক্তদা ওইরমই।"

"অঙকপা ব্রাফমনি করিগুম্বা পোৎয়োম অদু লংথোকখিবা তারবদি অমসুং দলিলশিং অদু নিউয়োক্তা য়োনলম্লবদি, পোৎয়োম অদুগী মনুংদা দলিলশিং অদু য়াওরম্লরোই। পোৎয়োম অদু দলিলশিং অদু য়াওই হায়বগী প্রমাণ লৈব্রা? নিংশিংউ, মিষ্টর রিজবেনা মহাক্কি মখুৎনা মদু লণ্ডন্দা পোৎয়োম মনুংদা হাপখিবদগী কৈদৌংদা হাংদোক্লমদে।"

"হোয়, অদুবু মতুংদদি—"

পোইরোৎ য়াম্না মরুওইবা খুৎহাই অমা হায়রমই।

"ঐ মখা চত্থবা য়াহনবিয়ু। অরোইবা মীকুপ হায়বদি দলিলশিং অদুবু দলিল ওইনা উথিবা লণ্ডন অমসুং স্কোটিশ বেঙ্কতা লৈরিঙৈদা তাং ২৩গী অয়ুক্তনি। নিউ য়োর্কতা ওলিম্পিয়ানা চঙখ্রবা মতুং পুং ১-৩০দা দলিলশিং অদু উরমই, অমসুং মী অমগী মত মতুংইন্নদি, মহাক্না ঙাংবা কনামত্তনা তাহৌদবা; তশেংনমক জহাজ অদুনা চংদ্রিঙৈগী মমাংদা। খন্দুনা য়েংউ অদুগী মতুংদগী, দলিলংি অদু ওলিম্পিয়াদা কৈদৌনুংদা শুকয়াও য়াওরমদ্রে? হোয়। গিগান্টিক হায়বা জহাজদুসু নুমিৎ অদুদা সাউথামটন থাদোক্লমই ওলিমিপয়াগুম্না, অমসু মহাক পাটলাটক মহাসাগর লানবগী রেকোর্ড লৌই। গিগান্টিকনা দলিলশিং অদু পুখিদুনা নিউয়োর্ক য়ৌরম্লগনি ওলিম্পিয়ানা থুংলদ্রিঙৈ নোংমগী মমাংদা। পুম্নমক তশেং তশেংলে, কেশ অসি মশামতোমতা শুগায়না তাকপা হৌরে। শিল নম্লবা পোৎয়োম অদু মপাম্ফোংগী তৌশিন্নবনি, মসিগী মহুৎশিন্দোকখিবা মীকুপতি বেঙ্ককী ওফিস মনুংদনি। মসি য়াম্না লাইবা ব্রাফম ওইরমই মরমদি মী অহুম অদুগী মনুংদা অমনা থৌরাং তৌরম্বা য়াইডুপ্লিকেৎ পোৎয়োম অমা মদুনা অশেংবা পোৎয়োম অদুবু মহুৎ শিজিন্নবগীদমক্তা। হে মরুপ, দলিলশিং অদু থারমই চাউরবা ওর্গনাইজেসন অদুগী নিউ য়োর্কতা লৈবা মশশ অমদা; পাউতাক্না লোয়নননা য়োম্ফোক্লবা

ওলিম্পিয়ানা হেক থুংলবগা, অদুবু কনাগুম্বা মীওই খর ওলিম্পিয়াদা লোম্দনা চৎলমগনি লমজিংলমতাক পীনবা অদুগুম্বা লুমদুনা লৈরিবা লুটকি মীকুপ লাকপদা।"

"অদুদি করিগীনো?"

"মরমদি ইচম চম্না রিজরেনা পোৎয়োম অদু হাংদোকপগা লোয়ননা শাশিন্নবা পোৎলক ফগুই, চিংনবা অদু লগুন্দা অুমক পাইরক্লমই। নত্তে, জহাজদা তোংলিবা লুপা অদু হেক থংনবা কেথিনদা মহাক্কি থবক তৌই, শো ফর্কাইগদবগী তৌশিন্নে, য়াম্না ভাব তাবা মরমদি খুদক্তা হুরানবা মীওই অদুদা পুক্লিং থিংজন্নবা, থাজেশেংবমক ত্রঙ্ক অদু হাংদোক্লমই ডুপ্লিকেট শোজে অমনা, পোৎয়োম অদু লংথোকখিরমই অমসুং হী অদু থাদোক্লবা অবোইবা মতম ঙাইদুনা লৈরমই। মহৌশানা মহাক আনোক উপলমই মহাক্কি মমীৎপু লোৎশিন্নবা অমসুং মহাক শোইনাইরবা মী অমনি মতমদুদগী হৌরদুনা মহাক্না রিজরে উন্নরগা খুদোংথিবা ফংগনি খনবগী পামদবগা লোয়ননা। মহাক নিউ য়োর্কতা জহাজদগী কুমথরমই অমসুং হেক লৈবম্বা অহানবা হীদা হল্লকই।"

"অদুবু কনানো—মহাক করম্বা মীওইনো?"

"ডুপ্লিকেৎ শোজে পাইরিবা মীওই শো থিংজিল্লু হায়দুনা য়াথং তৌবা মী, মহাক্কি খুঙ্গংদা ব্রোনকাইটিসতা য়াম্না কন্না নাদবা মী—মীওই, হৈনিংবা ফাওদ্রবা হনুবা মী, মিষ্টব শো! অরাংবা থাক্তা মীহাৎ মীপুন হুরানচিঙ্থি তৌবা মীওই কয়ামরুম লৈ, ঐগী মরুপ। ওঃ, ঐখোয় মফম অসিদা লৈরে। মাদাম, ঐ মাইপাক্লা থবক তৌরে! নহাক য়াবিরবরা?"

অমসুং, হরাউরবা, পোইবোৎনা অঙকপা ফাওরবা লৈশাগী অদুবু মহাক্কি খজাই নাকয়েক্তা য়াংলপ্না চুপ্লিরমই। ❑

# মিষ্টর দেভেনহেম মাঙখিবগী ৱারী

পোইরোৎ অমসুং ঐ ঐখোয়গী মহৌশাদগী লোয়নরকপা মরুপ ইন্সপেক্টর জাপ স্কোটলেণ্ড য়ার্ডকি, চা থক্কমিন্নগনি হায়দুনা আশা তৌরমই। ঐখোয় মহাক লাকপা ঙাইদুনা চাগী টেবলদা কোয়না ফমদুনা লৈরমই। ঐখোয়গী য়ুমুরেম্নীনা চাগী কপ পাত্রনচিংবা থন্নগী মহুত্তা লংথোরকপগী মতৌগুম পুথোরক্লমই, অদুবু পোইরোৎনা মফমচানা-চানা থমদুনা শিল লাংলমই। মহাক স্বর ফুইনা হোল্লদুনা লৈরিবা ধাতুনা শাবা চা কপশিং অদু শিক্ষকী রুমাল অমনা তৈথোক্লমই। কেটল মৈথক্তা লৈরমই, পিঙ্কক তৌবা এনামেলগী পাত্র অমদা নাকন্দা লৈরিবা, পীকথন্না থন্না য়াউরমই থারপ তৌবা, অথম অহাওশিং, পোইরোৎকী প্লেটতনা খর হেন্না য়াওরমই অমসুং অথুম-অহাউশিং অদুবু মহাক্না অসুন্না শিংথারমই, "নখোয় ইংলিশকী হু হায়দুনা।"

কপ কপ লাউবা খোঞ্জেল অমা মখাদগী তারক্লমই অমসুং মিনিট খরগী মতুংদা জাপ নাম্না চংলক্লমই।

"ঐহাক থেংথদবা মান্না খল্লি", মহাক ঐখোয়বু ওক্লদুনা হায়রমই। "অচুম্বা ৱাফমদি, ঐহাক মিল্লরগা লোয়ননা ৱা খন্নরুবনি, হায়রিবা মীওই অসি ডেভেনহৈম কেশ পাইবা মীওইনি।"

ঐ না থাঙক্তুনা তারমই। নুমিৎ হুম্নিরোমগী মমাংদগী খবরদা দেভেনহৈম মাংখিবগী অঙকপা ৱারী ইরক্লি, মহাক দেভেনহৈম অমসুং সোলমোন কাংলুক্তি খ্বাইদগী সেনিয়র ওইরবা বেঙ্ক চলাইবা অমসুং মীয়ামদা পৈশা চাউনা পুথোকপা মীওইনি। হৌখিবা থাংজ নুমিত্তা মহাক য়ুমদগী মপাল থোকখিরমই, অমসুং মদুদগী মহাক কৈদৌনুংদা উখিদ্রে। ঐহাক জাপ উন্নরগা মঙোন্দগী অকুপ্পা মরোল খঙবা য়াবা পুম্নমক আশা তৌরমই।

"ঐ ৱাখল তৌরগে", ঐ হায়রমই, "হৌজিক্কি মতমদা কনাগুম্বা মীওই অমা মাংবা ওইথোক্তে।"

পোইরোৎ রোত্তি অমসুং মাখন য়াউবা প্লেট অমা চিংশিল্লমই, ইঞ্চি ৮ লোম পাকপা, অদুদগী থুনা হায়রক্লমইঃ

"তশেংবমক্তি, ঐগী মরুপ। নহাক 'মাঙবা' হায়বসি করিনি হায়না লৌবগে? নহাক্না হায়রিববু করম্বা মখলগী মাংবগী কাংলুপ্তা চনবগে?"

"মাঙবগী থবকশিং অসি কাংলুপ খায়দোক্কদরা অমসুং মমীং থাদুনা থমগদরা অদুগী

মতমদা? ঐ নোক্লমই।

জাপসু নোক্লমই। ঐখোয় অনীদা পোইরোৎ শুগৎলমই।

"অদুবু অয়েল্লনি মখোয় ওই! মখোয় মখল অহুমথোক্লা খাইদোকপা য়াইঃ অহানবদাঃ য়াম্না তোয়না থোকনবা, মশানা য়ানা মাঙবা। অনীশুবদা, মীয়াম্না পাকশন্না চৈনরবা 'ব্রাখল মাংবা' কেশ—তাংব্রা থোকপা, অদুবু থৌদোক্লা মরি লৈননদি য়াম্না মরুওইবা। অহুমশুবদা,মীহাৎপা, শিরিবা মী অদুগী য়াম্বা অমসুং তাবা থিদনা মাইপাক্লা অশিবা হকচাং মাংহনখিবা। নহাক্লা খল্লিববু অহুমমক অসি মরালশিবদা ওইথোক্লোই হায়বরা?"

"য়াম্না নক্লা অসুম্না ওইবনি, ঐ মসি খল্লি। নহাক নহাক্কি নিংশিংবগী শক্তি মাঙবা য়াই, অদুবু কনাগুম্বা মীওই অমনা নহাকপু নশক খঙগনি—মরুওইবা অফাওবা নুপা দেভেনহৈম গুম্বদদি। অদুগী তুংদা হকচাং অদু মাংহনবা ঙম্লোই তরাইনা অপাবা নুংশিৎলক্তা। থুনা নত্রগা থেংথনা মদু চোংথোরক্কনি, চিকপ্পবা মফমদা লোংশিন্দুনা থম্লবসু, নত্রগা ত্রঙ্কতা। মীহাৎপা থোরক্কনি, অসুম তৌদুনা, মীরোৎ ক্লার্ক অদু নত্রগা ইমুংমনুংগী মরাল লৈরবা মীওইশিং হৌজিক মতমগী ৱায়ারলেস অমসুং টেলেগ্রাফকী যুগতা মফম কদাইদসু মীরোৎ ওইনা নাথৈদুনা লৈবা ওইথোক্তে। মহাক অদু মীরৈবাক্তা চেনখ্রবসু নমদুনা মরি মথোং খঙবা ঙমগনি, অমসুং লৈবাক মনুংশিদা লোত্তুনা লৈবা তারগদি, মহাক্কি মওং মতৌ অমসুং মাইথোং মীয়াম্না খঙনরক্কনি খবর পারিবা মীপুম খুদিংমক্লা; বন্দর অমসুং বেলৱে ষ্টেসন খুদিংমক্তা মহাকপু ফংনবা থিরক্কনি। মহাক্লা তৌরিবা থবক খুদিংমক চাউখৎপগী মায়োক্তা লৈগনি।"

"চান্নরবা মরুপ", হায়রমই পোইরোৎনা, "নহাক অরানবা অমা তৌরে। নহাক য়াবা ঙমদে অচুম্বা মবম মদুদি কনাগুম্বা মী অমনা অতোপ্পা মী অমবু মাংহনগে হায়না লেপ্পবা—নত্রগা মহাক মশামক অদুগুম্বা ৱাখল লৈরগদি—য়াম্না তাংবা মখলগী মেছিন ওইবা য়াই, মহাক নিয়ম ঙাক্লা চৎপা মীনি। মহাক মদু তৌবা মতমদা শিজিন্নগনি লৌশিং, পোকপদগী লোয়নবকপা গুণ, চেকশিন্না অশোয়বা অমসুং অরানবা থোক্তনবা হোৎনগনি পাংথোক্কে খল্লিবা থবক্কি অকুপ্পা মরোল, অদুগী তুংদা ঐ সিমদি খঙদে, কবিগীদমক মহাক মায় পাক্লোইদৌরিবনো পুলিশ ফোর্সপু অরেম্বা তাহনবদা।"

"অদুবু নঙবুদি নত্তে, ঐ অসুম্না লৌই?" হায়রমই জাপনা ফাগী ফজনা তৌদুনা, ঐঙোন্দা মীৎ কুপ্পমই। "নহাক্লা মহাকপু অরেম্বা তাহনবা ঙম্লোই হেঃ স্যাব পোইরোৎ?"

পোইরোৎ হোৎনরমই, থবক তৌবদা কয়া মায়পাক্তবগী মওংদা, য়েংবদা নোল্লুক্লা উরমই। "ঐবুসুনি! কবিগী ওইরোইদৌরিবনো? ৱাফমসিদি অচুম্বনি ঐনা অসিগুম্বা ৱাফম লাকপদা সাইন্স অমসুং অঙ্কগী শোয়দ্রে হায়বা মতেং লৌই, মদুনা উহল্লি, অঙকপনি, কাহেন্না তাংলবা ৱাফমনি দিতেক্তিবকী মীরোলদা!"

জাপ ময়া কাথোক্তুনা নোক্লমই।

"ঐ খণ্ডদে", মহাক হায়রমই। মিস্তর হায়রিবা নুপা অদু মহাক্কা পাইহরিবা কেন্দকী মতাংদা লান্না পাংথোকপা মীনি। নহাক অরেপ্পা ৱাফম খণ্ডগনি মহাক কৈদৌনুংদা খোঙুল থৌশাদবা তৌদে, নত্রগা চুরুট তাম্বি, নত্রগা চাখি-থকখিবগী পোৎ মচেৎ-মকাই ফাওবা। মহাক্কি থৌরবা মমীৎ পাল্লি পোৎ খুদিংমকপু উবা ঙম্বা।"

"অসুমতৌদুনা, হে মরুপ", হায়রমই পোইরোৎনা, "লণ্ডনগী শেন্দাং ওইয়ু। অদুবু পুম্নমক মান্নে, অপিকপা ৱাউথাংনবা উচেকমচা অদুদা মিষ্টর দেভেনহৈমগী ৱাথোক্কি ফল পুথোকউ হায়রোই।"

"লাকওঃ, হৌজিক, স্যার নহাক অকুপ্পা সেরালগী মমলবু হম্বুনা য়েংলগা লংলা-লংজিন ওইনা লৌরোইদৌরিবরা?"

"উপাই থিদ্রবসু য়ারে।" পোৎশিং অসিদি মশা মশাগী লম্বেলদা ফরবা ঙাক্তনি। খুদোংথিবা ৱাফমদি মখোয়না মসিবু মরম চাদনা মরুওইবনি হায়না খনগনি। অয়াম্বা অকুপ্পা মরোলদি শেংফাত্তবা ওই; অমা নত্রগা অনীদি য়াম্না মরুওইবনি। মসি কোক্লনি,—পিকত্রবা ঙাংলৈনবা সেলশিং"— মহাক্কা মহাক্কি লাইবক ওল্লমই—" মদুদা মী অমনা য়াফম থোকই ৱাখলনা লান্না লমজিংই। মী অমনা অচুম্বা ৱাখল মনুংদা থিগদবনি, মপান্দা নত্তে।"

"নণ্ড অদুগুম্না ঐনা তৌগে খল্লিবা—তশেংনা য়ারবা অচুম্বা মরমশিং ঐগী ইমাংদা থম্বনি। ঐনা ইশামকপু হৈথোইশিংথোইরবা তান্নবা য়াবা মীনি হায়না খঞ্জে।"

জাপ মশাগী খুকউদা খুবাক্কা থারকই। "ফাঁসি তৌরগা হাৎলু নহাক্কা হায়রিবা ৱা অদু লৌদবা তারগদি। পাউন্দ মঙা পোম্বা তৌজরি নহাক্কা খুখাবা ঙম্লোইদৌবদা—নত্রগা ঐঙোন্দা হায়রপ হায়বিগদ্রা করম্বা মফমদা ঐ খুৎ থাগদগে—দেভেনহৈমগী মরমদা, শিরব্রা নত্রগা হিংলিবরা, হাপ্তা অমা লান্দ্রিঙৈদা।"

পোইরোৎ ৱাখল তৌরমই। "হেঃ চান্নরবা মরুপ ঐ য়াই অথোই অহেন তান্নবনি, মসি নখোয় ইংলিশশিংগী কল্লকচবা ৱাফমনি। হৌজিক অচুম্বা মরমসিং।"

"হৌখিবা থাংজ নুমিত্তা, মহাক্কি মহৌশাদগী হৈনরকপা শাজৎ ওইবনা, মিষ্টর দেভেনহৈম পুং ১২-৪০ চৎপদা ভিক্তোরিয়াদগী রেল তোংলগা চিংসাইড ফাওবা চৎলমই অমসুং মফম অসিদা মহাক্কি খুঙ্গংগী লৈফম, সেদার হায়বদু লৈরমই। চাকলেন চারবা মতুংদা, মহাক অকোইবদা লৈরিবা মফমশিংদা কোইথোক্লমই অমসুং লৈকোন কয়াগী তোঙানবা মাইকৈদা চৎলমই। মী খুদিংমক্কা খণ্ডই মহাক্কি লমচত্তা অমসুং তৌথোরকপা শাজত্তা মহৌশাগী ফিভমদগী হোংবা নাইরমদে হায়বা। চা থক্লবা তুংদা মহাক মহাক্কি নুপীগী তুম্ফম কাদা মকোক লিৎশিল্লক্লমই, হায়রমই মদুদি মহাক খুঙ্গংদা কোইরুগনি অমসুং চিঠি খর থাদরুগনি। মহাক অসুম্না মখা তারক্লমই মহাক কারবারগী মরমদা মিষ্টর লোৱেন কৌবা মীওই অমা উন্নগনি হায়না। করিগুম্বা মহাক হল্লক্লিঙৈগী মনুংদা মহাক লাক্লবদি মহাকপু লাইরিক পাফম কাদা ফম্মু

হায়য়ু অমসুং ঙাইদুনা লৈরম্মু হায়দুনা পাউদম্মু। মিষ্টর দেভেনহৈম অদুগী তুংদগী মমাংথোংদা থোকখিরমই, থৌশাদনা থোকখিরমই গেৎকি মপান্দা, অমসুং - অমুকহন্না উখিদ্রে। হায়রিবা পুংজা অদুদগী মহাক মপুং ফানা মাংখিরমই।"

"ফজে-য়াম্না ফজে—লোয়ননা পুক্রিং হুনিংঙাই ওইবা অপিকপা খ্রাথোক্লি,পোইরোৎ শোল্লাংননা হায়রমই। "মখা চখৌ, ঐগী পুকচেল ফরবা মরুপ।"

পুং অমগী মরিথোকপগী মনুংদা অমা থেংথরবা মতুংদা মরেপ খ্রাংবা কুচু মুবা, মকোই মুনা থানা হৌবা মীওই অমা মমাংথোংগী শরিক খিংলমই, অমসুং শুগাইনা হায়রমই মদুদি মহাক দেভেনহৈম উন্নগদবা লৈরমই। মহাক লোরেন কৌই হায়রমই অমসুং মহাক্না ষ্টদিরুমদা লৈবা মতমদা বেঙ্ককা মরি লৈননবা চে অমসুং পাউতাক্লচিংবা উৎলমই। পুংমুক হৌখিরমই। দেভেনহৈম হল্লক্লমদে। মমৈথংদা মিষ্টর লোরেন শরিক খিংলমই অমসুং হায়রমই মহাক মখাতানা ঙাইবা ঙম্লমদে, মরমদি মহাক সহরদা হন্ননবা ট্রেন ফাহৌদবা য়াদে। মিষ্ট্রেস দেভেনহৈমনা মহাক্কি মপুরোইবা লৈতবগী মঙোন্দা হায়জরমই, মদুনা উৎলিবদি শিংথাবা ঙম্নরোইদৌবা মতৌ, মহাকপু ভিজিতরনি খল্লুবদগী মহাক্না মহাকপু খঙবনি। মিষ্টর লোরেন হায়জরমই মহাক্কি য়ানিংদবগী মতাংদা অমসুং মহাক হনখিরমই।

"ফরে, মীপুম খুদিংমক্না খঙনরবা খ্রাফমনি, দেভেনহৈম হল্লকখিদ্রে হায়বা খ্রাফমসি। নোংমাইজিং নুমিৎকি অঙনবা শরুক্তা পুলিশতা পাউ পীখিরমই, অদুবু কেশ অসিগী মতাংদা করিগুম্বা লিখুন অমত্তা থিবা ফংলমদে। মিষ্টর দেভেনহৈম সাহিত্যগী লোন্দা অপাবা নুংশিৎলক্তা মথোং খংদনা মাংখিরমই। মহাক পোষ্ট ওফিসতসু লাকখিরমদে, নত্রগা খুঙ্গংদা লাকখিবসু তৌরমদে। রেলবে ষ্টেসন্দসু লাকখিবা য়াবনি অদুবু রেলগাড়িদা তোংখিবগী খুদম লৈরমদে। মহাক মশাগী কারসু গেরেজ থাদোক্লমদে। মহাক য়াম্না চিকপা মফম অমদা চৎননবগীদমক্তা কার অমা খ্রাইরম্লবসু, মসি শুকশোই শোইদ্রে হায়না লৌবা য়াই মতম অসিদা পাউ পীবা ঙম্বা মীদা চাউরবা মনা পীনবগীদমক্তা, মদুগী ড্রাইভর অদুনা শোইদনমক্কি লাক্কনি অমসুং মহাক্না খঙবা খ্রাফম হায়রগনি। অশেংবনি, অপিকপা লমজেলগী মিটিং অমা এন্টফিলডদা তৌরমই, মফম অদুদগী মাইল মঙানি, করিগুম্বা মহাক্না অদুগুম্বা ষ্টেসন অদুদা চৎলম্বা তারবদি মহাক কনামত্তা খঙদনা মীয়াম মরক্তা চংলমগনি। অদুবু মতম অদুদগী হৌরদুনা মহাক্কি ফোটোগ্রাফ অমসুং মহাক্কি মপুংফাবা মওং মতৌগী খ্রারোল ফোংলমগনি খবর কাগজশিংদা, অদুবু কনামত্তনা মহাক্কি মরমদা পাউৎ পীরকখিদে। ঐখোয়গী লৈরে, মরি লৈনবা চিঠি কয়ামরুম ইংলেণ্ডগী তোঙান তোঙাবা শরুক্তগী, অদুবু লংলা-লংজিন খুদিংমক, পুম্নমক অদু নিংবা কাইবনা লোয়শিল্লমই।

নিংথৌকাবগী অয়ুক্তা মখা তাবা জ্যান তানা পুথোকপা য়াবা অমগী মঙাল লাক্লমই। মহাক্কি ষ্টডি রুমগী মরুম ওইনা তৌবা মফম অমদা উপু অমা লেপ্তুনা লৈরমই, উপু অদু

থুগাইরম্লে অমসুং নোংমৈনা কাপখাইরমলে। থোংনাউশিং অদু মনুংলোমদগী চেকশিন্না তেক্ত কাইদনা থিংলমই, মদুনা তাকপদি কন্নাগুম্বা শিংথানিগুাই ওইদ্রবা ইচম চম্বা শগুণ চংবা মীওই অমনা চথবা মাল্লি, অদু নত্তবা তারগনা থবক অদু পাংথোক্লিবা মী অদুনা খুম অদুগী মনুংদা অমুকহন্না মতুংদা থিংজিল্লম্বা মাল্লি। নাকল অমরোমদনা, নোংখাইজিং নুমিং কাপ্পোক্লগা, অমসুং ইমুংমনুংগী মীওইশিং মথোং মরম খগুদনা লাংনদুনা লৈবনা, য়েংলুবদা অসুম্না মাল্লমই শগুণ অদু থাংজ নুমিত্তা তৌবা ওইরমগনি, অমসুং খংবা ওমদনা নিংথৌকাবা কাওবা লৈরমগনি।

"অরেপ্পামক্লি", হায়রমই পোইরোৎ কংনা। "ফরে, মহাক কারবরা? চিংননিগুাই ওইরবা মিষ্টর লোরেন?"

জাপ নোক্লমই। "অদুমওইনমক ফাদে। অদু মহাক য়াম্না কুপ্না শেন্নরি।" পোইরোৎ য়ারমই। "উপুদগীদি করি করি পোৎ লৌখ্রে? নহাক মদুগী মরমদা করি খাখল লৈবগে?

"ঐখোয় মফম অদুদা ফার্ম অদুগী মখাতাবা মীওইশিং অমসুং মিষ্ট্রেস দেভেনহৈমগা লোয়নননা চৎলমই। তশেংনমক মফম অদুদা চাউখ্রবা পৈশা মশিং য়াউবা বিয়্যারার বোন্দ কয়ামুক লৈরমই, নোটতা চাউখ্রবা পৈশা মশিং কয়ামকুম লৈরমই, চাউখ্রবা ট্রানজেকসন চখরমখিবগী। য়াম্নদি চাউদবা মণিমুক্তাগী পোৎলম খরসু য়াওনা লৈরমই। মিষ্ট্রেস দেভেনহৈমগী মণিমুক্তা পুম্নমক উপু অদুগী মনুংদা থম্লমই। হৃন্দক্তা মহাক্কি মপুরোইবনা মদু লৈনবা হোৎনবদা য়াম্না কল্লক্লা থোকখিরমই অমসুং থা অমরোমতা হৌখিরমই মহাক্লা মহাক্কি নুপীগী ফজববা মমল তাংলবা অমসুং তোইনসু ফংদবা খুদোল তৌগে খল্লম্বা ওমখিদে।" "য়াম্না ফজনা চিংথোরকপনি!" হায়রমই পোইরোৎ খাখল তৌরদুনা, "হৌজিক লোরেনগী মরমদা করি তৌরবগে? মহাক হায়রিবা নুমিদাংখাইরমদুদা দেভেনহৈমগা লোয়নননা মহাক্কি কারবারগী মরমদা খন্ন-নৈনবগী খাফম খগুবরা?"

"ফরে, মীওই অনী অদুগী মরক্তা মরি ফংবগী খাফম লৈরমদে। লোরেন য়াম্না পুকচেল পীকপগা লোয়নননা মপুক ফত্তবা মী ওইরমই। অদুওইদুনসু মহাক অমুক নত্রগা অনীরক্তি দেভেনহৈমবু মার্কেৎতা খুদুম চনবা ওন্লমই, মসিনা উৎলিবদি মখোয় শুরুউ উন্নদবা নত্রগা কৈদৌনুংদা মাইওনশিন্নখিবগী খাফম লৈরমদে। খাফম অদু খা-আমেরিকাগী সিয়ারগী মরি লৈননা বেক্কর অদুগা উন্নবগী খাফম লেপ্পা ওইগনি।"

"দেভেনহৈম খা-আমেরিকারোমদা মহাক্কি কারবারগী মাইওন থল্লম্বা, মতমদুদা?"

"ঐ মদু থাজে। মিষ্ট্রেস দেভেনহৈমনা অসুম্না পনখিবা লৈরমই মদুদি হৌখিবা নাকেঙ্গাগী মতমদা বুনোশ আইরেশতা মহাক মতম লেপ্লমই।"

"মহাক্কি য়ুমগী পুন্সিদা অরা অনাদি লৈতকো? মপু রোইবা অমসুং মহাক্কি নুপী য়াম্না চান্ন-নুংশিননা হিংলম্ব?"

"ঐ অসুম্না হায়গনি মহাক্কি ইমুংমনুংগী পুন্সি য়াম্না শান্তি লৈনা অমসুং নুঙাইতবা

থৌদোক জৈতন্যা হিংলমই। মিষ্ট্রেস দেভেনহৈম য়াম্না হন্নাও হন্নাও লৈবী, হায়রগ্না লৌশিং শিংদবী ওইরমই। মীনা শিংথাবা নুপী ওইরমদে, ঐ খল্লি।"

"অদুগী মতুংদা ঐখোয় অদুগুম্বা অঙকপা থৌদোক অদুগী ফল ফংনবা মফম অদুদা থিরোইদবনি। মহাক্কি য়েক্রুবশিং লৈবরা?"

"মহাক্কি শেলথুমগী লাম্না মরাংকাইদনা লৈরমই, অমসুং চিংনদনা মহাক্না মখোয়গী হেন্দোক থোয়দোক্না ফিভম ফব হেনবা কয়ামরক্ম লৈরমই মরম অসিনা মখোয়গা অক্বা মরি থম্বা ওন্নমদে। অদুবু কনমগুনা মাবু মাইথিবা পীবদি ওন্নমদে—অমসুং মখোয় অদুম লৈবা তারগদি, হকচাং অদুদি কদাইদা চংব্রে?"

"থাজৈশেংবনি", হেস্টিংসনা হায়রমই, হকচাং অদু চংনবী ওইনা থোরকখিগনি শাখিনা শোকপগা লোয়ননা।"

"অসুম তৌদুনা লৈখোংশোম্বশিংগী মনুংদা অমনা হায়রমই মহাক মুর্ত্তি অমা চংপা উহৌরমই য়ুমগী নাকন্দা লৈরিবা গুলাপকি লৈকোন্দা। ষ্টডি রুমগী ৱাংলবা য়েলচকী থোংনাউনা গুলাপকী লৈকোললোমদা ওনশিল্লমই, অমসুং দেভেনহৈম য়াম্না তোয়না মহৌশাদগী হায়রিবা লম্বী অদোমদা চংখোক চংশিন তৌরমই। নুপা অদুনা ফজনা মথৌ চিনবনা মরম ওইদুনা হায়বদি মহাক থবী খরা শাদুনা লৈবা, অমসুং মহাক হায়বা ওন্নমদে মুর্ত্তি অদু মহাক্কি মবুংঙোগী ওইবরা নত্রগা ওইদবরা। মতম ফাওবা করম্বা পুংজাদনো অরেপ্পা ৱাফম চপচানা হায়বা ওন্নমদে। মসি পুং ৬ কি মমাং ওইরম্বা য়াই মরমদি মতমদুদা লৈখোংশোম্বা খুদিংমক থবক লেপ্পা মতম ওইরমই।"

"অমসুং মিষ্টর দেভেনহৈম য়ুম অদু থাদোকখিবরা?"

"চাউরাক্না পুং ৫.৩০ অমসুং অদুৱাইগী মতমদা।"

"গুলাপ লৈকোনগী ৱাংমদা করি লৈরমই?"

"পাং অমা।"

"ইরুজফমগা কোয়না?"

"হোয়, হী মচা অনীখক মফম অদুদা থম্নমই। ঐ ৱাখল খল্লি নহাক্না খল্লিববু আম্বাখাংকী ৱাফম্না, স্যার পোইরোৎ? করে, ঐ নঙোন্দা হায়গে খন্দে মদুদি হয়েং মফম অসিদা মিল্লর লাক্কনি অমসুং ঈশিং খর চিংখৎলগা য়েংগনি। অদুগুম্বা মখলগী মীনি মহাক্তি!"

ঐ হৌগৎলমই, দরকার ওইবা চে ফংলমই। পোইরোৎ মদু পুক্লিং চংনা য়েংলমই।

"হুম!" মহাক মচিন্দা শোম্বাংননা হায়রমই। "মহাক মশম শাংনা থাকপ্না অমসুং ফাব্রা, মপুংফানা কোই থাকপ্রা অমসুং মকোই মচিন তুমব্রা, পীগুম শোংবরা অমসুং মমিৎ মুব্রা?"

"হোয়।"

"শম অমসুং কোই ঙৌব্রা?"

দিতেক্তিবতু য়ারমই। "ফরে, স্যার পোইরোৎ, নহাক পুন্নমক অসিদা করি হায়গে খনবগে? নুংশা মণ্ডালগুম তক তরুরবরা, ইহু?"

"ওন্নতৈনবদা, খাইদগী অমম্বা ওই।"

ফোটলেগু য়ার্ডকী মীওইদু য়েংবদা পেনবা মাল্লমই।

"করিননো মসি ফজ তাননবা হোংনবদা চাউরবা আশা পীগদৌরিবসি", অসি হায়রগা পোইরোৎ লোয়শিল্লমই।

"করি?"

"কেশ অমা অমম্বা ওইরবা মতমদা ঐ মদু অফবা খুদম ফংলে খল্লি। করিগুম্বা পোংশক অমা নুংশা মণ্ডালগুম তশেংলবা-হেঃ মরুপ, ঐ মদু থাজদ্রে। কনাগুম্বা খরনা মদু অসুম্না ওইহনবনি।"

অয়াম্বা শরুক্তা পুক্লিং নুংশিবা উৎলদুনা জাপ মকোক হায়রমই। "ফরে, খুদিংমক মশাগী ব্রাখল মতুংইন্ননি। অদুবু নহাক্না মাংজৌননা অরুবা লম্লেল উবা ফত্তবা থবক ওইরমদে।"

"ঐ উদে", শোম্বাংনরমই পোইরোৎ। "ঐ মিৎ উইশিনগে—খনগে।"

জাপ স্বর হোন্দোক্রমই। "ফরে, ব্রাখল খনবদা হাপ্তা অমদি চংবা তারি।"

"অমসুং নহাক্না ব্রাখল খল্লগা ফংলকপা অনৌবা লংলা লংজিন কয়া ঐঙোন্দা পুরক্কনি—থবক কয়া নোল্লুবগী হোংনজমন লম হৌদোংগী মমিংকুম উগাল্লবা ইন্সপেক্টর মিল্লরদা, খুদম ওইনা হায়রবদা?"

"শোয়দনমক্কি। মদুনি ঐখোয়না মমল হুন্নরিবা।"

"ইকাইনিঙাইনি, ওইদবরা মসি?" জাপনা ঐঙোন্দা হায়রমই ঐনা মাগা লোয়ননা থোঙজাউরোমদা লাকপা মতমদা। "অঙাংগী মপোৎ মুনবগুম্বনি।"

ঐ নোক্তবা ঙল্লোইদৌরি। ঐ কা মনুংদা চংলবা মতমফাওবা নোক্রমই।

"চান্নরবা মরুপ!" হায়রমই পোইরোৎ খুদক্তা। "নহাক্না পাপা পোইরোৎপু কুম্মৈ তাহনবা, অদু নত্তবরা?" মহাক ঐঙোন্দা খুদোপ্পী থিল্লক্রমই। নঙনা নহাক্কি লৌশিং অমসুং ব্রাখল খনবা ঙম্বগী শক্তিবু থাজদবরা? ওঃ চমম্লগনু! ঐখোয় পীকপ্পবা থৌদোক মচাশিগী মরমদা খন্নশি—অদুমওইনমক মপুংফাদ্রি, ঐ অসুম্না লৌই, অদুবু য়াম্না নুঙাইবা পোইন্ট অমা নত্রগা অনীদি হান্নন উৎস্রে।"

"পাৎ অদু!" ঐনা মরুওইনা হায়রমই।

"অমসুং পাৎ অদুদগী হেন্দোক্লুনা, ঈরুজফম শাঙশিং!"

ঐনা পোইরোত্তা থৈয়াইননা য়েংলমই। মহাক নোক্রমই ভাব তাবা ঙমদবা মওংগা লোয়ননা। ঐ পুক্নিংদা ফাওরমই, ঙাইহাক্কি ওইনা, মঙোন্দা মখা চখনা ব্রাহং হংলুবগী কান্নবা লৈরোই। মথংগী নুমিদাংব্রাইরম ফাওবদি ইন্সপেক্টর জাপকি মরমদা ব্রাহৈ অমা ফাওবা তাবা ফংলমেদ,

মহাক পুং ৯ লোম তাবদা কোইথোরকপা মতমদা ঐ খুদক্তা ঊবা ফংলমই মহাক্লা ফোংদোরকপা ব্রাঙাংদগী মহাক অনৌবা পাউ খরগী মরমদা খংলখণ্ডম।

"হেঃ, চান্নরবা ঐগী মরুপ", হায়রক্লমই পোইরোংনা। "পুন্নমক ফরে অদুবু নহাক ঐঙোন্দা হায়গনু মদুদি মিষ্টর দেভেনহৈমগী হকচাং ফংলে হায়বা পাং অদুদা, মরমদি ঐ নঙবু থাজবা ঙম্লোই।"

"ঐখোয় মহাক্কি হকচাং ফংবা ঙমদে, অদুবু ঐখোয় মহাক্কি ফিজোলদি ফংবা ঙম্লে—নুমিৎ অদুমক্তদা মহাক্লা শেংখিবা ফিজোল। নহাক মদুদা করি হায়গে খল্লি?"

"অস্তে অতোপ্পা ফিরোলশিং য়ুম অদুদগী মাংখিবরা?"

"নত্তে, মহাক্কি মীনাইদু হায়রিবা অদুগী মতাংদা ওইখোকপা নৈ। মহাক্কি ফিয়ানফমদা লেমহৌরিবা খুদিংমক অমত্তা ব্রাত্তে। হেন্নদুম নৈ। ঐখোয় লোরেন ফারমই। মীনাইনুপীশিংগী মনুংদা অমা, মহাক্কি মথৌনা তুম্ফম কাগী থোংনাউ লোক্লিনবা, অমনা হায় মহাক লোরেন উরমই ষ্টদিরুমলোমদা লাকপা গুলাপকি নৈকোল ফাওদুনা পুং ৬.১৫ তাবা মতমদা। মদু মহাক্লা য়ুম অদু থাদোক্কদবা মিনিট তরারোমগী মমাংদনি।"

"মদুদা মহাক মশামক করি হায়?"

অহানবমক্তদা মহাক য়ারমদে মহাক মতম পুম্বগী ওইনা ষ্টডি রুম থাদোকই হায়বা। মীনাইনুপীদুনা হায়রিবা ব্রাফমদু ওইথোক্লম্লোই, মহাক মতুং তাবদা তৌশিন্নরমই মদুদি মহাক থোংনাউগী মপান্দা খোঙ থাংদোক্কনি হায়বা মহৌশাগা মান্নদবা গুলাপ মখল অমা চাংয়েং তৌগনি হায়বগীদমক। হায়রপ অশোনবা ব্রারীনি। অমসুং মহাক্কি মায়োক্তা অনৌবা শক্তি প্রমাণ কয়া চোংথোরক্লগনি।

মিষ্টর দেভেনহৈম মহাক্কি য়েংথংবা খুৎকি খুৎনিংথৌদা লংলবা সনাগী খুদোপ মণিথিনবা অমা শিরমই। ফরে, লণ্ডন্দা হায়রিবা খুদোপ অদু থাংজ নুমিৎকি অহিংদা বিল্লিকেল্লেট কৌবা নুপা নুপা অমনা বন্ধান থমদোক্লমই। মহাক অদু হন্নানা পুলিশশিংনসু মশক খঙলবা মীওইনি। থা অহুম জেলদা অহল ওইরবা জেন্টলম্যেন অমগী খুদাং ঘড়ি হুরাল্লুবগী নৈখিরমই হৌখিবা নাকেম্থাগী মনুংদা। মদুনা উৎলিবদি মহাক্লা তোঙান তোঙানবা মফম মঙাদা বন্ধান থম্নবা হোৎনরমই, মাইপাকখিরমই ইকোন কোনবদা, শাখিনা য়ু থকচিল্লমই ফংলকপা পৈশা অদুনা, পুলিশম্যেন অমসু হাত্তোক্লমই, অমসুং মদুগী ফলনা মহাক মীরোং ওইরমই। ঐ বোষ্টিক্তা মিল্লরগা লোয়ননা চৎলমই অমসুং মহাক উরমই। মহাক হৌজিক্তি মতিকচানা মেংলমই, অমসুং ঐ খল্লুবা তৌদে মহাক মীহাৎলুবগী কিহনবগী ব্রাফম, তশেংনা মহাক মী হাৎলি হায়বগী মরাল শীবা তাবনি। মহাক্লা তৌরিবা থবক্তি মসিনি, য়াম্না ঙক্লিঙাই ওই মসিদি।

মহাক থাংজ নুমিত্তা এন্টফিল্ডদা তৌরিবা লমজেলদা লাক্লমই, ঐনা হায়বা ঙমই মহাক স্ক্রেপপিন থেৎলমই, পৈশা থান্নগদবা নৈরবসু। অসুম তৌদুনা, মহাক লাইবক ফত্তবা নুমিৎ

ওইরমই, পৈশা মাংবা ওইরমই। মহাক চিংসাইডকি লম্বীদা উপাই লৈত্রদুনা লাক্লমই, কুংতক তৌবা মফম অমদা মহাক ফমথরমই পোথানবা, মহাক্লা খুঙ্গংদা চংথ্রিজৈগী মমাংদা। মিনিট খরগী মতুংদা মহাক্লা নুপা অমা খঙলমই খুঙ্গংলোমদা, কুচুমবা জেন্টলম্যেননি শোংলবা মকোইগা লোয়ননা, সহরগী ইনাকখুনবাশিংগী মনুংদা অমনি, মহাক্লা নুপা অদুগী মরমদা শক্তম তাকপা ওইনা।

কেপ্লেট শোরোক্তা লৈরিবা নুঙ মপৈ অমগী মরুমদা মশা তঙ্খাই অমা লোংশিল্লমই। মহাক্লা নুপা অদুগী মমাংদা চোংথোক্লিঙৈ মমাংদা, নুপা অদুনা শোরোক মথক মখাদ থুনা য়েংলমই, অমসুং মী হাংলে হায়বা উরদুনা মহাক মহাক্কি ফুরিংখাউদগী পিক্লবা পোংশক অমা লৌথোরক্লমই অমসুং মদু মোংশোং মরক্তা লংশিল্লমই। অদুগী তুংদা মহাক ষ্টেসনলোমদা খোঞ্জেল অমা থোক্লমই মদুনা অকুৎপা মফমদা লৈরিবা নিংবকাইরবা মীওই অদুদা খঙনিংবগী ইহৌ অমা পীরমই। মহাক থীরমই অমসুং ঙাইহাক থীরবা মতুংদা, ফংলমই খুদোপ অদু! মদু কেপ্লেটকী ব্বারীনি।

ব্বাফম অসিখক্তং হায়বনা ফজগনি মদুদি লোব্বেননা মশি মপুংফানা য়ারমদে, অমসুং ব্বারীগী মতুংইন্না নুপা অমগী ব্বাহৈদা কেপ্লেটকুম্না করিসু লৈতবা ব্বাফমদা য়াদবা ঙমদে। মসি ওইথোকপা য়াবগী পনখৈ মনুংদা লৈরমই মরমদি মহাক দেভেনহৈমগা লম্বীদুদা ওক্লরমই অমসুং মঙোন্দগী অয়াওবা পোৎ মুল্লমই অমসুং হাত্তোক্লমই।”

পোইরোৎ মকোক হাইরমই।

“য়াম্না নাতৈচাদবা ব্বারী, চান্নরবা মরুপ। মহাক অশিবা হকচাং অদু লংথোকখিনবগী উপাই লৈরমদে। মদু হৌজিক ফংননবা হোৎনগদবনি। অনীশুবদা, মহাক্লা তরাইনা খুদোপ অদুবু বন্ধান থমদোকপগী ব্বাফম ওইথোক্লিঙাই মরম লৈতে মদুদি মহাক খুদোপ অদু ফংগে হায়রবদি মহাকপু হাৎপা তাবনি। অহুমশুবদা, নহাক্কি পংনা নমথাক তৌবা হুরানবদু য়াম্না তাংবা মখলগী মীহাৎপনি। মরিশুবদা, মহাক থাংজ নুমিত্তগী জেলদা লৈরকপনা, মসি হেঞ্জিনমনবা থোক্কনি হায়বদি মান্নবা থৌদোক অমা মান্নবা মতমদা থোকপগী মরমদা মদুদি মহাক লোব্বেনগী মরমদা চপ চাবা মওং-মতৌ শক্তম পীবা ঙমই।”

জাপ হায়রমই। “ঐ নহাক চুমদে হায়বসি হায়খিদে। অদুবু লোয়ন-লোয়ননা, নহাক অচুম-অরান বীচার তৌবা ঙম্না মী অমা ফংবা ঙম্লোই জেলগী চেক্লা অসিগী সাক্ষী প্রমাণ ওইবা য়াবা মচাক। ঐঙোন্দা করিনা মরিং-মরাং থোকহবগে হায়রবদা লোব্বেন হায়রিবা নুপা অসি হেন্না শিংবা লমবেল অমা পুথোকপা ঙম্লমদে খুদোপ অদু লংথোকখিনবগী মরমদা।”

পোইরোৎ মরেংজুম শুপকৎলমই। “ফরে, পুম্নমক্কি মতুংদা করিগুম্না খুদোপ অদু মনাকনকপা মফমদা ফংবা ওইরগদি, অসুম্না মরৈ য়েংপা য়ারমই মদুদি দেভেনহৈম মশামক্লা মদু থাদরম্বনি।”

“অদুবু মতৌকরম তৌনা, মদু মহাক্কি হকচাংদগী লৌথোক্লিবনো?”

“মদুগী অচুম্বা মরম লৈরম্বা য়াই”, জাপনা হায়রমই। “নহাক খঙব্রা পাৎ অদুগী য়াংমদা, পিকপ্রবা থোঙ্গাল অমা ফাওরগা, চীং অমা লৈবনি; মিনিট অহুম ফাদনা চৎলগা নহাক ফঙ্গনি মদু-নহাক করি খল্লি?শুনু নুঙগী চীং।”

“হেঃ ঈশ্বর!” ঐ হায়রমই। “নহাক্না খল্লিববু শুনু অদুনা হকচাং অদু তুমহনবা ঙমগনি অমসুং ধাতুগী খুদোপতুদি মশিনা শোকহনবা ঙম্লোইদরা?”

“তশেংনমক্নি।”

“মসিনা ঐঙোন্দা তাকই”, ঐ হায়রমই মদুনা খুদিংমক শন্দোক্না তাক্নে। কয়াদা কিনিঙাই ওইখ্রবা ক্রাইমনো!”

ঐখোয় অনীমক য়ানরদুনা লৈশিল্লমই অমসুং পোইরোৎতা য়েংলমই। মহাক য়াখল মাংবগুম উরমই, মহাক্কি পীশুম নোল্লমই, পুক্লিংগী অয়৷বা য়াখল লৈদুনসু। ঐঙোন্দা ফাওরমই মদুদি মমৈথংদা মহাক্কি কল্লবা লৌশিং ফুদোরক্লমই। মহাক্কি অহানবা য়াহে করি ওইগনি? ঐখোয়বু কুইনা শাংথনা চিংনদুনা লৈহল্লমদে। স্বর হোন্দোকপগা লোয়ননা, মহাক্কি পুক্লিংগী অরুবা য়াখল কোমথোরক্লমই অমসুং জাপ্তা ওনশিনলক্লমই, মহাক্ল হংলমইঃ

“নহাক য়াখল অমা লৈব্রা ঐগী মরুপ, মিষ্টর অমসুং মিষ্ট্রেস দেভেনহৈম ফমুংকা পুনবরা?”

য়াহং অদুমক্তি ফাগী মান্না চান্নদবগুম থোক্লমই মদুদি মীকুপ খবদং ঐখোয় অনীমক তুমিন য়েংদুনা লৈবমই। জাপ নোকথোরক্লমই। “হেঃ ঈশ্বর, স্যার পোইবোৎ নহাক য়াম্না শাখিনা ঙক্লমান্নে, ঐ অসুম্না খল্লমই। নঙনা হংলিবা য়াহংগী মরমদা, ঐহাক অশেংবনি, ঐ করি অমত্তা খঙদে।”

“নহাক পুথোকপা ঙমগদ্রা?” হংলমই পোইরোৎনা ঙক্না তকশিনবগা লোয়ননা।

“ইহেঃ, অরেপ্পনি—নহাক্না থাঙ্গশেংনা খঙবা পাল্লবদি।”

“ঙাকপীগনি, ঐগী মরুপ। নহাক্না পোইন্ট অমা পুথোকপা ঙল্লবদি ঐ নহাকপু থাগচ্চগনি।”

জাপনা মিনিট খর শংথনা য়েংলমই, অদুবু পোইরোৎ য়েংলুবদা ঐখোয় অনীমকপু কাউথোকপা মাল্লমই। দিতেক্তিবতুনা ঐঙোন্দা য়ানা মঙক হায়রমই, অমসুং শোম্থাংননা, “তোল্লবা অহল ওইরবা মীশক!” তপ্না কাদগী মপাল থোকখিবমই।

পোইরোৎ হৌজিক ফাওবদা নুংথিলদা মঙবা মঙদা ইরাক্লদুনা লৈবগী মতৌগুম উরমই। ঐ চে মপাক অমা লৌরমই, মদুদা মখল-মখা কয়াগী নোট ইদুনা ইশামক নুঙাইজবমই। ঐগী মরুপকি থোঞ্জেলনা ঐবু মীকপ থোকহল্লমই। মহাক মহাক্কি তল্লবা অমসুং নুঙাইরবা য়াখলদগী মপাল থোরক্লমই, য়েংবদা তনান্না অমসুং মিৎনা শিংনা উরমই।

“থাজবা অরেপ্পা মরম লৈরব্রা? হেঃ মরুপ?”

"ঐ ঐঙোন্দা থোকখিবা মরুওইবা পোইন্টশিং কেশ অসিগী মরিদা ইদুনা লৈরমলিবনি।"

"নহাক নিয়ম ঙাক্লা চৎলে-মমৈথংদা।" পোইরোৎ য়ানিংনা হায়রমই। ঐনা ঐগী নুঙাইবা লোৎশিল্লমই। "ঐ নঙোন্দা মদু পাথোরকউরা?" তৌগদবনি।"

ঐনা ঐগী খৌতেংলমই।

"অমাঃ সাক্ষী খুদিংমক লোবেনদা লৈরে মরমদি মহাক উপু থুগাইবা মীশক অমা ওইবদগী।"

"অনিঃ মহাক দেভেনহৈমগা নুঙাইনদবা লৈরমই।"

"অহুমঃ মহাক মিনল্লমই মহাক্লা মহাক্কি অহানবা জবান পীবদা মহাক কৈদৌঙেদসু ষ্টডি রুম থাদোকখিদে হায়না।"

মরিঃ নহাক্লা করিগুম্বদা বিল্লি কেল্লেটকী ৱারী চুমই হায়না লৌরবদি, লোবেন চেন্নে হায়বসি লাল্লিঙাই ওইদে।"

ঐ লেপ্পমই। "ফরে?" ঐ হঙই, মরমদি ঐঙোন্দা ফাওরমই ঐগী খুৎনা মারুবদা অচুম্বা মরম লোয়না থেংনরমই।

পোইরোৎনা ঐঙোন্দা মীনুংশি উত্তুনা য়েংলমই, চিংলেম্মা মকোক হায়রদুনা, "হেঃ চান্নরবা মরুপ! অদুবু অসুম্না ওই নহাক পীথোরকপা গুণ চেন্দে! মরুওইবা অকুপ্পা মরোল নঙ মহাকপু কৈদৌঙেদা থাগত্তে! লোয়ননা নহাক্লা চুম্মী হায়না খল্লিবা ৱাফমদু লাল্লে।"

"মতৌকরম্লা।"

"নহাক্কি পোইন্ট মরি অদু ঐ হায়গে।"

"অমাঃ মিষ্টর লোবেননা খঙবা ওইথোকপা লৈতে মদুদি মহাক উপু অদু হাংদোকপগী তাঞ্জাবা ফংগনি হায়বা। মহাক কারবারগী উন্নবা লাকপনি। মহাক হান্না মাংজৌননা খঙদবা ওইরমই মদুদি মিষ্টর দেভেনহৈম চিঠি থাদবা চৎখিরমই হায়বসি, অমসুং মদুনা ফল ওইনা মহাক ষ্টডি রুমদা মতোমতা লৈরমই!"

"মহাক তাঞ্জাগী মতুংইন্না খুদোংচাবা লৌরম্বা য়াই", ঐ মত পীরমই।

"অমসুং খুৎশুলাইশিং অদুদি? সহরদা লৈবা জেন্টলম্যেনশিংনা ময়ুমদগী মপাল থোরকপদা খুৎশু খুৎলাইশিং অতোপ্পগী য়ুম থুগায়নবা পুরোই। কনাগুম্বা মীওই অমত্তনা কাতারিনা উপু থুগায়বা ঙম্ফম থোক্তে, হেঃ মরুপ!"

"ফরে, নম্বর অনীগী মরমদদি করি তৌরবা?"

"নহাক্লা হায় লোবেনগা মিষ্টর দেভেনহৈমগা নুঙাইনদবা লৈ হায়দুনা। নহাক্লা খল্লিবা ৱাখলদি অসিনি অমুক নত্রগা অনীরক লোবেননা মঙোন্দগী খুদোংচাবা ফংলমই। অমসুং অসুম্না ৱাখলদা লৌবসি অদুগুম্বা শেলগী পীথোক পীশিন তৌনবদুনা পুরক্লিবা ৱাফমদি মশাখক্তদা কান্নবা পীবগী ৱাফমনি। ৱাফম অমদা নিয়মগী মতুংইন্না কনাগুম্বা মীওই অমগী

মায়োক্তা নুঙাইনদনবা শিন্নুব্রবা নহাক কান্নবা ফংলে—মসিদা ওইব্রিবা মওং অসিদি অতোপ্পা লম্বী অমনি। নিঙাই শংদান্নবা খুদিংমক ওইরম্বা য়াগনি অমসুং ওইগনি মিষ্টর দেভেনহৈমগী মীচংদা।"

"ফরে, নহাক য়াদবা ঙমদ্রে মদুদি মহাক মীনন্নমই কৈদৌনুংদা মহাক ষ্টডিরুম থাদোক্তে হায়না?"

"নত্তে, অদুবু নহাক কিবা ফাওরমগনি। নিংশিংউ, মাংখ্রিবা নুপা অদুগী ফিরোলশিং পাং অদুদগী ফংলমই। ব্রারীগী মতুংইন্না, মহৌশাগুম্না; মহাক অচুম্বা ঙাংবনা হেন্না ফরে হায়দুনা মহাক খনগনি।"

"অমসুং মরিশুবা পোইন্টতুদি?"

"ঐ নঙোন্দা অয়াবা পী মদু। করিগুম্বা কেল্লেটকী ব্রারী অচুম্বা ওইরবদি, লোরেন চেন্নে হায়বসি য়াদবা ঙন্নমদে। মদুমক্তি অসিগুম্বা থৌদোক অসিনা অসুক্কি মতিক নুঙাইবা পীরিবসি।"

"অদুগী তুংদা য়াম্না মরুওইশ্রবা অচুম্বা মরম অমা ঐ থাগৎকে?"

"ওইথোকপা য়াই—অদুবু নহাক য়াম্না মরুওইবা পোইন্ট অসি হুন্দোক্লম্লে, চিংননিঙাই ওইদনা লংলা-লংজিনগী-ব্রাফম অমা ব্রাথোক অসিগী অপুনবা শক্তম য়েংলুরগা।"

"অমসুং খুরুমজরি, মখোয় অদু করি ওই?"

"অমা, মিষ্টর দেভেনহৈমদা লৈখিবা কল্লক মীহৌবগী ব্রাফম চহি খরগী মমাংদা মণিমুক্তা লৈবগা মরি লৈননা। অনি, মহাক্কি খোঙচৎ বুনোশ আইরেশতা হৌখিবা নাকেম্বাগী মতমদা।"

"পোইরোৎ নহাক ফাগী তৌরি।"

"ঐ হকচিন্না হায়রি। ওঃ শেংলবা ব্রজ, অদুবু ঐ আশা তৌই জাপনা ঐগী শিকশ্রবা হোৎনজবগী পান্দম কাওরিরোই।"

অদুবু দিতেক্তিব অদু, ফাগী তৌবগী ব্রাখল চেন্নদুনা, অসুক্কি মতিক ফজনা নিংশিংলমই মদুদি টেলেগ্রাম অমা পোইরোৎতা পীরমই পুং ১১ তাবদা মথৎগী নুমিত্তা। মহাক্না হায়জবদগী ঐ মদু হাংদোক্লমই অমসুং পাথোরক্লমই।

"মতৈমনাও হৌখিবা নিংথমথাগী মতমদগী তোঙান-তোঙানবা কাদা লৈবমই।"

"ঈশ্বর!" হায়রমই পোইরোৎনা। "অমসুং ঐখোয় হৌজিক জুন থাগী ময়াই চল্লকপা মতমনি! পুম্নমক ফল ফংলে!"

ঐ মঙোন্দা য়েংলমই।

"দেভেনহৈম অমসুং সালমোনগী বেক্কতা নহাক্কি পৈশা লৈতবরা, চান্নরবা মরুপ?"
"নত্তে, ঐ হায়রমই, ঙক্লদুনা। "করিগীদমক?"

"মরমদি ঐ নঙোন্দা পাউতাক পীরি মদু লৌথোকহৌনবা—য়াম্না কাহেন্না থেংথগ্রিঙেগী মমাংদা।"

"করিগীদমক, নহাক করি থাজবা লৈবগে?"

"ঐ থাজে নুমিৎ খরনিগী মনুংদা চাউনা থুগায়বা অমা থোক্রনি—ওইথোকপা য়াই খর হেন্না থুনা। মদুনা ঐঙোন্দা নিংশিংহল্লি, ঐখোয় জাপ্তা ঐখোয়না থাগ্রিবা পাউ অদুগী অরাংপা থাগদবনি। পেন্সিন অমগা, ঐ নঙোন্দা খুরুমজরি, অমসুং ফোর্ম অমগা। অঙকপনি! নঙোন্দা অচেৎপা রাফমগা লোয়ননা পাউতাক পীজরি তুংশিনবা পৈশা খুদিংমক খন্নরিবা রাফম অসিগী মতুংইন্না লৌথোকহৌগদবনি। মদুনা মহাকপু ইজৎ কনগনি; পুকচেল ফরবা জাপ! মহাক্কি মমিৎ লাউনা পাংথোক্কদবনি—পাক্কা! মহাক খজিত্তফাওবা চিংনবা তৌরোইদবনি—হুয়েং ফাওবদি, নত্রগা মথংগী নুমিৎ ফাওবা!"

ঐ পুক্লিং হন্থনা লৈরমই, অদুবু হুয়েংগী রাফম্না ঐবু নমদুনা ঐনা ঙম্বা খরদং ঐগী ঙম্বা খরদং ঐগী মরুপকী অঙকপা শক্তিবু তেংবাননবা হোৎনগনি। খবর কাগজ খুদিংমক্তা হেডলাইন্দা ইদুনা দেভেনহৈমগী বেঙ্কনা মতৌ করম তৌনা ফজনা মাংথরকপগে হায়বদু ইরমই। অফাওবা শেল পুথোকপা নুপা অদুনা মাংখিবগী মতাংদা মীয়াম্না খেন্নরবা রাখল্লোন অমদা লৌরমই মরমদি শেলগী মতাংদা বেঙ্ক অদুগী ওইরিবা ফিভমদা য়ুম্ফম ওইরগা হায়দোরকপদগী খঙবা ঙম্লমই।

ঐখোয় ব্রিক ফাষ্ট চাননবগীদমক চংলকপা লময়াইদা, থোংজাউ হাংদোরক্লমই, অমসুং জাপ চেনশিল্লক্লমই। মহাক্কি মখুৎওইদা চে অমা মহাক্কি য়েৎথংবা খুত্তনা পোইরোৎকী টেলেগ্রাম অমা পায়রমই, মদু মহাক্না মখোলথোক্লা টেবলদা ঐগী মরুপকি মমাংমক্তদা থম্লমই।

"নহাক মতৌ করম্না খঙবগে, স্যার পোইরোৎ? অসিগুম্বা মৈরি অসি নহাক মতৌ করম্না খঙবগে?"

পোইরোৎ মঙোন্দা য়েংলগা নোক্লমই। "হে, চান্নরবা মরুপ, নহাক্না তারদা পাউ থাগ্রবা মতুংদা, অরেপ্পা রাফম লৈরমই। হৌবদগীনা, নহাক খঙঙেদনা, উপু লুট তৌখিবা অদুনা শিংথানিঙাই ওইবা মওংদা ঐঙোন্দা শাখিনা শোকহনলমই। মণিমুক্তা কয়ামকম, লৈরম্বা পৈশা, পৈশা পুবশিংগী দলিল—পুম্নমক অদু খুদোংচানা শিল্লাংলমই—কনাগীদমক্তা? ফরে, পুকচেল ফরবা স্যার দেভেনহৈম থিরিবশিংগী মনুংদা নম্বর ১ নি নহাক্না হায়বগুম্না! মসিনা তাক্লিবদি অয়াম্বা শরুক্তা অরেপ্পা লৈরমই মদুদি পুম্নমক অসি মশাগীদমক্তা শিঙবনি! অদুগী মতুংদা চহি খরগী মমাংদা মঙোন্দা মণিমুক্তা লৈবগী কল্লকচবা অমা লৈরমই! কয়াদা চমত্রবা! মশাগী কান্নবা য়েংলগা লান্না শিজিন্নথোকখিবা ফন্দ অদুনা মণিমুক্তা ওম্থোক্লমই, য়াম্না মান্না মহুৎশিঞ্জিল্লগা অরানবা ডুপ্লিকেটকি মওংদা, অমসুং অসুম তৌদুনা মহাক্না চেকশিল্লবা উপুশিংদা থম্লমই, অতোপ্পা মমিং থাজিল্লগা, মী খুদিংমক্না লপ্তেল অদু কাওথোকখিবা নত্রগা থৌশানরক্লবা

মতমদা খন্নিঙাই ওইরবা চাউরবা লাইবক ফবা তাঞ্জা অমা লৌননবগীদমক্তা ঙাইদুনা লৈরমই। মহাক্কি থৌরাং মপুং ফারমই, মহাক লোয়েনগা উন্নবা শিল্লি, উপুদা মখুল অমা হুত্তোকই, য়াথং তৌই অতিথি লাকপা মীওই অদুবু ষ্টডি রুমদা উন্নগদবনি, য়ুমদগী মপাল থোকখি—মফম কদাইদা?"

পোইরোৎ লেপখিরমই, মখুৎ তিংথোরক্লমই অফুৎপা য়েরুম অমা লৌননবগীদমক। মহাক শুগৎলমই। "মসিদি থাঙ্গেশেংনমক মতেং য়াউদ্রবা মওংনি", মহাক শোম্বাংননা হায়রমই, "মদুদি য়েনবী খুদিংমক মরুম অমদি কোক্কনি তোঙানবা চাউবগী চাংদা! ব্রিকফাষ্টকি টেবলদা চাউবা চাংমান্নবা য়েকমমক্তা ফংবা ঙমগদ্রা? য়ামদ্রবদা মখোয় দজন দজন দুকান্দগী খন্দোকপা তারিব্রা!"

"য়েরুমশিং অদু খল্লুগনু", হায়বমই জাপনা ঙাইঙমদনা। "মখোয় তৌসনু, কোকসনু মরাক ময়ুং মান্ননা মখোয়না পান্নবদি। ঐখোয়দা হায়বিয়ু ঐখোয়গী কস্তমবনা কদাইদা চৎখিবা করম্বা মতমদা থাদোকখিবা সেদারসপু—মদুনি নহাক্লা খঙলবদি!"

"নুংশিরবা মরুপ, মহাক মহাক্কি লোৎফমদা চৎখিরমই। ইহেঃ দেভেনহৈম অসি, মহাক্কি কোক্তা বেবা থাংবা লৈরম্বা য়াই, অদুবু মখোয় অদু অহানবা অফবা মখলগী গুণ চেল্লি!"

"নহাক মহাক কদাইদা লোৎপগে খঙববা?"

"অবেপ্পনি। মসি খ্বাইদগী হেন্দোক্লবা মীনমগে খন্দবা মওংনি।"

"ঈশ্বরবু পুক্লিংদা থমবিবগা, ঐখোয়দা হায়বিয়ো, মদুগী মতাংদা!"

পোইরোৎ ইংনা তপ্না মহাক্কি প্লেটতগী য়েরুম মকুশিং অদু খোমজিল্লমই, মখোয় অদু য়েরুম হাপ্পবা কপতা হাপচিল্লমই, অমসুং অহাংবা য়েরুম মকুশিং য়াওবা পাত্র অদু মথক মখা ওম্বোক্লমই। অসিগুম্বা ওপরেসন মচা অসি লোয়রমই, মহাক যোমোন নোক্লদুনা তনানবা মওংদা, অমসুং মীনুংশিগা লোযননা ঐখোয় অনীদা য়েংলক্লমই।

"লাকও, ঐগী মরুপশিং, নখোয় মতিক চানা লৌশিং লৈরবা ঙাক্তনি। নখোয় নশামক্তা ৱাহং হংদুনা য়েংউ ঐ ইশানা ইশাদা ৱাহং হংজবগুম। 'করিগুম্বা ঐ হায়রিবা মী অসি ওইবা তাবগদি ঐ মফম কদাইদা লোৎকনি?' হেস্টিংস নহাক্লা করি হায়রিবা?"

"ফরে, ঐ হায়রমই", ঐ মাইকৈ অদোমদা ৱাখল খনগে তৌবনি, ঐ নাম্বোক্কে খনদে পুম্নমক অদু। ঐ লণ্ডন্দা লৈ—পোৎ খুদিংমক্কী মনুংহঞ্জিন্না, চখোক-চৎশিন তৌবি জহাজ অমসুং বসশিংদা; পুং ১০দগী ১ ফাওবা। ঐবু কনমত্তনা খঙলোই। থোইদোক হেন্দোক্লা মীরক্তনা ইশা কঞ্জবা হেল্লি।"

পোইরোৎ ৱাহং হংবা ওইনা জাপতা ওনশিল্লমই।

"ঐ য়ানিংদে। খুদক্তা শেংদোরকউ—মদু অমখক্তা ঙাইরবা তাঞ্জানি। ঐ মাংজৌননা পোৎ খুদিংমকপু থৌরাং তৌনবা মতম মরাংকাইনা ফংনবা হোৎনবা তাবনি। ঐবু হী অমনা

ঙাইদুনা লৈরমগনি, ইঞ্জিন শাগৎহন্দুনা, ঐ হৌজিক খোঙশানগদৌরিবনি পৃথিবীগী খ্বাইদগী থাম্না কাচিন অমদা মীপুম্নমক্না লাউখোংবা তৌগ্রিঙেগী মমাংদা!"

ঐখোয় অনিমক পোইরোৎতা য়েংলমই। "নহাক্না হায়রিবদু করিনো, স্যার?"

মীকুপ অময়োম মহাক তুমিন লৈরমই। অদুগী তুংদা অঙকপা মীনোক অমা মহাক্কি মাইথোংদা উরমই।

"ঐগী মরুপশিং, ঐনা করিগুম্বা পুলিশতগী লোৎলবদি, নখোয় খঙত্রা ঐ কদাইদা লোৎকদগে? জেল মনুংদনি!"

"করি হায়বা?"

"নখোয়না থিরি স্যার দেভেনহৈম মহাকপু জেল মনুংদা থম্নবা মরম, মরম অদুনা নখোয় কৈদৌঙেদা মঙ মঙবা তৌদে মহাকপু উননবা করিগুম্বা মহাক মফম অদুদা হান্না লৈরমদবা তারগদি।"

"মদু নহাক করি খ্রাখল লৈবদগীনো?"

"নখোয়না ঐঙোন্দা হায় মাদাম দেভেনহৈম য়াম্না হৈশিংবী নুপী ওইরমদে। অদুওইদুনসু ঐ খল্লি মদুদি নখোয়না মহাকপু বোট্রিত্তা পুদুনা চৎলবা অমসুং মহাক্না বিল্লি কেল্লেট হায়রিবা নুপা অদুগা মায়োক্নহল্লবা মহাক্না মহাকপু শক খংগনি! অচুম্বা মরম লৈরগসু মদুদা মহাক মহাক্কি মকোই কোকথোক্লে অমসুং মহাক্কি শোংলবা পীশুমশিং, অমসুং মহাক্কি মশম তেন্না ককথৎলে। নুপী অমনা য়ামদ্রবদা মহাক্কি মপুরোইববু মতম খুদিংমক্তা খঙগনি, লেমহৌরিবা পৃথিবীগী মীপুম্নমকপু মীনম্বা য়ারগসু!"

"বিল্লি কেল্লেটলা? তৌইগুম্বসুং মহাকপুদি পুলিশনা খঙই!"

"ঐ নখোয়দা হায়খিদবরা দেভেনহৈম হৈশিংবা মীনি হায়দুনা? মহাক মাঙজৌননা মশামক্না পাঙথোকপা থবক নত্তে হায়না থৌরাং তৌরমই। মহাক হৌখিবা নাকেন্থাগী মতমদা বুনোশ আইরেশতা লৈরমদে—মহাক বিল্লি কেল্লেটকী লমচৎকি শরুক লৌরমই, 'থা অহুম চংনা', মতম লাক্লবদা পুলিসনা মহাকপু চিংনদনবগীদমক্তা। অসুম্না মহাক মতম লেল্লমই, নীংশিংউ, চাউরবা খুদোংচাবা অমগীদমক্তা, লোয়ননা মশা নীংখা তম্নবা। থবক অদু মপুং ফানা পাংথোক্লবা হোৎনবদা মতিকচাবা ওইরমই। অদু খক্তং—"

"হোয়?"

"হেঃ মরুপ, মমৈথংদা মহাক অরানবা কোই অমসুং শম হাপ্লমই, অমুকহন্না মশাগী অশেংবা শক্তমদা হঞ্জিল্লমই, মঅসুং অরানবা কোই হাপ্লগা তুম্বা অরাইবা ওইরমদে—মসিনা মহাকপু খঙনবা বার্ত্তন তৌগনি! মহাক্কি নুপীগা তুম্ফমকা পুনবা খুদোংথিবা তাগনি খনবনা মহাক ঙল্লমদে। নহাক্না পুথোকপ্রে ঐগী থা তরুকলোমগী মতম, নত্রগা মহাক্না বুনোশ আইরেশতাগী হল্লকখি হায়বা খঙবা মতমদগী হৌরগা, মহাক অমসুং মিষ্ট্রেস দেভেনহৈম

তোঙান তোঙানবা কান্দা লৈরম্মই। অদুগী তুংদা মসি অশেংবা ওইরে! খুদিংমক থৌরাং তৌদুনা লোয়শিল্লমই। লৈখোংশোল্লা নুপানা হায়খিবা ঃাফম মহাক্কা মহাক্কি মরুংঙোবু য়ুমগী নাকন্দা কোইনা চৎখি হায়বা ঃাফম চুপ্লমই। মহাক ইরুজফম শংদা চংলমই, শেৎচিল্লমই মহাক্কি মযুম মকে লিংদবা কোইচৎ চংপা মীগী ফিজোল, নহাক্কা মসি করিগী তৌরিবনো খঙগনি মরমদি য়ুমগী মিনাইশিংনা খঙজনবগীদমক, অতোপ্পাশিং অদুনা পাত্তা খাদরমই অমসুং মহাক্কি অনিম্বা থৌরাং পাংথোক্লবা মখা চৎথরমই অমসুং য়াম্না ভাব তানা মহাক্কি খুদোপ বন্ধান থমদোক্লমই, অমসুং অদুগী তুংদা পুলিশম্যেন অমা হাত্তোক্লমই, মহাক মশামক তেক্ত-কাইদনা যো ষ্ট্রিক্তা চঙজফম লৌরমই, মফম অদুদা কনামত্তনা মহাকপু থিরক্কনি হায়বা ঃাফম মঙদা ফাওবা মঙলোইদবা মফমদা!”

“মসি ওইথোক্লোই”, শোঙ্ঘাংনরমই জাপনা।

“মাদামদা হংউ”, হায়রমই ঐগী মকপ্পা মোমোন নোক্লদুনা। মথংগী নুমিত্তা রেজিষ্টর তৌববা চিঠি অমা পোইবোংকি প্লেটতা লৈবমই। মহাক মদু হাংদোক্লমই, পাউন্ড মঙাগী নোট অমা চোংথোরক্লমই। ঐগী মরুপকি পীশুম শুপকৎলমই।

“অশেংবনি সিদি! অদুবু ঐ মসি করি তৌবা তাবি? ঐগী কৈনিংচিৎ য়াম্না লৈ! হেঃ মরুপ জাপ? ওঃ ঃাখল অমা লৈরে! ঐখোয় চাকলেন মচা অমা চারশি, ঐখোয় অহুম! মদুনা ঐগী পুক্লিংবু থেমজিনগনি। মসিদি য়াম্না হেন্না লায়বা ওইরমই। ঐ ইকাইবে। ঐ, অঙাংমচাদগী মপোৎমচে মুনবা হৌনদে—ঐহাক পেল্লে! হেঃ মরুপ, নহাক করি খল্লি, মদুদি নহাক থম্মোয় পেন্না নোকই?” ❑

লোয়রবা

